# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা (খণ্ড তরাত্তরেৎ-শুবা)

পৃজাপাম

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎসিংহনা

তৌবা মণিপুরী অহুবাদ অমসুং লৈনরোল হাণবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড অরাতরেৎ-শুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তোৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ক্রেওস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নবা

অমসুং শীতলজিৎ-না কোঙবা।

ফংফম—(১) ক্রেওস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশাম্থোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিয়র ট্রেডিং কো°,

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমসা ২০০০

অব পুম্বা তাক্লবনী ]

মমল লুপা ৫০,

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## কুনিথোইশুবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবং তং করুণার্ণবম্।
কলাবপ্যতিগূঢ়েয়ং ভক্তির্যেন প্রকাশিতা ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

বন্দে - খুকম্জরি ; শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবং—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেববু ; তম্—মহাক্পু ; করুণার্ণবম্—থৌজাল-ঈপাকপু ; কলৌ—কলিদা ; অপি—সু ; অতিগূঢ়া - য়াম্না চেংশন্না থুপ্পাই ; ইয়ং—অসী ; ভক্তিঃ—সাধনভক্তি ; যেন মহাক্না ; প্রকাশিতা—ফোঙদোক্লম্বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়াম্না চেংনা থম্লাই ওইরবসু ভক্তিসিবু ( সাধন ভক্তিসিবু ) কলি যুগদা ফোঙদোক্লম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব থৌজাল-ঈপাক অদুবু খুকম্জরি।

### নৈনরোল

সাধনভক্তি হায়বা বিষয়সি পরিচ্ছেদ অসিদা নৈনগদৌরি হায়বগী ইঙ্গিত অদু নৈনরিবা শ্লোকসিদা পীরি। অদুগা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপাম্ গ্রন্থকারনা নিরি।

### মূল ২

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব, শ্রীনিত্যানন্দদেব অমসুং শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রদেব অদুগা গৌরভক্ত পুম্নমক্তা খুৎনজরি।

## মূল ৩

এই ত কহিল সম্বন্ধতত্ত্বের বিচার।
বেদশাস্ত্রে উপদেশে—কৃষ্ণ এক সার ॥ ৩ ॥

## শব্দার্থ

এই ত—অসিনিদো; কহিল—হায়জরে; সম্বন্ধতত্ত্বের বিচার—সম্বন্ধ-তত্ত্বগী নৈনবা; বেদশাস্ত্রে—বেদশাস্ত্রনা; উপদেশে—তাক্লী; কৃষ্ণ এক সার—কৃষ্ণনী অমত্তা ওইরবা মচিদি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিনিদো সম্বন্ধতত্ত্বগী বা নৈনজবা। বেদশাস্ত্রনা তাকপদি কৃষ্ণনা অমত্তা ওইরবা মচি হায়বদুনী।

## নৈনরোল

**এই ত কহিল**— মমাংদা পরিচ্ছেদ অনীদা হায়জবে।

**সম্বন্ধতত্ত্ব**—শাস্ত্র পুন্নমক্তা নৈনাবিগা অমত্তা ওইবা বিষয়। শ্রীকৃষ্ণনা সম্বন্ধতত্ত্বনী হায়বদু মমাঙগী পরিচ্ছেদ অনীদা নৈনখ্রে। জ্ঞান-যোগ-কর্ম্মন নচিংবা নৈনবিবা শাস্ত্রশিং তুগী মরা বিচারদি শ্রীকৃষ্ণ নত্তে হায়রবা তাকবদি কম্দোবা? হায়রিবা শাস্ত্রশিংগী নৈনদিবা বিষয় হায়বদি সম্বন্ধদি ব্রহ্ম, পরমাত্মাতি খক্তনী, অদুগা ভোগ তৌশিন লোক মচিংনী; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণ-তনা শাস্ত্র পুন্নমক্কী নৈনবা বিষয়নী হায়না কম্মা হায়গনী? মসিগী পাউখুমদি অসিনি—পরমাত্মা অসি বসু শ্রীকৃষ্ণগী অংশকলানী—শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশ বিলাস নী, মরমদুনা মখোয় শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙানবা পোৎ নত্তে। অদুগা ভোগ তৌশিনবা লৌশিংসু শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনা ওইরকপা ওক্লী; মরমদুনা মখোয়সিসু শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙানবা পোৎ নত্তে। মরমসিনা, ব্রহ্মপরমাত্মানচিংবা,

নত্রগা ভোগ ফংকম (চাবা-থকপনচিংবগী ওইবা) থামশিংবু নৈনরিবা শাস্ত্রশিংগী প্রতিপাদ্য বিষয়দু শ্রীকৃষ্ণনী ; মরমদি, শ্রীকৃষ্ণদি অদ্বয়জ্ঞানতত্বনী ; শ্রীকৃষ্ণনা থোরকৃকম্ পূর্ণমক্কী থোরকৃকনী ; শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা কদায়দসু অতোপ্পা পোং কয়িনতা লৈতে।

মথু' অমরোমদসু সম্বন্ধ-শব্দসী নৈনব: য়াই। মপূঙ-ফাবা-ওইবা বন্ধন (পুন্বা, ফাবা) অদুবু সম্বন্ধ কৌয়ি (সম্+বন্ধ+অল)। মপূঙফানা ভৌবা বন্ধন হায়রগা কয়ি থঙহল্লী? কয়িগুম্বা মতমদা নাশ্তোকপা লৈত্রবা বন্ধন অদুবু মপূঙফাবা বন্ধন কৌয়ি ; অদুনদি অনাদি কালদগী লৈরক্লিবা অদগা লোইবা নাইদবা মতমগী লৈগদৌবিবা বন্ধন অদু মপূঙফাবা বন্ধন নত্রগা সম্বন্ধ (মরী) ওইগনী। জাত্তাসিগুম্বা সম্বন্ধদি কনাগা লৈবা য়াই? ঐখোয়না থল্লী—মপী, ইচা, ইশু, ইপা, ইমা, ইচীনইনাও, লন্-থুম্মচিংবগা ঐখোয়গা সম্বন্ধ লৈ। অদুবু মুম্না থন্থরগদি বরি উবগে হায়রবু মখোয়সিগা মরী বয়িনতা লৈতে ; মরমদি, মখোয়সিগা ঐখোয়গা লৈনরিবা সম্বন্ধদি লৈগে হায়না লৈরবলা শিথ্রিনক্না লৈদনী ; মতমগী মতুঙদগীদি সম্বন্ধ পূম্নমক লোইরে ; মরমদুনা ঐখোয়গী ভানোইনচিংবগা সম্বন্ধ বয়িনতা লৈতে, মতম খরদগীদমক মরী লৈনৈ হায়বা ভাংনী। শ্রীকৃষ্ণ মথন্তগী মতম পূম্নমক্কী ওইনা মরী থোয়রিবদি (নিত্য সম্বন্ধ লৈরিবদি) ; মরমদি জীবসে শ্রীকৃষ্ণদগী থোরকৃপনী, শ্রীকৃষ্ণগী তটস্থাশক্তিগী অংশনী, মবমদুনা শক্তিগা শক্তিমান্‌গগী সম্বন্ধদুনী শ্রীকৃষ্ণগা জীবগা লৈনরিবসে ; সম্বন্ধসী অনাদিকালদগী লৈরক্লবনী, লোইবা থম্বা নাইদবা মতমগীদমক লৈনদৌরিবনী ; মায়াগাংদা থুরবা জীবনা সম্বন্ধসী থঙদে, থঙদ্রবসু সম্বন্ধসিদি লৈ, থঙদে হায়দুনা সম্বন্ধদি মাঙগদবা নত্তে ; লাইবকথোদগী কনাগুম্বনা মছামক্কী মপাবু কাউরবস্থ মখোয়গী মপা-মচা ওইবগী সম্বন্ধদু মাংবা লৈতে। মরমদুনা জীবগী অমতা ভায়বা সম্বন্ধদি শ্রীকৃষ্ণগনী ; মরম্‌সিনা শ্রীকৃষ্ণনা সম্বন্ধ-তত্বনি।

### মূল ৪

এবে কহি শুন অভিধেয়ের লক্ষণ।
যাহা হৈতে পাই কৃষ্ণ, কৃষ্ণপ্রেমধন ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

এবে -হৌজিক ; কহি- হায়গে ; শুন—নাবোঙনা তাও ; অভি-ধেয়ের—খঙননবা পাম্বৈগী ; লক্ষণ—মতৌ মবাং ; যাহা হৈতে - মতুদগী ; পাই কৃষ্ণ—কৃষ্ণবু ফংঙী ; কৃষ্ণপ্রেমধন—কৃষ্ণবু নুংশিবা কৌবা লন্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌজিক অভিধেয়গী লক্ষণ করিনো হায়বদু হায়বগে তাবো। অভি-ধেয়শিংগী মপান্না শ্রীকৃষ্ণবু অমসুং কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন-বু ফংবা ঙমগনী।

## নৈনরোল

এবে—হৌজিক হায়বদি পরিচ্ছেদ অসিদা! পরিচ্ছেদ অসিদা অভি-ধেয়গী লক্ষণ হায়রী। অভিধেয় হায়বদি সাধনভক্তিসিনা কৃষ্ণপ্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) ফংবা ঙম্মী, কৃষ্ণপ্রেম ফংলবদি কৃষ্ণবু ফংগনী ; করিনা, শ্রীকৃষ্ণদি প্রেম অসিগী থৃজুম চনবা য়াই।

অভিধেয়—অভি + ধা + য়। অভিধীয়তে ইতি অভিধেয়ম্ ; মতুনা খুংলাই ওইবগা খঙবা ঙম্লিবা মতু অভিধেয়নী। মতুনা খুংলাই ওইবগা খঙবা যাদহু খঙলগদি খঙদবা অমনা লৈত্রবা অদু ওইববদি খুংলাই ওইনিবা পোং অদু মখা অভিধেয়নী ; অদুগা মাবু খঙলগদি খঙদবা অমত্তা লৈত্রবা অদু ওইববদি খঙলবা মা অদু শ্রীকৃষ্ণনী ; মখমদি, শ্রীকৃষ্ণদি জ্ঞানগী মশক্নী, শ্রীকৃষ্ণদি অদ্বয় জ্ঞান তত্ত্বনী ; (অমত্তা ঙায়বা) জ্ঞানতত্ত্বনী ; শ্রীকৃষ্ণদি আশ্রয় তত্ত্বনী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী মনুঙদা লোইনমক লৈ ; মরমসুনা শ্রীকৃষ্ণবু খঙল-বদি খঙদবা অমতা লৈত্রে। অদুনদি শ্রীকৃষ্ণবু খঙনবা খুংলাই নত্রগা পাম্বৈসু অভিধেয় মকোন্নী। মসিগা, অভিধেয় শব্দগী অর্থসী মওং অমরোমদসু তৌবা য়াই। অভি শব্দগী অর্থদি আভিমুখ্য (মায়োকনরোমদা মায় ওন্থনবা)

জীবগা ভগবান্‌গী মৈনরিবা সম্বন্ধগী মায়কৈদা বিচার তৌরগদি সনাতন-দা মহাপ্রভুনা পীরবা শিক্ষাশিংগা চাউরাক্না য়াহং মরিথক থোরক্লি—অহানবদা, কনাদনো ভক্তি তৌগদৌরিবনো ? অনীশুবদা, ভক্তি কদায়রু কৌবগে ? অহুমশুবদা, ভক্তি কনানা তৌগদবনো ? মরিশুবদা, জ্ঞান-কর্ম্ম-যোগ-মচিংবা তৌদনুনা ভক্তি-খক্তা তৌগদবনী হায়বা করিগীনো ? শ্রীমন্মহাপ্রভুনা য়াহং মরিসিগী পাউখুম পীরম্মী। পাউখুমশিংহুগী মচি ওইবা য়াদি অসিনী—অহান্‌বদা—কনাদনো ভক্তি তৌগদৌরিবনো ? উপাধী অমগী মরমদা ঈশীঙ হৈরগদি অহুপা হরাগদি মরক্তুনা চিংশন্দুনা ঈশীঙ অমসুং হায়রহ পাম্বীগী উশা, উনা, মপাল অমসুং উইহে খুদিংবু হিংহল্লী ; উশা উনা-মচিংবদা তোঙানা ঈশীঙ চাইত্রবসু অহুগা হায় হাপ্‌ত্রবসু য়ারে। মতৌ অহুগুম্না, করিগুম্বা পোৎ অমদা ভক্তি তৌরগা পোৎ পুম্নমক্কা ভক্তি তৌবা শক্করবা, কনাগুম্বা মহাকপু ভক্তি তৌরগদি ভক্তি-তৌকম অতোপ্পা অমা লৈত্রবা—অহু ওইরবদি পোৎ অদুতদা ভক্তি তৌগদবনী হায়বসী নাতৈ-চাবা য়ানী। হায়রিবা পোত্তাসিগুম্বা লৈ—মহু শ্রীকৃষ্ণনী হায়না শাস্ত্রনা হায়। অসিমসু হায়—শ্রীকৃষ্ণ অদ্বয় ( অনীশুদবা ) জ্ঞানতত্ত্বনী ; শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা কদায়দসু অতোপ্পা অমা লৈত্রে, প্রাকৃত অহুগা প্রাকৃত-নত্তবা জগত্তা লৈরিবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণদগী ওইথরকপা ( পরিণতি ) তারী, সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম। শ্রীকৃষ্ণদি আশ্রয়তত্ত্বনী ( তুঙফম ওইবা পোত্তানী )—মফম খুদিঙদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণদা লৈবনী ; অমুক্ত লোইনমক্কী মনুঙদা শ্রীকৃষ্ণনা লৈ ; মরমহুনা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি তৌরগদি লোইনমক্কা ভক্তি-তৌবা হায়বহু শক্লে ; শ্রীকৃষ্ণ হায়বা মা অমতনা পেল্লগা লোইনমক্কা পেল্লে ; মরমহুনা ভক্তি তৌবা তারবদি শ্রীকৃষ্ণবু তৌবা তারে। শ্রীমদ্ভাগবতত্মা হায়রি—"যথা তরোর্মূল-নিষেচনেন তৃপ্যন্তি তৎস্কন্ধভুজোপশাখাঃ। প্রাণোপহারাচ্চ যথেন্দ্রিয়াণাং সর্ব্বার্হণমচ্যুতেজ্যা।" ( ৪/৩১/১৪ )॥

অনীশুবদা—ভক্তি কদায়বু কৌবগে ? ভজ্‌ ধাতুদগী ভক্তি-শব্দ ওইথরকপনী। ভজ ধাতুগী অর্থদি সেবা তৌবা ( খন্‌বা ) হায়বনী। মরমহুনা

ভক্তিগী অর্থদি সেবা (থগ্ বা) হায়বনী। কনাগুম্ববু সেবা তৌবদি কনাগুম্বগী পেন্নবনী, সেবা-তৌরবা মীহুৎনী লমাই পেন্নবা নত্তে। মরমহুনা ভক্তিদি-মহাগী পেন্নবগী ( প্রীতিগী ) মতমগী ফুংভাইনবঙ্গীমক ফাখন থাদোকুনা সেব্যগী ( সেবা তৌকমহুৎগী ) পেন্নবা তৌবনী। কৃষ্ণভক্তি হায়বহুদি হন্দক-মপোকী অমদি হয়েংমুক-মপোকী মহাগী ফুংভাইবা পায়রহু থাদোকুনা, মগুং খুদিগুমত্তা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা তৌবনী। শ্রীকৃষ্ণগী সেবাগী মপান্না ভক্ত মহা-মক্না পায়রবমু কৈনো ফুংভাইবা অমা মথক্কা লাকুম্মবমু মহু পাম্বরগদি মানা তৌবা সেবাহুবু ভক্তি কৌগ্না য়াদে। মতৌ করম্না সেবা তৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা ফুংভাইগনী হায়বহুতা মতম পুম্বদা য়েংগদবনী অমসুং মহুম্নতা মতম পুম্বদা সেবা তৌগদবনী—করম্না সেবা তৌরগদি সেবক ঐগী ফুংভাইবা ওইগনী হায়বা ফাখল থন্‌বা য়াদে। মতৌ অসিগুম্না তৌবা শ্রীকৃষ্ণ সেবাহুমক্ ভক্তিনী।

অহুমগুবা—ভক্তি তৌগনী কনানা? অহান্‌বা ফাহংগী পাউখুমদা হায়খ্রে - ভক্তি তৌগদবনী কৃষ্ণবু। শ্রুতিনা অমুক হায়রি—সর্ব্বং খল্বিদং ; ব্রহ্মদগী খেন্নবা তত্ত্বতঃ ( অওইবা হায়রগদি ) পোৎ করিমত্তা লৈতে। অমুক শ্রীকৃষ্ণভনী ব্রহ্মদি, মরমহুনা শ্রীকৃষ্ণদগী তত্ত্বতঃ তোঙান্‌বা অতোপ্পা পোক্তা অমা কদায়দসু লৈতে। অহু ওইরবোইদি কৃষ্ণবু ভক্তি তৌগদৌরি কনানা? শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙান্‌বা পোৎ অমা লৈরবোইদি তোঙান্‌বা পোৎসিনা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি তৌবা য়াই ; অহুগা তোঙান্‌বা পোৎ অমা লৈত্রগদি কনা কনাদা ভক্তি তৌগদৌরিবনো? ভক্তি হায়রগা সেবাবু খঙহল্লী—সেবা লৈবা মফমদা সেবা ( সেবা তৌকম ) অহুগা সেবক ( সেবা-তৌবা মী )—হায়রিবা পোক্তা অনীসী লৈগদবনী? মসিগী পাউখুমদি অসিনী—অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব ওইবা শ্রীকৃষ্ণদি রসিক ( রস-চুম্না ) মকোয়নী, অহুনা মহাক লীলাময়নী (লীলাগী মথক ওইবনী)। লীলারস চুপ্‌কে হায়হুনা অনাদিকালদগী হৌনা মকম মথক-মথাদা মথক-মথাগী মওংদা মহাক ভাগোইরিবনী অমসুং লীলারস চুপ্‌কে হায়বঙ্গীদমক অনাদি কালদগী মহাক্না নত্রগা মহাকী শক্তিনা তোঙান্-তোঙান্‌বা

অমনা নিজস্বরূপকী অমসুং অমনা নিত্যবদ্ধনী। নিত্যমুক্ত ওইবশিংনা অনাদি-কালদগী হৌনা শ্রীকৃষ্ণগী পার্ষদ ওইনা মহাকপু হকখেৎলনা সেবা তৌদুনা লাক্লিবনী, অদুগা নিত্যবদ্ধ জীবশিংনা মহা মহাগী স্বরূপ কাউথোকুনা অনাদিকালদগী শ্রীকৃষ্ণ-সেবা কাউথিদুনা বহির্মুখ (মায় ওন্থোকপা) ওইখিবনী অমসুং মরমহৌনমক মখলমখলগী সংসার-চৈনা চারিবনী। মরমহুনা সংসার-চৈনাদগী লাম্বোক্লনবা, বহির্মুখ ওইবা তোকুনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়কৈদা ওন্সনবা ওইবা অমসুং জীবগী স্বরূপকী ভুইন্বা মথৌ শ্রীকৃষ্ণ-সেবা হায়বদো ফংননবা মায়া-লাংদা-পুরবা জীবনা অভিধেয় হায়বা সাধন-ভক্তিনে ( উপায় ওইবা সাধন ভক্তিসে ) চংপা তারে। মসী অহুমশুবা ৱাহংগী পাউখুম্নী।

মরিশুবদা —জ্ঞান অমসুং যোগনচিংবা তৌদতুনা ভক্তিতমক তৌগদবনী হায়বসী করিগীনো ? পাউখুম্দি অসিনী—অভিধেয়গী পান্দমদি বহির্মুখ ওইবা জীববু শ্রীকৃষ্ণদা উন্মুখ ওইহন্বা হায়বসিনী। মায়িক উপাধি ( মায়াগী ওইবা মিংথোল ) লৌতুনা জীবনা বহির্মুখ ওইরিবনী ; মরমহুনা বহির্মুখ ওইবতু কোক্হন্দুনা শ্রীকৃষ্ণদা উন্মখ ওইগে হায়রদি, মায়াগী অকা-অপুন অসী থাদনপা তাবনী। অদুবু মায়াদি ভগবানগী শক্তিনী ; জীবনা ভগবানগী শক্তিবু মাইথীবা পীমনবা শক্তিদি জীবগী লৈতে ; মায়াগী মখা পোক্লিবসী কোক্লবা অমত্তা ওয়বা উপায়দি শ্রীকৃষ্ণদা চত্তজতুনা মহাবু কৎথোকপা তাবনী। মাঙোন্দা চত্তজরগাদি, মহাক্না চান্বিতুনা মহাকী শক্তি ওইবা মায়াতুব লৌথোক্পিগনী, মতমতুদা জীবনা মায়াদগী লাম্বোকপা ঙম্গনী। মঙোন্দা চত্তজবা, মহাক্না চান্বীবা মতমগী অমত্তা-ওয়বা মরমদি ভক্তিনী ( ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ। শ্রীভাগবত ১১/১৪/২১ ) ; জ্ঞান, যোগ, কর্ম্মনা ওইদে ; মরমসিনা জ্ঞান, কর্ম্ম, যোগনচিংবা তৌদতুনা শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তিতমক তৌগদবনী। অনীশুবদা—জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যদাস (মতম পুম্বদা ওইরিবা মনাইনী) ; কৃষ্ণবু সেবা তৌবতনা মহাগী স্বরূপ-ভুইন্বা মথৌনী ; ভক্তিতনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংগনী ; জ্ঞান-কর্ম-যোগনচিংবনা কৃষ্ণসেবা ফংবা য়াদে ;

করম্না লাংকদগে হায়বগী নিয়ম ( ভক্তি ) অহু তাক্যি। পলেম মানা হায়ব-গুম্না মচে-শক্পী স্মৃতিস্থ অনুমক অহুম হায়। মসিগ্নমক শত্তুনা লৈরিবা পুরাণশিংনস্থ মর্মী অমদি মগী ভুংইগী ( হায়বদি শ্রুতি, পুরাণশিং লোইন-মক্না কৃষ্ণভক্তিদমক তাক্যি )। মরমহুনা হে মুরারি! নঙগী ঐখোয়গী অমত্তা ভায়বা আশ্রয় ( চঙজক্ম্ ) হায়বদো।

## নৈনরোল

শ্রুতির্মাতা—বেদগা উপনিষদশিংগগী শাস্ত্র পুম্নমক্কী থোরক্ফম্নী হায়হুনা শ্রুতিবু ( বেদ-উপনিষৎনচিংববু ) পলেম্মী হায়বদি পলেম্ শক্পী-নী হায়ব্বিনী।

স্মৃতি—বেদ-উপনিষৎকী ভুংইন্বা লাইরীকশিং, মহুদি শ্রীমদ্ভগবদ্-গীতাগুম্বা। শ্রুতিনা বেদগী ভুংইন্বা স্মৃতিগী মুক্ষম্নী হায়হুনা স্মৃতিবু শ্রুতিগী মচানী হায়রিবনী অহুগা স্মৃতিবু শ্রীলিঙ্গশক্নী হায়রুবা মহাকপু শ্রুতিগী মচা-মুপীনী হায়হুনা—শ্রুতিবু পলেম্মী হায়রিবা মহাক্নী মচে মচম্নী হায়রিবনী।

পুরাণাত্মা—পুরানচি বা; আদি শব্দনা নারদপঞ্চরাত্র-নচিংবা-শাস্ত্রবু খঙহল্লি। পূরযতি ইতি পুরাণম্। বেদগী অর্থবু পূরণ তৌরি ( মেন্থহল্লী ) হায়বগীদমক মহাকপু পুরাণ কৌবিবনী। বেদদা বিষয় অয়াম্ববু ইঙ্গিতনা নত্রগা সূত্রগী মওংদা শম্না শম্না পল্লী; বিষয়শিংহু পুরাণশিংদা শন্দোক্না ইহুনা তাক্যি; বেদ য়েংলগা লায়না খঙবা ওম্দবা য়াহু পুরাণ দগী য়াম্না লায়না খঙবা ওম্মী; মরমহুনা পুরাণসে বেদগী অর্থ-মেন্বা পোংতানী; মরম্হুনা পুরাণশিংদি বেদগী ভুংইনবগী হায়বদি শ্রুতিগী মচানুপা-শক্পনী। অহুগা নারদপঞ্চরাত্রনচিংবা শাস্ত্রস্থ বেদার্থ তাক্পনী হায়হুনা শ্রুতিগী হায়-বদি বেদগী ভুংইন্বনী, মরমহুনা শ্রুতিগী মচাশক্পনী। মরমসিনা পুরাণ-চিংবা বেদগী ভুংইন্বা শাস্ত্রশিংসি শ্রুতিবু মমানী হায়রিবা মহাকীদি সহজ-নিবহা—পোক্মিরবা মচিম্নাও থোক্লে।

মূল ৭

অদ্বয়-জ্ঞানতত্ত্ব কৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্।
স্বরূপ-শক্তিরূপে তাঁর হয় অবস্থান॥ ৭॥

শব্দার্থ

অদ্বয়—অনীশুদবা, মথন্ত ওাম্রবা ; জ্ঞানতত্ত্ব—চিৎস্বরূপ ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণং ; স্বয়ং ভগবান্—ভগবান্ মহামক্কী ; স্বরূপ-শক্তিরূপে—স্বরূপ অমসুং শক্তি ওইনা ; তাঁর—মহাক্কী ; হয়—ওই ; অবস্থান—লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব ওইবা কৃষ্ণদি ভগবান্ মহামনী। মহাক স্বরূপ অমসুং শক্তি ওইনা লৈয়ে।

নৈনরোল

স্বরূপ শক্তি রূপে—স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ মথলশিং অসিনী মহুদি—শ্রীকৃষ্ণ মহামক, বলরাম-নারায়ণচিংবা বিলাসরূপ, দ্বারকানাথ-নচিংবা প্রকাশরূপ, চতুর্ব্বূহ, পুরুষ অহুম অমসুং অবতাবনচি বা মহাক্কী শক্তি মথল মথাগী বিকাশদি অসিনী, মহুদি—শ্রীরাধিকা-ললিতানচি বী (হ্লাদিনী শক্তিগী বিকাশ), নন্দযশোদানচিংবা অমসুং ভগবদ্ধামচিংবা (সন্ধিনী শক্তিগী বিকাশ), নিত্যমুক্ত অমসুং মায়াবদ্ধ জীব (জীবশক্তিগী বিকাশ ; যোগমায়া (অন্তরঙ্গাচিচ্ছক্তি), মায়া হায়বদি প্রকৃতি, প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড (বহিরঙ্গা-মায়াশক্তি) অসিনচিংবা।

মূল ৮

স্বাংশ বিভিন্নাংশরূপে হইয়া বিস্তার।
অনন্ত বৈকুণ্ঠ ব্রহ্মাণ্ডে করেন বিহার॥ ৮॥

শব্দার্থ

স্বাংশ—মহামক্কী অংশ ; বিভিন্নাংশ—তোঙানবা অংশ ; রূপে—অওংনা ; হইয়া বিস্তার—শংদোকুনা ; অনন্ত—মীঙ্গোলাকতদ্রবা ; বৈকুণ্ঠ-ব্রহ্মাণ্ডে—বৈকুণ্ঠদা অমসুং প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা ; করেন—তৌরি ; বিহার—শান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী অংশ ওইনা অমমুং তোঙান্-তোঙানবা অংশ ওইনা মহাক্ কোঙলোকুনা শীঙলাকখ্ঙবদবা বৈকুণ্ঠ কোটিদা অমসুং ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিদা বিহার তৌয়ি।

## মুল ৯

স্বাংশ-বিস্তার-চতুর্ব্বূ্যহ অবতারগণ।
বিভিন্নাংশ-জীব তাঁর শক্তিতে গণন ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

স্বাংশ—বিলাসগুম্বা অমসুং শক্তিদি থজিক্তমক হন্থবা অংশ; বিস্তার—শন্নোকপা; চতুর্ব্বূ্যহ—ব্যূহ মরি; অবতারগণ—অবতারশিং; বিভিন্ন—মতামা ওইনা খেন্নবা; অংশ—শরুক; জীব—জীব; তাঁর—মহাক্কী; শক্তিতে—শক্তিদা; গণন—শীঙথাবা (ওই)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বাংশ বিস্তারদি ব্যূহ মরিনে অবতারশিংনে অসিনী; মতামা ওইনা খেন্নবা অংশ হায়বা অমা লৈ, মসিদি জীব-নী; জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিলক্তা শীঙথায়।

## নৈনরোল

স্বাংশ—"তাদৃশো ন্যূনশক্তিং যো ব্যনক্তি স্বাংশ ঈরিতঃ। সঙ্কর্ষণাদি-র্মৎস্যাদির্যথা তত্তৎস্বধামসু॥ —বিলাসগুম্বা হায়বদি স্বয়ং ওইনা খেন্নত্রবসু বিলাসক্কী শক্তি য়াংনা উৎকলিবা অমসু স্বাংশ কৌয়ি। মসিদি মাগী মাগী থামদা সঙ্কর্ষণচিংবা অমসুং লীলাবতারশিং।"

চতুর্ব্বূ্যহ অবতারগণ—বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ, মরিসিনা ব্যূহনী অমসুং মৎস্যনচিংবেনা লীলাবতারশিংনী। মখোয়সী শ্রীকৃষ্ণগী স্বাংশনী।

বিভিন্নাংশ—ভিন্নগী অর্থদি খেন্নবা হায়বনী; বিভিন্নগী অর্থনা থোইদোক্না (মতামা ওইনা) খেন্নবা হায়বনী; বিভিন্নাংশ হায়রগদি থোইদোক্না

খেন্নরবা অংশ হায়বনী ; অংশ ওইনা তোঙানবা ওইরবস্মু খেন্নবগী থোইং দোকপদুদি অতোপ্পা অংশগী (নত্রগা স্বাংশগী) লৈতে ; মদুমক বিভিন্নাংশনী। জীববু শ্রীকৃষ্ণগী বিভিন্নাংশনী হায়নৈ—বিভিন্নাংশ-জীবসী শ্রীকৃষ্ণগী তটস্থা-শক্তি হায়বদি জীবশক্তি হায়বদুনী।

চতুর্ব্ব্যূহ অমসুং অবতারশিংসী স্বাংশ ওইবনা শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী ; অদুগা জীবস্মু ( শ্রীকৃষ্ণগী জীবশক্তিগী অংশ ওইবনা ) শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী ; অদুবু অংশ মথক্ক অনীসী চপ্ মান্নদে। চতুর্ব্ব্যূহনচিংবা স্বাংশদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপকী অংশনী, মরমদুনা শক্তি বিকাশগী মায়কৈরোমদগী খল্লুরগা শ্রীকৃষ্ণগা স্বাংশগা খেন্নরবস্মু স্বরূপকী মায়কৈরোমদগী খল্লুরগদি মখোয়গী মরক্তা খেন্নবা লৈতে—স্বরূপতদি লোইনমক পূর্ণনী ( মপুঙ-ফাবনী ), লোইনমক সচ্চিদা-নন্দভাক্কী। অদুবু জীবদি চতুর্ব্ব্যূহনচিংবা জাত্তাগী অংশ নত্তে, স্বরূপ-তা কৃষ্ণগা জীবগা মান্নদে। স্বাংশনা কৃষ্ণগী স্বরূপশক্তি-য়াওবা অংশনী ; চতুর্ব্ব্যূহনচিংবা স্বাংশগী মনুঙদস্মু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তি লৈ ; অদুবু জীবদি কৃষ্ণগী স্বরূপশক্তি-য়াওবা অংশ নত্তে—কৃষ্ণগী জীবশক্তি য়াওবা অংশদনী ; "জীবশক্তিবিশিষ্টস্যৈব তব জীবোঽংশো ন তু শুদ্ধস্য। পরমাত্মসন্দর্ভ ॥ ৩৯ ॥" মরমদুনা স্বাংশগী মতৌগুম্না—জীবদা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তি লৈতে। জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী তটস্থাশক্তিনী ; মরমদুনা জীবনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ শক্তিগী হায়বদি অন্তরঙ্গা-চিচ্ছক্তিগী মফমদা চঙগে হায়বস্মু য়াই নত্রগা বহিরঙ্গা মায়াশক্তিগী মফমদা চঙগে হায়বস্মু য়াই। স্বাংশ-চতুর্ব্ব্যূহনচিংববুদি বহিরঙ্গা মায়াশক্তিনা শোকপা ঙমদে ; স্বরূপশক্তিগী আশ্রয়দা লৈবা মুক্তজীব পুম্নমক অদুস্মু স্বরূপশক্তিনা লাকথুবা ঙমদে, ঙম্বদি লায়রদুনা মখোয়দুম স্বরূপশক্তিনা লাকথুরিবনী ; অদুগা স্বাংশ চতুর্ব্ব্যূহনচিংববুদি স্বরূপশক্তিনা হোইদুনা পুদে,—স্বরূপশক্তিচেনবা শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী হায়দুনা মখোয়স্মু স্বরূপশক্তিগী মবুংঙোনী—মখোয়দা লৈবা স্বরূপশক্তিগী শরুক-শরুক্তুগী মবুংঙো (নিয়ন্তা) ওইরিবনী। মতৌম্না শ্রীকৃষ্ণগী স্বাংশ-কৌবা অংশগা জীব-কৌবা অংশগা

অনীগী মরক্তা থোইদোকপা খেন্নবা ( বিভেদ ) অমা লৈ। খেন্নবসী লৈবা মরম্না জীব-কৌবা অংশবু শ্রীকৃষ্ণগী বিভিন্নাংশ ( মত্তামা ওইনা খেন্নরিবা অংশ ) হায়না-কৌরিবনে।

মূল ১০

সেই বিভিন্নাংশ জীব দুইত প্রকার—।
এক নিত্যমুক্ত, একের নিত্য সংসার ॥ ১০ ॥

শব্দার্থ

সেই—মহুৎ; বিভিন্নাংশ—মত্তামা ওইনা খেন্নরিবা অংশ; জীব—থবাই-পানবা পোৎ; দুই ত—অনী; প্রকার—মখল (লৈ); এক—অমনা; নিত্যমুক্ত—মতম পুম্বদা মায়াদগী মুক্ত-ওইবনী; একের—অমগী,না; নিত্য—মুক্তি ফংদ্রিবা ফাওবগী মতম পুম্বা; সংসার—শিবপোকপা অনায়েক্কচিংবগী হায়বদি মায়া-লাংদা থুবগী অব্বাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী বিভিন্নাংশ ওইবা জীবগী মখল অনীনী, মহুদি অমনা মতম পুম্নমক্কী ওইনা মায়ানা শোকপা ডম্দ্রবা ( নিত্যমুক্ত ) জীবনী; অদুগা অতোপ্পা অমনা মুক্তি ফংদ্রিবা ফাওবা মতম্পুম্বদা শিব-পোক্প-নচিংবা অব্বাবগী মহুম সংসার হায়বদুদা অকা-অপুন্না লৈ।

## নৈনরোল

নিত্যমুক্তগী নিত্যশব্দগী অর্থসী অতৎপা লৈতবা মতমপুম্বদা হায়বনী; অদুগা নিত্য সংসারগী নিত্য শব্দগী অর্থদি অতৎপা লৈতবা নতম পুম্বা হায়না লৌবা য়াদে, মরমদি জীবনা মায়ালাংদগী মুক্ত ওইরবা মতুংদগীদি মাগী সংসার হায়বদু লৈত্রে; মরমদুনা নিত্য সংসার-দা য়াওরিবা নিত্য-শব্দগী অর্থদি মায়ালাংদগী মুক্তি ফংদ্রিবা ফাওবগী মমাংগী মতম পুম্বদুনী হায়না লৌগদবনী।

## মূল ১১

নিত্যমুক্ত—নিত্য কৃষ্ণচরণে উন্মুখ।

কৃষ্ণপারিষদ নাম—ভুঞ্জে সেবাসুখ ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যমুক্ত—মতমপুম্বদা মায়ামুক্ত ওইবা জীব ; নিত্য—মতমপুম্বদা ; কৃষ্ণচরণে—শ্রীকৃষ্ণগী খোঙদা ; উন্মুখ—মায় ওন্সনবা (ওই) ; কৃষ্ণপারিষদ নাম—শ্রীকৃষ্ণগী পার্ষদ (লোয়নইন্-খম্‌য়িন্) কৌয়ি ; ভুঞ্জে—ফংঙী ; সেবা-সুখ—সেবা তৌবগী নুংঙাইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিত্যমুক্ত জীবদি মতমপুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ মায়কৈদা মায়-ওন্সন্দুনদা লৈ ; মাবু শ্রীকৃষ্ণগী পার্ষদ কৌয়ি অদুগা মহাক কৃষ্ণবু সেবা তৌবগী নুংঙাইবদু ফংজৈ।

## মূল ১২

নিত্যবদ্ধ—কৃষ্ণ হৈতে নিত্য বহির্মুখ।

নিত্যসংসারী ভুঞ্জে নরকাদি দুঃখ ॥ ১২ ॥

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিত্যবদ্ধ—মায়ামুক্ত ওইদ্রিবকা ওবা মতম পুম্বা মায়ালাংদা থুরিবা জীব; কৃষ্ণ হৈতে—শ্রীকৃষ্ণদগী ; নিত্য—মতম্ পুম্বা ; বহির্মুখ—মায় ওন্থোকপা (ওই) ; নিত্যসংসারী—মতমপুম্বা সংসারদা হায়বদি মায়ালাংদা থুরিবা জীবনা ; ভুঞ্জে—ফংঙী ; নরকাদি—নরক নচিংবা ; দুঃখ—অৱাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিত্যবদ্ধ হায়বদি নিত্যসংসারী অদুদি মতম পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণদগী মায় ওন্থোক্‌য়ি অমসুং নরক নচিংবা অৱাবা ফংঙী।

## মূল ১৩

সেই দোষে মায়াপিশাচী দণ্ড করে তারে ;

আধ্যাত্মিকাদি তাপত্রয়ে জারি তারে মারে ॥ ১৩ ॥

শব্দার্থ

সেই দোষে—দোষ অতুনা ( কৃষ্ণদা মায় ওন্সন্দবনা ) ; মায়াপিশাচী—মায়া কৌবী লাইফত্তবীনা ; দণ্ড—চৈরাক ; করে—তৌরি ; তারে—মাবু ( জীববু ) ; আধ্যাত্মিকাদি—আধ্যাত্মিক-নচিংবা (হায়বদি আধ্যাত্মিক, আধিদৈবিক, আধিভৌতিক) ; তাপ—মৈচাক ; ত্রয়ে—অহুম্না ; জারি—চাক্তুনা ; তারে—মাবু ; মারে—হাৎলী ( হায়বদি অৱাবা পীয়ে ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণদা মায়ওন্সন্দবা হায়বা ) দোষ অতুনা কলিজীববু মায়ানা লাইফত্তবীগুম্না চৈরাক্ পীরে । ( চৈরাক্ মপীদি ) আধ্যাত্মিকনচিংবা মৈচাক অহুম্না চাক্থেত্তুনা মডোন্দা ( জীবদা ) অৱাবা পীয়ে ।

## নৈনরোল

মায়া পিশাচী—মায়ার পিশাচী কৌবগী মরমদি অসিনী—কনাগুম্বা জীবদা পিশাচীনা তোংলবদি তুক্কচবা অচা অথক কয়া চারথক্র তৌরগা লুংঙাইজে, তুক্কচবা শাজৎ কয়া চৎলগা লুংঙাইজে ; মতুগুম্না মায়ালাংদা থুরবা জীবনা সংসারদা লুপ্তুনা হকচাঙগী অমসুং হক্চাঙগা মরীলৈনবা পোৎতাদা খন্দুনা ইন্দ্রিয়না পাগা পোংকী মহাপ্পদা য়াম্না লুংঙাইজে হায়না থল্লী । পিশাচনা তোংলবা জীবনা তুক্কচবা পোৎ থাদোক্লীঙদবগুম্ সংসার দা লুপ্লবা জীবশু প্রকৃতিদগী ফংবা পোৎ ভোগ তৌববু থাদোক্লীঙদে, সংসারবুসু থাদোক্লীঙদে । মায়ালাংদা থুরবা মীশী শাজংকা পিশাচীনা তোংলবা মীগী শাজংকা মান্নে হায়তুনা মায়ার পিশাচীনী হায়রিবনী । মঙ্গলগী মশক ওইবা ভগবান্‌গী শক্তি ওইবী মায়াদি তশেংবা হায়রগদি পিশাচীগুম্বা নত্তে । কৃষ্ণবহির্মুখ ওইবা জীবগী মঙ্গল ওইনবা হায়তুনা মায়ানা মহাকপু দণ্ড পীয়ে । দণ্ডদি আধ্যাত্মিক, আধিদৈবিক অমসুং আধিভৌতিক কৌবা সংসার-মৈচাক অহুমনতুনী ।

আধ্যাত্মিকাদি—আধ্যাত্মিক তাপতি হক্চাঙগী পুক্লীঙগী হায়তুনা মখল অনীনী । লোক-মুংশীৎ-পিক্তগী ফিভম কায়তুনা অনায়েক থোরক্পতু

হকৃচাডগী মৈচারী ; অতুগা অপাম্বা অশাওবা মিহৌবা—পঙথবা-নচিংবা মৈচারা পুক্রীঙগী মৈচারী। মীদগী শা-উচেক্কগী পিশাচ-নচিংবদগী অমদি লিম্নচিংবদগী পোকপা মৈচাকপুনা আধিভৌতিক তাপ কৌয়ি। ঈঙবা-শাবা-নোং-নুংশীং-নোংথাং-নচিংবদগী থোরক্পা মৈচাকপুনা আধিদৈবিক তাপ কৌয়ি।

মূল ১৫

কাম-ক্রোধের দাস হঞা তার লাথি খায়।
ভ্রমিতে ভ্রমিতে যদি সাধু বৈদ্য পায় ॥ ১৪ ॥
তার উপদেশ-মন্ত্রে পিশাচী পালায়।
কৃষ্ণভক্তি পায় তবে কৃষ্ণনিকট যায় ॥ ১৫ ॥

শব্দার্থ

কামক্রোধের—অপাম্বা অমদি অশাওবগী ; দাস—মনাই ; হঞা—ওইদুনা ; তার—মদুগী ( মখোয়দুগী ) ; লাথি—খোঙগাউ ; খায়—চায় ; ভ্রমিতে ভ্রমিতে—কোয়র-কোয়রগা হায়বদি মপোক মখল মখল পোক্লগা ; যদি—বদি ; সাধুবৈদ্য—সাধুগী মশক ওইবা মাইবা ; পায়—ফংঙী ; তার—মহাক্কী ( ওজা—মাইবদুগী ) ; উপদেশমন্ত্রে—পাউতাক্কী মশক ওইবা মন্ত্রনা ; পিশাচী—মায়াপিশাচীদু ; পালায়—চেন্নী ; কৃষ্ণভক্তি পায়—কৃষ্ণভক্তি ফংঙী ; কৃষ্ণনিকট—কৃষ্ণনাক্তা ; যায়—চৎলী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অপাম্বা অশাওবগী মনাই ওইদুনা জীবনা মখোয়গী খোঙগাও চায়। হনুজন্ হনুজন্ পোক্লগা করিগুম্বা মপোক অমদা সাধুগা থেংনরগদি মহাক্কা ওজা মাইবা ওইনা পাউতাক্কী মশক ওইবা মন্ত্র পীরগদি মদুনা মায়া-পিশাচীবু তাম্মোকপা ঙাগনী ; পিশাচীদুনা চেনখ্রবা মতমদা জীবনা কৃষ্ণভক্তি ফংগনী অমসুং কৃষ্ণ নাক্তা চৎকনী।

## নৈনরোল

**তার লাথি খায়**—অপাম্বা অশাউবগী হায়বদি ইন্দ্রিয়গী খোঙগাও চায়। অপাম্বগী মনাই ওইদুনা থবক কত্ত কত্তবা কয়া জীবনা তৌয়ি, মদুগী ফল ওইনা মহাক অৱাবা কয়া ফংঙী, শাস্তি ফংঙে।

**উপদেশ-মন্ত্রে**—পাউতাক্কী নশক ওইবা মন্ত্রনা। ওঝা-মাইবশিংনা মন্ত্র কায়গা ভূত-তোংবা মীদগী ভূত তান্থোকপগুম্না সাধুনসু সংসারদা লুপ্পা জীবদা তত্ত্ব-পাউতাক পীরগা জ.বগী সংসার পাম্বদু কোক্হল্লী। লাইরীক য়েংলগা তত্ত্ব-পাউতাক পীবনদি ফল ওইদে, মদুম্না পীবা পাউতাক্কি সাধু-নত্তবা অমনসু পীবা ঙম্মী; সাধুনা, মহৎ-ওইবা মীতনা পীবা পাউতাক্না সংসার মায়া কোক্পা ঙম্মী অমসুং কৃষ্ণভক্তি ফংদুনা কৃষ্ণনাক য়ৌবা ঙম্মী।

**কৃষ্ণভক্তি পায়**—মায়াদগী লান্থোক্নবা অমতা ভায়বা পাম্বেদি শ্রীকৃষ্ণদা চঙজবা হায়বসিংনী (মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে; গীতা ৭/১৪)। শ্রীকৃষ্ণদা চঙবা য়াননবগী মতীকচাবা ওইবদি সাধন-ভক্তি তৌরগদনী। মরমদুনা ভক্তিতনা উপায় ওইরগা মায়াদগী লান্থোক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংগনী, মরমদুনা ভক্তিতনী জীবগী তৌকম থোক্পা মথৌদি হায়বদি অভিধেয়দি।

### মূল ১৬

কামাদীনাং কতি ন কতিধা পালিতা দুর্নিদেশা-<br>স্তেষাং জাতা ময়ি ন করুণা ন ত্রপা নোপশান্তিঃ।<br>উৎসৃজ্যৈতানথ যদুপতে সাম্প্রতং লব্ধবুদ্ধি-<br>স্ত্বামায়াতঃ শরণমভয়ং মা নিযুঙ্ক্ষ্বাত্মদাস্যে ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

**কামাদীনাং**—অপাম্বমচিংবগী; **কতি**—মথল কয়া কয়া; **ন**—নত্তে; **কতিধা**—কয়ারক; **পালিতা**—ভাক্লবা; (ন পালিতা—ভাক্ত্রবা); **দুর্নির্দ্দেশাঃ**—ফত্তবা য়াথংশিং; **তেষাম্**—মখোয়গী; **জাতা**—পোকয়ি; **ময়ি**—

ঐঙোন্দা ; ন—নত্তে ; করুণা—দয়া ; ন—নত্তে ; ত্রপা—ইকাইবা ; ন—নত্তে ; উপশান্তিঃ—নাম্বোক্‌পা ; উৎসৃজ্য—থাদোকুনা ; এষাম্—মখোয়সিবু ( কাম-ক্রোধনচিংববু ) ; অথ—অদুগী তুংদা ; যদুপতে—হে যদুপতি ; সাম্প্রতং—হন্দক্তা ; লব্ধবুদ্ধিঃ—বুদ্ধি ফাজরে ; ত্বাম্—নঙোন্দা ; আয়াতঃ—ফংজরে ; শরণম্—চঙজবা ; অভয়ং—অকীবা-লৈতবা ; মাং—ঐহাকপু ; নিযুঙ্‌ক্ষ্—হাপ্পীয়ু ; আত্মদাস্যে—নহাক্কী ননাই ওইবদা হায়বদি ওইনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক কাম ( অপাম্বা )-নচিংবশিংগী ফত্তবা য়াথং কয়া কয়া মওং কয়া কয়াদা পাঙথোক্লুরে, অদুমত্তদা ঐবু মখোয়না চানবিদে । অদুগা, ঐবু চানবিবা ওমদবগী দমক মখোয় ইকাইগেস্সু হায়দে, মখোয়গী মনাই ওইবদু তোক্‌হনবিদে । হে যদু শ্যাগৈগী মবুংঙো ! নঙগী কৃপানা ঐ হৌজিক্তি জ্ঞান ফাজরে, ঐ মখোয়বু থাদোকচরগা নহাক্কী অকীবা-কোক্‌হনবা চরণ-খাদা চঙজরে, নঙনা ঐবু ননাই ওইনা থম্বিয়ু ।

# নৈনরোল

কামাদীনাং—কাম-নচি বগী । কাম—লম্নাই ইন্দ্রিয়বু পেলহন্নীঙবা ; ইচ্ছাগী হকচাঙগী অমত্তং হক্‌চাঙদা লৈবা ইন্দ্রিয়নচিংবগী নুংঙাইবা পাম্ববু কাম কৌয়ি । দেহবু আত্মানী হায়বা বুদ্ধিদগী লম্নাই নুংঙাইনীঙবা পোক্‌য়ি । মফমসিদা আদি—শব্দসিনা ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, মাৎসর্য্য নচিংববু খঙহল্লী । লম্নাইগী নুংঙাইনবা হোৎনবা কনাগুম্বনা থিংলবদি ক্রোধ (অশাউবা) পোক্‌য়ি । লম্নাইগী নুংঙাইবা থুংহনবা হোৎনরকপদা মতেঙ ওইগদবা পোৎপু ক্লাম্না হকচন্না পাম্নবা, অদুগুম্বা অপাম্ববু লোভ কৌয়ি । লোভ পোক্‌পসু কামদগীনী । লোভ ওৌরবা পোৎ অদু ফংনবা হোৎনবদা অফ-ফত্তগী জ্ঞান লৈতববু মোহ কৌয়ি । মোহদগী মদ (মন্নাই কাবা) ওইরকয়ি । অতোপ্পা কনাগুম্বনা করিগুম্বদা হেনখিববু থাওবা ওমদববু (কলক-খম্বনববু) মাৎসর্য্য কৌয়ি । মতৌ অসুম্না ক্রোধনচিংবশিংসী কাম-দগী পোক্লিবনী ।




নৈনখিবা শ্লোকসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মরুদি—ইন্দ্রিয়বু থেরা জীবনা ইন্দ্রিয় পেলুহন্নীডবহু কোক্পা ওন্দে ; শ্লেনবদি লায়রকুনা অহোয়নহুম অপাম্বহু হেঙ্গৎলক্‌য়ি। সাধুগী পাউতাকতা সাধুগী কপাদা শ্রীকৃষ্ণসেবা পামক্রবদি ইন্দ্রিয়বু পেলুহন্নীডবহু মাঙহনবা ওন্মা।

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌখোকপনী (৩/২/৬)। মমাঙগী মূল পয়ার ১৪/১৫-দা হায়খিবা ৱাফমগী প্রমাণী শ্লোকসী।

মূল ১৭

কৃষ্ণভক্তি হয় অভিধেয় প্রধান।

ভক্তিমুখনিরীক্ষক কর্ম্ম যোগ-জ্ঞান ॥ ১৭ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণভক্তি শ্রীকৃষ্ণ ফজনবা ভৌবা সাধন ভক্তি ; হয়—ওই ; অভিধেয় প্রধান অভিধেয় মকোক ; ভক্তিমুখ—ভক্তিগী মমায় ; নিরীক্ষক—য়েংলগা ভায়বা ; (ভক্তিমুখনিরীক্ষক—ভক্তিগী মায়কৈদা য়েংহুনা নৈরগা মতেঙ ভাইবা) ; কর্ম্ম যোগ জ্ঞান—কর্ম্মমার্গ, যোগমার্গ, জ্ঞানমার্গ অহুমসিনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণ ফজনবা সাধনভক্তিদি অভিধেয় (সাধন) মকোক্নী ; অদুগা কর্ম্মমার্গ, যোগমার্গ অমদি জ্ঞানমার্গ অহুমসিনী ভক্তিগী মায়কৈদা য়েংহুনা মতেঙ ভাইহনা নৈ।

নৈনখোল

নারদপঞ্চরাত্রদা মহাদেবনা ভগবতীগী মফমদা হায়খিবা নৈ মরুদি—"তুলাপুরুষদানাদ্যৈর্ন মেধাদিভির্মখৈঃ। বারাণসীপ্রয়াগাদিতীর্থস্নানাদিভিঃ প্রিয়ে ॥ গয়াশ্রাদ্ধাদিভিঃ পিতৃকার্যাদিপাঠাদিভিস্তপে। তপোভিরুগ্রৈর্নিয়মৈর্দয়াভূতদয়াদিভিঃ ॥ সততং প্রণয়েঃ শুশ্রূষণৈঃ স্বধর্মপ্রণয়াদিভিঃ। জ্ঞানধ্যানাদিভিঃ সম্যক্‌চরিতৈর্ব্রতৈরপিঃ। ন যাতি তৎপরং শ্রেয়ো বিষ্ণুং সর্ব্বেশ্বরেশ্বরম্। সর্ব্বভাবৈরনাশ্রিত্য পুরাণং পুরুষোত্তমম্ ॥ ঈশ্বর পুম্ননকী

মপু ওইবা লিরেল্লীবা পুরুষোত্তম বিষ্ণুদা মওং পুঙশু শুনা চঙজন্রবদি—তুলাপুরুষদান ( লশিংনা চাংতগ্রেগা ওনবা মীগী মরুমগা মান্নবা সনাদান তৌবনসু, অশ্বমেধনচিংবা যজ্ঞ তৌহনসু কাশীপ্রয়াগনচিংবা তীর্থদা স্নান তৌবনসু, গয়াদা শ্রাদ্ধ শোনবনসু, বেদপাঠ তৌবনসু, জপ-নচিংবা তৌহ-নসু, অকনবা তপ তৌবনসু, যম-নিয়মনচিংবনসু, জীববু দয়া তৌবনসু, গুরুসেবা তৌবনসু, সত্যধর্মনসু, বর্ণাশ্রম-ধর্ম ঙাক্না চৎপনসু, জ্ঞান-ধ্যান-নচিংবা মপোক কয়াক তৌবনসু পরমশ্রেয়ঃ ( মঙ্গল ) ফংবা য়াদে।

প্রমাণসিদগী খঙবা ওর্থী মসুদি—কৃষ্ণভক্তিগী মতেঙ নত্তবদি কর্ম-যোগ জ্ঞান-নচিংবনদি পরমশ্রেয়ঃ ফংবা য়াদে।

কর্ম-জ্ঞান যোগ-নচিংবনা মছা মচাগী ফল পীনমবগীদমক ভক্তিবু ঙাইবা তারবদি ভক্তি অতোমতনা মখল পুন্নমক্কী সাধক-তা সংধন-সাধনতুগী তুংইনবা ফল পীয়ে হায়বা ঙাই। সাধনগী মওং তোঙান্-তোঙানবা মরম্না ভক্তিসু তোঙান্-তোঙানবা ফল পী হায়না লৌবা তায়॥ ভক্তি অমখক্তনা মখল অমতগী ফল পীদ্রুনা তোঙান্-তোঙানবা মখলগী ফল পীরিবদি করিগীনো ?

পাউখুম—ভক্তিনা সাক্ষাৎ ওইনা ফল পীদে ; সাধনপ্রণালীহুবু মাগী মাগী ফল পীবা ওন্নবা মতীক চাহল্লী। যোগগী ফল-দি পরমাত্মাগা লোয়ননা উনবনী ( মিলন তৌশনী ) ; জ্ঞানগী ( খেন্নবা চৈতন্যবা ব্রহ্ম থিবগী ) ফলদি নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদা তিনবা ( সাযুজ্য ওইবা ) অদুগা কর্ম্মগী ফলদি মহৌশানা স্বর্গনচিংবা ভোগ তৌনঙাই লমদম ( লোক ) ফংবনী ; উত্তমা নির্ব্বাণমুক্তি ফংবসু কর্ম্মযোগগীনী।

## মূল ১৮

এই সব সাধনের অতি তুচ্ছ ফল।
কৃষ্ণভক্তিবিনে তাহা দিতে নারে বল ॥ ১৮ ॥

## শব্দার্থ

এই—অসী ; সব—পুম্নমক ; সাধনের—সাধনগী ; অতি—য়াম্না ;

তুচ্ছ—কান্নদবা ; ফল—মহৈ ; কৃষ্ণভক্তি—কৃষ্ণভক্তি ; বিনে—নত্তনা ; তাহা—মতুনা (জ্ঞান, যোগ, কর্ম্মনা), দিতে নারে—পীবা ঙম্‌দে ; বল—শক্তি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কর্ম্ম, যোগ, জ্ঞান হায়বা ) সাধনশিং পুম্নসিগী ফল য়াম্না হন্থবনী। সাধনশি তুনা কৃষ্ণভক্তিগী মতেং নত্তনদি ( সাধকশিংদা ফল কংনবা ) শক্তি পীবা ঙম্‌দে।

মূল ১৯

নৈষ্কর্ম্ম্যমপ্যচ্যুতভাববর্জ্জিতং
ন শোভতে জ্ঞানমলং নিরঞ্জনম্।
কুতঃ পুনঃ শশ্বদভদ্রমীশ্বরে
ন চার্পিতম্ কর্ম্ম যদপ্যকারণম্ ॥ ১৯ ॥

## শব্দার্থ

নৈষ্কর্ম্ম্যম্—মরন্নাই নুংঙাইবা থিদবা কর্ম্ম ; অপি—সু ; অচ্যুতভাব—অচ্যুতদা (সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহ শ্রীভগবান্দা) ; ভাব—(ভক্তি) ; বর্জ্জিতম্—য়াওদবা ; ন শোভতে—ফজদ্রে ; জ্ঞানম্—ব্রহ্মজ্ঞান ( জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়বা জ্ঞান ) ; অলং—মপুঙফানা ; নিরঞ্জনম্—মশক মচু নাইদবা ; কুতঃ—কদায়দগী ; পুনঃ—অমুক হন্না ; শশ্বৎ—মতম পুম্বদা ; অভদ্রম্—ফত্তবা, অন্নাবগী মশক-ওইবা ; ঈশ্বরে—ভগবান্দা ; ন চ অর্পিতম—কত্রবা ; কর্ম্ম—থবক ; যৎ—মতু ; অপি—সু ; অকারণম্—সাধক অতুগী লন্নাইগী ওইজবা থিদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরন্নাই ওইজবা থিদবা ব্রহ্ম জ্ঞানসু ভগবদ্‌ভক্তি য়াওদবা ওইরবদি মপুঙ ফানা ফজবা ওইদে ( হায়বদি মোক্ষ ফংবা য়াদে )। মরমতুনা সাধনগী মতমদসু মহৈ-চাবা মতমদসু অন্নাবা পীবা ওইজবা থিবা কর্ম্মসু ওইজবা-থিদবা কর্ম্মসু ভগবান্দা কত্রবদি ফজবা কর্ম্ম কদায়দা ওইগদগে ?

জ্ঞান, কর্ম্ম, যোগ, ধ্যান, তন্ত্রনচিংশবু চৎলিবা সাধকশিংনা শ্রীভগবান্দা ভক্তি লৈত্রগদি মখোয় মখোয়গী সাধনগী মহৈ চাবা ফংলোই হায়বসী নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রি।

মূল ২১

কেবল–জ্ঞান মুক্তি দিতে নারে ভক্তি বিনে।
কৃষ্ণোন্মুখে সেই মুক্তি হয় বিনা জ্ঞানে ॥ ২১ ॥

শব্দার্থ

কেবল-জ্ঞান--জ্ঞানমার্গগী সাধন অদুতনা ; মুক্তি—মায়ালাংদগী লাম্থোক্পা ( মুক্তি ) অমসুং ব্রহ্মসাযুজ্য ( ব্রহ্মদা চিন্‌বা ) হায়বা মুক্তি ; দিতে নারে—পীবা ঙম্‌দে ; ভক্তি বিনে--ভক্তি য়াওদ্রগদি ; কৃষ্ণোন্মুখে—শ্রীকৃষ্ণদা মায় ওন্‌সনবা হায়বদি শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈরবতদা ; সেই মুক্তি—মুক্তি অদু ; হয়—ওই ; বিনা জ্ঞানে—জ্ঞানমার্গদা চৎত্রগসু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তি য়াওদবা জ্ঞানমার্গতনা মুক্তি (অয়ান্–খুদম) পীবা ঙম্‌দে। জ্ঞান-মার্গ য়াওদ্রবসু কৃষ্ণ-ভক্তিনা মুক্তিদু ওই।

নৈনরোল

কৃষ্ণোন্মুখে সেই মুক্তি হয় বিনা জ্ঞানে—শ্রীকৃষ্ণদা মায় ওন্‌সনব-শিংনা হায়রিবা মুক্তি অদু জ্ঞানমার্গগী মতেঙ য়াওদ্রবসু অদুম ফংবা য়াই। মসিনা তাক্‌পদি ভক্তি-দি কনাগীসু মতেঙ ডাইদে হায়বা তাক্‌পনী। মসীদা হায়রিবা মুক্তি-শব্দনা খঙহন্‌বদি মায়া লাংদগী নাম্থোক্‌পবুনী। অদু ওইরবদি "সেই মুক্তি—মুক্তি অদু" হায়রিবা করিগীনো ? সেই মুক্তির (মুক্তি অদুগী) সেই-শব্দ ( অদু হায়বা য়াহৈ ) অসীনা পয়ারগী অহান্‌বা তংখাইদা পল্লিবা ব্রহ্মসাযুজ্য পাম্বশিংগীনা ব্রহ্মসাযুজ্য পায়্‌বদি মায়ালাংদগী নাম্থোক্পা পাম্বনী। মখোয়না থন্‌বদি ব্রহ্মসাযুজ্য ফংলবদি মায়ালাংদগী নাম্থোক্পা য়াগনী, পাম্বে অতৈনদি ফংবা য়ারোই হায়বসিনী। নত্রগা, মায়ালাংদগী

লাম্বোক্লবদি ব্রহ্মসাযুজ্যতু সাধক-না ফংলে হায়বসিনী মখোয়গী মত ; অতুনা মখোয়গী মত মতূংইন্না মায়ালাংদগী নাম্বোক্‌পা হায়বা মুক্তিগা ব্রহ্মসাযুজ্য ফংবগা অনীসী অমানী । ভক্তিমার্গদা শ্রীকৃষ্ণ-লাৎপা ভক্তশিংনা সাযুজ্য-মুক্তি পাম্‌দে, মায়া-লাংদগী মুক্তিসু পাম্‌দে ; মখোয়না পাম্বদি শ্রীকৃষ্ণ-সেবাতনী ; মায়ালাংদগী মুক্তি ফংবা পাম্লবসু মুক্তিতুদি কৃষ্ণসেবা ফংবগী তুংইন্‌বা ফল ওইনা মছা মথন্তা অতুম্ লাক্‌চবনী । থৌজান্ হৈবদা খম্‌-থেংলবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ভক্তদা সাযুজ্যমুক্তি পীদে ; মরমদি মতুনা জীবনা সেবাগী সেবক-ওইবগী ভাব অতু মাওংহল্লী ।

নামকীর্ত্তনসে ভক্তি-অঙ্গশিংগী মনূঙদা পুঙচৈন্‌হৈন্‌বা অঙনী । সাযুজ্য-মুক্তি পাম্লগদি জ্ঞানমার্গগী সাধন তৌদ্রবসু নামকীর্ত্তন তৌবতনা সাধন-তুনা সাযুজ্যমুক্তিতু ফংবা ঙম্মী হায়বসীগী প্রমাণ বরাহপুরাণ-দা ফংই । "নারা-য়ণাচ্যুতানন্তবাসুদেবতি যো নরঃ । সততং কীর্ত্তয়েদ্ ভূমি যাতি মল্লয়তাং স হি ॥ —মতম পুম্বদা কনাগুম্বনা নারায়ণ, অচ্যুত, অনন্ত, বাসুদেব-নচিংবা নাম্ শোল্লবদি, ভগবান্না হায়রি, মহাক্তমা 'ঐঙোন্দা লয় ফংই'—হায়বদি সাযুজ্যমুক্তি ফংই" ; মসিগী মরমদি, নাম কীর্ত্তন ( হায়বদি ভক্তি অঙ্গদা ) তৌরবদি চিত্তদা শুদ্ধসত্ত্ব পোক্লক্‌নি ; শুদ্ধসত্ত্ব হায়বসিনা সাধক অতুগী অনীডবা থুংহন্‌বা ঙম্মী ।

ভক্তিদি মনীডতম্বদা খম্-থেংবীনী অমসুং খম্‌-থেংনা চরুওই ওইবী অচিন্ত্য শক্তি-লৈবিনী হায়রুনা মা মথন্তনা সাধন মথল খুদিংমকী ফল অতু পীবা ঙম্মী । "ভক্তিরেব ভূয়সী । শ্রুতি ।"

জ্ঞান-যোগ-নচিংবদগী ভক্তিনা পুঙচৈন্-হৈল্লী অতুগা হৈন্‌বা মরম্না অভিধেয় পুম্নমক্কী মনূঙদসু ভক্তিনা পুঙচৈন-হৈল্লী হায়রকী মূল পয়ার ১৭—১৮ অমসুং ২১—দ তাক্লি ।

মূল পয়ার ২১—গী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্লোক অনীখক লৌখৎলি ।

মূল ২২

শ্রেয়ঃ স্রুতিং ভক্তিমুদস্য তে বিভো
ক্লিশ্যন্তি যে কেবলবোধলব্ধয়ে।
তেষামসৌ ক্লেশল এব শিষ্যতে
নান্যদ্‌যথা স্থূলতুষাবঘাতিনাম্‌॥ ২২॥

## শব্দার্থ

শ্রেয়ঃস্রুতিং—মঙ্গল ফংনবগী পান্থৈগীদমক ওইবা ; ভক্তিম্‌—ভক্তিবু ; উদস্য—থাদোক্তুনা ; তে—নঙগী ; বিভো—পুম্নমক ছন্না লৈরিবা হে প্রভু ; ক্লিশ্যন্তি—অৱাবা লঙজরি ; যে—মখোয়হুনা ; কেবল—দমক্তা ; বোধলব্ধয়ে—খঙননবগী ; তেষাম্‌—মখোয়গী ; অসৌ—মহু ; ক্লেশলঃ এব—অৱাব-হুতা ; শিষ্যতে—লেন্‌হৌয়ি ; ন অন্যৎ—অতোপ্পা অমা লৈতে ; যথা—গুম্না ; স্থূলতুষা—অপোৱা ৱাই ; অবঘাতিনাম্‌—শুবশিংগী ; ( স্থূলতুষাবঘাতিনাম্‌—চেঙ য়াওদবা ৱাই শুবশিংগী )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়খি—হে বিভু ! মঙ্গলগী থোরক্ফম ওইবা নঙোন্দা তৌগদবা ভক্তি হোক্থোক্তুনা জ্ঞানদমক ফংগে হায়না অৱাবা লঙজরিবা মখোয়গীদি চেঙ য়াওদবা অপোৱা ৱাই শুবা মীগী মতৌগুম্না নোঙ্গগী অৱাবা নত্তনা করিমত্তা লেম্‌হৌদে।

## নৈনরোল

নৈনরিবা শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌথোক্পনী ( ১০/১৪/৪ )।

স্থূলতুষাবঘাতিনাম্‌ যথা—অপোৱা ( মনুঙদা চেঙ-য়াওদবা ) ৱাই ৱানা শুরগা করিমত্তা ফংদবা মীশিংগী মতৌগুম্বনী। চেঙ-য়াওদ্রবা ৱাইদা—চেঙ থোরক্হন্নবগীদমক্তা—শুক্লা সুমীৎ চুপ্পা শুরগা চেঙ মরু অমফাওবা থোরক্হন্‌বা ঙমদবা—ৱাবদমক ৱাবা মীতাশিংগুম্না, ভক্তি য়াওদবা জ্ঞানগী-দমক ৱানা সাধন-তৌবা সাধকশিংদি মখোয়না তাল্লিবা মুক্তিহু ফংদবতা

নত্তনা য়াতুনত্তা তোকৃয়ি। মরমদি ভক্তিগী কৃপা য়াওপ্রবদি জ্ঞানমার্গদা তৌবা সাধনগী ফল ওইরিবা মুক্তি ফাওবা ঙম্বা য়াদে।

মূল ২৩

দৈবী হ্যেষা গুণময়ী মম মায়া দুরত্যয়া।

মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে ॥ ২৩ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ২/২০/১১৯ মূল অদুদা য়েংবিয়ু।

## নৈনরোল

ভগবান্দা চঙজরপদি হায়বদি শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি তৌরগদি শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা—জ্ঞানমার্গগী সাধন তৌদ্রগনু - জীবনা মায়ালাংদগী নাম্থোকপা ঙম্মী হায়বত্তু শ্লোকসিদা হায়রি। অদুং, শ্লোকসী মূল ২১-গী অকোনবা ওংখাইদা হায়রিবদুগী প্রমাণনী।

মূল ২৪

কৃষ্ণনিত্যদাস জীব তাহা ভুলি গেল।

সেই দোষে মায়া তার গলায় বান্ধিল ॥ ২৪ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণনিত্যদাস জীব—জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী মতম্ পুম্বগী ওইবা মনাইনী; তাহা—মদু; ভুলি গেল—কাউবোক্লে; সেই দোষে—দোষ অদুনা; মায়া—মায়ানা; তার—মাগী (জীবগী); গলায়—মংগা; বান্ধিল—পুল্লিবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যদাস নী হায়বদু জীবনা কাউথোকৃয়ি; মরাল অদুগী ফল ওইনা মায়ানা মগাকপু মংগা পোরীনা পুল্লী।

## নৈনরোল

মায়াগী শক্তি অনী লৈ মহুদি—(১) আবরণাত্মিকা শক্তি (কুপ্ শুনবা শক্তি); (২) বিক্ষেপাত্মিকা শক্তি (সংশয়বা, থৌজন্নবা শক্তি)। মাগী

আবরণাত্মিকা শক্তি শীজন্নহুনা মায়ানা জীবগী স্বরূপকী ওইবা স্মৃতিবু ( নীঙ-শীঙববু ) কুপ্পুনা থম্মী অহুগা বিক্ষেপাত্মিকা শক্তি শীজন্নহুনা জীববু মায়িক-সংসারদা শুম্হৎতুনা থম্মী ; মায়াগী শক্তি অনীসিনা কল্লবা থৌরীগুম্না কৃষ্ণ-কাউবা জীববু মঙক পুন্নগা থম্মী ; পুল্লিবসিদগী নাম্থোকপা য়াম্না রাই, কৃষ্ণ-ভক্তিনা মাবু নাম্থোক্হন্‌গনী । অদুনা কৃষ্ণগী মনাই জীবগী স্বরূপকী ওইবা অভিধেয়দি ভক্তিনী ।

মূল ২৫

তাতে কৃষ্ণ ভজে, করে গুরুর সেবন ।

মায়াজাল ছুটে, পায় কৃষ্ণের চরণ ॥ ২৫ ॥

শব্দার্থ

তাতে—মরমদুনা ; কৃষ্ণ ভজে—কৃষ্ণবু ভজন (সেবা) তৌয়ি ; করে—তৌয়ি ; গুরুর—গুরুগী ; সেবন—সেবা ; মায়াজাল—মায়া লাং ; ছুটে—চেল্লী ; পায়—ফংঙী ; কৃষ্ণের চরণ—শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা জীবনা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌয়ি অদুগা গুরুবুস্থ সেবা তৌয়ি । অদুনা মায়ালাংদু থুনা মাঙঙী ; জীবনা কৃষ্ণগী চরণ ফংজে ।

## নৈনরোল

করি উপায়না জীবনা মায়াজাল-দগী লাম্থোক্পা ওম্‌গদগে হায়বদু মূল পয়ারসিদা হায়রি ।

**গুরুর সেবন**—গুরুসেবাদি সাধন-ভক্তিগী মনুঙচন্‌বনী । অসিদা তোঙান্না পন্‌বগী মরম করিনো হায়বদো অসিনী মদুদি—কৃষ্ণভজনগী থোরক-ফম্‌দি গুরুকৃপানী ; গুরুবু সেবা তৌরগা গুরুকৃপা ফংনবা হোৎনগদবনী হায়বগী উৎকে হায়বগীদমক গুরুসেবাগী রাগী তোঙান্না পল্লিবনী । পয়ার-সিদসু ভক্তিনা অভিধেয়নী হায়বদু উৎলিবনী ।

মীওইবশী হকচাঙসী ভজন তৌনবগী মূল-নী হায়বদি মীওইবগী নত্তবা অতৈ হকচাঙদা জীবনা ভজন তৌবা ঙম্‌দে। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—মানা ফংবা মীওইবগী হকচাঙসী সংসার-ঈপাক লান্নবগী অচেৎপা হিরেনগা পাংথরী। গুরুদেববু হিরেন-সিগী হিনাও-শাবা ওইহল্লগা সংসার-ঈপাক্তা তাওরবদি শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা-নুংশীৎনা হুম্লগা ঈপাক-মাংমা হায়বদি চিন্ময় রাজ্যদা য়োৌবা ঙম্‌গদৌরিবনী। মীওইপোক ফংবশী তাশ্লা লৈরবফাওবদা সংসার-ঈপাকসী লানবা ঙম্‌দ্রবা মীহুদি 'আত্মঘাতী' ( মহাবু মহানা হাৎচরবা মী ) হায়রবনী। "নৃদেহমাদ্যংসুলভং সুদুর্লভং প্লবং সুকল্পং গুরুকর্ণধারম্। ময়ানুকূলেন নভস্বতেরিতং পুমান্ ভবাব্ধিং ন তরেৎ স আত্মহা॥ শ্রীভাগবতম্ ১১/২০/১৭॥" ভগবান্না হায়রিবা য়াকমসিদগী খঙবা ঙম্বদি—শ্রীগুরুদেবদা চঙজরগদদা সংসার-ঈপাক লান্নবগীদমক ভগবানগী কৃপা ফংবা ঙম্মী।

পয়ারসিদা হায়রি—শ্রীগুরুদেবগী সেবা তৌরগদি "মায়াজাল ছুটে (মায়ালাং চেল্লী)" অদুগা "কৃষ্ণের চরণ পায় (কৃষ্ণগী খোঙ ফংঈ)" হায়রি। শ্রীকৃষ্ণচরণ ফংলগদি মতুগা লোয়নননা মায়া-লা সু চেল্লী—হায়বদি জীবনা মায়ালাংদগী নাহোক্লি।

মায়ালাংদা থুরবা জীবশী মফমদা মায়াদগী নাহোক্পা হায়বসী মাগী মঙ্গল অমনী ; অদুবু মসী পরম (আচৌবী) মঙ্গল নাত্তে, শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংবতনা পরম মঙ্গল হায়বনী হায়বসে অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংলবদি মায়ানা পুন্‌বা অমস্তুং মৈচাক অহুম্না চাক্পা হায়বদু তুংইন্‌বা ফল ওইনা কোক্লি হায়বসী নৈনরিবা পয়ারসিদা প্রভুনা তাক্লি। জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যদাস ওইবনা মহাক্কী স্বরূপকী তুংইন্‌বা মথৌদি শ্রীকৃষ্ণসেবানী ; অনাদিকালদগী হৌনা শ্রীকৃষ্ণবহির্মুখ ওইরকপা মরম্না জীবনা শ্রীকৃষ্ণসেবাগী ফংলত্তবনা মাগী অয়া-অনা অমঙ্গল থিবিক্ থোক্লিবনী। শ্রীকৃষ্ণচরণ ফংলগা শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌরবদি জীবনা মপুং ফাবা মহিমাদা লৈবা ঙম্‌গদবনী—মসিনী মহাক্কী পরমমঙ্গল হায়বদো।

## মূল ২৬

চারিবর্ণাশ্রমী যদি কৃষ্ণ নাহি ভজে।
স্বকর্ম করিতে সেই রৌরবে পড়ি মজে ॥ ২৬ ॥

## শব্দার্থ

চারিবর্ণাশ্রমী—বর্ণমরিগী অমসুং আশ্রম মরিগী মীনা ; যদি—বদি ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণবু ; নাহি ভজে—ভজন (সেবা) তৌদে ; স্বকর্ম—মছা মছাগী মথৌ ; করিতে—তৌনা তৌনা ; সেই—মহাকৃমক্ ; রৌরবে—রৌরব কৌবা নরক অদুদা ; পড়ি—তাদুনা ; মজে—মাওডী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বর্ণ মরিগী অমসুং আশ্রম মরিগী মীনা কৃষ্ণ ভজন তৌদ্রবদি মছা মছাগী বর্ণ অমসুং আশ্রমগী মথৌ তৌনা তৌনা রৌরব কৌবা নরক অদুদা তাদুনা মাওজে।

## নৈনরোল

চারিবর্ণাশ্রমী—ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র বর্ণ মরিনী অদুগা ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ অমসুং ভিক্ষু অসিনা আশ্রম মরিনী। বর্ণ মরিসিদা অদুগা আশ্রম মরিসিদা লৈবা মীশিংবু চারিবর্ণাশ্রমী কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌদ্রগদি জীবনা মছা মছাগী বর্ণ অমদি আশ্রমগী থবক্ পাওথোক্তুনসু মায়ালাংদগী নাম্ভোক্পা ঙম্দে।

স্বকর্ম—বর্ণগী অমদি আশ্রমগী হৌনবী কর্ম হায়বদি ধর্ম ( মথৌ )। যজন, যাজন, অধ্যয়ন (লাইরীক তম্বা), অধ্যাপন (লাইরীক তাক্পী তম্বীবা), দান অমসুং প্রতিগ্রহ ( হৌনবী মতুংইন্না পীরক্পা পোৎ লৌবা )—তরুকসী ব্রাহ্মণগী কর্মনী হায়বদি মথৌনী ( ধর্মনী )। দান, অধ্যয়ন, যজ্ঞ, দণ্ড (লৈপাক-রায়েল), অমসুং লান্—মওাসী ক্ষত্রিয়গী ধর্মনী। দান, অধ্যয়ন, যজ্ঞ অমসুং কৃষি ( লৌউ-শীংউবা ) অসিনা বৈশ্যগী ধর্মনী। হায়রিবা বর্ণ অহুম-সিগী সেবা তৌবনা শূদ্রগী ধর্মনী। ব্রহ্মচর্য্য চৎতুনা গুরুগী য়ুম্দা লৈরগা গুরুগী সেবা তৌদুনা লাইরীক তম্বা (অধ্যয়ন)—অসিনা-ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমগী

ধর্ম্মনী ( মথৌনী )। লাইরীক তম্বা লোইরগা গুরুগী য়াথং লৌরগা হৌনবী মতুং ইন্না লুহোঙলগা য়ুম্পান্বা, মচা পোক্পা, ধর্ম্ম কায়দবা মওংদা লন্-তান্বা, যজ্ঞনচিংবা তৌবা, অতিথিসেবা—অসী গৃহস্থগী ( য়ুম্বান্বা মীগী ) ধর্ম্মনী ( মথৌনা )। গৃহস্থাশ্রমগী মতুংদা মথন্তুরা নত্রগা মুপীগা লোয়নরবা উমংদা ( বন মনুংদা ) চঙলগা উহৈ-য়াহৈ চাদুনা, শম্-কোই খাতুনা অতুগা শউন অমদি কুশ-নচিংবা শেৎতুনা পুগী লেন্গদবনী, লৈপাক্তা হিপ্নদবনী, সন্ধ্যা অহুম স্নান তৌগদবনী, হোম অমদি দেবতাপূজানচিংবা তৌগদবনী, ভিক্ষা নিরুক্লগা অতিথি সেবা তৌগদবনী, অয়িঙ-অশা খাঙগদবনী ; ময়াম-সিনা বানপ্রস্থ আশ্রমগী ধর্ম্মনী। ধর্ম্ম-অর্থ-কামগী থবক তৌবা তোক্পা, মরূপমপাংনচিংবদা চপ্মায়না চৎপা, জীব পুম্নমক্কা মরূপ শামিন্নবা, পূরীচ-হুক্চাঙ-য়াহৈ য়াংদনা থগাইপান্বা অমগী মহাম তৌদবা, অগ্নিহোত্রনচিংবা তৌবা, ভিক্ষাদগী কংলক্পা হবিংনচিংবা চাদুনা হিংবা—ময়ামগী ভিক্ষু-আশ্রমগী ধর্ম্মনী।

রৌরব—নরক মখল অমনী। মায়াগী মগা পোন্দুনা থবক ফত্রবা তৌবগী ফল ওইনা রৌরব নরক অদো তাগদৌবনী। কৃষ্ণভজনদি তৌত্রগা বর্ণাশ্রমগী ধর্ম্ম তৌরবসু জীবনা মায়াদগী লাংথোক্পা ঙমদে হায়নসী "রৌরবে পড়ি মজে" হায়বা অসিনা তাক্লি।

স্বধর্ম্ম তৌবগী ফল ওইনা স্বর্গনচিংবা ভোগ তৌফম অদু ফংবা য়াই, অদুবু পুণ্য কর্ম্মগী ফল চাবা লোইরগা অমুক মর্ত্তলোকসিদা হল্লক্লি। "ক্ষীণে পুণ্যে মর্ত্ত্যলোকং বিশন্তি ॥ গীতা ॥" অদুদগী কর্ম্মফল মতুং ইন্না নরক তাবা তাবনী। স্বধর্ম্মগী মতুং চন্বা যজ্ঞনচিংবা তৌরগা টাইবঙ-ঈপাক লান্বা য়ারোই।

কৃষ্ণভজন নত্রনা মায়াদগী লাংথোকপা য়ারোই হায়নসী মূল ২১-গী টীকাদা হায়খ্রে। মথাদা লাক্লিবা শ্লোকসিদসু অদুমক হায়রি। শ্রীকৃষ্ণদগী জীব পুম্নমক থোরকপনী ; শ্রীকৃষ্ণনা লোইনমক্কী নিয়ন্তানী অদুগা মক্কা

পীনবীবনী ; মহাকপু ভজন তৌবদি জীব পূম্নমক্কী নপোনী ; অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌনীঙদ্রবা জীবদি তৌবিমল থঙদবা অমনী হায়বা য়াই। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌদবদি মহাক্পু থোশাদবা হায়বতু নত্তনা অতৈ করিসু নত্তে। থোশাদবসিগী ফল ওইনা জীবনা রৌরব-নচিংবা নরক তাবা শাই। মপাবু সেবা তৌদবা মচাদি মপাগী য়েক্লবনী, মরমসিনা মহাক হায়রক্তাইনী। নৈনরিবা পয়ারসিদসু ভক্তিনা অভিধেয় হায়বতু উৎলি।

## মূল ২৭-২৮

মুখবাহূরুপাদেভ্যঃ পুরুষস্যাশ্রমৈঃ সহ।
চত্বারো জজ্ঞিরে বর্ণা গুণৈর্বিপ্রাদয়ঃ পৃথক্ ॥ ২৭ ॥
এষাং পুরুষং সাক্ষাদাত্মপ্রভবমীশ্বরম্।
ন ভজন্ত্যবজানন্তি স্থানাদ্ ভ্রষ্টাঃ পতন্ত্যধঃ ॥ ২৮ ॥

## শব্দার্থ

মুখবাহূরুপাদেভ্যঃ—মথং মনাও নাইনা চীন, পাম্বোম, কৈগল, খোঙদগী ; পুরুষস্য—ভগবানগী ; আশ্রমৈঃ—(ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ, ভিক্ষু) আশ্রম মরিসিগা ; সহ—লোয়নননা ; চত্বারঃ—মরিনা ; জজ্ঞিরে—পোকপনী ; বর্ণাঃ—বর্ণশিং ; গুণৈঃ—গুণগী মতুংইন্না ; বিপ্রাদয়ঃ—ব্রাহ্মণচিংবা ( ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র অসী ) ; পৃথক্—তোঙানবা ; যঃ—কনাগুম্বা মহাক্না ; এষাং—মখোয়গী মনুঙদা ; পুরুষং—ভগবানবু ; সাক্ষাৎ—চংচংবা ; আত্মপ্রভবম্—মাগী অপোক্পা ; ঈশ্বরম্—ঈশ্বরবু ; ন ভজন্তি—ভজন তৌদে ; অবজানন্তি—থোশাদে ; স্থানাৎ—মফমদগী ; ভ্রষ্টাঃ—কেল্লবা ; পতন্তি—তাই ; অধঃ—মখাদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরুষগী (ভগবানগী) চীন, পাম্বোম, কৈগল অমসুং খোঙদগী সত্ত্বনচিংবা গুণগী অখোই-অহেনগী ওইনা তোঙান-তোঙানবা বর্ণ মরি আশ্রম মরিগা লোয়নননা থোরক্পনী। জাতি মরিহুগী অমদি আশ্রমী মরিহুগী মনুঙদা কনাগুম্বা অমনা ( থঙদবদগী ) মহামক্কী অপোক্পা ঈশ্বর পরম পুরুষবু ভজন

তৌঙ্গনাদি হায়বদি শৌশ্রদ্রবদি মহাক কর্ম্মদগী কংবা অধিকারদগী কেনগনী অমসুং লৈখা তাগনী।

নেনরোল

শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্দগী বর্ণ অমসুং আশ্রম থোক্পগী মা হায়রি। পুরুষগী চীন্দগী ব্রাহ্মণ, পাম্বোম্দগী ক্ষত্রিয়, ফৈগন্দগী বৈশ্য অদুগা খোঙদগী শূদ্র থোরকপনী হায়রি, অদুগা জঘন (মুপীগী খাঙ মথাক্দা লৈবা পুকী শরক, মুপী-নীপা অনীমক্কী নীঙ) অদুদগী গার্হস্থ্য-আশ্রম, হৃদয়দগী ব্রহ্মচর্য্য, থবাক্কগী বানপ্রস্থ থোরকপনী অদুগা সন্ন্যাস আশ্রম-না মহাকী কোক্তা লৈ। চাউরাকপা মা হায়ববু অসিনী, বর্ণমখিগী মনুঙদা ব্রাহ্মণা গুণ কর্ম্মদা ইথোই-থোই হায়দুনা দেহগী ইথোই-থোইবা কায়াং চীন্দগী ব্রাহ্মণ থোরকপনী হায়রিবনী, ক্ষত্রিয়গী লালগী থবক্তো পাম্বোমগী থবক্কী হায়দুনা ক্ষত্রিয়দি পাম্বোমদগী থোরকপনী হায়বনী, বৈশ্যদি লল্লোন্ ইতিক্কী অমসুং লৌউ-শীঙ্ঙবগীদমক মকম অমদা অনদা চংথোক্-চংশিন্ তৌফি অমসুং চংথোক-চংশিন্ তৌবগী থবক্তি ফৈগনগী থবক্কী হায়দুনা বৈশ্যবু ফৈগন্দগী থোরকপনী হায়রিবনী, অদুগা খোঙ-না হক্চাঙগী খ্বায়দগী তোন্বা শরক্কী হায়দুনা অতোন্বা শূদ্রবু খোঙদগী থোরকপনী হায়রিবনী। ঋগ্বেদদগীসু খঙবা ঙম্মী মদুদি—পুরুষগী চীন্গা মান্নবনা ব্রাহ্মণী, পাম্বোমগা মান্নবনা ক্ষত্রিয়নী, ফৈগল মান্নবনা বৈশ্য অদুগা খোঙমান্নবনা শূদ্রনী হায়রিবনী। অশেংবমক্তি গুণকর্ম্মগী (মীওইদনা চেল্লিবা গুণ অমসুং মগুণগী মতুঙ ইন্না তৌবা থবক্কী) মতুঙ ইন্না বর্ণ মরি থায়খিবনী; সত্ত্বগুণনা পন্না মীশিংবু ব্রাহ্মণ, সত্ত্ব-রজঃ গুণনা পন্না মীতাশিংবু ক্ষত্রিয়, রজস্তমঃ গুণনা পন্না মীতাশিংবু বৈশ্য অমসুং তমঃগুণ পন্না চেন্বা মীতাশিংবু শূদ্র হায়না কৌখিবনী। মনাইঙদদি পোক্পনা মরম ওইরগা বর্ণ খায়রমদে, গুণকর্ম্মগী মতুঙ ইন্না খায়রম্মী। গুণ-কর্ম্ম মতুঙ ইন্না বর্ণ থায়বগী হাক্নসী শ্রীমদ্ভাগবতমগী ৭-শুবা স্কন্ধগী, তরা-মাথোয়শুবা অধ্যায়দগীসু খঙবা ঙম্মী। ব্রাহ্মণগী মচা অমনা ব্রাহ্মণা চেন্ফম্ থোক্পা গুণ চেন্দ্রগদি শূদ্র-লক্তা চন্বা, অদুগা শূদ্রনা ইমুঙদা পোক্পা

মীনা ব্রাহ্মণা চেন্‌ফম্ থোক্‌পা গুণ চেল্লগদি ব্রাহ্মণ হাক্তা চন্‌বা—অদুগী মতম অমসু নৈরম্মী। মপা অনতগী মচানুপা মরিনা বর্ণ তোঙান্-তোঙান্‌বদা চন্‌খিবগী হায়ে শাস্ত্রদা থেংনৈ।

ব্রহ্মচর্যানচিংবা আশ্রম থায়খিবসু গুণকর্মগী মতুঙ ইন্না থায়খিবনী ; গুণকর্মগী মতুঙ ইন্না আশ্রমশিংগী অথোই-অহেন্‌গী হায় য়েংলগা পুরুষগী অঙ্গ মথল মথাদগী আশ্রমশিং থোরক্‌পনী হায়না কুহনা তৌখিবনী। মত্রগা পুরুষগী অঙ্গশিংগা আশ্রমশিংগা চাংদম্নখিবা হায়দনী।

শ্লোক অনীসী মূল ২৬-পয়ারগী প্রমাণনী।

## মূল ২৯

জ্ঞানী জীবন্মুক্তি-দশা পাইনু করি মানে।

বস্তুত বুদ্ধি শুদ্ধ নহে কৃষ্ণভক্তি বিনে ॥ ২৯ ॥

## শব্দার্থ

জ্ঞানী—জ্ঞানমার্গগী সাধক ; জীবন্মুক্তি দশা—হিংলিঙৈদা অরান্-খুভমগী ফীভম ; পাইনু—ফংলে ( ঐদি ) ; করি মানে—হায়না লৌয়ি। বস্তুত—অশেইবদি ; বুদ্ধি—মাগী বুদ্ধিহু ; শুদ্ধ—অশেঙবা ; নহে—নত্তে ; কৃষ্ণভক্তি বিনে—কৃষ্ণভক্তি য়াওদনদি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জ্ঞানীদি (হায়বদি জ্ঞান মার্গগী সাধক-শিং) হিংলিঙৈদা মুক্তিগী ফীভম ফংলে হায়না লৌজৈ। অশেংবদি মহাক্কী বুদ্ধিদি কৃষ্ণ-ভক্তি য়াওদবনা শুদ্ধ ( কাম-ক্রোধনচিংবনা য়াওদ্রবা ) ওইদে।

## নৈনরোল

জীবন্মুক্ত—ব্রহ্মগা থেংনরবা মতুঙদা জীবগী অজ্ঞান (খঙদবা) অমসুং খঙদবগী তৌবা থবক পুম্নমক মাঙভী, মতমছুদা মহাকপু মায়ালাংনা পুন্‌দ্রে, অহুনা মহাক ব্রহ্মনিষ্ঠ (ব্রহ্মদা লৈবা) হায়বহু ওইরে। অবস্থা অসিদা

মহাক জীবন্মুক্ত ( হিংলিঙৈদা মুক্ত ওইবা হায়বত্থু ) ওইরে হায়না খল্লে ; অশেংবমি ওইরমনী ।

পয়ারসিদসু ভক্তিনা অভিধেয়নী হায়বন্থ তাক্লি । পয়ারশিদা হায়রিবা বাক্কী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক-অনীথক হাপ্লি ।

মূল ৩০

যেঽন্যেঽরবিন্দাক্ষ বিমুক্তমানিন—
স্ত্বয্যস্তভাবাদবিশুদ্ধবুদ্ধয়ঃ ।
আরুহ্য কৃচ্ছ্রেণ পরং পদং ততঃ
পতন্ত্যধো নাদৃতযুষ্মদঙ্ঘ্রয়ঃ ॥ ৩০ ॥

শব্দার্থ

যে—মখোয় ; অন্যে—অতোপ্পশিংনা ; অরবিন্দাক্ষ—মীত্তা-থম্বাল-পান্‌বা ; বিমুক্তমানিনঃ—মছানা মছাবু মুক্ত ওইরে হায়না খল্লিবা মীত্তা ; ত্বয়ি—নঙোন্দা ; অস্তভাবাৎ—ভক্তি লৈতবা মরম্না ; অবিশুদ্ধবুদ্ধয়ঃ—বুদ্ধি শেংদবশিংনা ; আরুহ্য—কাখৎলগা হায়বদি ফংলগা ; কৃচ্ছ্রেণ—য়াম্না য়ানা (হায়বদি মপোক য়াম্না তপস্যা তৌবগী মপান্না) ; পরং পদং—অরাঙবা মফম (মোক্ষগা নক্নবা শাগৈজাং অচৌবনচিংবদা পোকপা মপোক) ; ততঃ—অদুদগী ; পতন্তি—তাইয়ে ; অধঃ—মখাদা ; ন আদৃত—লুনা তৌদ্রবা ; যুষ্মদঙ্ঘ্রয়ঃ—নঙগী চরণ ; (নাদৃতযুষ্মদঙ্ঘ্রয়ঃ—নঙগী চরণবু লুনা তৌদবশিং) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদা তম্নগা দেবশিংনা হায়রম্মী—হে থম্বাল-মীৎতা তাবা ! নঙবু থৌশাদবশিংনা নঙোন্দা ভক্তি লৈতবদগী মখোয়গী বুদ্ধিদো শেংদে ; মরমছুনা অঙইবা ওইনা মুক্ত ওইদ্রবসু মখোয়না মছাবু মুক্ত ওইরে হায়না খল্লে । মখোয়হুনা য়াম্না য়ুম্বান্‌গী হুংঙাইবনচিংবা থাদোক্লগা অকন্‌বা তপস্যানচিংবা তৌরগা মোক্ষগা নক্নবা সংকুলনচিংবা কংলবসু নঙগী চরণবু থৌশাদনা মরম্না সংকুলনচিংবদগী লৈথা তাইয়ে ।

## নৈনরোল

মথাংথংবা পয়ারগী প্রমাণী শ্লোকনী। কৃষ্ণভক্তি নত্তনা বুদ্ধি শুদ্ধ ওইবা য়াদে হায়বগী প্রমাণী।

মূল ৩১

কৃষ্ণ সূর্য্যসম মায়া হয় অন্ধকার।
যাহাঁ কৃষ্ণ তাহাঁ নাহি মায়ার অধিকার॥ ৩১॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ; সূর্য্যসম—নুমিৎকা পাংথরী; মায়া—মায়াদি; হয়—ওইয়ে; অন্ধকার—অমম্বা; যাহাঁ—মফমদু; কৃষ্ণ—কৃষ্ণ লৈ; তাহাঁ—মফমদুদা; নাহি—লৈতে; মায়ার—মায়াগী; অধিকার—হক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণন নুমিৎকা পাংথরী, মায়ানা অমম্বনী; কৃষ্ণ লৈবা মফমদা মায়াগী হক লৈতে।

## নৈনরোল

পয়ারসিদস্সু ভক্তিনা অভিধেয়নী হায়নবু উৎলি। কৃষ্ণদবু চঙজরবদি জীবনা মায়ানা মগুণগী নাঙ্গাদপ ওম্মী। মরমদি, নুমীৎ লৈবা মফমদা অমম্বনা চঙবা ঙমদগুম নুমীৎ থোক্নৎলকপদা অমম্বন চেঙ্গাক্খিবগুম কৃষ্ণনা লৈবা মফমদা জগৎশুপ্নী মায়ানা চঙবা ঙম্দে, মরমদি মায়াদি কৃষ্ণগী বহিরঙ্গা শক্তিনী—মতম পুম্নদা মাপান্দা লাকলে। অদুন হায়রিবনী, শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-থাদা চঙজরবদি মায়ানা জীববু শান্দোক্নবা ঙম্বা চৎলী।

পয়ারসিদা হায়রিবা ৱাধন্সিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা লৌথৎলি।

মূল ৩২

বিলজ্জমানয়া যস্য স্থাতুমীক্ষাপথেঽমুয়া
বিমোহিতা বিকথন্তে মমাহমিতি দুর্ধিয়ঃ॥ ৩২॥

বিলজ্জমানয়া—ইকাইথোকপী ; যস্য—মহাক্কী (ভগবানগী) : স্থাতুম্—লৈননবা ; ঈক্ষাপথে—মীৎয়েংফম্দা ; অমুয়া—মহাক্কা (মায়ানা) ; বিমোহিতাঃ—শুমহৎলবা : বিকত্থন্তে—ঙাংঙী ; মম—ঐগী ; অহম্—ঐ ; ইতি—অসিগুম্বা ; দুর্ধিয়ঃ—বুদ্ধিরাৎপা মীশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা নারদদা হায়রম্মী—ভগবানগী মীৎমাংদা লৈবদা ইকাইথবী মায়াচুনা শুমহৎপদগী বুদ্ধি-রাৎপা মীভাশিংনা "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়চুনা মছাবু থাগৎতুনা ঙাংঙী।

## নৈনরোল

মমাহমিতি দুর্ধিয়ঃ—দুর্ধিয়ঃ (বুদ্ধি-রাৎপা মীশিংনা) মম অহং ইতি-(ঐগী অমসুং ঐ অসুম্না) বিকত্থন্তে—থাগৎতুনা ঙাংঙী। মায়ানা শুমহৎতুনা মখোয়গী দেহবু আত্মানী হায়বা বুদ্ধি পোক্লি। অশেংবদি ঐগী হকচাংসী ঐগী নত্তে ; দেহগী মনুংদা লৈবা দেহীদু (জীবাত্মা অদু) স্বরূপকী হায়রগদি ঐনী। বুদ্ধি-রাৎপা মীশিংনা দেহবু (হকচাংবু) 'ঐনী' হায়চুনা দেহগী মুঙাইবা মুংঙাইনবু 'ঐ ইচাগী' মুংঙাইবা অমদি মুংঙাইতনী হায়না, অদুগা দেহগা মরি লৈনবা [illegible] দেহগী মুংঙাইনবা পোৎশু—মপী অঙাংঙনচিংবনু, [illegible], [illegible]— [illegible] [illegible] হায়না খল্লী, [illegible] পাংথোক্তুনা [illegible] শায়। অদুগা [illegible], হায়রিবশিংসে মায়ানাদে, [illegible] জীবগী [illegible] মতৌ নত্তে, ঈশ্বর-না দেহ থাদোক্তুনা চৎপা মতমদা হায়রিবা পোৎশিংসে জীবগা লোয়ননা থক চৎমিন্নদে, জীবগী মতামদা [illegible] লোয়নদুনা পুথিরমগনী।

মায়াদি শ্রীভগবানগী মীৎমাংদা লৈবা ইকাইতে ; মরমদুনা ভগবান্না লৈবা মফমদা মায়া চঙবা ঙমদে হায়বসী নৈনরিবা শ্লোকসিদগী হংবা ঙম্মী। মসিগী অসুম্না শ্লোক অমসু মমাং-থংবা পয়ারগী প্রমাণনি। শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্দগী লৌথোকপনী (২/৫/১৩)।

## মূল ৩৩

'কৃষ্ণ ! তোমার হঙ' যদি বোলে একবার।
মায়াবন্ধ হৈতে কৃষ্ণ তারে করে পার ॥ ৩৩॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ—ওহে কৃষ্ণ ; তোমার—নহাক্কী, হঙ—ওইরে ঐ ; যদি বোলে—হায়রবদি ; একবার—অমুক্তং ; মায়াবন্ধ হৈতে—মায়াগী পুন্নদগী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; তারে—মহাকপু ; করে—তৌই ; পার—লাম্থোক্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'হে কৃষ্ণ! ঐহাক নঙগী ওইজরে।' হায়না কনাগুম্বনা অমুক্তং হায়রবদি মহাকপু শ্রীকৃষ্ণনা মায়াগী পুন্নদগী লাম্থোক্পীয়ে।

## নৈনরোল

"হে কৃষ্ণ! ঐহাক নঙগী ওইজরে" হায়না অমুক্তং হায়বদা কৃষ্ণনা জীববু মায়া-লাংদগী লোথোক্পী। "হে কৃষ্ণ! ঐহাক নহাক্কী ওইরে" হায়বা ব্রাহে থবসিন 'আত্মসমর্পন (ইছাবু কংথোক্পা) অমসুং 'শরণাগতি' (চঙজবা) খঙহল্লী। 'নঙগী ওইরে'—হায়বদি ঐগী দেহ, মন-মন অমসুং, থম্মোইনে লোইনমক ঐগী হক্তা হৌজিক্তগী নঙগী ওইরে, হায়রিবা ঐ ইচ্ছামক্ ফাওবা নঙগী ওইরবনী। ঐগী দেহ, মন-প্রাণ চিংথিংসিগী মথক্তা ঐগী অধিকার করিমত্তা লৈত্রে, পুম্নমক্কী মালিক— নঙগী থবদী নঙনা ভৈতে থবক্তী দমক শীজিন্নবা য়াদ্রে। লোইনমক নঙগী লোয়নী ; ঐসু নপোন্নী, অতৌনা নঙনা নপোক-ঐহাকপু কনাগ কন্নিং, নত্রগা হাংদোক্লিদুসু হাংদোয়য়ু। পুরীতু-জন্মদাগী মাইক্র য়াওনা রাখন্দা থমদুনা 'ঐহাক নঙগী ওইরে' হায়বদি কৃষ্ণনা কৃপা তৌবিগনী, নত্রগদি কৃপা তৌবিরোই। মীনদি 'ঐ নঙগী ওইরে' হায়রগা, পুক্নীংদদি ভাব অদু লৈত্রবা, নত্রগা থবক্তসু উৎকবা, অদু ওইরবদি কৃষ্ণনা কনাগুম্ব মপুঙ ফানা উদ্ধার তৌদে। দ্রৌপদীগী বস্ত্রহরণ-দা মসিগী প্রমাণ ফংঙী। দুঃশাসন-না ফি চিংলী, দ্রৌপদীনা খুদোংথীরবহুদ কৃষ্ণবু

কৌজরি, অদুবু দুংশাসনগা ফিপায়দুনা চিংথোক্-চিংশিন্স্ তৌরি—চীন্নদি কৃষ্ণদা চঙজরে, পুক্নিঙস্মু চঙজরে, অদুবু থবক্তদি মরম্মাই শক্তি শীজন্নরি, মরম্মাই শক্তিনা ইকাইবদগী ঙাক্নব হোৎনদুনা ফি চিংথোক্-চিংশিন্ তৌন-রম্মী। অম্মম্না তৌরম্বা মতমগীমথৈ কৃষ্ণস্মু লাপ্না লৈখি। অদু দগী দ্রৌপদীনা ফি য়াম্নবা ঙম্লক্রদুনা ফি থাদোক্লগা মখুৎলোম্নদুনা কৃষ্ণগী চরণ-দা প্রার্থনা তৌরখি, হন্দক্তি পুক্নিং-হক্চাঙ রাহৈ পুল্লপ্ য়াওনা মহাক শ্রীকৃষ্ণদা চঙ-জরে: কৃষ্ণ তুমিন্না লৈবা য়ারম্দরে—খূদক্তা ফিগী শক্তম্ লৌদুনা দ্রৌপদীবু কন্বিখি।

## মূল ৩৪

সকৃদেব প্রপন্নো যস্তবাস্মীতি চ যাচতে।
অভয়ং সর্ব্বদা তস্মৈ দদাম্যেতদ্ ব্রতং মম ॥ ৩৪ ॥

### শব্দার্থ

সকৃৎএব—অমুক্থক্তং; প্রপন্নঃ- চঙজরবা; যঃ—মহাক্না; তব—নঙগী; অস্মি—ওইরে; ইতি—অসুম্ন; চ—অমস্তং; যাচতে- নিরবা; অভয়ং—কিদবা; সর্ব্বদা- মতমপুম্বদ; তস্মৈ—মহোন্দা; দদামি—পীয়ে এতৎ- মসী; ব্রতং মম—ঐগী ব্রতনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা "ঐহাক নঙগীনি" হায়না অমুক্থক্তং হায়রগা চঙজরক্লবদি মহোন্দা ঐনা মতম পুম্বদা অভয় (কিদবা) পীনবিয়ে; মসী ঐগী ব্রতনী (হায়বদি শোয়দনমক তৌগদবা থবক্নী)।

### নৈনরোল

মায়াগী ওইবা পোৎতা লূপ্নদগী জীবগী অকিবা মথল মথল পোক্ন্নি। মসীগী প্রমাণদি—'ভয়ং দ্বিতীয়াভিনিবেশতঃ। শ্রীভাগবতম্, ১১/২/৩৭।। অসিনী। অদুনদি মায়াগী ওইবা পোৎতা পান্বদু তৌক্লবদা কিবা লৈরোই। শ্রীভগবান্না মহোন্দা চঙজরকপা মাগী মায়-লাং (হায়বদি মায়াগী ওইবা

পোক্তা লুপ্পা ) অদু মাঙহল্লী—হায়বসী নৈনরিবা শ্লোকশিদগী থঙবা ভমী।
মতৌশিন্না শ্লোকসী মমাঙ থংবা পয়ারগী প্রমাণী ॥

শ্লোকসী হরিভক্তিবিলাসদগী লৌথোকপনী ( ১১/৩৯৭ )।

মূল ৩৫

ভুক্তি-মুক্তি-সিদ্ধিকামী সুবুদ্ধি যদি হয়।
গাঢভক্তি যোগে তবে কৃষ্ণের ভজয় ॥ ৩৫ ॥

শব্দার্থ

ভুক্তি হন্দক্কী অমসুং হয়েংসুক্কী মপোক্তা সুংঙাইনীংবা ; মুক্তি—
ভগবান্দা ভিন্‌বা হায়রবা অরান্-খুভম ; সিদ্ধি—সিদ্ধি নীপান ; কামী—
পান্নিবা মী ; সুবুদ্ধি—নীংথিবা-বুদ্ধি-লৈবা মী ; যদি হয়—ওইরবদি ; গাঢ়
—হক্‌চিন্‌বা , ভক্তিযোগে—ভক্তি যোগদা ; তবে—অদু ওইরবদি ; কৃষ্ণেরে
ভজয়—কৃষ্ণবু ভজন তৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভুক্তি-মুক্তি-সিদ্ধি-পাম্বা মীনা অচুম্বা বুদ্ধি চেন্নবদি হক্‌চিন্‌বা ভক্তি-
যোগদা চংদুনা কৃষ্ণবু নীংঙী।

মূল ৩৬

অকামঃ সর্ব্বকামো বা মোক্ষকাম উদারধীঃ।
তীব্রেণ ভক্তিযোগেন যজেত পুরুষং পরম্ ॥ ৩৬ ॥

শব্দার্থ

অকামঃ—মরম্লাইগী সুংঙাইবনচিংব. অমতা পাম্‌দবা মী ; সর্ব্বকামঃ
—পন্‌থুমচিংবা পাম্নঙাই পুম্নমক পাম্বা মী ; বা—নত্রগা ; মোক্ষকামঃ—
মুক্তিপাম্বা মী ; উদারধী—বুদ্ধি-ফবা মীনা ; তীব্রেণ—হক্‌চিন্‌বা ; ভক্তি-
যোগেম—ভক্তি যোগগা লোয়ননা ; পরং পুরুষং—পরম পুরুষ শ্রীকৃষ্ণবু ;
যজেত -ভজন তৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎকী মফমদা শুকদেবনা হায়রম্মী — মহারাজ, লম্নাইগী থুংঙাইবা-প্যাম্নদবা ভক্ত, অনথুম্নচিংবা পামগনবা কম্মী অমদি মুক্তি-পাম্বা জ্ঞানী ওইরবসু মখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বনা সুবুদ্ধি ওইরবদি হকচিনবা মহাক্তনা হকচিনবা ভক্তি যোগগা লোয়ননা পরমপুরুষ শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌগনী ॥

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীভাগবতম্দগী লৌখোক্লনী (২/৩/১০)। মসী মমাঙ পয়ারগী প্রমাণনী।

## মূল ৩৭

অন্যকামী যদি করে কৃষ্ণের ভজন।
না মাগিতেও কৃষ্ণ তারে দেন স্বচরণ ॥৩৭॥

### শব্দার্থ

অন্যকামী —শ্রীকৃষ্ণগী সেবা নত্তনা অপাম্বা অতোপ্পা পাম্বা মী ; যদি করে — তৌরবদি ; কৃষ্ণের ভজন — শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ; না মাগিতেও — নিংদ্রবসু ; কৃষ্ণ — শ্রীকৃষ্ণনা , তারে — মহোন্দা ; দেন — পীরে ; স্বচরণ — মশাগী খোঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী সেবা নত্তনা অপাম্বা অতৈগী মীওইসু শ্রীকৃষ্ণগী ভজন তৌরবদি মহাক্না নিংদ্রবা চাইদ্রবনখে শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী চরণ অদু পীবিয়ে।

## নৈনরোল

অন্যকামী— শ্রীকৃষ্ণগী সেবা নত্তবা ভুক্তিনচিংবা পাম্বা মী। ভজন— ভজ্ ধাতুদগী ভজন শব্দ ওইরকপনী ; সেবাগী অর্থদা ভজ্ ধাতু শীজিন্নে ; মফমসিদদি ভজন শব্দসী সাধনগী অঙ্গ ওইনা শীজিন্নরি, মরম অদুনা ভজন-শব্দনা মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণগী সাক্ষাৎ সেবাদা চঙবা য়াননবা শ্রবণ কীর্তন-নচি বা মখল মাপলগী ভক্তি-অঙ্গ তৌবদু গঙ্গল্লী। মসিগী ভাবার্থদি অসিনী,

মহুৎসি—শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংবহুদা সাধন অমসু পান্দম ওইদ্রবসু, মহাক্কী পান্দমদি ভুক্তি-মুক্তি ফংনবা ওইরবসু, সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণসেবা ফংবগী ওইবা ভক্তি-অঙ্গ মখল মাপলদু মহাক্কী পান্দম ফংনবগী তৌবা ওইরবসু, থৌজাল-হৈবা শ্রীকৃষ্ণনা সাধক অদুগী থমোইদুংদগী ভুক্তিমুক্তিনচিংবা পামহু লাপ্না তাম্লোকপীরগা কৃষ্ণ-চরণ-সেবা পামহন্দুনা মহু ফংনবা প্রেমভক্তিসু সাধক অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা পীনবিয়ে।

না মাগিতেও—নিকদ্রবসু। অজ্ঞানবদা সাধক অদুগী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংনবা বাসনা লৈত্রবসু, ভজন তৌবসু মহুৎসীদমক নত্রবসু; মকমসিদা হায়রিবগী অজ্ঞানবা অবস্থাগী মানী, অয়োয়বা মতাংগী মা নাত্তে; অরোয়বা মতাংদদি অপাম্বা অতোপ্পা থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী চরণবু পাম্লকপি।

মূল ৩৮

কৃষ্ণ কহে—আমায় ভজে, মাগে বিষয়সুখ।
অমৃত ছাড়ি বিষ মাগে, এই বড় মূর্খ॥ ৩৮॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণ কহে—কৃষ্ণনা হায; আমায়—ঐব; ভজে—সেবা তৌরি, ভজন তৌরি; মাগে—নিয়ে; বিষয়-সুখ—ইন্দ্রিয়না পাম্বা পোৎনা পীবা নুংঙাইবা; অমৃত ছাড়ি—অমৃত থাদোক্লগা; বিষ—হু; মাগে—নিয়ে; এই—মহাক্কী; বড়—য়াম্না; মূর্খ—অপঙবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা হায, ঐসু ভজন তৌগা লনথুমগী নুংঙাইবা পাম্বদি অমৃতবু থাদোক্লগা হু নিবনী; মহাক্কী য়াম্না পঙবা অমনী।

নৈনরোল

মকমসিদা বিষয়সুখবু হুনী হায়রি; মরমদি অসিনী—হু চাবদি মী শিয়ে। মহাক্কী দেহগী থবক তৌনবা মপাঙ্গল লৈত্রবা, মাগী হকচাংঙুংদা

মহাক লৈরি হায়বনী খুদম অমতা মহাকী দেহগী থবক্না অস্ত্রুবা মতমদা ঐথোয়না মীদো শিরে হায় । বিষয়সুখ পায়হু থম্মোইদুনা লৈরগনু জীবগী স্বরূপ ফোঙলক্কে, স্বরূপকী তৌফম্ যোক্পা থবক কৰিস্নু জীবনা তৌবা ঙম্‌দে, স্বরূপকী থবক্না মরী ওইবগী স্বাধন-কাওবা তৌবা ঙম্‌দে । মাগী স্বরূপ অহু লৈরি হায়বগী করিগুম্বা খুদম অমতা মানা তৌথোরক্পা থবক্না উৎপা লৈতে ; মরমতুনা মহাকী স্বরূপকী মতাঙদা মহাক শিরবনী হায়না হায়রিবনী ; মসুম তৌবসে বিষয়-সুখ পায়গী ফল হায়বহুনী ; মরমসিনা বিষয়সুখবু হু-নী হায়রিবনী ।

শ্রীকৃষ্ণচরণসেবাদি অমৃতনী হায়না হায়রি । হু থক্পনচিংবা তৌরগা শিরবা মীদো অমৃতগী ময়াইনা মহাকী হকচাঙদা হিংনবগী শক্তি লাকয়ি, অদুনা মা হিংঙী, অমর ( শিদবা ) ওই, দেব ওইদুনা ভোগ তৌবগী সুখনা দেহগী মহৈ য়ানবা হায়বহু ওই, মহাকী দেহগী মডাল ঙাম্বা হেঙ্গৎলী, ফজবা-শাশি লৈবা হেঙ্গৎলী । শ্রীকৃষ্ণচরণসেবাগী ফল ওইনমু—বিষয়সুখ কৌবা হু চাবদগী শিবগা পাংথক ওইরবা জীব-স্বরূপ অহু ফোঙ ফাওরকয়ি, জীবনা স্বরূপকী ওইবা থবক তৌয়ি, অদুগা অমুক বিষয় রূপদা লুপ্তরে, প্রাকৃত-নত্তবা মোক্তবা আনন্দ ঙাক্না মাগী চিকহু পূডথন্-থনী । মমৈদা চমথে-নাইদবা মফজ অমা ওইনা ফজহুনা মতমপুম্বদা অনৌবা কিশোরগী দেহ ফংহুনা মতম পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌবগী মতীকচাবা হায়বত্ত ওইরক্য়ি । অমৃত থক্রবা মীনা মালেমগী পোৎ অমতবু চানীঙদবগুম্না, শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-সেবাগী মাধুর্য্য-মরীক অমতং আস্বাদন তৌরবা মীনা ইন্দ্রিয়না ভোগ তৌগ-দবা পোত্তা অমতনা মাগী থম্মোইবু চিংবা ঙম্‌দে । মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণচরণ-সেবাবু অমৃতনী হায়না হায়রিবনী ।

পয়ারদিদা হায়রিবসী—ভজন তৌবা মীনা নিশ্চয়মু শ্রীকৃষ্ণনা মাঙোন্দা মাগী চরণ পী হায়বগী মরম অমনী । মরম অমনা মতুংগী পয়ারদা পীরি ।

হায়রক্তুবা ? ওইরবদি এঙোন্দা পিতৃ-সিংহাসন অদু পীবু ।" অসুম্না ধ্রুবনা কৌবদুদা ভগবান্সু মনাক্তা চৎনীঙলে, মঙোন্দা দর্শন পীনীঙলে । অদুবু বিষয়-বাসনা-লৈবা জীবনদি মনাক্তা লাক্তুনসু ভগবানবু উবা ফংলোই । মবমদুনা থোঙান্নইবা ভগবান্না ধ্রুবগী বিষয বাসনা কোরবা উপায তৌবিখি—মহাক্কী সুংশিববা নাবদবু ধ্রুবগী নাক্তা থাবিখি, নাবদনা চৎতুনা ধববু কৃপা তৌবিখি । মহাপুরুষগী কৃপানা ধ্রুবগী চিত্তদা পদ্মপলাশলোচনগী রূপমাধুর্য্যদু অসুম অসুম ফাওবকৃপা তৌখি । মহাক্কী চিত্তদা পদ্মপলাশলোচন সাক্ষাৎ ওইনা প্রকট ওইতুনা মহাকপু শন্য ওইহনবিখি । ভগবান্না হায়ম্মী — "ধ্রুব, নঙগী পিতৃসিংহাসন পীয় হায়বা নত্রা ?" ধ্রুবনা খুংলোন্নদুনা খম্নম্মী — "মদু পামজদ্রে প্রভু ; লীপ্পী ফংগে হায়রবদা দিব্যরত্ন ফংডবে । অপুৎশেল পামজদ্রে প্রভু । বিষয়সুখ ফংননা নঙব কৌজক্লবনী, নঙনা চানবিদুনা নখাঙ-থম্বাল উহন্‌বিরে, মুনি ঋষি দেবতাশিংনা তপস্যা যাম্না তৌরবফাওবদা ফংডমদবা অদু-ফংহনবিরে । প্রভু ! ঐহাক নখোঙ-সেবাতদা পামজৈ, পিতৃসিংহাসন পামজদ্রে ।"

পয়ার কয়াদুগী মসিদা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি তৌগদবনী হায়নদা উৎলি ।

মূল ৪০

সত্যং দিশত্যর্থিতমর্থিতো নৃণাং
নৈবার্থদো যৎ পুনরর্থিতা যতঃ ।
স্বয়ং বিধত্তে ভজতামনিচ্ছতা-
মিচ্ছাপিধানং নিজপাদপল্লবম্ ॥ ৪০ ॥

শব্দার্থ

সত্যং অচুম্বনী ; দিশতি—পীনবিয়ে, অর্থিতম্ নিংবা পোৎস্তু ; অর্থিতঃ—নিংনম ওইদুনা নিববা ওইবা (ভগবান্নী), নৃণাম্—মীওইবশিংগী, ন এব—ওইদে ; অর্থদঃ—অনিবা-পোৎ-পীবা ; যৎ—মদু, পুনঃ—অমুক হন্না ; অর্থিতা অনিংবা মীওই ; যতঃ—মদুগী তুংদসু ( নিংনিংবা পোৎ

পীরবা তৃংদসু ) ; স্বয়ং— মহামক্না ; বিধত্তে—দান তৌরি ; ভজতাম্—ভজন-তৌবিবা মীগী ; অনিচ্ছতাম—ভগবান্গী চরণ ফংনীডদবশিংগী ; ইচ্ছাপিধানং —( অতোপ্পা ) ইচ্ছাবু কূপ্ ছন্‌বা ; নিজপাদপল্লবম্—ভাংভ্রানবা মখোঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ তম্না দেবশিংনা হায়রম্মী—শ্রীভগবান্না মতোন্দা নিররবদা (নিররিবা) মীশিংহুনা নিজররিবা পোৎ অদু পীনবিয়ে—হায়বসী অওইবনী ; অদুম ওইনমক (নিররিবা পোৎতু পীবনা) মহাক পরমার্থ পীবা অমদি ওইদে ; মরমদি নিররিবা পোৎতু ফংলবা মতুঙদসু মীহুনা অমুক ( অতোপ্পা পোৎ অমা ) নিরৈ । ( অদুনদি ভগবান্না পরমার্থদি কনাদসু পীদবরা ? হায়বসী লাকনী হায়বগী আশঙ্কা তৌহনা হায়রি ) ভগবান্‌বুদি ভজন তৌবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংগে নীডদবা মীশিংহুদা ভগবান্ মহামক্না, অতৈ অপাম্ববু কূপ্তুনা থম্না, অদুগুম্বা মাগী চরণ ভাংভ্রানবদো পীনবিয়ে ।

## নৈনরোল

ভগবান্দা কনাগুম্বনা কৈনোমা নিরুবদা নিকবা পোৎ অদু নিরুরিবা মীহুদা ভগবান্না পীবিয়ে—কদোইঙদসু পীদবা লৈতে । কনাগুম্বনা মহাক্কী চরণ-সেবা নিরুবদা মীহুদা মাগী চরণ-সেবাদু হেক্তা পী, অদুবু চরণ-সেবাদু মতুনা লম্নাই-মুংভাইনবগী পোৎ অতৈ নিরুরবগু অদুম মপীয়ে ; অদুবু মরম্নাই মুংভাইনবগীদমক্তা করিগুম্বা অর্থিতং— অপাম্বা পোৎ অমা ভগবান্গী চরণ-থাদা নিরবদা মহু অদুন ভগবান্না পীনবিয়ে ; অদুবু মীহুগী লম্নাই-মুংভাইন-বগী পোৎ অদু পীবিগ্রগা ভগবান্ মহাক্না অর্থদঃ—পরমার্থ দাতা ওইদে হায়বদি নিররিবা মহাক্তুনা পরমার্থ ফংবা হায়বহুদি ওইদে । পোৎ অদু ফংলগা অতৈ অপাম্বা পূম্নমক পামত্রবা—অদুগুম্বা পোৎপু পরমার্থ ( অপাম্বা পোৎ পূম্নমক্কী মকোক ) কৌয়ি । ইছা-ইছাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবা পোৎতি পরমার্থ নাত্তে ; করিনা মহাক্না ইন্দ্রি-পেন্নবা নিরবা পোৎতু ভোগ তৌরবা মতুঙদা অমমুক নিনীঙকুয়ি । মসিনা তাকপদি, ভগবান্গী মকমদগী ইন্দ্রিপেন্নবা

পোং অমা-ফংবগা অপাম্বা কোক্তে, পরমার্থ ফংবা য়াদে। ভগবান্না পীবা থৃদিংমক পরমার্থ কৌবা য়াদে। অদু ওইরবদি ভগবান্না কনামতদা পরমার্থ পীদবরা? মদু পী—কনা কনাগুম্বনা মছা মচাগীদমক করিমতা পায়দ্রবা, কৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক্তা ভৌবা সেবানা শ্রীকৃষ্ণবু পেল্হন্নবা খোয়রাঙতনতা লৈবা, অদুগুম্বা মীওদা শ্রীকৃষ্ণনা মচাগী চরণ-সেবা ফংহল্লী—চরণ-সেবাসী ফংলবদা জীবগী নিনীঙবা পূম্নমক পূঙকোক কোক্য়ি—অতোপ্পা অপাম্বগী রাদি লায়রব্না সালোক্যনচিংবা মুক্তি মখল মরিদু পুরক্রগা ভগবান্না মখোয়গী মমাঙদা লেপ্লরবফা ভবদা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-সেবা থাদোক্তনা মুক্তিদু লৌনীঙলোই। অদুগা ভজতাং—শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌবা মী, অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-সেবাদি অনিচ্ছতাং—পামদবা, মচা মচাগী ইন্দ্রিয়-পেল্লভাই পোং পাম্বা, অদুগুম্বা মখোয়দা থৌজানহৈবা শ্রীকৃষ্ণনা নিজপাদপল্লবম্—মাগী ভাওতানবা চরণদু, মাগী চরণসেবাদু বিধত্তে—পীয়ে। শ্রীকৃষ্ণগী পাদপল্লব-দুদি করম তৌয়ি? ইচ্ছাপিধানং—(লল্লাই ইন্দ্রিয় পেল্লভাই পোংপু) পাম্বা অদুবু কুপ্ত্তনবা মখোঙনী। পাদপল্লবসিগী মরমদা থুপ্লবদি পাদ-পল্লবদুগী সেবা নত্তনা অপাম্বা অতে অমতা লৈত্রবা, অদুগুম্বা পাদপল্লবদু শ্রীকৃষ্ণনা পীনবিয়ে। রা হায়রবব অসিনী মদুদি মচাগী চরণগী মশক ওইবা অমৃত পীরগা থৌজান-হৈবা শ্রীকৃষ্ণনা অপাম্বা নিররিবা ভক্তগী বিষয়-বাস-নাদু কোক্হনবী।

নৈনরিবা শ্লোকসী শ্রীভাগবতমদগী লৌথোকপনী (৫/১৯/২৬) অদুগা মমাঙগী মূল পয়ার ৩৯-দা হায়রিবা রাফমগী প্রমাণী।

মূল ৪১

কাম লাগি কৃষ্ণ ভজে পায় কৃষ্ণরসে।
কাম ছাড়ি দাস হৈতে হয় অভিলাষে ॥ ৪১ ॥

শব্দার্থ

কাম বিষয়সুখ পাম্বা; লাগি—দমক; কৃষ্ণ ভজে—কৃষ্ণবু ভজন

তৌয়ি ; পায়— ফংঙী ; কৃষ্ণরসে —কৃষ্ণগা মরী লৈনবা রস, কৃষ্ণভক্তি রস ; কাম ছাড়ি—কাম থাদোকুনা ; দাস হৈতে—কৃষ্ণগী মনাই ওইনবা ; হয় অভিলাষ—অপাম্বা পোক্‌য়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইন্দ্রিয়-পেন্নভাত ওইবা অপাম্বতুগীদমক শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌরগা কৃষ্ণ-ভক্তিরস ফংঙী ; অদুনা কাম হায়বদি ইন্দ্রি-পেন্নভাই পোংপু পাম্বা থাদোক্লগা কৃষ্ণগী মনাই ওইনীঙউী।

## নৈনরোল

পয়ারসিগী মরোন্স মমাঙগী পয়ার খরতুগী মরোলগুম্বনী।

### মূল ৪২

স্থানাভিলাষী তপসি স্থিতোঽহং
ত্বাং প্রাপ্তবান্ দেবমুনীন্দ্রগুহ্যম্।
কাচং বিচিন্বন্নিব দিব্যরত্নং
স্বামিন্ কৃতার্থোঽস্মি বরং ন যাচে ॥ ৪২ ॥

## শব্দার্থ

স্থান অভিলাষী—মফম (হায়বদি রাজসিংহাসন) পাম্বা ; তপসি—তপস্যাদা ; স্থিত—লৈবা ; অহং—ঐ ; ত্বাং—নহাক্‌পু ; প্রাপ্তবান্—ফংলে ; দেবমুনীন্দ্রগুহ্যম্—দেবর্ষিং অমসুং মুনীন্দ্রশিংনা ফংঙমদ্রবা ; কাচং—লীক্লী ; বিচিন্বন্—থিথববদা ; ইব—গুম্বা ; দিব্যরত্নং—দিব্যরত্ন ; স্বামিন্—প্রভু ; কৃতার্থঃ—মহৈ-য়ানবা ; অস্মি—ওইরে ; বরং—বর ; ন যাচে পামজদ্রে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজসিংহাসন-পাম্বা ঐনা তপস্যা তৌবনী, হৌডিক দেবর্ষি মুনিশিংনা ফংঙমদ্রবা নহাকপু ঐনা ফংজরে—মসী লীক্লী ফংগে থিকদা দিব্যরত্ন ফংবগুম্বনী। অদুনা, হে প্রভু! ঐহাক মহৈ য়ানজরে ; বর পামজদ্রে।

## নৈনরোল

শ্লোকসী হরিভক্তিসুধোদয়দগীনী (৭/২৮)। মসিদা য়াওরিবা য়াকম্সী ধ্রুবনা শ্রীভগবান্দা হায়খিবনী।

রাজা উত্তানপাদগী রাণী অনীনী, মখোয়দি—সুনীতি অমসুং সুরুচি। নিংথৌনা সুনীতিদগী সুরুচিবু হেন্না নুংশি। মহাক্কা তৌশনবদগী নিংথৌনা সুনীতিবু লুনা চান্না তৌরম্দে। রাণী খুদিঙগী মচানুপা অমমম্ পোক্লম্মী ; সুনীতিগী মচানা ধ্রুব কৌয়ি সুরুচিগী মচানা উত্তম কৌয়ি। নোংমা উত্তানপাদ নিংথৌনা উত্তমবু মতম্বাক্কা পল্লগা লুনা তৌরম্মী, মতমদুদা ধ্রুবসু নিংথৌগী মতম্বাক্কা কাহ্নুনা ফন্নীডুলম্মী। মতমদুদা সুরুচিহু নিংথৌগী নাক্তা লৈরম্মী ; মহাক্কা য়াম্না শাউনা ধ্রুবদা চৈথি—"নঙদি নিংথৌগী তম্পাক্তা ফম্বা য়াবা নত্তে, মরমদি নহাক এনা পোকপা নত্তে। নিংথৌগী মথাদা কোল্হন্নীডুলবোইদি নঙ—এগী ইচা ওইনা পোক্চগে হায়দুনা—ভগবান্দা প্রার্থনা তৌজরু। ধ্রুবদো মথৱাই য়াম্না নুংঙাইতে-নুংঙাইতনা কপ্পা কপ্পা চংখ্র ; অদুগা সুনীতিদদি পাও তম্ম্দে। অদুমকপু সুনীতিনা মীগী মচীন্দগী পা ঙহু তাবদা থৱাই প্রোক প্রোক চাক্না লেপ্লম্মী। ধ্রুবগী নু ঙাইহবদু উবদা মহাক্কা ধ্রুবদা পদ্মপলাশলোচন ভগবান্বু আরাধনা তৌননবা পাউতাক পীরম্মী। অদুম তৌরবদি মহাক রাজ-সিংহাসন ফংবা য়াগে হায়রম্মী। মমানা পীবা পাউতাক মতুং ইন্না ধ্রুবসু পদ্মপলাশলোচন ( থম্বালমীত্ত্রা-তাবা ) ভগবান্বু নীঙবা হৌখি। ধ্রুবনা পূন্নীচপ-লেপ্পুনা নীঙথংলকপদুদা ভগবান্ পেন্খিখি, ধ্রুবদা দর্শন পীদুনা মতৈ য়াল্হন্নবগীদমক মহাক ধ্রুবগী নাক্তা চান্খিদুনা থুংলখি ; অদুবু ধ্রুবগী চিত্তদা বিষয় (রাজসিংহাসন) পান্নম্নি হায়দুনা নারায়ণগী দর্শন ফংলমদে ; ভগবান্দি দর্শন পীনীঙবনা লোইরম্লে ; অদুদগীদি ধ্রুবগী বিষয়-পাম্বদু কোকহন্নবা হায়দুনা ভগবান্ মছানক্না থোরাংখিখি। করিমতা পানব্রবা মহাপুরুষ অমগী কৃপা নত্তনদি বিষয়-পাম্বা কোক্রোই হায়দুনা মহাক্না নারদবু থারক্খি। নারদগী কৃপানা ধ্রুবগী বিষয় পাম্বদু কোক্লবা মতুংদা নারায়ণগী দর্শন ধ্রুবনা ফংখি। মতমদুদা নারায়ননা বর

নিজৌ হায়না তাক্পীরবদা নৈনররিবা শ্লোকসিদা য়াওরিবা মাফমসী ধ্রুবনা নারায়ণদা হায়খিবনী। মসী খ্বায়না খঙনরিবা ধ্রুবগী ৱারীনী।

শ্রীমদ্ভাগবত, বিষ্ণুপুরাণ অমসুং হরিভক্তিসুধোদয়দা ধ্রুবগী ৱারী য়াওরি, অদুবু লাইরীক অহুমসিগী ৱারীদি পুঙমান্ মান্নদে ; মথক্তা লীরিবা ৱারীসিগসু মখোয়গা পুঙমান্ মান্নদে। লাইরীক অহুমসিগী মত মতুং ইন্না চহীমঙাগী অঙাংহনা ময়ুম থাদোক্রবা মতুঙদা দীক্ষা লৌরি—শ্রীমদ্ভাগবতম্গী মতুং ইন্না নারদগী মফমদগী অদুগা বিষ্ণুপুরাণ অমসুং হরিভক্তিসুধোদয়-দা য়াওবনা সপ্তর্ষিগী মফমদগী দীক্ষা অমসুং ভজনগী পাউতাক ফংলগা ধ্রুবনা মথুরামণ্ডলদা যমুনা তোর্বান্দা মধুবন-দা অকন্বা তপস্যা তৌখি। মাগী তপস্যাহুদা পেল্লহনা নারায়ণনা ধ্রুবদা দর্শন পীখি অদুগা বর নিজৌ হায়না তাক্পীখি। শ্রীহরিবু উবদা ধ্রুবনা কয়ামুক হরাওজখিবগে হায়নবু মহাক শ্রীহরিগী স্তব তৌনীংলম্মী। অদুবু মহাক্কি চহি মঙাগী অঙাঙনীনা স্তব করম্না তৌগনী হায়রবা খঙখিদে ; নারায়ণনা বর নিজৌ হায়রকপদা স্তব তৌবা ঙমহন্বিয়ু হায়জরম্মী ; মতুদা নারায়ণনা ধ্রুবগী মচীন্দা মহাগী শঙ্খনা শোক্হল্লগা মঙোন্দা স্তব তৌবগী শক্তি হানজনখি ; মতমতুদা ধ্রুবনা স্তব তৌখি, স্তব লোইরবা তুংদা নারায়ণনা অমুক হন্না ধ্রুবদা বর নিজৌ হায়না তাক্পিখি। মতুদা ধ্রুবনা খুম্খিবা পাউখুম্দো তোঙান্-তোঙানবা লাইরীক্তা তোঙান্-তোঙান্না য়াওরি।

শ্রীমদ্ভাগবতন্না হায়রি—ধ্রুবনা সৎসঙ্গ ( সঙ্গ অফবা নত্রগা অচুম্বা ) নিখি ; সৎসঙ্গ ফংলগদি ভগবান্গী গুণ অমদি কথামৃত থক্লুনা মরাই কাহনা ইলাই লায়না সংসার-ইপাক লান্বা ঙম্গনী। ধ্রুবনা নিজরিবদু নাকোঙনা তারগা ভগবান্না হায়রক্খি—“ওহে ক্ষত্রিয় মচা, নঙগী সঙ্কল্পহু খঙলীনে। (ময়ুম থাদোক্লুনা লাক্পা মতুঙদা নারদগা উনখিবা মতাংদা ধ্রুবনা নারদগী মফমদা হায়জখি—“ঐগী ইপা-ইপুশিংনা অমদি অতোপ্পা কনানতনা ফংখিদ্রবা মফম (পদ) অদু মরোল অহুমসিগী কদায়দনো অনদা খ্বায়দগী ফংনবা

উপায় তাকপীয়্।" ধ্রুবনা খ্বায়দগী থোইবা মকন ফংগে হায়বগী সংকল্পসিগী ব্রানী ভগবান্না খণ্ডী হায়রম্লিবসে)। হে সুব্রত ( ব্রত-ফজবা ), নঙগী মঙ্গল ওইসনু, মী অতৈনা ফংবদা ব্রারবা মফম অমা ঐ নঙোন্দা পীগে। মফমতু মতম পুম্বদা ঙান্দুনা লৈ, হৌজিক ফাওবদা কনামতনা মফমতু ফংদ্রি। হৌজিকমক্তি নহাক নঙগী পিতৃরাজ্য ভোগ তৌখো, নঙবু রাজ্যদা অভিষেক তৌরম্লগা নঙবু পোকপা নিংথৌনা বন-দা চংখিগনী। রাজ্যভোগ লোইরগা নঙনে নমানে অথোয়বা মফমতুদা ( ধ্রুবলোক-দা ) চৎলু। মফমতুদসু নঙ কুইনা লৈরোই। দক্ষিণা চাউনা তৌত্বনা যজ্ঞ তৌরগা যজ্ঞহৃদয় ওইবা ঐবু পূজা তৌরগা ইহলোকসিদা কাম পুম্নমক ভোগ তৌরগা ঐবু নীংশিঙ্গু ( স্মরণ তৌ ), অদুম তৌরগা মফমতুদগী ঐগী নিত্য ওইবা মফমদা চংপা ঙমগনী।"

বিষ্ণুপুরাণদা হায়—ধ্রুবনা নিরম্বা বরদি অসিনী—"হে ভগবন্! জগৎকী তুঙকম ওইবা পুম্নমক্কী অথোয়-অথোয়বা লেঙদবা মফম অদু ফংজগে।" ভগবান্না ধ্রুবনা নিজবা বরদু পীরগা হায়রম্মী—"হে ধ্রুব! ঐগী কৃপানা মরোল অদুমদগী হেনবা মফমতুদা নহাক তারা (থরাম্মচাক) পুম্নমক্কী তুঙকম ওইগনী। চহী কল্প অমা নঙ মফমতুদা লৈগনী; নমা সুনীতিসু অতিয়াদা তারকা ওইদুনা নমাক্তা লৈগনী।" বিষ্ণুপুরাণগী মত তাইন্না ধ্রুবলোক ফংলবনী। বিষ্ণুপুরাণদা ধ্রুবগী মচা-মশগী য়া য়াওরি। মদুনা তাকপদি ধ্রুবদি রাজ্যভোগসু তৌরম্মী হায়বসিনী।

হরিভক্তিসুধোদয়না হায়—"প্রভু! লীক্লী থিরুবদা ঐহাক দিব্যরত্ন ( লাইরমলেনগী রত্ন ) ফংলে। বিষয়সুখ থিরুবদা নহাক্কী চরণদর্শন লাইবক-ফবদগী ফংজরে। মদুনা ঐগী তৌজমল মতীকচানা ফংবা হায়বদু ওইরে, অদুনা বর পামদ্রে। নখোঙ-থম্বান্দু ঐ কদৌঙেদা থাদোকচররোই, অতৈনা পামদ্রে। নখোঙ-থম্বান্দুনা ঐগী ভক্তি মতম পুম্বদা লৈবা ওইসনু।" অদুদগী মঙোন্দা ভগবান্না হায়রম্মী—নঙনা হায়রিবদো অফবা ব্রানী। অদুবু য়া অমদি তাংকো, "নিপাসিনা বিষ্ণু আরাধনা তৌরগা করি ফংলবগে?"

হায়না কব্বা বা সমাজনা লাঙনদবরা, মওনা তপস্যা তৌখিবা হৌরক্পদা. মফম অমা ফংগে হায়না সংকল্প তৌখিবদো—মফম অদো (ধ্রুবলোক অদো) নঙ ফংবা তাবনী। কোম্থংদা চিত্তশেংবা ওইরগা ঐবু ফংগনী। "কালেন মাং প্রাপ্স্যসি শুদ্ধভাবঃ॥"

শ্রীমদ্ভাগবত অমস্থং হরিভক্তিসুধোদয়-দগী লওন্তী মহুদি—সাধন তৌবা মতমদা ধ্রুবনা মফম অফবা অমা ফংননবগী অপাম্বা লৈরবসু ভগবৎ-দর্শনগী মতুঙদদি হান্নগী অপাম্বত্থু লৈখিদ্রে। মহু ভগবান্গী চরণ দর্শন ফংবগী ফল-নী। মহুম ওইনমক মাগী হান্নগী সংকল্পতুগী ওইবা বর ভগবাম্না পীখি অহুগা মমৈদা ধ্রুবগী প্রার্থনাত্থু করম্না থুংগদগে হায়বত্থুসু তাক্পিখি।

## মূল ৪৩

সংসার ভ্রমিতে কোন ভাগ্যে কেহো তরে।
নদীর প্রবাহে যেন কাষ্ঠ লাগে তীরে॥ ৪৩॥

## শব্দার্থ

সংসার ভ্রমিতে—সংসারদা কোয়না কোয়না ( কর্ম্মফল চাননবগীদমক সংসার-যোনি মথন-মথাদা কোয়চং চংপদা, করিগুম্বা মপোক অমদা ); কোন ভাগ্যে—করিগুম্বা লাইবক অমনা ; কেহো—কনাগুম্বা অমনা : তরে—লান্নী ( সংসারদা অমুক হন্না পোক্রে ) ; নদীর—তুরেন্গী ; প্রবাহে—ঈচেম্না ; যেন—গুম্মী ; কাষ্ঠ—কাওশীঙনা ; লাগে—থেংঙী ; তীরে—তোর্ব্বান্দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সংসারগী যোনি মথলমথাদা কোয়চং চংলকপদা ( হন্জন্ হন্জন্ পোক্রগা ) কনাগুম্বনা লাইবক ফবদগী সংসারদগী লান্নী, মহুদি তুরেনগী ঈচেন্না চেম্বরক্পা কাওশীঙনা তোর্ব্বান্দা থেংলুবগুম্ননী।

## নৈনরোল

কোন ভাগ্যে—অজামিলগী মতৌগুম্না নামাভাস শোন্থগী ফল ওইনা;

হাযরগা হেক্তা ওম্বা নত্তে। মতাউসিদা "এইবে তুরেন্-কাওনীগো জীবগা চাংদম্নম্বিবা হীরম পুম্নমক্তগী থবক মতুঙ ইম্না, ইচ্ছানা পুহনা জীবনা মরম্নাই হোৎনজুনা তৌবা থবক অহু মাগী মরম্নাই তৌবা থবকী, মরমসিনা জীবনা মহুগী ফল-ভোগ তৌবনী, কাওনীংদি মরম্নাই থবক অমতা তৌবা ওয়দে, মরম-হুম্না কৈরিগুম্বা থবক অমতগী মহাক ফল চাদে। জীবদি ইচ্ছা তৌম্বিং অহুনা তোৎনবগী কর্ত্তাম্ব মহাক্কী, কর্ম্মফল-চাবম্ব মহাক্নী, কর্ম্মফল-পীবা অহুদি জীব নত্তে, ভগবান্না কর্ম্মফল পীবনী।

তুরেল—কাওনীংনা অসুম তাউথরক্লমছুনা কবম্বা মতমদা তোর্বান্দা থেংনুমনী হাযবহু হায়বা চমদবক্রম্ কয়ব্ব মতমদা জীবনা গুরুগী নক্রগা কৃষ্ণগী কৃপা ফ গদগে হায়বা ওম্দে। মসিনী পয়ারসিগী তাৎপর্য্যদি।

পয়ারদা হাযবি সিগী প্রমাণ ওইনা মথক্তদা শ্লোক অমা লৌখংলি।

## মূল ৪৪

নৈব মমাধমস্যাপি স্যাদেবাচ্যুতদর্শনম্।

হ্রিয়মাণ. কালনদ্যা কচিত্তরতি কশ্চন ॥ ৪৪ ॥

## শব্দার্থ

মা এব —অসুম্না নত্তে; মম —ঐগী; অধমস্য—তোল্লবগী, অপি—সু; স্যাৎ ওইগনী, এব—মক্, অচ্যুতদর্শনম্—ভগবান অচ্যুতবু উবা; হ্রিয়মাণ - পুথবা; কালনদ্যা—মতম-কৌবা তুবেলগী ঈচেম্না; কচিৎ—কবিংগুম্বদা, তরতি লান্নী, কশ্চন -কনাগুম্বন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অক্রুর হাযরম্মী —"অসিগুম্বা নত্তু ( হাযবদি ঐদি ভজন-সাধন নক্রগা কবিংগুম্বা থবক অথবা অদুতা তৌদবনীনা ঐনা শ্রীকৃষ্ণদর্শন ফ লোই হাযব ॥ রা নৈতে )। ঐহাক অতোন্বা মী ওইববম্ব অচ্যুতদর্শন ঐগী ওইবা যাই, মবমদি, মতম কৌবা তুবেনগী ঈচেন্দা তাউবদগা কনা কনাগুম্বনা করি কবিংগুম্বা মতমদা অবান্-থুডম ফ বা য়াই।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণবু হাৎননবা হায়রুহনা নন্দগোকুলদগী মহাক্পু মথুরাদা পুক্কনবগী-দমক কংসনা অক্রুরবু নন্দগোকুলদা থারম্মী। অক্রুরদি ভগবদ্ভক্ত অমনী—গোকুলদা চৎলুনবগী য়াথং ফংলদুনা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনীঙবহ্ হেক্নথলম্মী ; অদুবু ভক্তগী হৌনশা নৈস্ত চেন্‌বা মরম্মা মমক মরম্মা নীঙবা কাম্নগদ্রা হায়না থম্মম্মী। গোকুলগী লম্বীদা চৎনা চৎনা মহাক্না থম্মী—"ব্রহ্মাদেবন-চিংবনসু শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌবা ফংদে ; অদম্বা জীব ঐহাক্না কম্নম্না মাগী দর্শন ফংগনী? ঐদি ভজন-সাধন তৌদে, করিগুম্বা অফবা থবক অমতসু তৌদ্রি—ভগবান্‌গী দর্শন ফংবদি ওইথোক্রোই।" অদুদগী থরদং থম্মনগা হায়রম্মী মা এবং—নত্তে, অসিগুম্বা নত্তে ; ঐনা ভজন-সাধন তৌদে হায়দুনা ভগবান্‌গী দর্শন ফংলোই হায়বা য়াদে। ঐহাক শোয়দনমক দর্শন ফংগনী। ভগবান্‌গী কৃপাদি করিমত্তবু ছায়দে ; কৃপালু ওইবা গুণ অদুদগী মহাক থক নাম্বস্ত তৌগদবা নত্তে ; মরমদুনা মাগী মিং অমা অচ্যুত হায়রি-বনী। তুরেন্‌গী ঈচেন্দা অসুম অসুম তাউথরক্‌পনা কাউশীঙ, অমনা মছানা হোৎনা হায়না তৌবা ভমদ্রবসু তান্‌-চারুদুনা তোর্কবান্দা থেংনুবগুম্না মতম-কৌবা তুরেলগী ঈচেন্দা তাউ-তাউদুনা চৎপদগী—সংসারদা যোনি মখল মখন্দা কোয়রক্‌পনা কনাগুম্বা জীবনা, মছানা মতীক চাজদ্রবসু, করি করিগুম্বা মতমদা ভগবান্‌গী কৃপানা অরান্‌-খুভম ফংবা য়াই। ঐহাক মতীক চাদ্রবসু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা কৃপা তৌবিদুনা ঐগুম্বা তোল্লবদসু দর্শন পীবিবা য়াই।

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌখোকপনী (১০/৩৮/৫)। মসী মমাঙগী মূল পয়ারদা হায়খ্রিবা ৱাফমগী প্রমাণনী।

### মূল ৪৫

কোন ভাগ্যে কারো সংসার ক্ষয়োন্মুখ হয়।
সাধুসঙ্গে তবে কৃষ্ণে রতি উপজয়॥ ৪৫॥

কোন—করিগুম্বা ; ভাগ্যে—লাইবক্তা ; কাস্রো—কনাগুম্বগীসু ; সংসার—সংসারনা ; ক্ষয়োন্মুখ—মাঙবা হৌবা ; হয়—ওই ; সাধুসঙ্গে—সাধুগা তিন্নবদগী ; তবে—অদুদগী ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; রতি—ভক্তি ভৌবগী সুংডায়বা ; উপজয়—পোক্যি ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

করিগুম্বা লাইবক অমদগী কনাগুম্বগী সংসার মাঙবগী মতাঙ হৌবা য়াই ; অদুদগী সাধু-সঙ্গ তৌরগা শ্রীকৃষ্ণদা রতি পোক্নী ।

## নেনরোল

সাধুসঙ্গগী ফল ওইনা ভক্তিদা জীবগী রুচি ( পাম্বা ) পোক্পা য়াই হায়বত্ পয়ারসিনা হায়রি ।

ক্ষয়োন্মুখ—মাঙথরক্রবা হৌবা । সাধুসঙ্গ ফংলগদি সাধুগী কৃপানা সংসার ক্ষয় ওইবা য়াই । য়াকন্নসী ফোঙদোক্নবা হায়রুনা হায়রিবনী—সংসার-ক্ষয়োন্মুখ ওইরগদি জীবনা সাধুসঙ্গ তৌয়ি । সাধুসঙ্গ হেক তৌরগা খঙগদবদি মহাক্কী সংসারক্ষয় থীন্দনমক ওইরগনী হায়বসিনী ।

পয়ারসিগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্লোক অমা পীরি ।

## মূল ৪৬

ভবাপবর্গো ভ্রমতো যদা ভবেৎ
জনস্য তর্হ্যচ্যুত সৎসমাগমঃ ।
সৎসঙ্গমো যর্হি তদৈব সদগতৌ
পরাবরেশে ত্বয়ি জায়তে রতিঃ ॥ ৪৬ ॥

## শব্দার্থ

ভব—সংসার ; অপবর্গঃ—অরাবা কোক্পা ; ( ভবাপবর্গঃ—সংসারগী অরাবা কোক্পা ) ; ভ্রমতঃ—কোয়না কোয়না চৎলিবা মাগী (হন্‌জন্-হন্‌জন্-পোক্লিবা জীবগী) ; যদা—নত্তমদুদা ; ভবেৎ—ওইরগা ; জনস্য—মীগী ;

তহি—মতমছুদা ; অচ্যুত—কেন্‌বা-লৈতবা ; সৎসমাগমঃ—সৎসঙ্গ ; সৎসঙ্গমঃ—সৎসঙ্গ ; যর্হি—মতমছুদা ; তদা এব—মতমতুমক্তদা ; সদগতৌ—সাধুশিংগী অমতা-ঙায়বা পাম্বে ; পর—অচৌবা ; অবর—অতোন্‌বা ; ঈশে—মপুদা ; (পরাবরেশে—অচৌ অপিশক্কী মপু ওইবদা) ; ত্বয়ি—নঙোন্দা ; জায়তে—পোক্‌য়ি ; রতিঃ—ভক্তি তৌনীঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদা মুচুকুন্দনা হায়রম্বনী—হে অচ্যুত ( ময়েং-তাদবা ইবুংঙো ), সংসারদা কোয়না কোয়না চংলগা ( হন্‌জন্ হন্‌জন্ পোক্লগা ) কনাগুম্বা মী অমগী সংসার মাঙবা হৌরক্কদৌরবা মতমদা মহাক ভগবদ্‌ভক্তগা তিন্নবা ফংজে। ভক্তগা তিন্নবা হেক ফংবগা ( ভক্তগী কৃপানা ) সাধুশিংগী অমতা-ঙায়রবা পাম্বে অমসুং অচৌ-পিশকী মপু নঙোন্দা রতি পোক্‌য়ি।

## নেনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগী লৌথোরক্‌পনী ( ১০/৫৬/৫৩ )। মসী মমাঙগী পয়ারদা হায়রিবা ৱাফমগী প্রমাণনী।

## মূল ৪৭

কৃষ্ণ যদি কৃপা করে কোন্ ভাগ্যবানে।
গুরু অন্তর্যামি-রূপে শিখায় আপনে ॥ ৪৭ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; যদি—বদি ; কৃপা করে—চানবী ; কোন—কনাগুম্বা ; ভাগ্যবানে—লাইবক-ফবা অমদা ; গুরুঅন্তর্য্যামিরূপে—গুরু ওইনা অমসুং অন্তর্য্যামী ওইনা ; শিখায়—তম্বী তাকপী ; আপনে—মছামক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা কনাগুম্বা লাইবক-ফবা অমবু চান্‌বিরগদি মহাক্না গুরু ওইনা অমসুং অন্তর্য্যামী ওইনা মছামক্না মীয়ুবু তম্বী-তাকপী।

মূল ৪৮

নৈবো পযস্ত্যাপচিতিং কবয়স্তবেশ
ব্রহ্মায়ুষাপি কৃতমৃদ্ধমুদঃ স্মরন্তঃ
যোঽন্তর্বহিস্তনুভৃতামশুভম্ বিধুন্ব-
ন্নাচার্যচৈত্ত্যবপুষা স্বগতিং ব্যনক্তি ॥ ৪৮ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ১/১/৪৭ শ্লোক অহুদা য়েংবিয়ু।

মূল ৪৯

সাধুসঙ্গে কৃষ্ণভক্ত্যে শ্রদ্ধা যদি হয়।
ভক্তিফল 'প্রেম' হয়—সংসার যায় ক্ষয় ॥ ৪৯ ॥

শব্দার্থ

সাধুসঙ্গে—সাধুগা তৌবা সঙ্গনা ; কৃষ্ণভক্ত্যে—কৃষ্ণ-ভক্তিদা ; শ্রদ্ধা—চেৎনা থাজবা ; যদি হয়—ওইরবদি ; ভক্তিফল—ভক্তি তৌবগী মহৈ ; প্রেম—(কৃষ্ণবু) নুংশিবা ; হয়—ওই ; সংসার—মায়ালাংদা থুবা ; যায় ক্ষয়—মাংডৌ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাধুগা সঙ্গ তৌবগী ময়াইনা কৃষ্ণভক্তিদা থাজরবদি ভক্তিগী ফল প্রেম (কৃষ্ণবু নুংশিবা) পোক্নি অমসুং সংসারসু (মায়ালাংদা থুবসু) কোক্নি।

নৈনরোল

সাধুসঙ্গগী প্রভাব-না হায়রবদি সাধুশিংগী মতৌন্দগী ভক্তিগী মাহাত্ম্য নাংকোঙনা ভারগা মাহাত্ম্যবু চেৎনা থাজরবদি (শ্রদ্ধা তৌরবদি) জীবনা ভজন তৌবা হৌয়ি ; ভজন অসুম তৌরকপদুনা সংসারবিষয়নচিংবা পাহত্থু কোক্লগ বদি মতম চানা ভজন-তৌবা মীগী চিত্তদা ভক্তিগী মুখ্য ফল শ্রীকৃষ্ণপ্রেম পোক্নি, অমুগা লোয়নননা (আনুষঙ্গিক ফল ওইনা) সংসার-মায়াগী লাংদা থুবা তোকখি। কনাগুম্বগী চিত্তদা অপরাধ লৈরবদি অপরাধ কোক্লিফাওবা, সাধুগী চীন্দগী কৃষ্ণকথা তারবসু জীবগী পুক্নীংগী অমকপদো কোক্লে ; মরম-দুনা ভক্তিদসু শ্রদ্ধা (থাজবা) পোক্লে।

### মূল ৫০

যদৃচ্ছয়া মৎকথাদৌ জাতশ্রদ্ধস্তু যঃ পুমান্ ।
ন নির্বিণ্ণো নাতিসক্তো ভক্তিযোগোঽস্য সিদ্ধিদঃ ॥ ৫০ ॥

### শব্দার্থ

যদৃচ্ছয়া—লাইবক্না তম্নকৃপদগী ; মৎকথাদৌ—ঐগী মানচিংবদা ; জাত-শ্রদ্ধঃ—থাজবা পোক্লবা ; তু—অদুবু ; যঃপুমান্—মী অদু ; ন নির্বিণ্ণঃ—সংসারদগী মায়ওন্থোকপা নত্তবা ; ন অতিসক্তঃ—থমথোংনা লুপ্লবসু নত্তবা ; ভক্তিযোগঃ—ভক্তিযোগনা ; অস্য—মহাক্তী ; সিদ্ধিদঃ—সিদ্ধি-পীবা (ওই)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবকী মফমদা হায়রম্মী—"হে উদ্ধব ! ভগবদ্‌ভক্তগী সঙ্গনা অদুগা মাগী কৃপানা লাইবক ফরকুনা ঐগী মারীনচিংবদা ( ঐগী নাম-গুণ-চিংবা নাকোঙনা তাবা অমদি শোনবদা ) শ্রদ্ধা কনাগুম্বগী পোক্লবা অমসুং সংসারদা অদুক হাক্না মায়-ওন্থোকপা নত্তবা অদুগা অদুক হাক্না ওন্সনবসু নত্তবা—মীশাদুগী ভক্তিযোগদি মহে য়াম্না হায়বদি প্রেম পোক্‌হল্লী ।

### নৈনরোল

নির্বিণ্ণ: ওইবা মীদি জ্ঞানযোগদা অধিকার-লৈবা মীনী ; সংসারদা আসক্ত ওইবা মীদি কর্ম্মযোগদা অধিকার-লৈবা মীনী । মথক্ল অনীসিগী মীগীদি ভক্তিযোগ তৌবগী অধিকার লৈতে । নির্বিণ্ণসু নত্তবা সংসারদা লুপ্পসু নত্তবা মীনা মহৎকা সঙ্গ তৌবগী ফল ওইনা সাধনভক্তিদা শ্রদ্ধা-লৈবা ওইরবদি মহাক ভক্তিযোগগী অধিকারী ওই ।

শ্লোকসী শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগী লৌথোকপনী ( ৫/১১/২১ )।

সাধুসঙ্গগী ময়াইনা ভক্তি-চংপা ওইবদা মতীক চায় অমসুং ভক্তি-যোগদা শ্রদ্ধা পোক্‌যি হায়বসী শ্লোকসিদগী খঙবা ঙম্মী । শ্লোকসী মূল ৪৯ পয়ারদা হায়খিবা য়াগী প্রমাণনী ।

## মূল ৫১

মহৎকৃপা বিনা কোন কর্ম্মে ভক্তি নয়।
কৃষ্ণভক্তি দূরে রহু, সংসার নহে ক্ষয় ॥ ৫১ ॥

### শব্দার্থ

মহৎকৃপা—মহৎকী কৃপা ; বিনা—নত্তনা ; কোন—করিগুম্বা ; কর্ম্মে—থবক্তা ; ভক্তি নয় - ভক্তি ওইদে ; কৃষ্ণভক্তি—কৃষ্ণদা তৌবা ভক্তিদি ; দূরে—লাপ্পা ; রহু—লৈসন্নু ; সংসার –মায়ালাংদা থুবা ; নহে ক্ষয়—তোক্তে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহৎকী কৃপা ফংদ্রগদি করিগুম্বা থবক্তা ভক্তি ওইবা য়াদে। কৃষ্ণভক্তিগী য়াদি থম্মু থম্থো, সংসার-ফাওবা তোক্পা লৈতে।

### নৈনরোল

ভক্তিগী মরুদি মহৎকৃপানী। মহৎকী কৃপা নত্তনদি কনাগীস্মু চিত্তদা ভক্তি পোক্লোই, ভক্তি পোক্পগী য়াদি লায়রত্নুনা, মহৎকী কৃপা নত্তনা কনামংগী মায়ালা দা থুবা তোক্লোই। "দৈবীহ্যেষা গুণময়ী"—অসিনচিংবা গীতাদা হায়বা শ্লোক অদুদগী খঙবা ঙম্মদি মায়ালাংদগী লাংথোরবা উপায়দি ভগবৎকৃপাওনী হায়বসিনী। অদুবু মকমসিদনা উপায়দুদি মহৎকী কৃপানী হায়রি। হায়রিবা অনীসীদা করিমতা য়েংনবা য়াওদে ; মরমদি মহৎকৃপা ওইরগদি ভগবানগী কৃপাস্মু লাই, নত্রগা ভগবৎকৃপাস্মু ভক্তগী কৃপা ডায়। মরমদুনা ভক্তকৃপা ওইরগদি মায়ানা পুনবদগী মুক্ত ওইবা য়াই।

মহৎ—মখাদা পল্লিবা লক্ষণ থরাসে মহৎকী লক্ষণী ; মখোয়দুদি—শ্রীকৃষ্ণভক্তদি মতম পুম্নমক্তা ভগবানগী মগুণ শক্-শোনবদা লুপ্পী, সংসার যুম্বানবগী য়াগা মখোয়গা মরী অমত্তা লৈত্রে ; মখোয়দি কৃষ্ণসেবা অতে করিমতা পাম্দে করি হায়নী অয়াণ্খুবম ( মোক্ষ ) ফাওবা পাম্দে।

পয়ারসিগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্লোক অনীথক লৌথৎলি।

### মূল ৫২

রহূগণৈতত্তপসা ন যাতি
ন চেজ্যয়া নির্ব্বপণাদ্‌গৃহাদ্‌বা ।
ন ছন্দসা নৈব জলাগ্নিসূর্যৈ—
র্বিনা মহৎপাদরজোঽভিষেকম্ ॥ ৫২ ॥

### শব্দার্থ

রহূগণ—হে রহূগণ ! এতৎ—মসীবু ; তপসা—তপস্যানা ; ন যাতি—ফংদে ; ন চ ইজ্যয়া—যজ্ঞনসু ফংবা য়াদে ; নির্ব্বপণাৎ—চাক্লচিংবা দান তৌবনসু ; গৃহাৎ বা—য়ুম্‌দগীসু ; ন ছন্দসা—বেদ ঔরাইবনসু ; ন এব—য়ারোই ; জলাগ্নিসূর্য্যৈঃ—ঈশীঙ, মৈ অমসুং সূর্য্যনসু ; বিনা—নত্তনা ; মহৎপাদরজঃ—মহৎকী খূয়া উংফুল ; অভিষেকম্—ইরুজবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভরতনা হায়খি—হে মহারাজ রহূগণ ! মহাপুরুষশিংগী খুয়া-উৎফুন্না অভিষেক তৌদ্রগদি—তপস্যানা, বৈদিক কর্ম্মনা, অন্ন-নচিংবা দান তৌবনা, য়ুম কৈ শাবনচিংবা অতোপ্পগী কানন্বা তৌবনা, বেদ অভ্যাসনা, নঙ্গগা ঈশীং, মৈ নঙ্গগা সূর্য্যগী উপাসনা তৌবনসু ভগবান্‌গী তত্ত্বজ্ঞান ফংবা য়াদে ।

### নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগী লৌথোকপনী ( ৫/১২/১২ ) ।

### মূল ৫৩

নৈষাং মতিস্তাবদুরুক্রমাঙ্‌ঘ্রিং
স্পৃশত্যনর্থাপগমো যদর্থঃ
মহীয়সাং পাদরজোঽভিষেকং
নিষ্কিঞ্চনানাং ন বৃণীত যাবৎ ॥ ৫৩ ॥

#### শব্দার্থ

ন—নত্তে ; এষাং—মখোয়সিগী ; মতিঃ—বুদ্ধিইচ্ছা ; তাবৎ—মতম

ফাওবা ; উরুক্রমাঙ্ঘ্রিং—ভগবান্‌গী খোঙতুব্‌ ; স্পৃশতি—শোক্‌য়ি ; অনর্থাপগমঃ—সংসার কোক্‌পা ; যদর্থঃ—মহাক্কী কান্নবা ; মহীয়সাং—মহাপুরুষশিংগী ; পাদরজোঽভিষেকং—খূয়া-উফুম্না তৌবা অভিষেক (চাইথবা) ; নিষ্কিঞ্চনানাং—বিষয় পাম্‌দবশিংগী ; ন—নত্তে ; বৃণীত—পাম্বা ; যাবৎ—অতু ফাওবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রহ্লাদনা মহাক্কী গুরুগী মচাসুপাদা হায়রম্মী—বিষয়-পাম্‌দবা সাধুশিংগী খূয়া-উফুল অতুনা অভিষেক তৌদ্রিবা ফাওবা, মী পুম্নমক্কী মতিনা ভগবান্‌গী চরণবু শোকপা ঙম্‌দে, হায়বদি মতমতুফাওবা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙথম্বান্দা মখোয়গী মতি ওইদে । শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-থম্বান্দা মতি হায়বদি খোঙথম্বান্দুবু পাম্বা লৈরবদি অনর্থ ( সংসার-বিষয় ) মাঙভী ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌথোকপনী ( ৭/৫/৩২ ) । মসী মনাঙগী মূল ৫১-দা হায়রিবা ব্রাকমগী প্রমাণ্নী ।

## মূল ৫৪

'সাধুসঙ্গ সাধুসঙ্গ' সর্ব্বশাস্ত্রে কয় ।
লব-মাত্র সাধুসঙ্গে সর্ব্বসিদ্ধি হয় ॥ ৫৪ ॥

## শব্দার্থ

সাধুসঙ্গ—সাধুগা তিন্নবা ; সাধুসঙ্গ—সাধুগা তিন্নবা ; সর্ব্বশাস্ত্রে—শাস্ত্রপুম্নমক্কা ; কয়—হাষ ; লব—মতম খজিক্তং ; মাত্র—খক্তগী ; সাধুসঙ্গ সাধগা তিন্নবনা ; সর্ব্বসিদ্ধি মঙ্গল পুম্নমক (শ্রীকৃষ্ণবু ফংবফাওবা য়াওনা) ; হয়—ওই ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্র পুম্নমক্কা 'সাধুসঙ্গ সাধুসঙ্গ' হায়রুনা লৈ । মতম খুজীম্নক্কীদমক সাধুগা লোয়নবদা মঙ্গল পুম্নমক ওইয়ে ।

## মূল ৫৫

তুলয়াম লবেনাপি ন স্বর্গং নাপুনর্ভবম্ ।
ভগবৎসঙ্গিসঙ্গস্য মর্ত্ত্যানাং কিমুতাশিষঃ ॥ ৫৫ ॥

### শব্দার্থ

তুলয়াম—চাংদয়ে ; লবেন—মতম খুজীম্নুক্তগী সঙ্গনা ; অপি—সু ; ন—নত্তে ; স্বর্গং—স্বর্গবু ; ন—নত্তে ; অপুনর্ভবম্—মুক্তিবু ; ভগবৎসঙ্গি-সঙ্গস্য—ভগবৎভক্তগী সঙ্গগা ; মর্ত্ত্যানাং—মীওইবগী ; কিমুত—করি হায়গনী ; আশিষঃ—আশীর্ব্বাদগী য়া ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সৌনকনচিংবদা সূতনা হায়রম্মী—ভগবানগী ভক্তিগা মতম খজিক্তংদং তৌবা সঙ্গগা (সঙ্গগী ফল-গা) স্বর্গ অমসুং মুক্তিগা চাংদম্নবা য়াদে ; ( লম্‌ন অমদি রাজ্যসম্পদ ফংবগী মরমদা ) মীওইবগী আশীর্ব্বাদগা য়াদি করিমুক হায়গনী ?

## নৈনরোল

ভগবদ্ভক্তগী সঙ্গগী ফল ওইনা কৃষ্ণপ্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) ফংবা য়াই ; কৃষ্ণপ্রেমগা চাংদম্নবদা স্বর্গগা মোক্ষগদি কৈছু লৈতবা পোংনী । মরমসিনা মতম ভাইহক্তং তৌরবা সাধুসঙ্গগা স্বর্গ অমদি মোক্ষগা চাংদনা য়াদে ।

শ্লোকসী শ্রীমদ্‌ভাগবতমদগী লৌথোকপনী (১/১৮/১৩) মসী মূল ৫৪-দা হায়রিবা রাফমগী প্রমাণনী ।

## মূল ৫৬

কৃষ্ণ কৃপালু অর্জ্জুনেরে লক্ষ্য করিয়া ।
জগতেরে রাখিয়াছে উপদেশ দিয়া ॥ ৫৬ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ ; কৃপালু—ভাকূপিহৈবনী ; অর্জ্জুনেরে—অর্জ্জুন-লোমদা ; লক্ষ্য করিয়া—তম্নগা ; জগতেরে—জগৎপু ; রাখিয়াছে—ভাকৃয়ি ; উপদেশ—পাউতাক ; দিয়া—পীদুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চানবিহৈবা কৃষ্ণনা অর্জ্জুন-দা পাউতাক পীরিবনী হায়না হায়রগা পাউতাক অদুনা জগৎপু ডাক্শেল্লী।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন-দা পীরম্বা পাউতাক্তি মখাগী শ্লোক অনীসিদা য়াওরি।

### মূল ৫৭-৫৮

সর্ব্বগুহ্যতমং ভূয়ঃ শৃণু মে পরমং বচঃ।
ইষ্টোঽসি মে দৃঢ়মিতি ততো বক্ষ্যামি তে হিতম্॥ ৫৭॥
মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্যাজী মাং নমস্কুরু।
মামেবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে॥ ৫৮॥

শব্দার্থ

সর্ব্বগুহ্যতমং—খুপ্লেন্-খুপ্পা; ভূয়ঃ—অমুক হন্না; শৃণু—নাকোঙনা তাওকো; মে—ঐগী; পরমং—পুঙথোই-থোইবা; বচঃ—ৱা; ইষ্টঃ—নুংশিবা; অসি—নঙনা ওই; মে—ঐগী; দৃঢ়ম্—খমথোকবা; ইতি—অসী; ততঃ—মরমদুনা; বক্ষ্যামি—হায়দোরিবনী; তে—নহাক্কী; হিতম্—কানবা; মন্মনা—ঐহোন্দা পুক্নীঙ-কংপা; ভব—ওইয়ু; মদ্ভক্তঃ—ঐগী ভক্ত; মদ্-যাজী—ঐবু পূজা তৌবা মী; মাং—ঐবু; নমস্কুরু—খুরুম্মু; মাম্ এব—ঐবুদা; এষ্যসি—ফংগনী; সত্যং—অশেংবমক; তে—নঙোন্দা; প্রতিজানে ৱাশক্লিবনি; প্রিয়ঃ—নুংশিবা মমা; অসি—ওই; মে—ঐগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন-দা হায়রম্বী—হে অর্জ্জুন! খুপ্লেন-খুপ্পা ৱা অমুক হন্না নঙোন্দা হায়রিবনী, ঐগী পুঙথোই-থোইবা ৱাসী ননাকোঙনা তাওকো। নংবু ঐনা য়াম্না নুংশি, মরম অদুনা নঙগী কানগদবা ৱা হায়গদৌরিবনী। ঐহোন্দা নঙগী মন অদু কংহল্লো, ঐগী ভক্ত ওইয়ু; ঐবু পূজা তৌও, ঐবুদা খুরুম্মু; নঙসে ঐগী য়াম্না নুংশিবা মী অমনী, অশেংবমক ঐ ৱাশক্লিবনী, (অদুম্না তৌরবদি নঙনা ঐবু ফংগনী।

## নেনরোল

শ্লোক অনীসী শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদগী লৌথোক্পনী ( ১৮/৬৪ ৬৫ ) মথক্কী পয়ারদা-সাধুসঙ্গগী ফল ওইনা কৃষ্ণভক্তিদা শ্রদ্ধা পোকনী—হায়না হায়খরে। হৌজিক শ্রদ্ধা কদায়বু কৌবগে হায়বহু তাক্পা হৌগৎলক্লি।

চান্‌বিহৈবা শ্রীকৃষ্ণনা জীবগী য়াইফনবা হায়তুনা কুরুক্ষেত্রদা অর্জ্জুনবু অতম্নকম্ ওইহল্লগা জগৎ পুম্নমক্কী মফমদা পাউতাক পীখি। গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা কর্ম্ম-জ্ঞান-নচিংবগী পাউতাক পীরবা মতুংদা শুদ্ধা (মক্তবা) ভক্তিগী য়া তাক্পীখি ; মসী থুপ্লেন্-থুপ্পা পাউতাক্নী।

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন-দা হায়রম্মী —হে অর্জ্জুন ! ঐঙোন্দা নপুক্নীংদো কৎলো হায়বদি ঐগী রূপ-গুণ-লীলা মাধুর্য্যনচিংবদা নপুক্নীং থিংজল্লো ; শ্রবণ-কীর্ত্তন হায়বনচিংবা ভক্তি-অঙ্গ পাংথোক্তুনা নংগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক ঐবু ভজন তৌবদা শীজল্লৌ ; ঐবু যজন তৌ হায়বদি গন্ধ-পুষ্প-ধূপ-থাওমৈ-নৈবেদ্য-নচিংবা পোৎলম্শিংনা ঐবু পূজা তৌও ; ঐবু খুরুম্মু। হায়রিবা পুম্নমক্কে নঙ্গগা মরাম্সিগী অনখক্তা ওইরবসু তৌও, অদু ওইরবদি ঐবু নংনা শোয়দনা ফংগনী। ঐনা য়াশক্তুনা হায়রিবনী, ঐবু লেপ্পমক্ ফংগনী। নংদি ঐগী য়াম্না নুংশিবা অমনী, নঙোন্দা য়াশক্পা য়াদি কদৌঙৈদসু তৌদবা তৌরোই।

মূল ৫৯

পূর্ব্ব আজ্ঞা—বেদধর্ম্ম কর্ম্ম যোগ জ্ঞান।
সব সাধি শেষে এই আজ্ঞা বলবান ॥ ৫৯ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্ব—হান্নগী ; আজ্ঞা—য়াথং ; বেদধর্ম্ম—বেদনা তাক্পা ধর্ম্ম ; কর্ম্ম—কর্ম্মগী লম্বী ; যোগ—যোগগী লম্বী ; জ্ঞান—জ্ঞানগী লম্বী ; সব—লোইনমক ; সাধি—পাংথোক্তুনা ; শেষে—অরোয়বদা ; এই—মসী ; আজ্ঞা—য়াথং ; বলবান্—অকন্‌বনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গীতাগী হায়না তাকপীখিবা শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাকশিংদি বেদধর্ম্ম, কর্ম্ম, যোগ অমসুং জ্ঞান অসীনী ; মখোয়-পুম্বসিগী মাফম লেপ্পগা মমৈদা তাউথ-রিবা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংনা কল্লী ।

## নৈনরোল

**এই আজ্ঞা**—য়াথংসী ; 'মন্মনা ভব মদ্ভক্তঃ'—নচিংবা য়াথং অসীনা । **বলবান্**—মপাঙ্গন্ কন্বা হেল্লী । শ্রীকৃষ্ণনা মমাঙগী অধ্যায়শিংদা কর্ম্মযোগ, জ্ঞানযোগনচিংবগী মরমদা য়াথং তাউথখি ; ইকোন্-কোন্বা অধ্যায়দা শুদ্ধা-ভক্তিগী মরমদা মন্মনা ভব-নচিংবা অথুপ্পা তত্ত্ব তাকপিখি ; অহান্-অকোন্ হায়বা বিধিগী মতুংইন্না অকোন্বা বিধিনা কল্লী হায়বা ন্যায়গী মতুঙ ইন্না, গীতাদা বিষয়ময়ামগী মতাঙ মতাংদা পাউতাক ময়াম লৈরবসু শুদ্ধভক্তিগী মরমদা পীখিবা পাউতাক অদুতা জীবনা ডাককম্ থোকৃম্মি ।

### মূল ৬০

এই আজ্ঞাবলে ভক্তের শ্রদ্ধা যদি হয় ।<br>সর্ব্বকর্ম্ম ত্যাগ করি সে কৃষ্ণ ভজয় ॥ ৬০ ॥

### শব্দার্থ

এই আজ্ঞাবলে—য়াথংসীগী মপাঙ্গন্দা ; ভক্তের—ভক্তগী ; শ্রদ্ধা—থাজবা ; যদি হয়—ওইরবদি ; সর্ব্বকর্ম্ম—থবক পুম্বা হায়বদি কর্ম্মযোগ জ্ঞানযোগনচিংবা পাঙথোক্রবা থবক পুম্বা ; ত্যাগ—থাদোকপা ; করি—তৌদুনা ; সে—মহাক ; কৃষ্ণ ভজয়—শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌয়ি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মন্মনা ভব মদ্ভক্তঃ-নচিংবা ) য়াথংসিগী মপাঙ্গন্দা ভক্তনা থাজরবদি থবক অতৈ পুম্বা থাদোক্তুনা মহাক্না কৃষ্ণভজন তৌগনি ;

## নৈনরোল

**সর্ব্বকর্ম্ম**—কর্ম্মযোগ-জ্ঞানযোগনচিংবা পাঙথোক্লবা থবক পুম্বা ;

থাজরবা ভক্তনা থবক পুন্নমক্কী থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণভজন তৌয়ি ; মরমদি—শ্রীকৃষ্ণভজন তৌবগী ফল-গা চাংদম্নবদা থবক অতৈগী তৌবগী ফল-দি কৈছু লৈতবনী ; থোইদোক-হেন্দোক্লা কর্ম্মযোগনচিংবা তৌবগী মরমসু শ্রীকৃষ্ণগীনী হায়বনীনা শ্রীকৃষ্ণভজন তৌবগীদমক অহু পুন্নমক থাদোক্পদা নাতৈ চান্দবসু নত্তে। নত্রগা, কর্ম্ম-শব্দসিনা দেবতা ময়ামগী পেন্ননবা থবক খণ্ডহন্বসু য়াই, দেবতা ময়াম অসী শ্রীকৃষ্ণগী অংশ-বিভূতি তাক্তনী হায়না—শ্রীকৃষ্ণনা মূল পাম্বী ওইস্নগা দেবতাশিংনা মাগী উশা অমদি উনাগী মশাক্নী হায়তুনা—শ্রীকৃষ্ণভজন তৌবদি দেবতাশিংসু ভজন তৌবনী, শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লবনীনা মথোয়সু পেল্লে, মরমদুনা তোঙান্-তোঙাম্না মথোয়না পেন্ননবগী কর্ম্ম তৌরফম্ থোক্তে। শ্রীকৃষ্ণনা মথক্তা তাক্লিবা গীতাবাকাদা চেংনা থাজবা (শ্রদ্ধা) হায়বত্থু পোক্লিবফা ওবদি কর্ম্ম থাদোক্পা তৌহৈদে—মসিমক নৈনরিবা পয়ারসিগী ধ্বনি-নী। ধ্বনিসিগী অর্থবু য়োক্খংপা শ্লোক অমা মথাদা লৌথংলি।

মূল ৬১

তাবৎ কর্ম্মাণি কুর্ব্বীত ন নির্ব্বিদ্যেত যাবতা।
মৎকথা শ্রবণাদৌ বা শ্রদ্ধা যাবন্ন জায়তে ॥ ৬১ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ২/৯/১৬৭ মূল অদুদা য়েংবিয়ু। শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্দগী লৌথোক্পনী ( ১১/২০/৯ )।

মূল ৬২

শ্রদ্ধা-শব্দে বিশ্বাস কহে সুদৃঢ় নিশ্চয়।
কৃষ্ণভক্তি কৈলে—সর্ব্বকর্ম্মকৃত হয় ॥ ৬২ ॥

শব্দার্থ

শ্রদ্ধা-শব্দে—শ্রদ্ধা শব্দনা ; বিশ্বাস—থাজবা ; কহে—হায় ; সুদৃঢ়—ফজনা চেংলবা ; নিশ্চয়—লেপ্পবা ; কৃষ্ণভক্তি কৈলে—কৃষ্ণদা ভক্তি তৌরগদি ; সর্ব্বকর্ম্ম—থবক পুম্বা ; কৃত—পাঙথোক্লবা ; হয়—ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রদ্ধা শব্দনা নীওখিনা চেৎপনী হায়না লেপ্লবা থাজবা হায়বদু খডৈ। কৃষ্ণভক্তি তৌরবদি কর্ম্ম পূর্ননক তৌবা শক্যি।

## নৈনরোল

শ্রদ্ধাশব্দে বিশ্বাস-নচিংবা—শ্রদ্ধা-শব্দগী অর্থদি ( শাস্ত্রবাক্যদা ) থাজবা ( বিশ্বাস ) হায়বনী। মতৌ করম্না থাজবা জাৎনো ?

ফজনা চেৎলবা শোয়দ্রবা মথাজ ( বিশ্বাস ) হায়বদুনী ; মথাজসী শম্না অমফাওবা লেঙদ্রবা, থাজবসিদা চিংনবগী মমি ফাওবা নৈত্রবা অহুগুম্বনী। মন্মনা ভব মদ্ভক্ত-নচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী থুপ্লেন-থুম্না উক্তি কনাগুম্বা ভক্ত অমনা চেৎনা থাজরবদি ভক্তদুনা কর্ম্মপূর্ননক থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণভজন তৌয়ি; করিগুনো হায়বদু, কৃষ্ণভক্তি তৌরবদি কর্ম্ম পূর্ননক তৌবগী ফল ফংডী, তোঙান্না কর্ম্ম অমতা তৌরুদ্রবসু য়ারে।

কর্ম্মযোগজ্ঞান-নচিংবগী তাৎপর্য্যদি শ্রীকৃষ্ণদা লোইম্নে হায়দুনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লগা কর্ম্মমখল-খাগী অধিষ্টাত্রী দেবতাশিংনসু পেল্লী হায়বনীনা কর্ম্মযোগনচিংবা নত্রগা দেবতা থোইদোকপা অমগী পেন্নবা থবক্চিংবা তোক্থোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবনা চুম্মী হায়বসি নৈনরিবা পয়ারসিদা হায়রি। মাফমসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা পীরি।

## মূল ৬৩

যথা তরোর্মূলনিষেচনেন
তৃপ্যন্তি তৎস্কন্ধভুজোপশাখাঃ।
প্রাণোপহরাচ্চ যথেন্দ্রিয়াণাং
তথৈব সর্ব্বার্হণমচ্যুতেজ্যা ॥ ৬৩ ॥

শব্দার্থ

যথা—মতৌগুম্না ; তরোঃ—পামেলগী ; মূলনিষেচনেন—মরুদা ঈশীঙ চাইরগা ; তৃপ্যন্তি—পেল্লী ; তৎস্কন্ধভুজোপশাখাঃ—মাগী স্কন্ধ, উশা, উশা

অরোঙবা পূম্নমক্না ; প্রাণ-উপহারাৎ চ—থল্লাইদা পীবনা হায়বদি চাহন্‌বনা ; যথা—গুম্না ; ইন্দ্রিয়াণাং—ইন্দ্রিয়পূম্নমক্কী (পেন্‌বা) ; তথা—অদুগুম্না ; এব —মক্ ; সর্ব্বার্হণম্—লোইনমক্কী পূজা ; অচ্যুতেজ্যা—শ্রীকৃষ্ণগী পূজানা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উগী মরুদা ঈশীঙ হৈরগা উদুগী স্কন্ধ, উশা, উশা-অরোঙবা পূম্নমক্না পেন্‌বগুম্ অমসুং চীঙ্গাক চাবনা থল্লাইবু পেল্‌হল্লগা ইন্দ্রিয়শিংনা পেন্‌বগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু লাৎপনা অতৈ লোইনমক্‌পু তৌবা পূজা শক্‌য়ি ।

## নৈনরোল

অচ্যুত শ্রীকৃষ্ণদি পূম্নমক্কী মরুনী । প্রাকৃত-নত্তবা ভগবদ্ধামনচিংবদা লৈবা ভগবৎ-স্বরূপ পূম্বা, ভগবৎ-পরিকর পূম্বা, মখোয়দগী হেন্দোকপা অতৈ লৈরিবা খিবিক অদু শ্রীকৃষ্ণ মথন্তুনা মখোয় ময়ামদু ওইনা মছানা প্রকট ওইবনী, মদুদি উ-পাম্বীনা মাগী মাশা-মরেং ওইনা থোরক্‌পগুম্বনী । প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদস্ত লৈরিবা পূম্নমক অদু শ্রীকৃষ্ণ মথন্তুনা, মচাগী করিমত্তা হোংবা লৈতবগী থে ওইরক্‌পনী । অদুনা মফম খুদিংদা লৈরিবা পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী অংশ-বিভূতি ওয়ারী । শ্রীকৃষ্ণ লৈবনা ময়াম পূম্নমক্কী লৈরিবনী, শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লগা লোইনমক পেল্লী । উগী মরুদা চাইদত্তুনা মশা-মরেংদা উনাদা ঈশীঙ চাইরগা উ হিংবা য়াদবগুম, শ্রীকৃষ্ণবু লাংতদুনা অতৈ দেবতাস্ত লাংলগা দেবতাশিংনস্ত পেন্দে, শ্রীকৃষ্ণস্ত পেন্দে । শ্রীকৃষ্ণবু লাংলগদি শ্রীকৃষ্ণস্ত দেবতা-শিংস্তু পেল্লী । মালীনা উগী মরুদস্তু মশা মরেংনচিংবদস্ত ঈশীঙ চাই, মদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণবুস্ত অদুগা দেবতাশিংবুস্ত লাংপদি য়াদ্রা ? মদুম্ন তৌবগী কান্নবা লৈতে, মদুগী প্রমাণদি চীঙ্গাক্না থল্লাইবু পেল্‌হল্লগা ইন্দ্রিয়শিংস্তু মাগী মাগী থবক ওগগুম্না, শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লপদি দেবতাশিংস্তু পেল্লী । থল্লাইনা পেল্লগা ইন্দ্রিয়শিংনা পেন্‌বা ওম্‌দবগুম্না শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লগদি দেবতাশিংস্তু পেল্লে । মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণনা পেল্‌গদা অতৈ লোইনমক পেল্লী—দেবতাশিংগী পেল্লনবনী হায়দুনা তোঙানবা ইড়াং-পূজা তৌদবা য়ারে ।

## মূল ৬৪

**শ্রদ্ধাবান্ জন হয় ভক্ত্যে অধিকারী ।**
**উত্তম, মধ্যম, কনিষ্ঠ,—শ্রদ্ধা-অনুসারী ॥ ৬৪ ॥**

## শব্দার্থ

শ্রদ্ধাবান্—থাজরিবা ; জন—মীদি ; হয়—ওই ; ভক্ত্যে—ভক্তিদা ; অধিকারী—মতীক-চাবা মী ; উত্তম—মকোক ; মধ্যম—মথঙ ; কনিষ্ঠ—অতোন্বা ; শ্রদ্ধা-অনুসারী—থাজবগী তুংইন্বনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী বাকা মন্নপা ভব-নচিংবদা থাজরিবা মীতানা ভক্তিগী মতীক-চাবা ( অধিকারী ) ওই । ভক্ত ভক্তগী থাজবা ( শ্রদ্ধা ) মতুং ইন্না মকোক, মথঙ, মমৈ হায়না খায়বনী ।

## নৈনরোল

ভক্তিমার্গ চংপদা মতৈ ফংগে হায়রগদি পুক্নীঙগী ফীভম অমা চঙভী । মন্না ভব-নচিংবা ভগবানগী বাক্যদা থাজবা য়ানবা পুক্নীঙগী অবস্থা ওইর-বদি অবস্থাত্মকা ভক্তিধর্ম্মযাজন তৌবগী মতীক-চাবা পুক্নীঙ চেন্নে হায়বা তাকয়ী । অসুন্না মতীক চাবগী ভাব-তু য়েংদুনা "শ্রদ্ধাবান্ জন হয় ভক্ত্যে অধিকারী" হায়না হায়বা ওইবা তাই ।

মতাঙসিদা নীংশিংগদবা অমা লৈ মত্তুদি—শ্রদ্ধা ( থাজবা ) পোক্লিবা মীগীস্থ নীঙবা কায়নঙাই মরম লৈতে : শ্রীমদ্ভাগবতম্দা য়াওবা (৩/২৫/২৪) "সতাং প্রসঙ্গান্মমবীর্য্যসংবিদানি"-নচিংবা শ্লোকশিংদগী খঙভী মতুদি—সাধু-শিংগী মচান্দগী ভগবান্গী য়া নাকোঙনা তার-তারগা থাজবা (শ্রদ্ধা) পোক্য়ি অতুদগীদি অথুম অথুম রতি, ভক্তিনচিংবা পোক্লকয়ী ।

শ্রদ্ধাগী অথোই অহেন্গী মতুং ইন্না ভক্তিগী অধিকারী মথন্ন অহুম্নী —উত্তম ( মকোক ), মধ্যম ( মথঙ য়াম্নবা ), কনিষ্ঠ ( মমৈ ) অধিকারী ।

### মূল ৬৫

শাস্ত্রযুক্ত্যে সুনিপুণ দৃঢ়শ্রদ্ধা যার।
উত্তম অধিকারী সেই তারয়ে সংসার ॥ ৬৫ ॥

### শব্দার্থ

শাস্ত্রযুক্ত্যে—শাস্ত্রনা লেপ্পা মরমদা (যুক্তিদা); সুনিপুণ—য়াম্না হৈশিংবা; দৃঢ়—অচেৎপা; শ্রদ্ধা—থাজবা; যার—মহাক্কী (লৈবা); উত্তম অধিকারী—অধিকারী মকোক্সী; সেই—মহাক্তুমক্সা; তারয়ে—লাম্লোক্পী; সংসার—সংসার।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্রগী যুক্তিদা য়াম্না খঙ-হৈরবা অমসুং চেৎনা থাজরবা মীনা ভক্তিগী অধিকারী মকোক্সী, মহাক্না সংসার লাম্লোক্পিয়ে।

### মৈনরোল

চেৎনা থাজরিবা মী হায়বদি অতোপ্পনা য়েংলবসু মাগী থাজবসু অদুম লেঙদবা, শাস্ত্র য়াম্না খঙ-হৈবা, শাস্ত্রগী রা ভাগনরক্পদসু য়াম্না হৈশিংবা, মীনা য়েংলক্পসু করুগা মাগী মত অদু লেঙদবমখৈ থম্বা, অদুগুম্বা মহাক্তো ভক্তিগী অধিকারী মকোক্সী।

### মূল ৬৬

শাস্ত্রে যুক্তৌ চ নিপুণঃ সর্বথা দৃঢ়নিশ্চয়ঃ।
প্রৌঢ়শ্রদ্ধোঽধিকারী যঃ স ভক্তাবুত্তমো মতঃ ॥ ৬৬ ॥

### শব্দার্থ

শাস্ত্রে—শাস্ত্রদা; যুক্তৌ—যুক্তিদা; চ—অমসুং; নিপুণঃ—হৈশিংবা; সর্ববথা—মওং পূন্নমক্তা; দৃঢ়নিশ্চয়—চেৎনা চিংনদবা; প্রৌঢ়শ্রদ্ধঃ—য়ৌনা থাজরিবা; অধিকারী—মতৌকচাবা মী; যঃ—মহাক; সঃ—মহাক; ভক্তৌ—ভক্তিদা; উত্তমঃ—মকোক; মতঃ—লৌনরবা (ওই)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্র-জ্ঞান-দা অমসুং শাস্ত্র-তুংইন্বা যুক্তিদা (ৱা পুথোক্পদা) হৈশিংবা, ( তত্ত্ববিচারনা, সাধনবিচারনা, পুরুষার্থ বিচারনা শ্রীকৃষ্ণভনী লাৎকদবদি অদুগা ন্নুংশিফম ওইনদি ) হায়বা সিদ্ধান্ত অসিবু মচেৎ মথাক অমত-ফাওবা চিংনদ্রবা, অমসুং মাগী শ্রদ্ধাসু য়োনা চেৎলবা —অদুগুম্বা মহাক্না ভক্তিধর্ম্ম যাজনগী উত্তম অধিকারীনী ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোক্পনী (১/২/১১)। মসী মমাঙগী পয়ারদা হায়রিবা ৱাফমগী প্রমাণনী ।

## মূল ৬৭

শাস্ত্রযুক্তি নাহি জানে দৃঢ়শ্রদ্ধাবান্ ।
মধ্যম অধিকারী সেই মহাভাগ্যবান্ ॥ ৬৭ ॥

## শব্দার্থ

শাস্ত্রযুক্তি—শাস্ত্র অমসুং শাস্ত্রগী তুংইন্বা যুক্তিসু ; নাহি জানে—খঙদে ; দৃঢ়শ্রদ্ধাবান্—চেৎনা থাজবা মী ; মধ্যম—ময়াই-ওইবা ; অধিকারী—অধিকারীনী ; সেই—মহাক্মক্ ; মহাভাগ্যবান্—লাইবক-য়াম্না-ফবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্রসু হৈতবা, শাস্ত্রগী তুংইন্না যুক্তি তৌবসু হৈতবা, অদুম্নদি ওইরগা মহাক য়োনা থাজগনবা মী ওইরবা— অদুগুম্বা মহাক্তি মধ্যম ( উত্তমগী মখা থংবা ) অধিকারীনী ; মহাক অদুমক্তা লাইবক-য়াম্না ফবনী ।

## নৈনরোল

'শাস্ত্রযুক্ত্যে অনিপুণ'—"শাস্ত্রযুক্তি নাহি জানে"-গী মফমদা "শাস্ত্র-যুক্ত্যে অনিপুণ" হায়বসু য়াওয়ি। অনিপুণ—হৈশিন্দবা ; শাস্ত্র খর খরদি খঙবা, অদুগা ফজনদি খঙদবা অদুনা শাস্ত্রগী তুংইন্বা যুক্তি উৎপদসু হৈশিং-দবা, যুক্তি খর খরদি উৎপা ময়ম্বা ; ভক্তিবদুনদি য়েৎলক্পা মীগী মত ককপা

ওম্‌দবা ; অদুগুম্বা মহাকপুনী অনিপুণ হায়বদি । মখাদা লৌখৎলিবা শ্লোক সিদদি "অনিপুণ শব্দসী য়াওরি । অদুনদি অনিপুণ হায়বা পাঠান্তরসিনদুম নাতৈ অমা চানরি ।

## মূল ৬৮

যঃ শাস্ত্রাদিষ্বনিপুণঃ শ্রদ্ধাবান্ স তু মধ্যমঃ ॥ ৬৮ ॥

## শব্দার্থ

যঃ—মহাক্ ; শাস্ত্রাদিষ্—শাস্ত্রনচিংবদা ; অনিপুণঃ—হৈশিংদবা ; শ্রদ্ধাবান্—শ্রদ্ধা ( থাজবদি ) লৈবা ; সঃ—মহাক ; তু—অদুবু ; মধ্যমঃ—ময়াই ওইবা ভক্তনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা শাস্ত্রদি খঙদবা অদুগা শাস্ত্রগী ওইবা যুক্তি পুংথোরকপদা হৈশিংদবা, অদুম্নদি ওইরগা অচেৎপা শ্রদ্ধাদদি লৈবা, অদুগুম্বা মহাকপু মধ্যম অধিকারী কৌয়ি ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোরকপনী ( ১/২/১২ )। মসী মমাঙথংবা মূল পয়ারদা হায়বা ৱাফমগী প্রমাণনী ।

## মূল ৬৯

যাহার কোমল শ্রদ্ধা সে 'কনিষ্ঠ জন' ।

ক্রমে ক্রমে তেঁহো ভক্ত হইবে উত্তম ॥ ৬৯ ।

## শব্দার্থ

যাহার—মহাক্কী ; কোমল—অমেঙবা, অনৌবা ; শ্রদ্ধা—থাজবা ; সে—মহাক ; কনিষ্ঠ জন—ইতোন্ তোন্‌বা মী ; ক্রমে ক্রমে—মথঙ মথঙ, অসুম্ব অসুম ; তেঁহো—মহাক্না ; ভক্ত হইবে—ভক্ত ওইগনী ; উত্তম—মকোক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বা ভক্ত অমগী শ্রদ্ধা ( থাজবহু ) মেঙলবা, অদু ওইরবদি মহাক কনিষ্ঠ ( ইথোন্-থোন্‌বা ) অধিকারীনী। ( অদুমকপু ) মহাক্না অস্তুম অস্তুম ( ভক্তি অঙ্গ ) চৎথহুনা মমৈদা উত্তম ভক্ত ওইবা ঙম্‌গনী।

## নৈনরোল

কনিষ্ঠ অধিকারীনা অস্তুম অস্তুম তত্ত্বমথৈ ভক্তি-অঙ্গ চৎথহুনা শাস্ত্র নৈনরগা মীনা য়েৎলকপদা শাস্ত্রগী ওইবা যুক্তিনা অয়েৎপা রাফমহু ককৃথৎপা ঙম্‌গনী ; নত্রগা শাস্ত্র নৈনদ্রবস্তু ভক্তিগী কৃপানা মহাকী মপুক্লীঙহু শেংলবা মতমদা ভগবত্তত্ত্বহু মাগী থম্মোইদা মথক্সমক কোঙদোক্লকনী ; মতমহুদা যুক্তি পুম্নমকপু মহাক্না ককৃথৎপা ঙম্‌গনী। শংশংনা উবদোনা তত্ত্ব পুম্নমকপু মহাক খঙলক্কনী।

### মূল ৭০

যো ভবেৎ কোমলশ্রদ্ধঃ স কনিষ্ঠো নিগদ্যতে ॥ ৭০ ॥

### শব্দার্থ

যঃ—মহাক ; ভবেৎ—ওইরবা ; কোমলশ্রদ্ধঃ—অমেঙবা শ্রদ্ধাগী মী ; সঃ—মহাক ; কনিষ্ঠঃ—ইথোন্-থোন্‌বা ; নিগদ্যতে—কৌগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বা অমগী থাজবহু ( শ্রদ্ধাহু ) অমেঙবা ওইরবদি মহাকপু কনিষ্ঠ অধিকারী কৌয়ি।

## নৈনরোল

শ্লোক অসী মমাঙগী মূল পয়ার ৬৯-দা হায়রিবা রাফমগী প্রমাণী। মসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোরকপনী ( ১/২/১৩ )।

### মূল ৭১

রতি-প্রেম-তারতম্যে ভক্ত-তরতম।
একাদশ স্কন্ধে তার করিয়াছে লক্ষণ ॥ ৭১ ॥

## শব্দার্থ

রতি--প্রেমগী ( মুংশিবগী ) মঙ্গোল, ভাব ; প্রেম—রতিনা হেন্সংনা পঙশল্লক্রবা ফীভম ; তারতম্যে—অথোই-অহেনগী মতুং ইন্না ; ভক্ত-তর-তম —হেন্সংনা থোইবা অমদি পুঙহেন্-হেনবা ভক্ত কৌয়ি ; একাদশ স্কন্ধে— শ্রীমদ্ভাগবতমগী তরামাথোইশুবা স্কন্ধদা ; তার—মহুগী ; করিয়াছে—তৌরে ; লক্ষণ—খুদম ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভক্ত অমদা লৈরিবা) রতিপ্রেমগী অথোই-অহেনগী চাং তমহ্নুনা মহাক করম্বা চাংদাগীনো হায়বহ্ লেপ্পনী। শ্রীমদ্ভাগবতমগী তরামাথোই শুবা স্কন্ধদা ভক্তমখলশিংগী লক্ষণ তাক্লি ।

### মূল ৭২

সর্ব্বভূতেষু যঃ পশ্যেদ্ ভগবদ্ভাবনাত্মনঃ ।
ভূতানি ভগবত্যাত্মন্যেষ ভাগবতোত্তমঃ ॥ ৭২ ॥

শব্দার্থনাচিংবদি মূল ২/৮/২৭৯ শ্লোক অতুদা য়েংবিয়ু ।

### মূল ৭৩

ঈশ্বরে তদধীনেষু বালিশেষ দ্বিষৎসু চ ।
প্রেম-মৈত্রী-কৃপোপেক্ষা যঃ করোতি স মধ্যমঃ ॥ ৭৩ ॥

## শব্দার্থ

ঈশ্বর -ঈশ্বরদা ; তৎ-অধীনেষু—মহাকী ( ঈশ্বরগী ) মখা-পোন্বা মীশিংদা ( ঈশ্বরগী ভক্তশিংদা ) ; বালিশেষু—ভক্তিগী ম্রা খঙদবা মীশিংদা ; দ্বিষৎসু—ভগবানবু য়েংথিবশিংদা ; প্রেম-মৈত্রী-কৃপোপেক্ষাঃ—ঈশ্বরদা প্রেম, ভক্তদা মৈত্রী ( মরূপ ওইবগী মতৌ ), জ্ঞান-লৈতবা জীবদা থৌজানবা ; অতুগা য়েংথীবা মীশিংদা উপেক্ষা (থৌশাদবা) ; যঃ—মহাক্লা ; করোতি — তৌয়ি ; সঃ— মহাক ; মধ্যমঃ মধ্যম ( উত্তমগী মথক্ত ভক্ত )-নী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরদা প্রেম, মহাকী ভক্তশিংদা মরূপ ওইবগী ভাব উৎপা, ভক্তিগী য়া কৈচ্ছু-খঙজদবা, জীবদা কৃপা ( চান্‌বা ), অমসুং ভগবান্‌বু য়েংথীবা মীদা থৌশাদবা উৎপা—অদুগুম্বা মীদি মধ্যম ভক্তনী।

## নৈনরোল

মফম পুম্বদা মীংয়েং মান্নবা য়েংবা ঙম্বা পুক্‌চেল্ মতাদো মাগী ওইদবা মরম্না মহাকপু মধ্যম ভক্তলক্তা চল্লী।

## মূল ৭৪

অর্চ্চায়ামেব হরয়ে পূজাং য শ্রদ্ধয়েহতে।
ন তদ্ভক্তেষু চান্যেষু স ভক্তঃ প্রাকৃতঃ স্মৃতঃ ॥ ৭৪ ॥

## শব্দার্থ

অর্চ্চায়াংএব —প্রতিমাদা ( অয়েকপা নত্রগা অশাবা মূর্ত্তিদা ) ; হরয়ে —শ্রীহরিবু ; পূজাং—পূজা ; যঃ - মহাক্না ; শ্রদ্ধয়া—থাজবগা লোয়নননা ; ঈহতে—তৌয়ি ; ন—নত্তে ; তং—মহু ; ভক্তেষু—ভক্তশিংদা ; চ—অমসুং ; অন্যেষু—অতোপ্পদসু ; সঃ—মহাক ; ভক্তঃ—ভক্ত ; প্রাকৃতঃ—প্রাকৃত ( ভক্তি-চংপা-হৌবদা-ডায়রিবা ) ; স্মৃতঃ—হায়নৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রদ্ধাগা লোয়ননা শ্রীহরিবু প্রতিমাদা পূজা তৌবা, অদুগা হরিভক্তবু নত্রগা অতৈবুদি পূজা তৌদবা মহাক অদু প্রাকৃত হায়বদি কনিষ্ঠ ভক্তনী হায়নৈ।

## নৈনরোল

শ্লোক অসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌথোকপনী ( ১১/২/৪৭ )।

হকচাঙগী মতৌনা (কায়িক লক্ষণা) অদুগা পুক্নীংগী মতৌনা (মানসিক লক্ষণা) কনিষ্ঠ ভক্তগী মশক তাক্লি। প্রতিমাবু খুরুম্বা হায়বসে কায়িক লক্ষণী। প্রতিমাদা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ভগবৎ-পূজা তৌরগা ভগবান্‌গী ভক্ত অমসুং ভক্ত-নত্তবা অতৈবুদি লুনা তৌদবা ভক্ত জাংতাহু কনিষ্ঠ ভক্তনী। প্রতিমাগী পূজাদা ভক্তচুগা লৈরিবা শ্রদ্ধাদো শাস্ত্রগী অর্থ খঙহুনা তৌবা

নত্তে, মী খ্বায়না তৌনরকপনী হায়রহ্না মাস্থু শ্রদ্ধা তৌজবনী। অহুনা মাগী শ্রদ্ধাসী মবুক্‌থোক্কী শ্রদ্ধা ওইরবদি ভগবান্‌গী মকমদা মহাক্কী প্রীতি (নুংশিবা) পোক্কদবনী অহুগা ভগবান্দা প্রীতি পোক্লবদি ভক্তগী মহিমাস্থু মহাক খঙগদবনী অহুগা পূন্নমক্কী মনূঙদা শ্রীকৃষ্ণ লৈ হায়না খন্দুনা মী পূন্নমক্‌পু লুনা তৌগদবনী। শাস্ত্রার্থ খঙলগা প্রেমদি পোক্কিবা ভক্তদি মুখ্য কনিষ্ঠ ভক্ত হায়বহুনী।

শ্লোকসিদা প্রাকৃতভক্ত-হায়বা শব্দসিনা খঙহল্লিবদি ভজন হৌগংপদা ঙায়রিবা, ভজন অহুনা মাগী চিত্তদা করিগুম্বা ক্রিয়া অমতা ফোঙদোক্‌পা ঙমদবা, অহুগা মী পূন্নমকপু লুনা তৌননবগী মবুক্কী ফীভম ওইদ্রিবা অহুগুম্বা মহাক্‌পুনী।

## মুল ৭৫

সর্ব্ব-মহা-গুণগণ বৈষ্ণব-শরীরে।

কৃষ্ণভক্তে কৃষ্ণের গুণ সকল সঞ্চারে ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্ব-মহা-গুণগণ—মহাগুণশিং পূন্নমক ; বৈষ্ণব-শরীরে—বৈষ্ণবকী হকচাঙদা (লৈ) ; কৃষ্ণভক্তে—কৃষ্ণগী ভক্তদা ; কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী ; গুণ সকল —গুণ পূন্নমক ; সঞ্চারে— চঙশল্লী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাগুণশিং পূন্নমক বৈষ্ণব অমগী হকচাঙদা লৈ। শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তদা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ পূন্নমক চঙশল্লী।

## নৈনরোল

**কৃষ্ণ ভক্তে কৃষ্ণের গুণ**—শ্রীকৃষ্ণগী শীঙলাক্‌-ঙম্‌দবা গুণ ময়ামগী মনূঙদা গুণ ৬৪-খক্না খ্বায়দগী থোইদনী। গুণ ৬৪-সিস্থু পূমস্থু-শুনা ভক্তদা য়াওদে। ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী মত মতুঙ ইন্না গুণ ৬৪-সিগী মনূঙদগী গুণ ২৯-খক ভক্তদা য়াওবা উই হায়। মখোয়স্থুদি অসিনী—(১) সত্যবাক্য (অচুম্বা ঙাংবা) ; (২) প্রিয়ম্বদ (নুংশিবা মা ঙাংবা) ; (৩) বাবদূক (ভাবদা

থুম্বা অমসুং অর্থ-চঙখোন্‌বা ঙাইহে শীজন্নবা হৈবা); (৪) সুপণ্ডিত; (৫) বুদ্ধিমান্‌, (৬) প্রতিভাবান্‌ ( অনৌবা পুথোক্‌-ঙম্বা ); (৭) বিদগ্ধ (রসিক); (৮) চতুর (হৈশিংবা); (৯) দক্ষ ( থবক হৈবা ); (১০) কৃতজ্ঞ (তৌবিমল্‌-খঙবা); (১১) সুদৃঢ়ব্রত ( ব্রত-চেংপা ); (১২) দেশকালসুপাত্রজ্ঞ (মফম-মতম-মীতা-খঙবা ); (১৩) শাস্ত্রচক্ষুঃ ( শাস্ত্রগী মতুং ইন্না থবক তৌবা ); (১৪) শুচি ( অমাং অশেঙবগী মরমদা শেংবা ); (১৫) বশী (ইন্দ্রিয়-খুদুম-চন্‌বা); (১৬) স্থির ( লেঙদবা ); দান্ত (মপাস্থোংগী ইন্দ্রিয়-খুদুম-চন্‌বা); (১৮) ক্ষমাশীল ( ঙাক্‌পীহৈবা ); (১৯) গম্ভীর (চীঙলেম্বা); (২০) ধৃতিমান্‌ ( অৱা-নুংঙাই অনীমক্তা ফীহুমকায়দবা ); (২১) সম ( চাংমান্নবা ); (২২) বদান্য ( পীনহৈবা ); (২৩) ধার্ম্মিক (ধর্ম্ম-লৈবা); (২৪) শূর (লান্দা থৌবা অমসুং খুৎলাই থাবা হৈবা ); (২৫) করুণ (মীনুংশি-খঙবা); (২৬) মান্য-মানকৃৎ (গুরু ব্রাহ্মণ-অহল-লাইমন্‌শিংবু লাৎপা); (২৭) দক্ষিণ (সংস্বভাব গুণ লৈবগী চরিত-মেঙবা ); (২৮) বিনয়ী ( নোল্লুক্‌পা ) (২৯) হ্রীমান্‌ (ইকাই-খীগনব)।

গুণ ২৯ অসী ভক্তদা চংঙী। অতৈ মপূঙফানদি চঙদে। গুণ খুদিংগী মরীক মরীক ওইবা মাত্রাদা চঙবনী; মপূঙ ওইনা চেন্‌বদি শ্রীকৃষ্ণতনী।

কৃষ্ণভক্ত—শ্রীকৃষ্ণগা মরীলৈনবা রতি-নচিংবা মচানা পামজবা ভাব অরাঙবনা কনাগুম্বগী থম্মোইনুংদু শাগৎলবদি মহাক কৃষ্ণভক্তনী। ভক্তগী মখল অনী শুই, মহুদি—সাধক অমসুং সিদ্ধ; সিদ্ধভক্তসু অমুক সাধনসিদ্ধ হায়বনা, কৃপাসিদ্ধ হায়বা অমা, অতৈগা নিত্যসিদ্ধ হায়বা অমা— মখল অহুম লৈ।

## মূল ৭৬

যস্যাস্তি ভক্তির্ভগবত্যকিঞ্চনা
সর্বৈর্গুণৈস্তত্র সমাসতে সুরাঃ।
হরাবভক্তস্য কুতো মহদ্‌গুণা
মনোরথেনাসতি ধাবতো বহিঃ॥ ৭৬॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ১/৮/৫৮ অদুদা য়েংবিয়ু।

### মূল ৭৭

এই সব গুণ হয় বৈষ্ণব-লক্ষণ ।
সব কহা না যায়, করি দিগ্ দরশন ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

এই সব—পূম্নমক অসী ; গুণ—গুণ ; হয়—ওই ; বৈষ্ণব-লক্ষণ—বৈষ্ণবকী লক্ষণ ; সব—লোইনমক ; কহা—হায়বা ; না যায়—থোক্তে ; করি—তৌগ্নি ; দিগ্ দরশন—মায়কৈ-লাক্পা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গুণ পূম্নমক্কীনা বৈষ্ণব-লক্ষণী । গুণশিংদু লোইনা হায়বা ওইথোক্তে, অহুনা শন্দংনা হায়রিব্নী ।

### মূল ৭৮-৮০

কৃপালু, অকৃতদ্রোহ, সত্যসার, সম ।
নির্দ্দোষ, বদান্য, মৃদু, শুচি, অকিঞ্চন ॥ ৭৮ ॥
সর্বোপকারক, শান্ত, কৃষ্ণৈকশরণ ।
অকাম, অনীহ, স্থির, বিজিতষড়্ গুণ ॥ ৭৯ ॥
মিতভুক্, অপ্রমত্ত, মানদ, অমানী ।
গম্ভীর, করুণ, মৈত্র, কবি, দক্ষ, মৌনী ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

কৃপালু—চানবীহৈবা ; অকৃতদ্রোহ—কনামগী মাডনবা তৌদবা ; সত্য-সার—অচুম্বতনা মচি ওইনা লৌবা মহাক ; সম—লোইনমক্তা মান্নবা চংপা ; নির্দ্দোষ—অরাল্ অন্তই-লৈতবা ; বদান্য—পীনহৈবা ; মৃদু—মেওবা ; শুচি—অশেংবা ( পবিত্র ) ; অকিঞ্চন—শ্রীকৃষ্ণগীদমক লোইনা থাদোক্পা ; সর্ব্বোপকারক—পূম্নমক্কী কানবা তৌবা মী ; শান্ত—শ্রীকৃষ্ণদা মাগী বুদ্ধি লুপ্পা ; কৃষ্ণৈকশরণ—কৃষ্ণভনা মাগী চঙজকম ওইবা অচুম্বা মহাক ; অকাম—মহাগী ইন্দ্রি পেলহন্নীংদ্রবা ; অনীহ—কৃষ্ণসেবা নত্তনা অতৈ অমা

তৌদবা ; স্থির—লেংদবা ( চঙশল্লবা থবক্তা মহৈ চাদ্রিফাংবা অতুম লেংদবনথৈ লৈবা মহাক ) ; বিজিত-ষড়্গুণ—কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, মাৎসর্য্য হায়বা য়েক্লবা তরুকশিবু জয় তৌরবা মহাক ; মক্রগা ক্ষুধা ( অরাম্বা ). পিপাসা ( খোরাংবা ), জরা—(অহল্ ওইবা), ব্যাধি (অনায়েক), শোক ( অশি-অনা থেংনবদা থরাংই য়াবা ), মোহ (পংথব ) হায়বা তরুকশিবু জয় তৌবা মহাক ; মিতভুক্—চাবা-থক্পদা চা নাইবা ( হেন্নসু য়াংনসু চাদবা ) ; অপ্রমত্ত—ভাংদবা (মুংচাইনবদগী অমাদি য়ামনবদগী ভাংবা অদু ওইদবা) মক্রগা মতমপুম্বদা শীরম পুম্মক্তা পুনীংঙ চংবা ; মানদ—অতোপ্পবু ইকাই-খুম্নবা ( জীব খুদিংমক্তা কৃষ্ণ লৈ হায়দুনা জীববু সম্মান তৌবা ) ; অমানী—অতোপ্পদগী সম্মান পামদবা ; গম্ভীর—মরুকথোক্কী য়া অতৈনা খঙদবা ( চীং-লেম্বা ) ; করুণ—মুংশি-চাংবা ( অতোপ্পগী অৱাবা থাংবা ঙমদবা ) ; মৈত্র—মরুপকী পুকচেল্-চেনবা ( য়েন্নবা-লৈংবা ) ; কবি—মাকোংনা ভাবদা মুং চাইবা, ফজবা অর্থ অমদি ভাবকী চংখোনবা য়াংবা বাকা লেংবদা হৈবা অদুবু কবি কৌয়ি ; দক্ষ—থবক তৌবদা হৈশিংবা ; মৌনী য়ারেন্-চাংদবা।

মৈতৈলোনদা হন্দোক্তরে, মরমদি গুণবাচক শব্দশিংগী অর্থ শব্দার্থদা য়াংরিবগী হন্জনবা তৌদনবা।

## মৈনরোল

নির্দোষ—দোষ-চেনবা। দোষ মথল য়াম্থরে ; মদুগী মনুংদা মহা-দোষ তরানীপান্থক লৈ ; মদুদি অনিনী—মোহ (পংথবা) ; তন্দ্রা (টুইবা, তনবা) ; ভ্রম (শোয়ান্নবা) ; রুক্ষরস (মুংশিবগা মরী-লৈনদবা মশাং) ; উল্বন-কাম ( য়ানচাই ওইবা লৌকিক কাম ) ; লোলতা ( তয়াং-তয়াংবা শাজৎ-মতা) ; মদ ( ময়াইকাবা ) ; মাৎসর্য্য ( মীগী মুংঙাইবা উবগা কলকপা ) ; হিংসা ( হাংনীং-চৈনীংবা ) ; খেদ ( মুংনাংবা ) ; পরিশ্রম ( মিপাইবা চোক্থবা ) ; অসত্য (ওইদবা) ; ক্রোধ (অশাংবা) ; আকাঙ্ক্ষা (পাম্শনবা) ; আশঙ্কা ( চিংনবা ) ; বিশ্বভ্রম ( ব্রহ্মানচিংবা ভক্তগা সম্বন্ধ লৈবনা জগৎ-পালনগী ইচ্ছা পোক্পা ) ; বৈষম্য (মান্নদবা) ; পরাপেক্ষা (মীবু ঙাইবা) !

দান্ত—করিগুম্বা লাইরীক্তা 'বদান্যগী' মফমদা 'দান্ত' থম্বা য়াওরি। দান্তগী অর্থদি—মতৌকচাবা অরাবহু থাওবদা য়ানডাই ওইরবসু থাওদোক্পা মহাকপু দান্ত কৌরি ; ইন্দ্রিয়-খুতুম-চন্‌বসু হায়।

## মূল ৮১

তিতিক্ষবঃ কারুণিকাঃ সুহৃদঃ সর্ব্বদেহিনাম্।
অজাতশত্রবঃ শান্তাঃ সাধবঃ সাধুভূষণাঃ ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

তিতিক্ষবঃ—অখাঙ-কনবা (ভাকপীইবা) ; কারুণিকাঃ—চানবীইবা ; সুহৃদঃ—মরূপ ; সর্ব্বদেহিনাম্—পরাক্রমানবশিংগী ; অজাতশত্রবঃ—ফেরবা-লৈতবা ; শান্তাঃ—ইঙ-ঙম্বা ( কৃষ্ণব চেংনা থনবা ) ; সাধবঃ—সাধুনী ; সাধুভূষণাঃ—সাধুবু লৈতেং ওম্না মশিংনা মীশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অখাঙ-কনবা (ভাকপীইবা), চানবীইবা, পরাক্রমানবশিংগী মরূপ, ফেরবা-লৈতবা, শান্ত ওইবা অমসুং সাধুশিংবু সজানবা ঙাবা মখোয়দো সাধুনী।

### তৈলাবা

মূল ৭৮—৮০ শ্লোকতা অমসুং শ্লোকসিদা সাধুগী হায়বদি কৃষ্ণভক্তগী তটস্থ লক্ষণশিং হ্রাল্লি। শ্রীমদ্ ভাগবতকী ( ৩/২৬/২১ )।

## মূল ৮২

মহৎসেবাং দ্বারমাহুর্বিমুক্তে-
স্তমোদ্বারং যোষিতাং সঙ্গিসঙ্গম্।
মহান্তস্তে সমচিত্তাঃ প্রশান্তা
বিমন্যবঃ সুহৃদঃ সাধবো যে ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

মহৎসেবা—মহৎসেবান্ ( ভগবান্‌গী ভক্তগী সেবান্ ) ; দ্বারম্—থোঙ ;

কামগী ভাবতমক পোক্কনী অদুগা কন্‌শল্লকনী, অদুনা কামগীদমক ওাওথং-লক্‌পা য়াই ; মরমদুনা নুপীগা লোয়নগন্‌বা মীগা ভৌবা সঙ্গদি সংসার-লাংদা অদুম খুদুনা লৈননবগী মরম্নী হায়রিবনী।

মূল ৮৩

কৃষ্ণভক্তি জন্মমূল হয়—সাধুসঙ্গ।
কৃষ্ণপ্রেম জন্মে তেঁহো পুন মুখ্য অঙ্গ ॥ ৮৩ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণভক্তি-জন্মমূল—কৃষ্ণভক্তি পোক্রবগী মরু ; হয়—ওই ; সাধুসঙ্গ—সাধুগা ভক্তগা তিন্নহনা ; কৃষ্ণপ্রেম- কৃষ্ণব নুংশিবা ; জন্মে--পোক্‌য়ি ; তেঁহো—মদুনা হায়বদি সাধুসঙ্গনা ; পুন—অমুক্‌স্থু ; মুখ্য—মরু ওইবা ; অঙ্গ—শরুক্নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাধুসঙ্গদগী কৃষ্ণভক্তি পোক্‌য়ি ; অদুগা অমুকস্থু সাধুসঙ্গদি কৃষ্ণপ্রেম পোক্রবগীস্থু মরু ওইবা সাধন অঙ্গনী।

## লৈনরোল

ভক্তিধর্ম্ম চংননবা অধিকারী কনানো হায়বদু তাক্রগা, মতৌ কবম্না চঙ্গগদগে হায়বদু অমুক থাক্রি। সাধসঙ্গ ভৌবা তাই। নুপীগা লোয়নগন্‌বা মীতাগা তিন্নবা পূড়থা থাদোক্‌পা তাই ;

মায়া—লাংদা থুরবা জীবগী চিত্তদা কৃষ্ণভক্তি পোরবগী অনন্তা-ভায়বা মরমদি সাধুসঙ্গনী। সাধুসঙ্গ নত্তনা ভক্তি পোক্‌পা ঙমদে। "মহৎকৃপা বিনা কোন কর্ম্মে ভক্তি নয়—মহৎকী কৃপা নত্তনা করিগুম্বা থবক্না ভক্তি ওইদে। ২।২২৫১ ॥" সাধুসঙ্গদি মতমপুম্বদা ভগবান্‌গী মরমদা রা তাবা ফংডী, মড়দা পুরীডগী তমোংপা লাম্না চংলী, অড়গা ভক্তি পোকপগী তান অমা ফংডী। সাধশিংগী মচং অদু উরগা মতৌ অদু তম্নীঙডী, অদুবু মতৌ তম্নীঙবনদি ভক্তি পোক্কদবা নত্তে ; ভক্তি পোক্রনবা অমংগা-ভায়বা মরমদি মহৎকৃপানী।

মহৎ হায়বসী মৈনা অমনা চাক্রবা কোয়লাগুম্বনী। অদুগা মায়া-লাংদা থুরিবা জীবনা বিষয় পাম্বা কৌবা অমুবনা মুহন্নবা কোয়লা অমুবগুম্বনী। কোয়লা-চক্র অমদা মৈচাক্পা কোয়লা হাপ্চল্লগা কাল্লগদি মৈচাক্পা কোয়লাগা শম্নবদগী কোয়লা অমুবশিংদুম্ম্ চাক্থৎলক্তুনা লংত্রিক লংডী; মতৌ অদুগুম্না মৈচাক্পা কোয়লাগুম্বা মহৎকা শম্নবদগী কোয়লা-অমুবগুম্বা মায়ালাংগী জীবগী চিত্তম্ অমোৎপা থাদোক্তুনা ভাংশং ভাঙনা লংত্রিক লংখৎলক্লিয়ি। মৈচাক্পা কোয়লাদু হাপ ত্রবা অদুগা পঙকামদা কান্নবা—অদু ওইরবম্ কোয়লা অদু লংখৎহন্‌বা য়াদে; অদুগুম্না সাধু-সঙ্গ নত্তনা চামরক হোৎনদুনম্ জীবগী বিষয়-পাম্বদু কোক্পা য়াদে।

## মূল ৮৪

ভবাপবর্গো ভ্রমতো যদা ভবেৎ
জনস্য তর্হ্যচ্যুত সৎসমাগমঃ।
সৎসঙ্গমো যর্হি তদৈব সদ্গতৌ
পরাবরেশে ত্বয়ি জায়তে রতিঃ॥ ৮৪॥

শব্দার্থনচিংবদি ২/২২/৪৬ মূল-দা য়েংবিয়ু।

## মূল ৮৫

অত আত্যন্তিকম্ ক্ষেমং পৃচ্ছামো ভবতোহনঘাঃ।
সংসারেহস্মিন্ ক্ষণার্দ্ধোহপি সৎসঙ্গঃ সেবধির্নৃণাম্॥ ৮৫॥

## শব্দার্থ

অতঃ—মরমদুনা; আত্যন্তিকম্—থম্ য়ৌবী হায়বদি পরমার্থগী ওইবা; ক্ষেমং—মঙ্গল; পৃচ্ছামঃ—হংগে; ভবতঃ—অদোম্‌খোয়দগী; অনঘাঃ—হে অনঘশিং (হে পাপ চেন্দবা ঋষিশিং); সংসারে অস্মিন্—সংসার অসিদা; ক্ষণার্দ্ধঃ—ক্ষণ অমগী তংখাই ফাওবা; সৎসঙ্গঃ—সাধুগা তৌবা সঙ্গ; সেবধি—নীঙবা পুম্বা থুংহল্লী; নৃণাম্—মীওইবশিংগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিমিমহারাজনা নবযোগেন্দ্রদা হায়রম্মী—মরমতুনা হে পাপ্-চেন্দবা ঋষিশিং,নখোয়গী নকমদা থম্‌য়ৌবী মঙ্গল করিনো হায়বতু হংগে। মরমদি, ক্ষণ তংখাইমতগী তৌবা সাধুসঙ্গনা মীওইবগী নীঙবা পুম্বা থুংহল্লী।

## নৈনরোল

অতঃ—মরমতুনা। শ্লোকসিগী মমাঙ-থংবা শ্লোক অতুদা হায়রি—হকচাঙ-পান্‌বশিংগী মনুঙদা, পরম-পুরুষার্থ সাধন তৌবগী মতীকচাবনী হায়তুনা, মীওইবগী দেহসী ফংবদা য়ৌনা ঘ্রানঙাইনী; মীওইবশিংগী মরক্তস্থু অমুক ভগবদ্‌ভক্তগী দর্শন য়াম্না ঘ্রানা ফংবনী—মরমদি, ভগবদ্‌ভক্তগী কৃপানা মঙাশুবা পুরুষার্থ ওইরিবা প্রেম হায়বতু ফাওবা ফংবা য়াই। মসিগী মতুঙদা "অতঃ—মরমতুনা" হায়বা শব্দগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মতুদি—"লাইবক ফবদগী ঐহাক ফংবদা ঘ্রারবা মীওইবগী হকচাঙ ফংজরে অমসুং অমুক হেন্না লাইবক ফবনা অদোমখোয়গুম্বা ভগবান্‌গী অচান্‌বা ভক্তগী দর্শনস্থু ফংজরে; মরমতুনা, তাঙ্গা অসিদা ঐগী মীওইপোক্কী মহে য়ান্‌বা য়ানবা থমথে বী মঙ্গল করিনো হায়বতু অদোমখোয়গী চীন্দগী শ্রবণ তৌবনা ঐগী ইথৌনী।"

আত্যন্তিকং ক্ষেমং—থম্‌থেংবী মঙ্গল, মতুদগী হেন্‌বা মঙ্গল অমা লৈত্রবা মঙ্গল অদো। মতুগী মরমদা ঘ্রা অমা পৃচ্ছামঃ—হংগে। ঋষিশিংতুনা য়ৌরম্-য়ৌকাত্রিঙৈনা নিমি মহারাজনা মখোয়গী মফমদা 'আত্যান্তিক ক্ষেমগী' মরমদা ঘ্রা হংখি; মরমদি মহাক্না খঙই—ক্ষণ-তংখাইমুক্তংগী সাধসঙ্গনস্থু জীবগীদমক্তদি নীংজবা পুম্নমক থুংঙী। "ক্ষণমিহ সজ্জন-সঙ্গতিরেকা ভবতি ভবার্ণবতরণে নৌকা ॥ মোহমুদ্‌গর ॥" মরমতুনা মহাক্না য়াম্না য়ামখিদ্রবা মতম ফাওবা মাঙহল্লম্‌দে।

সাধুসঙ্গতনা জীবগী অনীঙবা পুম্বা থুংহল্লী হায়বগী প্রমাণী শ্লোকসী। শ্লোকসী শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগীনী ( ১১/২/৩৩ )।

মূল ৮৬

সতাং প্রসঙ্গান্মম বীর্য্যসংবিদো
ভবন্তি হৃৎকর্ণরসায়নাঃ কথাঃ
তজ্জোষণাদাশ্বপবর্গবর্ত্মনি
শ্রদ্ধা রতির্ভক্তিরনুক্রমিষ্যতি ॥ ৮৬ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/২/৫৮ মূল শ্লোক অতুদা য়েংবিয়ু।

সাধুসঙ্গগী ময়াইনা শ্রদ্ধাদগী হৌরগা রতিভক্তি ফাওবা কাবা য়াই হায়বসিগী প্রমাণ্নী নৈনরিবা শ্লোকসী। মথক্কী শ্লোক অহুমসী মমাঙগী পয়ার ৮৩ গী প্রমাণ্নী।

মূল ৮৭

অসৎসঙ্গ—ত্যাগ এই বৈষ্ণব আচার।
স্ত্রীসঙ্গী এক 'অসাধু'—কৃষ্ণাভক্ত আর ॥ ৮৭ ॥

শব্দার্থ

অসৎসঙ্গ—সৎনত্তবগা তিন্নবা; ত্যাগ—থাদোকপা; এই—মসী; বৈষ্ণব-আচার—বৈষ্ণবকী শাজৎনী; স্ত্রীসঙ্গী—নুপীগা সঙ্গ-তৌবা মী; অসাধ—সাধু-নত্তবা মী; কৃষ্ণ-অভক্ত—কৃষ্ণগী ভক্ত-নত্তবনা; আর—অমনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সৎ নত্তবগা তিন্নদবা অসী বৈষ্ণবকী আচার অমনী। নুপীগা সঙ্গ তৌবা মী মাসু সাধু-নত্তবা অমনী; অহুগা কৃষ্ণগী ভক্ত-নত্তবা অমা সাধু-নত্তবা অমনী।

নৈনরোল

পয়ারসিদা মহাপ্রভুনা বৈষ্ণবকী আচারগী মরমদা তাকৃপীরি। আচার-মথল অনীনী—অমনা গ্রহণাত্মক (লৌগদবা), অহুগা অমনা বর্জ্জনাত্মক

( তুন্দোক্কদবা )। লৌগদবা আচারশিংবু স্থ-আচার নত্রগা সদাচার কৌয়ি ; তুপ্তেক্কদবা আচারশিংবুনা কু-আচার নত্রগা অসদাচার কৌয়ি।

উদ্দেশ্য করিনো হায়বত্থ য়েংলগা সদাচার নত্রগা অসদাচার লেপ্‌কদবনী। উদ্দেশ্য-সিদ্ধি ওইবগীদমক য়াগদৌবা আচারবু সদাচার কৌয়ি ; অদুগা উদ্দেশ্যসিদ্ধিগীদমক অকায়বা ওইবা অদুনা অসদাচার কৌয়ি। মরমসিনা, উদ্দেশ্যগী খেন্নবা মতুং ইন্না আচারস্থ খেন্নে। অনা-লায়য়েংভবগী ওইরগনা হক্চাংভগী ফৎলোইদৌবা পোৎ (কুপথ্য) থাদোক্কদৌবনী অদুগা ফগদবা পোৎ (স্থপথ্য ) লৌগদবনী। লাইয়েংভবগী মত্মদদি স্থপথ্য লৌবনা সদাচারনী অদু কুপথ্য লৌবনা কুআচারনী। অনাবা পূন্নমক্তা পোৎ পূন্নমক স্থপথ্য ওইদে ; সান্নিপাত লাইনাদা য়ুবী অশংভবগী মহীদি কুপথ্যনী তৌইগুম্বস্থং পূক্-চৎপদা য়ুবী অশংভবগী মহী স্থপথ্যনী। শৈব, শাক্ত, বৈষ্ণবনচিংবা তোঙান্-তোঙান্‌বা সাধক সম্প্রদায়না পাম্বা পোৎ তোঙান্-তোঙান্নে হায়দুনা মখোয়গী আচারস্থ তোঙান্-তোঙান্নী। মী পূন্নমক্না মরন্নাই উদ্দেশ্য-উদ্দেশ্যদুগী সিদ্ধি ফংনবা অনুকুল আচার চংচৈ, অদুনা কনামতনদি নিন্দা তৌকন নত্তে।

বৈষ্ণবকী আচার খঙগে হায়রবদি বৈষ্ণবকী উদ্দেশ্য (পান্দম) করিনো হায়বত্থ খঙফম থোক্‌য়ি। দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুর—হায়বা ভাব মরিসিগী মন্ৰুদা অমখক্কী পরিকরশিংগী অন্তুগত (তু ইন্‌বা) ওইদুনা মরন্নাই নীচবদি থাদোক্লগা ভাব অদুগী ওইবা য়াননবা সিদ্ধ-দেহদা ব্রজদা ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবত্থ শ্রীমন্‌মহাপ্রভুগী তুংইন্‌বা বৈষ্ণব-সম্প্রদায়গী অপাম্বা পোৎনী। উদ্দেশ্যসী পাংথোক্লবগী কান্নগদবা আচার অদুনী বৈষ্ণবশিংগী গ্রহণাত্মক সদাচার হায়বদো ; অদুগা অকায়বা ওইগদবা আচারদুনা বৈষ্ণব-শিংগী বর্জ্জনাত্মক অসদাচার হায়বদুনী। সদাচারসিনা বিধি ( তৌগদবা ), অদুগা অসদাচারদুনা নিষেধ ( তৌইদবা ) হায়বদুনী। বিধি লৈরিবশিংগী মচি ওইবা বিশিদি অমখক্তনী, অতৈ বিধিশিংদি মচি ওইবা (সার) বিধিসিগী অঙ্গপূরক ( হাপ চল্লবপা ) অমস্থং পরিপূরক (মেন্‌খংনবা) ভান্নী, মচি ওইবা

বিধিদি মতমপৃম্বদা শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙবা ( স্মরণ ) হায়বসিতনী। নিষেধ লৈরিবশিংগী মরক্তস্থ সার নিষেধস্থ অমথক্তনী, নিষেধ অতৈদি সার নিষেধগী অনুপূরক অমস্থং পরিপূরক ঙাক্লী ; সার নিষেধ ওইরিবসী, কৃষ্ণবু কাউবা ( কৃষ্ণবিস্মৃতি ) হায়বহুনী। "স্মর্ত্তব্যঃ সততং বিষ্ণুর্বিস্মর্ত্তব্যো ন জাতুচিৎ ; সর্ব্বে বিধিনিষেধাঃ স্যুরেতয়োরেব কিঙ্করাঃ ॥—পদ্মপুরাণ, উত্তরখণ্ড ॥ ৭১/১০০ ॥" অসিনদি—মতম পৃম্বদা শ্রীকৃষ্ণবু স্মরণ তৌবা হায়বসিনা বৈষ্ণবকী সদাচার হায়বহুনী ; শাস্ত্রদা ইহুনা থমম্বা অতৈ সদাচার খুদিঙনা শ্রীকৃষ্ণবু স্মরণ তৌবদা ( নীঙশীঙবদা ) তেঙবাঙবা ওইবতনী। অতুগা শ্রীকৃষ্ণবু কাউথোকপা ( বিস্মৃতি ) হায়বসিনা বৈষ্ণবশিংগীদি কু-আচার হায়বদি অসদাচার হায়বহুনী ; শাস্ত্রদা য়াওবা অসদাচার খুদিঙমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু কাউবদা তেঙবাঙবা ঙাক্লী। থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণ-নীঙশীঙববু (স্মৃতি) ফজনা ফহল্লিবা হায়বা ভক্তি পোক্হনবা হায়বা আচার পুন্নমক বৈষ্ণবকী সদাচারনী ; অতুগা শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙবদা মতেঙ ওইদবা, ভক্তি পোক্লবগী সুযোগ মাঙহনবা, শ্রীকৃষ্ণবু কম্না কাইহনবা, বিষয়াসক্তি কনশনহনবা ইহকাল নত্রগা পরকালদা ইছাগী নুংঙাইবতা থিবা অতুগুম্বা আচারশিং পুন্নমক্তি বৈষ্ণবশিংগী অসদাচার ঙাক্লী।

অসৎসঙ্গ ( সাধু নত্তবগা সঙ্গ তৌবা ) হায়বগী বর্জ্জনাত্মক বৈষ্ণবাচার হায়বদি অসদাচারনী : মরমতুনা অসৎ সঙ্গ থাদোক্পা তারে। অসৎসঙ্গ থাদোক্পগী পাউৎাকসিনা তাকপদি সৎসঙ্গ তৌগদৌবনী হায়বনী। সদাচার করিনো হায়বহু উৎননবা উদাহরণ অমনীদঙম্ম পীরি। নুপীগা-সঙ্গ-তৌবা মীগা সঙ্গ তৌবা, কৃষ্ণগী ভক্ত-নত্তবা মীগা সঙ্গ তৌবা, বর্ণাশ্রম ধর্ম্মগী অনুষ্ঠান তৌবা—অসী পুন্নমক অসৎসঙ্গনী হায়বদি অসদাচারনী, মরমসিনা মথোয়সী থাদোক্কদবনী। অকিঞ্চন ( করিমতা লৈজদবা ) ওইনা শ্রীকৃষ্ণদা চঙজবা হায়বসী গ্রহণাত্মক আচারনী, অতুনা মসী লৌফম থোক্যি। মসিনা তাক্লিবদি হকচাঙ, য়ূম-কৈ, লন্থুম, ইচা-ইশূনচিংবা পাম্দবা হায়বসিনী।

সৎসঙ্গ—সৎসঙ্গদি বৈষ্ণবশিংগী সদাচারনী ; সৎসঙ্গ হায়রগা করিবু হায়রিবনো হায়বহু হৌংসী। সৎ-কী সঙ্গবু সৎসঙ্গ কৌয়ি। সৎ কনাবু

হায়গনী ? অস্ ধাতুদগী সৎ-শব্দ ওইরকপনী। অস্ ধাতু অস্ত্যর্থদনী। মরম-
হুনা সৎ-শব্দগী অর্থ—মহাক লৈ—ওইরে। করম্বা মতমদা লৈ হায়বত্
পন্দবনীনা মত্রগা ইঙ্গিত লৈতবনীনা—মতম পুম্নমক্তা লৈবনী মহাক—সৃষ্টিগী
মমাঙদসু লৈবনী, সৃষ্টিগী তুংদসু লৈবনী, তুংদসু লৈগদৌরিবনী—অনাদি
কালদসু লৈরম্মী, লোইখম্বা-নাইদবা মতমগীদমক লৈগদবনী, মতম পুম্নমক্তা
লৈবনী—অদুগুম্বা মহাক্তু মুখ্য সৎ হায়বত্নী। অদুনদি অদুগুম্বা মহাক্তি
সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহ শ্রীকৃষ্ণনী। মরমত্নুনা সৎশব্দগী মুখ্য অর্থদি শ্রীকৃষ্ণ ওইবা
তারে; শ্রীকৃষ্ণদি আদি (ইহান্হান্বা) সৎ হায়বত্, মূল (থোরককম মরু
ওইবা) সৎ হায়বত্নী, অমতাভায়বা সৎবস্তুনী। অদুগা সৎকী অর্থ সত্যসু
(অওইবা, অচুম্বসু) ওই: মূল সত্যবস্তু ওইবা মহাক, সত্যং জ্ঞানমানন্দং
ব্রহ্ম ওইবা মহাক; সত্যব্রতং সত্যপরং ত্রিসত্যম্-নচিংবা য়াইনা ব্রহ্মরুদ্র-
নচিংবা দেবশিংনা মহাকপু স্তুতি তৌবা অদুগুম্বা মহাক্তা স্বয়ং ভগবান্
ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণতনা মূল সৎবস্তুনী। অদুনদি শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্গতনা মুখ্য
সৎসঙ্গনী। অদুবু জীবদি মাগী লৈরিবা দেহসীদা শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গ তৌবদি
ওইথোক্তে; ভাব-ভাবকী তুংইন্বা সিদ্ধদেহদা শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গ তৌবদি য়াই
অমসুং বৈষ্ণবশিংনা পাম্কম্ থোকপা পোৎতি ভাব-কী তুং ইন্বা সিদ্ধ
দেহদা ব্রজপরিকরশিংগী অনুগত ওইদুনা সেবা তৌনবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগা
সঙ্গ তৌবা। মসিদি সিদ্ধাবস্থাদদা ওইথোক্তদবনী; অদুমকপু মসিমক
অনুসন্ধেয়নী (থিগৎনবা চাইনী, থন্তনবা চাইনী), মসিমক সৎসঙ্গগী মনুঙদা খ্বায়দগী
হেন্বা পোক্তানী। অদুগা অনুসন্ধেয় বস্তু ফংনবগী মরমদা মতৌ পাংবিবা
মীতাশিংগা তৌবা সঙ্গসু সৎসঙ্গনী। সিদ্ধাবস্থাদা সেবাগীদমক ব্রজেন্দ্র-
নন্দনগী সঙ্গ হায়বা সৎসঙ্গতু ফংনবগীদমক চৎকদবা আচরণ অমদি অনুষ্ঠান-
শিংতুগা তৌবা সঙ্গতুতনা সাধক অমগীদি সৎসঙ্গনী। অদু ওইরবদি ভজনগী
অঙ্গ পুম্নমক অনুষ্ঠান (পাঙথোকপা) তৌবা মত অমসু মদুগী য়াননবা
আচরণ ভাকপনা সৎসঙ্গনী॥ শ্রীকৃষ্ণগী নাম, রূপ, লীলানচিংবা নীঙশীঙবা
(স্মরণ), খন্দুনদা লৈবা (মনন), ধ্যান, কীর্ত্তন (শক্-শোন্বা), লীলাগী

লাইরীকশিং পাবা, তম্বীবা, শ্রবণ তৌবা, কীর্ত্তন, পূজন, শ্রীমূর্ত্তিবু অর্চ্চন তৌবনচিংবা, তুলসী-বৈষ্ণব-মথুরামণ্ডল-নচিংবা সেবন তৌবা—চাউরাক্লা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা তাকৃপা ভজন-হুম্ফ্ মরি, অদুগা নববিধা ভক্তিগী অনুষ্ঠান-চিংবসী সাধক-বৈষ্ণবকীদমক্তি সৎসঙ্গনী ; মসিমক্ত সদাচার। লীলা স্মরণ হায়বদি অন্তশ্চিন্তিত ( পুক্নুংদা খনজবা ) সেবাগীদমক ওইবা সিদ্ধদেহদা মচা নছাগী ভাব-কা চুনরবা লীলাপরিকরশিংগী অনুগত ওইদুনা ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণবু মানসিক সেবা তৌবগীদমক ব্রজেন্দ্রনন্দনগা তৌবা সঙ্গদু সাধক-বৈষ্ণবকীদি মুখ্য সৎসঙ্গনী ; মরমদি মস্তুম তৌরবদি শ্রীকৃষ্ণস্তু মীৎকুপ অনফাওবা কাউদবা য়াই ; শ্রীকৃষ্ণ-স্মৃতি অদুদুনা মূল সদাচারনী।

সৎ-কী ওইবা পোৎকা তৌবা সঙ্গস্তু সৎসঙ্গনী ; সৎকী ওইবা হায়বদি ব্রজেন্দ্রনন্দনগী ওইবা হায়বনী ; ব্রজেন্দ্রনন্দনগী মরমগী ওইবা পোৎকা তৌবা সঙ্গ হায়রগা মথক্তা পন্খিবা ভজন্নচিংবগী অনুষ্ঠানবু খণ্ডনগদবনী।

সৎকী অর্থ সাধুস্তু ওই : মরমদুনা সৎসঙ্গ হায়রগা সাধুসঙ্গ হায়বদি মহৎসঙ্গবুস্তু খঙৈ। মসিস্তু ভজনাঙ্গগী মনুং চন্‌বনী। "কৃষ্ণভক্তি জন্মমূল হয় সাধুসঙ্গ ॥ ২/২২/৮৩ ॥"

অসৎ-সঙ্গ · সৎ-নত্তবগা সঙ্গ তৌববু অসৎ-সঙ্গ কৌয়ি। সঙ্গগী অর্থ লোয়্নবস্তু (সাহচর্যাস্তু) ওই, হক্‌চিন্না নপ্‌শনবা ( আসক্তি )-স্তু ওই। অদু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণ-নত্তবা অতোপ্পা পোৎকী সাহচর্য্য নত্রগা অতোপ্পা পোত্তা লৈবা আসক্তি, সাধনভক্তিগী অনুষ্ঠান নত্তুনা অতোপ্পা থবক তৌবা নত্রগা অতোপ্পা থবক্তা লৈবা আসক্তিস্তু অসৎসঙ্গনী। আত্মারামশ্লোক ব্যাখ্যা তৌবদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনস্তু হায়খি —"দুঃসঙ্গ কহিয়ে কৈতব আত্মবঞ্চনা কৃষ্ণ, কৃষ্ণভক্তি বিনা অন্য কামনা।" শ্রীকৃষ্ণবু পাম্বা, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণভক্তিবু পাম্বা, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণভক্তিবু পাম্বা নত্তুনা অতৈ পোৎ অমা পাম্ববু অসৎসঙ্গ কৌয়ি। মপাম্বোংগী করিগুম্বা পোৎ অমগা মী অমগা তৌবা সঙ্গদগী অপাম্বগা ( কামনাগা ) তৌবা সঙ্গনা নক্‌শিনবা পুঙহেল্‌হেল্লী। মপাম্বোংগী পোৎকা

নত্রগা মীগা তৌবা সঙ্গস্থ পুরুংগী অপাম্বরু (আসুরিক কামনারু) কোডদোক্‌-পনী। পোৎ নত্রগা মীদি মপান্ধা লৈ ; কৌগে নীংলগদি মখোয়দগী ঐখোয লাপ্পা চংথোক্‌পা ঙম্মী ; অদুবু কামনা (অপাম্বা) হাযবদুদি অা থরুঙদা লৈ, ঐখোয়না চংপদা কামনাহুস্থ ঐখোয়গা লোয়নবা চংলী। মরমদুনা কৃষ্ণ-কামনা নত্তবা অতৈ কাননাদি সাধক অমগী মাঙ-তাকঙাইনী, মরমসিনা যতন তৌনা থাদোকদবনী। অসিগুম্বা অসৎসঙ্গ থাদোক্‌পতনা বৈষ্ণবকী সদাচার-নী।

বৈষ্ণবাচার—বৈষ্ণবশি গী থোইদোক্‌পা আচাব। বৈষ্ণবশিংগী কান্নক্‌দবনী হায়দুনা বৈষ্ণবশিংনা ইনগদবা থোইদোক্‌পা বিধি (তৌইবা), ইন্নোইদৌবা থোইদোকপা নিষেধ (তৌইদবা) থবা লৈ। জাতিবর্ণ থাগদব-মখৈ, সম্প্রদায থায়দবমখৈ মীওইবনা ইনগদবা ময়াম পুন্নমক্কী ওইবা বিধি-নিষেধ লৈ। মতুদি, মতম পুম্বদা অওইবদা ঙাওগদবনী, মছা মচাগী চাওখৎ-নবা হোৎনগদবনী হায়বনচিংবা মীওইবগী সাধারণ বিধিনী ; ওইদবা ঙাওইদে, হুরানইদে, অতোপ্পগী লৌবি-কা যুম্ফম শাদে, অসিনচি বদি মীওইবগী সাধারণ নিষেধনী। হায়বিবা বিধি-নিষেধশিংসী শৈব, শাক্ত, বৈষ্ণব, জ্ঞানী, কর্ম্মী, যোগী, ভক্ত-নচি বা সাধক জাৎ পুন্নমক্কস্থ ঙাক্কদবনী ; অদুগা সাধন-মার্গ অমত্তা চংতবা মীনস্থ হাযবিবা বিধি-নিষেধশি সী ইনগদ-বনি, মবমদি সাধন-ভজন তৌবিবা মীস্থ মানা, তৌদবা মীস্থ মীনী। হায-রিবা বিধি নিষেধশিংসি মীওইবগীদমক্তনী—মী মবক্তা মীওইবগী সমাজদা লৈনীওবা মীদি হাযবিবা বিধি-নিষেধশি সী ইনগদবনী। নত্রগদি সমাজনা মখোযবু দণ্ড পীগনী। অদুগা জাতিবিশেষ অমগী নত্তগা সম্প্রদায বিশেষ অমগী মথক্কী সাধারণ বিধি-নিষেধশিংদগী হেন্দোকপা থোইদোকপা বিধি-নিষেধ ঙাক্কঙাই লৈ। মতুদি, তুলসীবু সম্মান তৌগদবনী হাযবসী হিন্দুগী বিশেষ বিধিনী অদুগা মুসলমান অমদি খৃষ্টানশিংগী ঙাক্কবা-য়াদবা বিধি নত্তে। শন-চাবা হাযবসে হিন্দুগা বিশেষ নিষেধ নী, মুসলমান অমদি খৃষ্টানগীদি থিংদে। মহাপ্রভুনা মফমসিদা পাকিবা বৈষ্ণবাচার হায়বসী বৈষ্ণবকী বিশেষ আচারনী, মী অতৈগী সাধারণ আচার নত্তে।

স্ত্রীসঙ্গী—সন্‌জ ধাতুদগী সঙ্গ-শব্দ থোরক্পনী ; সন্‌জ ধাতুগী অর্থদি আসক্তি ( নঙ্গা, লূপ্পা, হকচনবা ) হায়বনী। সঙ্গ ( আসক্তি ) লৈবা মহাকপু সঙ্গী কৌরি ; অদু ওইরবদি সঙ্গী শব্দগী অর্থদি আসক্তি-লৈবা ওইরে ; অদুগা স্ত্রীসঙ্গীগী অর্থনা—স্ত্রীলোক-তা ( নুপীদা ) আসক্তি-লৈবা হায়বা তারে ; হায়বদি কামুক ( নুপীদা থরাই-য়াওবা ) হায়বা তারে। মচা মছাগী নুপীদবু ওইরে নত্রগা অতোপ্পগী নুপীদবু ওইরে—নুপীদবু আসক্তি-লৈবা নুপাবু স্ত্রীসঙ্গী কৌগদবনী। মীগী নুপীদসু মছাগী নুপীদসু আসক্তি লৈতনবা হায়দুনা বিশেষ নিয়ম ওইনা বৈষ্ণবশিংনা স্ত্রীসঙ্গ থাদোক্কদবনী হায়না হায়রিবনী।

শ্রীমন্‌মহাপ্রভুনা পীরিবা পাওতাক্সী নুপা-বৈষ্ণবশিংদগী নত্তে ; নুপী-বৈষ্ণবকী আচারসু হায়রিবনী। নুপী-নুপা অনীমক্কী ভক্তিমার্গদা অধিকার লৈ। নুপীসঙ্গনা নুপা সাধক অমগী ভজনদা কায়বগুম্না নুপাগা সঙ্গ তৌবনা নুপীগীসু মাগী ভজনগী মায়বৈদা অকায়বা ওই। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা হায়রি—"নুপানা নুপীগা সঙ্গ তৌবদগী শিরমদাইদা নুপীবু ধ্যান তৌথিবদগী নুপী ওইরক্‌খি। নুপীনা নক্লি শেরায়বদগী মাগী নুপানী হায়না খল্লুবা মীদুসু নুপা-মান্না শাভংটংগী ভগবান্‌গী মায়ানী। লন্‌, মচা, য়ুম্নচিংবা পূম্নমক ভগবন্মায়ানী। শাদানবগী ঈশে নাকোংনা তাবদা নু চাইবনা শক্তিগী মফমদা অফবা মানবহুক্সী, অদুবু শক্তিগী মফমদদি মৃত্যুগী মশক ওইবগুম্না, মপুরোইবা, মচানুপা, য়ুমকৈ-লনথুম্নচিংববু ফনবনী হায়না খল্লগনু মুক্তি-পাম্বী নুপীগীদি লোইনমক্তো থাদোক্কচাইনী। "যাং মন্যতে পতিং মোহান্মম্মায়ামৃষভায়তীম্‌। স্ত্রীত্বং স্ত্রীসঙ্গতঃ প্রাপ্তো বিত্তাপত্যগৃহপ্রদম্‌। তামাত্মনো বিজানীয়াৎ পত্যপত্যগৃহাত্মকম্‌। দৈবোপসাদিতং মৃত্যুং মৃগয়োর্গায়নং যথা। শ্রীভাগবতম্ ৩/৩১/৪১—৪২॥"

হৌজিক হংবা য়াই—শ্রীমন্মহাপ্রভুগী পরিকরশিংগী মরক্তা সেন-শিবানন্দনচিংবঃ অয়াম্বনা য়ুম পাল্লম্মী ; মরমদুনা নুপীশিংগসু মথোয় লোয়ননা

লৈরম্মী। অদু ওইরবদি মখোয়দু 'অসাধু' টিংগদরা অদুগা মখোয়গী আচরণ-দুবু ইন্‌বা-য়াবনী হায়গদরা ? মসিগী পাউখুম্‌দা অসী হায়ব য়াই মদুদি—অহান্‌বদা, মখোয়দুনা য়ূম্বান্‌বা ওইরবসু চুপীদা 'আসক্ত' ওইরম্‌দে, মরমসিনা মখোয়বু নুপীগা সঙ্গ-তৌবা ( স্ত্রীসঙ্গী ) কৌবা য়াদে। অনীশুবদা, মখোয়দি ভগবান্‌গী পরিকরনী ; মখোয়গী সহধর্ম্মিণীশিংসু ভগবৎ-পরিকরনী। মখোয় অয়াম্বনা ভগবান্‌গী কায়ব্যূহ-নী ; মরমদুনা ভগবান্‌গী তত্ত্বগা মখোয়গী তত্ত্বগা স্বরূপকী হায়রগদি খেন্নবা করিমত্তা লৈতে ; কায়ব্যূহ নত্তবা পরিকরশিংগী মরক্তা খরনা নিত্যসিদ্ধনী নত্রগা সাধনসিদ্ধনী। ভগবান্‌গী আচরণবু অদুগা সিদ্ধ-পার্ষদশিংগী আচরণবু ভক্তি শাস্ত্র মতুং ইন্না সাধকনা মতৌ তম্‌গদবা নত্তে। বৃন্দাবনবাসী শ্রীরূপনচিংবা গোস্বামীশিংসু ভগবৎপরিকর ওইরী ; অদুবু শ্রীমন্‌মহাপ্রভুনা মখোয়বু খুৎলাই ওইহন্নগা জীবদা শিক্ষা পীরম্মী। মরমসিনা গোস্বামিপাদশিংগী আচরণদি সাধক ভক্তনা মতৌ তম্‌গদবনী। নুপীগা লৈমিন্নদুনা গোস্বামীপাদশিংগী কনানত্তনা ভজনগী ফিদম উৎখিবা লৈতে। অহুমশুবদা, সেন-শিবানন্দনচিংবা গৌরপরিকরগী মরক্তা গৃহী ওইরম্বশিংগী গৃহস্থাশ্রমদো মায়াকপা থুরিবা জীবগী মতৌঙন্না ইন্দ্রি-পেন্নবা নত্তে। তৌইশুবসু শ্রীমন্‌-মহাপ্রভুগী মরলীলা তেংবাংনবগীদমক্তনী। আসক্ত ওইদবা মতৌদা সংসারদা নুপী-অচাউশিংগা লোয়ননা লৈরগা মতৌ করম্না ভগবদ্‌ভজন তৌবা য়াই হায়বগী ফিদম উৎলম্বনী। মখোয়দি য়ূম্বান্‌বা সাধকভক্তশিংনা মতৌ তম্লগদবনী - ফিদমচাইনী। অমুক কনাগুম্বনা হংবা য়াই মদুদি সাধক-ভক্তশিংগী মরক্তা নুপীগা লোয়নদা সাধকভক্তশিংদু অসাধুরা ? মদুগী পাউখুমদি- সাধকভক্ত অমাম্বদি নুপীগা লোয়ননা লৈমিন্নরবসু নুপীদা আসক্ত ওইদে ; ইশ্বরগী থবক্তা তৌবঙন্না মখোয়না অনাসক্ত ওইনা কনখৎলম্‌-বিনয়গী মরক্তা লৈ ; মখোয়দু অসাধু নত্তে, মখোয়দি ভুবন পাবন ( জগৎপু—শান্নীবা ) হায়বদুনী ; মখোয়দুনী য়ূম্বান্‌বা সাধক-শিংগী ফিদমচাইনী। অনাসক্ত ওইনা মঙল-মতম চানা বিষয় ভোগ তৌবনা ভক্তি অঙ্গগী অকায়বা লৈতে। অদুগা বিষয়দা লৈবা আসক্তি কোক্‌পা

ঙনদবা অহুম্নদি ওইরগা শ্রীমন্‌মহাপ্রভুগী কৃপাদা নন্দ্না ভজনগী অঙ্গ পূর্নমক তৌরিবা অমস্তুং বিষয়দা লৈবা আসক্তি কোক্লনবা ভগবান্‌গী চরণ-খাদা প্রার্থনা তৌরিবা মখোয়স্তু অসাধু নত্তে ; মরমদি মখোয়গী উদ্দেশ্যহু সাধুনী ।

স্ত্রীসঙ্গীগী সঙ্গ থাদোক্লুনা হন্জক-মপোঙ্কী ইন্দ্রিয়না ভোগ তৌগদবা পোত্তাদা আসক্তি থাদোকপগী মাহুমক উংনিবনী ।

কৃষ্ণাভক্ত—কৃষ্ণ + অভক্ত ; কৃষ্ণগী ভক্ত নত্তবা । কৃষ্ণ-নীংদবা মীগী সঙ্গস্তু থাদোক্কদবনী ; মরমদি মখোয়গা সঙ্গ তৌরগা মখোয়গী কৃষ্ণ-নীংদবদো চংলকপা য়াই, ভক্তি মাংখিবা য়াই । মছাগী হান্নগী কৃষ্ণদগী মায়-ওন্থোকপা হায়বহু চুরকপা য়াই ।

মসিমদি সাধক খুদিংনা নীংশীংগদবনী, মত্তুদি—স্ত্রীসঙ্গীগা অমস্তুং কৃষ্ণাভক্তগা সঙ্গ তৌরাইদৌবনী হায়রবস্তু মখোয়বু তাথীনা থোংই উশীত্তুনা তৌবদি তৌইদে, মরমদি মনাহুনা অমবু তাথীনা তৌরবদি অপরাধী ওইগনী । বৈষ্ণবনা বনাদুবু—স্ত্রীসঙ্গী ওইগে ওইসন্তু, কৃষ্ণভক্ত—নত্তবা ওইগে ওইসন্তু নিন্দা তৌরদে । জীব পূম্নমক্কী থম্মোইদুদা পরমাত্মা ওইনা শ্রীকৃষ্ণ লৈরিবনী, মরমহুনা জীব পূম্নমক ইমনিংনগা পাথনী । ভক্ত-নত্তবা জীবস্তু ভক্তগী মফমদদি ইকায় খুম্নজাইনী । জীবে সম্মান দিবে জানি কৃষ্ণের অধিষ্ঠান - "জীবদু মনাক্লদা কৃষ্ণ লৈ হায়বা খংদুনা সম্মান তৌগদ-বনী ।" মরমসিনা হায়রম্মী —"ব্রাহ্মণাদি চণ্ডাল কুক্কুর অন্ত করি । দণ্ডবৎ করি-বেক বহু মান্য করি । এই সে বৈষ্ণবধর্ম্ম সবারে প্রণতি ॥ শ্রীচৈতন্যভাগবত ॥"

স্বরূপকী হায়রগদি জীব অমতা অসৎ ( অসাধ ) নাত্তে, মরমহুনা করি-গুম্বা জীব অমত্তবু তাথীনা থগৎইদনা তৌকম থোক্তে । মখোয়না স্ত্রীসঙ্গ তৌজনীংবা অহুগা কৃষ্ণভক্ত ওইনীংদনজদবু থগৎইফম থোক্তে হায়বনী ।

মূল ৮৮

ন তথাস্য ভবেন্মোহো বন্ধশ্চান্যপ্রসঙ্গতঃ ।
যোষিৎসঙ্গাদ্ যথা পুংসো যথা তৎসঙ্গিসঙ্গতঃ ॥ ৮৮ ॥

শব্দার্থ

ন—ওইদে ; তথা—অদুগুম্না ; অস্য—মহাক্কী ; ভবেৎ—ওই ; মোহ—পাংবা ; বন্ধঃ—অফা-অপুন্ ; অন্যপ্রসঙ্গতঃ—অতোপ্পা মীগা সঙ্গ তৌবা ; যোষিৎসঙ্গাৎ—নুপীগা সঙ্গ তৌবদগী হায়বদি নুপীদা আসক্তি ওইবদগী ; যথা—গুম্না ; পুংসঃ—মীগী ; যথা—গুম্না ; তৎসঙ্গসঙ্গিতঃ—স্ত্রীসঙ্গীগা সঙ্গ তৌবদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুপীগা সঙ্গ তৌবা ( নুপীদা আসক্তি লৈবা ) অদুগা নুপীগা সঙ্গ তৌবা নুপাগা সঙ্গ তৌরগা মোহ অমসুং সংসার-মায়ালাংদা থুবা হায়বদু ওইবগুম্না অতৈগা তিন্নরগদি ওইদে।

তাৎপর্য

শ্লোকসি মূল ৮৭-কী তাকনগী প্রমাণনি অমসুং শ্রীমদ্ভাগবততগী লৌথোরকপনি ( শ্রীভাঃ ৩/৩১/৩৫ )।

মূল ৮৯-৯০

সত্যং শৌচং দয়া মৌনং বুদ্ধির্হ্রী শ্রীর্যশঃ ক্ষমা।
শমো দমো ভগশ্চেতি যৎসঙ্গাদ্যাতি সংক্ষয়ম্ ॥ ৮৯ ॥
তেষ্বশান্তেষু মূঢ়েষু খণ্ডিতাত্মস্বসাধুষু।
সঙ্গং ন কুর্য্যাচ্ছোচ্যেষু যোষিৎক্রীড়ামৃগেষু চ ॥ ৯০ ॥

শব্দার্থ

সত্যং—অচুম্বা ; শৌচং—অমাং-অশেংগী অশেংবা ; দয়া—থৌজাল্ ; মৌনং—ৱা ঙাংদবা ; বুদ্ধি—লৌশিং ; হ্রী—ইকায়বা ; শ্রী—ফজবা নত্রগা লনথুম্ ; যশঃ—মিংচৎ ; ক্ষমা—পোৎ ভাক্পীবা ; শমঃ—বাহ্য-ইন্দ্রিয় পুংদম-চনবা ; দমঃ—পুরীক্ত লাক্থবা ; ভগঃ—চাওখৎপা ; চ—অমসুং ; ইতি—অসি ; যৎসঙ্গাৎ—মখোয়গা সঙ্গ তৌবদগী ; সংক্ষয়ম্—মপুংফানা মাংবা মমাং ; যাতি—ফংই ; তেষু—মখোয়দা ; অশান্তেষু—

অপান্বনা লাওতক্নবা মীশিংদা ; মৃষ্টেষু—অপঙবশিংদা; খণ্ডিতাত্মসু—দেহবু আত্মানী খন্‌বা ; অসাধুষু—অসাধুশিংদা, সদাচার-চত্তবশিংদা ; সঙ্গং—তিন্নবা ; ন কুর্য্যাৎ—তৌকদে ; শোচ্যেষু—থৱাই-নুংঙাইতনডায় ওইবদসু ; যোষিৎ-ক্রীড়ামৃগেষু—নুপীশিংগী শান্নপোৎকুম্বা মীতাদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেৱহূতিগী মফমদা কপিলদেবনা হায়রম্মী—মখোয়গা সঙ্গ তৌবগী ময়াইনা সত্য, শৌচ ( অশেঙ-অনাঙগী শেংবা হায়বদো ), দয়া, ৱা-ঙাঙদবা, অচুম্বা লৌশিং, ঈকায়বা, শ্রী (শক-ফজবা নত্রগা লন্থ্‌ন), মিংচৎ, ঙাক্‌পীহৈবা (অথাঙ কন্‌বা), শম, দম অমসুং ভগ (চাউখৎপা) মপূঙকানা মাঙ-তাক্‌ই। শান্তি-লৈতবা, পঙবা ( নুপীগী মায়ানা পঙথবা ), ৱানডাই-ফীভম-কংলবা, দেহবু আত্মানী হায়না লৌবা অমসুং নুপীশিংগী শান্নপোৎ শাগা মান্নবা, সদাচার-চত্তবা মীশিংগা তিন্নফদে।

## নৈনরোল

শ্লোক অসীসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগীনী ( ৬/৩১/৩৩–৩৪ )।

### মূল ৯১

বরং হুতবহজ্বালা-পঞ্জরান্তর্ব্যবস্থিতিঃ।

ন শৌরিচিন্তাবিমুখ-জনসংবাসবৈশসম্ ॥ ৯১ ॥

### শব্দার্থ

বরং—হেন্না ফৈ ; হুতবহজ্বালা-পঞ্জরান্তঃ ব্যবস্থিতি—মৈরী ফনা চাক্লনা মৈনুঙদা লৈবা ; ন—নত্তে ; শৌরিচিন্তাবিমুখজন-সম্বাসবৈশসং—শ্রীকৃষ্ণবু খন্দবা মীগা লৈমিন্নবা হায়বা লৈনা ( পীড়া ) ; ন—অফবা নত্তে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মৈরী ফনা চাক্লবা মৈনুঙদা লৈবনা হেন্না ফৈ, মতুম তৌরবদি শ্রীকৃষ্ণবু খন্দবা মীগা লৈমিন্নবা হায়বা অৱাবা ফংলরোই।

## নৈনরোল

**হুতবহজ্বালাপঞ্জরান্তর্ব্যবস্থিতিঃ**— হুতবহগী (মৈগী) জ্বালা (মৈরিনা) পুণ্ডথন্-থল্লবা পঞ্জরগী (উচেক-পোন্গী) অন্তঃ (মনূঙদা) বাবস্থিতিঃ ( থোই-দোকপা অমা ওইনা লৈবা ) ; মৈগী মৈরিনা বিক থন্না লৈবা পোন্গী মনূঙদা কনাগুম্বনা ফমহুনা লৈরবদি মৈনা চাক্তুনা উৎ ওন্থ্রবদি লেঙ-খোৎপা ঙম্ম-রোই—লাপ্পা চংপগী হ্নাদি থম্থ্রহুনা। অসিগুম্বা ফীভমদা লৈরগা মৈনা চাক্পগী অন্নাবা খাঙবনা হেন্না ফৈ : করিনা **শৌরিচিন্তাবিমুখজনসম্বাস-বৈশসং**—শৌরিগী (কৃষ্ণগী) চিন্তাবিষয়দগী বিমুখ ( মায়-ওন্নোকপা ) জন ( মীগা ) সম্বাস ( লৈমিনবা হায়বা ) বৈশসং ( অন্নাবা ) ফংলরোই, শ্রীকৃষ্ণ-বিমুখ ওইবা মীগা সঙ্গ তৌররোই।

শ্লোকসী হরিভক্তিবিলাসদা ( ১০/১১৪ ) অমসুং ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা ( ১/২/৫১ ) য়াংবা কাত্যায়ন-সংহিতাগী বচন অমনী। মূল ৮৭-পয়ারদা হায়বা হ্নাগী প্রমাণনী।

### শ্লোক ৯২

মা দ্রাক্ষীঃ ক্ষীণপুণ্যান্ ক্বচিদপি ভগবদ-
ভক্তিহীনান্ মনুষ্যান্ ॥ ৯২ ॥

### শব্দার্থ

মা দ্রাক্ষীঃ—উনকদে ; ক্ষীণপুণ্যান্—পুণ্যচেন্নবা ; ক্বচিৎ অপি—করিগুম্বা মতমদসু ; ভগবদ্ভক্তিহীনান—ভগবান্দা ভক্তি-লৈতবা ; মনুষ্যান্ মীশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্দা ভক্তি-লৈতবা, পুণ্য-চেন্নবা মীশিংগী মশাক করিগুম্বা মতম-দসু উনগনু হৈহেদে।

## নৈনরোল

শ্লোকসী গোস্বামীপাদনা হায়বা শ্লোকপাদনী। মসী মমাঙগী শ্লোক ৮৯-গুন্না মূল পয়ার ৮৭-কী প্রমাণনী।

## মূল ৯৩

এ সব ছাড়িয়া আর বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম ।
অকিঞ্চন হঞা লয় কৃষ্ণৈকশরণ ॥ ৯৩ ॥

## শব্দার্থ

এ সব—অসি পুম্নমক ( স্ত্রীসঙ্গীগা তৌবা সঙ্গ অমসুং কৃষ্ণভক্ত নত্তবা মীগা তৌবা সঙ্গ ) ; ছাড়িয়া—থাদোক্তুনা ; আর—অতুগা ; বর্ণাশ্রমধর্ম্ম—বর্ণাশ্রমধর্ম্মসু ( থাদোক্তুনা ) ; অকিঞ্চন—লন্থুম অমদি য়ুম-কৈ-মুপী-অতোঙ লোইনমক নমগা মখোয়দ. নৈবা আসক্তি থাদোকপা ; হঞা—ওইদুনা ; লয়—লৌয়ি ; কৃষ্ণৈকশরণ—কৃষ্ণ হায়বা অতমতদা চংজবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসী পুম্নমক থাদোক্তুনা অতুগা বর্ণাশ্রমধর্ম্ম থাদোক্তুনা, লন্থুম-মুপী-অতোঙ লোইনা থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণতদা চংজে ।

## নৈনরোল

স্ত্রীসঙ্গীগী সঙ্গ অমসুং কৃষ্ণবিমুখ ওইবা মীগী সঙ্গ থাদোক্পদা নত্তনা বর্ণাশ্রম ধর্ম্মসু থাদোক্কদবনী । মসিগী মরমদি অসিনী—বর্ণাশ্রমধর্ম্মনা এখোয়না ইহকালগী অমসুং পরকালগী ভোগ-তৌনবাই পোৎ ফংবা ঙম্মী । অদুবু অসিগুম্বা ভোগ অদু তৌনীঙলিবমখৈ ভক্তিনা কৃপা তৌবিদে । মরমসিনা বর্ণাশ্রমধর্ম্মদি ভক্তিগী অঙ্গ নত্তে । বর্ণাশ্রমধর্ম্ম থাদোক্লগা জীবনা রৌরব কৌবা নরক-তগীসু লাম্লোকপা ঙমদে । মৈত্রেয় উপনিষংনসু হায়—বর্ণাদি-ধর্ম্মংহি পরিত্যজন্তঃ স্বানন্দতৃপ্তাঃ পুরুবা ভবন্তি । মসিগী তাৎপর্য্যদি—বর্ণাশ্রম-ধর্ম্ম থাদোক্পদনা মীওইবনা মহৈ-য়ানবা ওইগদবা নত্তে হায়বা ডাক্ নত্তে, বর্ণাশ্রমধর্ম্ম থাদোক্লগা ভগবানগী ভজন তৌবসিনা ভগবানগী কৃপাদগী তৌজমন্ মহৈ-য়ানবা ওইগনী হায়বনী । য়াফমসী শ্রীভগবান্না অর্জুন-দা হায়বা ওইনা হায়রগা ময়ামদা পাউতাক্পিবনী । "সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ । অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যঃ মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচ ॥

গীতা ১৮/৬৬॥" শ্রীমদ্ভাগবতম্‌নসু হায়—"আজ্ঞায়ৈব গুণান্ দোষান্ ময়াদিষ্টানপি স্বকান্। ধর্ম্মান্ সন্ত্যজ্য যঃ সর্ব্বান্ মাং ভজেৎ স তু সত্তমঃ॥ ১১/১১/৩২ ॥" গীতাদা হায়রিবা "পরিত্যজ্য—মপুঙফানা থাদোক্তুনা" অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতমদা হায়রিবা "সন্ত্যজ্য—মপুঙফানা থাদোক্তুনা" হায়বা ব্রাহৈসিদগী খণ্ডবা ওয়দি—ভজন হৌবদা স্বধর্ম্মনচিংবা থাদোক্কদবনী—হায়বসিনী। শ্রীনারদ মুনিনা শ্রীব্যাসদেবদা হায়রম্মী—স্বধর্ম্ম থাদোক্তুনা হরিগী চরণ ভজন তৌবা মীনা ভজন হৌরক্পদা ভায়রিডৈদা পুথরবদি ( ভজনগী লম্বীদগী কেণ্বা নত্রগা শিবা ) থোক্লবদি মাগী অমাঙবা ওইদরা? ওইদে। করিগীদমক মাঙদবনো? মতুংগী মরম ওইনা গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী মতুংদি—ন মে ভক্তঃ প্রণশ্যতি। ভক্তিবাসনাদি স্বরূপশক্তিতা ওইবনী, স্বরূপশক্তিদি মাঙ-তাক্-ওমদবা পোংনী।

কনাগুম্বনা মাগীনী হায়বা করিমত্তা অমদি কনামত্তা লৈতবা (অকিঞ্চন) ওইতুনা কৃষ্ণ মথন্তদা চঙজরবদি (কৃষ্ণৈকশরণ ওইরগদি) শিব-তারব ফাওবা শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা অতৈ কনানতগী মতেঙ নীদ্রে। অহুম্না শ্রীকৃষ্ণদা চঙজরবদি অন্নাবা থিবিস্তগী চঙজরিবা ভক্তবু শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধার তৌবী।

### মূল ৯৪

সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচ ॥ ৯৪ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ২/৯/৯৬৪ মূল অহুদা য়েংবিয়ু।

### মূল ৯৫

ভক্তবৎসল কৃতজ্ঞ সমর্থ বদান্য।
হেন কৃষ্ণ ছাড়ি পণ্ডিত নাহি ভজে অন্য ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

ভক্তবৎসল—ভক্তবু মচাগুম্না নুংশিবীবা; কৃতজ্ঞ—তৌবিমল-খঙবা;

সমর্থ—তৌগে নীঙবা মথৈ পাঙথোক্‌-ঙম্বা ; বদান্য—পীনহৈবা ; হেন—অসিগুম্বা ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণবু ; ছাড়ি—থাদোক্‌না ; পণ্ডিত—অখঙবা মীনা ; নাহি ভজে—ভজন তৌদে ; অন্য—( কৃষ্ণ-নত্তবা ) অতোপ্পবু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদি মাবু-নীঙবা মীবু ( ভক্তবু ) মচা গুম্না সুংশিন্নবীয়ে ; তৌবিমল খঙবনে, নীঙঙকপস্তু পাঙথোকপা ঙম্বনে, অমুগা দাতানী । অসিগুম্বা কৃষ্ণবু থাদোক্‌না অখঙ-অহৈ ( পণ্ডিত )-না অতোপ্পা অমবু নীঙবা ঙম্‌দে ।

## নৈনরোল

**ভক্তবৎসল**—মমানা মচাবু নীঙবগুম্না শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ভক্তবু সুংশিনা নীঙঙী, মরমসুনা মহাকপু ভক্তবৎসল কৌরিবনী । মতোন্দা চঙজরবা পাপী-তাপীবু মহাক্কী শ্রীচরণথাদা চঙক্‌ম্‌ পীনবীদো, মহাক্কী পাপ-তাপ অমু শ্রীকৃষ্ণনা সুংশিনা চানবনা কোক্‌থোকপী অমসুং মছামক্কী খোঙথম্বালগী খোংচৎ পীথকুনা চঙজরকপা মীমুগী সংসার-মৈচাক অতম মুথৎপীমুনা মাগী থম্মোইবু হৈঙহন্‌বীয়ে । মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণদি ভজন-তৌনবাহৈ গুণগী তুঙফম্মী ।

**কৃতজ্ঞ**—তৌবিমল-খঙবা মীবু কৃতজ্ঞ কৌয়ি । শ্রীকৃষ্ণসু তৌবিমল-খঙবা মকোনী । ঐখোয় লোইনমক্না তৌবা থবক পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণনা খঙঙী । মরমসুনা মাবু নীঙবা মীবু মানা নীঙঙী । মতৌ অসুম্না মানা ভক্তবু চান্‌বী । গুণ অসিনসু মাবু নীঙনবা গুন্নী ।

বদান্য - পীনহৈবা দাতানী শ্রীকৃষ্ণদি । মহাক-অরীক্‌পা নত্তে, দাতা মকোনী ; মহাক্তি তুলসীপত্র কৎলুবদা মচুগী মহুৎ ওইনা, হৈরীক অমতং কৎ-লুবদা মচুগী মহুৎ ওইনা ভক্তগী মফমদা মছা কাওবা পীথোক্‌পী, মরমদি মহাক্তি পরমদাতানী । মরমসিনা মগুণ খঙবা কনামতনা শ্রীকৃষ্ণবু নীঙদবা ঙনদে ।

পয়ারসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা লৌখংলি ।

## মূল ৯৬

কঃ পণ্ডিতস্ত্বদপরং শরণং সমীয়াদ্-
ভক্তপ্রিয়াদৃতীগিরঃ সুহৃদঃ কৃতজ্ঞাৎ।
সর্ব্বান্ দদাতি সুহৃদো ভজতোঽভিকামা-
নাত্মানমপ্যুপচয়াপচয়ৌ ন যস্য ॥ ৯৬ ॥

### শব্দার্থ

কঃ—কনা ; পণ্ডিতঃ—পণ্ডিতনা, অখঙবা মীনা ; ত্বদ্—নঙ ; অপরং—অতোপ্পা অমবু ; শরণং—চঙজবা ; সমীয়াদ্—তৌগদগে ; ভক্তপ্রিয়াৎ—ভক্তবু নুংশিবীবা ; ঋতগিরঃ—অচুম্বদা ঙাঙবা ; সুহৃৎ ( হিত-তৌবিবা ) ; কৃতজ্ঞাৎ—তৌবিমল খঙবনীনা ; সর্ব্বান্—পূম্নমক ; দদাতি—পীবিয়ে ; সুহৃদঃ—সুহৃদ্ ওইবা মীগী ; ভজতঃ—ভজন তৌবা মীগী ; অভিকামান্—অপাম্বা পোৎ পূম্নমক ; আত্মানম্—মছামক্পু ; অপি—সুঃ ; উপচয়াপচয়ৌ—হৃম্ববা অমদি হেঙ্গৎপা ; ন—লৈতে ; যস্য—মহাক্কী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অক্রূরনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী—ভজন তৌবা সুহৃদ্ অমদা নীঙজ-পাম্জবা পূম্নমক্ পীনবিরিবা ; করি হায়নী, নছামক্পু পীথোক্পীবা, চাংতাদবা অমদি হেঙ্গত্তবা, ভক্তবু নুংশিবীবা, য়াচুম-ঙাঙবা, পূম্নমক্কী মরূপ ওইবা, তৌবিমল-খঙবা নহাকপু নত্তনা করম্বা অখঙ-অহৈ ( পণ্ডিত ) অমনা অতোপ্পা কনাদবু চঙজরদগে ?

### নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীভাগবতমদগী লৌথোকপনী ( ১০/৪৮/২৬ )-নী। মসী মমাঙগী মূল পয়ার ৯৪-দা হায়রিবা ৱাফমগী প্রমাণনী।

শ্রীকৃষ্ণদি ভক্তপ্রিয়নী—শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তবু য়াম্না নুংশি। মাগী অশেঙবা ভক্তগী য়াদি থম্ব থমগৎচুনা কনাগুম্বনা ভক্ত শাশন্নচুনা মনাক্তা লাক্লবদা ওবদা মীহুবু মহাক্না কৃপা তৌবা—মহুগী প্রমাণ-দি পূতনা।

সুহৃদ্—শ্রীকৃষ্ণদি লোইনবগী সুহৃদ্-নী, মহাত্মা পুন্নমকী মঙ্গল ওইনবা কৃপা তৌবী, মরমদি মহাত্ত্বি মঙ্গলগী মশক্নী।

উপচয়াপচয়ৌ—ময়েং তাবসু লৈতে হেক্কংপসু লৈতে; ভক্তনা পাম্বদো পীথোক্প্রগা মাগী ময়েং কৱিমত্তা তাদে, অতুগা ময়াম্না পোং কংলক্রগসু মাগী থোঈনা হেক্কত্তে।

সর্ব্বান্ অভিকামান্—ভক্তনা পাম্বা পুন্নমক মহাক্কা পীথোক্য়ি, কৱি হায়নী আত্মানমপি—মচানকপুসু শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ভক্তদা হেক্কা পীথোক্য়ী।

## মূল ৯৭

বিজ্ঞ জনের হয় যদি কৃষ্ণগুণ-জ্ঞান।

অন্য ত্যজি ভজে তাতে,—উদ্ধব প্রমাণ ॥ ৯৬ ॥

### শব্দার্থ

বিজ্ঞ—পণ্ডিত; জনের—মীগী; হয়—ওই; যদি—বদী; কৃষ্ণগুণ-জ্ঞান—শ্রীকৃষ্ণগী গুণ খঙবা; অন্য—( কৃষ্ণনত্তবা ) অতোপ্পা; ত্যজি—থাদোক্তনা; ভজে—নীঙভী; তাতে—মহুদা; উদ্ধব—উদ্ধব-না; প্রমাণ—প্রমাণ্নী ( হায়বদি উদ্ধবনা হায়বা মথক্কী শ্লোকসিনা প্রমাণ্নী )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পণ্ডিত-ওইবা মীনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণশিংবু খঙলবদি অতৈসু থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌয়ি, মহুগী প্রমাণ-দি শ্রীউদ্ধবনী।

## মূল ৯৮

অহো বকী যং স্তনকালকূটং

জিঘাংসয়াপায়য়দপ্যসাধ্বী।

লেভে গতিং ধাত্র্যুচিতাং ততোঽন্যং

কং বা দয়ালুং শরণং ব্রজেম ॥ ৯৮ ॥

## শব্দার্থ

অহো - অঙকপনী ! বকী—পূতনা ; যম—মহাক্পু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ; স্তনকালকূটম্—খোম্জীন্দা হৈবা কালকূট কৌবা হূ ; জিঘাংসয়া—হাৎ-নীঙবনা ; অপায়য়ৎ—পীথক্লুনা ; অপি—সু ; অসাধ্বী—ফত্তবী ; লেভে—ফংখি ; গতিং—গতি (অরান্ খূঙম) ; ধাত্রী উচিতাং—খোম্থৈন্বী ওইবগী হৌনবী ; ততঃ—মরমহুনা ; অন্যং—অতোপ্পা ; কং বা—কনাদা ; দয়ালুং—থৌজান্-হৈবদা ; শরণং—চঙজবা ; ব্রজেন—লৌগনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিদুরগী মফমদা উদ্ধবনা হায়খি—অঙকপনী ! ( শ্রীকৃষ্ণনা থৌজান্-বীবগী ম্রাংদি অঙকপনী )। ফত্তবী পূতনানা হাৎকে হায়দুনা খোমজীন্দা হৈবা কালকূট কৌবা হূ মাংডান্দা পীথক্লুনসু ধাত্রীগী ( খোমথৈনবা মমা ওইবগী ) মতীক-চাবা গতি ফংখি, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা ভজন তৌনঙাই কনানা লৈগদগে ?

## নৈনরোল

প্রকটলীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা পোক্পগী তরুক্নীশুবা নুমীত্তা অহিংদা, কংসনা থারক্পা রাক্ষসী পূতনানা ফজরবা ফিরোল শেৎলগা ব্রজগী মশক লৌদুনা নন্দগী শঙ্গায়দা চঙলক্খি। মশক্তুনা শুমহৎখিবনা গোপশিংসু মানা চঙলক্পদা থিংলমদে। যশোদাগী কাদা চঙলক্পা মনাদোনা ত্ত শিনা অমত্তুং লুনা তৌবা শান্নদুনা অঙাঙ কৃষ্ণবু লৌখৎলগা মতম্ কুপ্পা পম্মী অদুগা খোম্জীন্দু শ্রীকৃষ্ণগী য়াল্লুংদা ইন্শল্লমী। মহাক্না তু শিনা তৌরম্বা মতৌদুদা—লোইদোক্না লীলাশক্তিগী থৌইন্শিন্না—যশোদা রোহিণী অনীমক্না করিমত্তা হায়রমদে। হিংচাবী পূতনা রাখল অরুবা খন্দুনা লাক্লবা নত্তে ; কংসনা হায়বদগী শ্রীকৃষ্ণবু হাৎকে হায়বগীদমক খোমদা হূ থৈশল্লমী। মহাক্না হূ-হৈবা খোম্জীন্দু শ্রীকৃষ্ণগী য়াল্লুংদা হেক চংবগা শ্রীকৃষ্ণ শিংথিনী হায়না পূতনানা খল্লম্নী। অদু ওইরমদ্রে। নীওইবা ওইনা লীলা শান্নবা শ্রীকৃষ্ণনা অঙাঙগী হৌনবা ওইনা খোম্ থক্পা হৌখি ;

অদুবু খোম্‌দু চিংবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা অঙাঙগী মতাগুম্না চূপ থোক্লগা খোয়াংগা লোয়ননা পূতনাগী থবাইসু য়াওনা চিংথোক্লম্মী—সোরারেন অতিয়া পোকথায়বনথৈ খোল-হৌনা পূতনা মালেমথক্তা তুথরম্মী। অঙক্-পনী ! পূতনানা য়েক্লবগুম লাক্‌খিবনী, অদুবু থৌজান্-হৈবদা থম্‌থেংলবা শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা থোমইন্‌বীগী গতি পীবিখি—গতিদু কংলদুনা পূতনা দিব্য-দেহদা গোলোকধামদা লৈবা ফংজখি। পূতনা ভক্ত নত্রবসু ভক্ত শাশন্নদুনা মমা ওইবগী ভাব লৌশন্নদুনা কৃষ্ণনাক্তা লাক্‌খিবনী অমসুং শক্‌লোৎপদগী শ্রীকৃষ্ণগী পতিতপাবন ওইবা দেহদু শোক্‌পা ফংজখি। শ্রীকৃষ্ণদি ভক্তপ্রিয়নী (ভক্তবু নুংশিবনী), ভক্তগী রাদি থম্বু থম্‌থ্রদুনা—ভক্ত শাশন্নদুনা কনাগুম্বনা মনাক য়ৌরক্ল বদি, মাগী ভক্তচান্‌বগী শক্তিন, মানা মহাকপু কৃপা তৌব্রবদি লৈবা ওম্‌দে। মরমদুনা য়েক্ক-পূক্‌চেন চেন্‌বী রাক্ষসী পূতনানা মাগী থবাই লৌননবা লাক্তুনসু মানা ওইশন্নবা খোমইন্‌বীগী মতীকচাবা গতি ফংদুনা মক্তে য়ানজখি।

শ্লোকসিনা তাক্‌পদি শ্রীকৃষ্ণগী করুণাদি থম্‌থেংনা পুন্নমক্তা য়োবনী হায়বসিনী।

মূল ৯৯

শরণাগত অকিঞ্চনের একই লক্ষণ।

তার মধ্যে প্রবেশয়ে আত্মসমর্পণ ॥ ৯৯ ॥

শব্দার্থ

শরণাগত— চঙজরক্তুনা মচাবু কখোল্লরবা মী ; অকিঞ্চনের—লম্‌দু্ম পূয়নক্লা চিংবা থাদাক্রবা মীগী ; একই লক্ষণ—লক্ষণ অমতনী ; তার মধ্যে —মদুগী মনুংদা ; প্রবেশয়ে - চংডী ; আত্মসমর্পণ— মছা মছাবু কৃষ্ণদা কৎথোক্‌পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'শরণাগত' ভক্তনে অদুগা 'অকিঞ্চন' ভক্তনে—অনীমক্কী লক্ষণদি অমতনী—চপ্ মান্নে। লক্ষণদুগী মপুংদা 'আত্মসমর্পণ' (মছাবু কখোক্‌পা) হায়বদি চংডী।

### শব্দার্থ

শরণ—চঙজবা ; লঞা—লৌরগা ; করে—তৌয়ি ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; আত্মসমর্পণ—মহাবু কৎথোক্পা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; তারে—মাবু ; করে—তৌয়ি ; তৎকালে—মতম অদুদা ; আত্মসম—মহাগা মান্নবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদা চঙজদুনা মহাবু কৎথোক্লবা মীদুবু কৃষ্ণনা মতম অদুমক্তদা কৃষ্ণ নাগা মান্নবা ওইহল্লী ।

## নৈনরোল

কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণদা চঙজরগা মহাক্তবু কৎথোক্লবদি কৎথোক্পা পুঙ-ফমদুমক্তদা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণনা মতৌগুম ওইহল্লী ( আত্মসম ওইহল্লী ) । আত্মসম ( মহাগা মান্নবা ) হায়বগা করি খঙনৈ হায়বদু নৈনবা চুম্মী । জীবন পুম্নমক্তা কৃষ্ণগা মান্নবদি কনাম্ব ওইবা য়ারোই ; মরমদি শ্রীকৃষ্ণদি অদ্বয় (অনীশুদবা) জ্ঞানতত্ত্বনী । করম্বা শরক্তা কৃষ্ণ মহাগা মান্নগদগে হায়বদু তুংদা লাক্লিবা মূল শ্লোকশিদগী খঙবা য়াই । মতুঙগী শ্লোকসিদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি—"মীওইবনা থবক অতৈ পুম্নমক পুঙথা থারগা ঐগোন্দা আত্মনিবেদন (মহাবু কৎথোকপা) তৌবা মতমদুমক্তদা ঐনা মগোন্দা থোইদোক-হেন্দোকপা মতৌ পীথোকয়ি ; মদুগী ফল ওইনা মীদুনা জীবন্মুক্ত ( হিংনা মুক্ত ) ওইদুনা ঐগা মান্ননা ঐশ্বর্য্য ভোগ তৌননবা মতীক চায় ।" জীবন্মুক্ত ওই হায়বদি মায়াগী য়াংমা লাল্লে হায়বদি চিন্ময় ওইরে ; অদুগা শ্রীকৃষ্ণগীগা মান্নবা ঐশ্বর্য্য হায়বদি গুণ থল্লা ফংবা ওম্নবা মতীক চাজরে । অদু ওইরবদি মায়াদগী লাম্ভোকপদনে হায়বদি চিন্ময় ওইবদনে অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ ফংনগী মতীক চাবদনে শ্রীকৃষ্ণগা আত্মসমর্পণ-তৌবা ভক্তগা মান্নে হায়বনী, অতৈ মরমদা মান্নবা নত্তে ।

আত্মসমর্পণ—হকচাঙ অমসুং হকচাঙগা মরী লৈনবা বিষয় পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণদা কংপা । হকচাঙগা হকচাঙগী ওইবা পোৎলম পুম্বা কাথোকখ্রবা মীগীদি মাগীনী হায়ননবা করিনতা লৈত্রে । মহাকী লৈজবা থরদো—করি

হায়রবী মহাক্তী থোড-খুৎ-মীৎ-না-নচিংবা ইন্দ্রিয় পূম্বমু শ্রীকৃষ্ণগী বী ; মরম-সিনা মমাই থবকীদমক—মহাগী চাবা শেৎপনচিংবগীদমক মহাবু মত্রগা মহাগী ইন্দ্রিয়শিংবু শীজন্নবগী অধিকার অমুক লৈররোইদবনী। মহু পূম্বা শ্রীকৃষ্ণগী তাক ওইরবনী—শ্রীকৃষ্ণগী থবক্তা শীজন্নবা নত্তনা অতৈ থবক্তা শীজন্নরবদি চুম্‌দ্রে। কৃষ্ণনা মাগী নীঙবা মতুং ঈন্না ঐগী দেহবচিংবা কন্না তৌজ্ঞগনী নত্রগা তৌদবা য়াই।

তৎকালে—মতম অহুমক্তদা ; আত্মসমর্পণ হেক তৌবা পুঙফমদা।

## মূল ১০৩

মর্ত্ত্যো যদা ত্যক্তসমস্তকর্ম্মা
নিবেদিতাত্মা বিচিকীর্ষিতো মে।
তদামৃতত্বং প্রতিপদ্যমানো
ময়াত্মভূয়ায় চ কল্পতে বৈ ॥ ১০৩ ॥

## শব্দার্থ

মর্ত্ত্যঃ—মীওইবা ; যদা—মতমদুদা ; ত্যক্তসমস্তকর্ম্মা—অতৈ থবক পুম্নমক থাদোক্লবা ; নিবেদিতাত্মা—মহাবু কখোক্লি ; তদা—মতমদুদা ; তৎ—মহু ; অমৃতত্বং—শিদবা, জীবন্মুক্তি ; প্রতিপদ্যমান—ফংলদুনা ; ময়াত্মভূয়ায়—ঐগা মান্নবা ঐশ্বর্য্য ভোগ তৌবগী ; চ—সু ; কল্পতে—মতীক-চাবা ওই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উদ্ধব-তা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—মীওইবনা থবক অতৈ পুম্নমক থাদোকুনা ঐঙোন্দা (শ্রীকৃষ্ণদা) মহাবু কখোক্লবা মতমদা মাগীদমক ঐনা কৈনো অমা তৌনীঙী ; মহুগী ফল ওইনা মীহুনা জীবন্মুক্ত ওইবা ফীভম ফংদুনা ঐগী ঐশ্বর্য্য ফংননবা মতীকচাবা হায়বহু ওই।

## তাৎপর্য

শ্রীকৃষ্ণদা মহাবু কখোক্লবা মীহুনা 'অমৃতত্ব' হায়বদি জীবন্মুক্ত ওইবা

ফংঙী হায়বসী—নিত্য-নৈমিত্তিক-নচিংবা থবক পূম্নমক থাদোক্লগা মপুঙ-ফানা শ্রীকৃষ্ণদা আত্মসমর্পণ তৌরবা মীশী মরমদা নৈনরিবা শ্লোকসিগী ম্রাশিংসে হায়রিবনী।

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোক্পনী (১১/৩৯/৩৪)। মসী মমাঙগী পয়ারদা হায়রিবা ম্রাগী প্রমাণনী।

মূল ১০৪

এবে সাধনভক্তি লক্ষণ শুন সনাতন।
যাহা হৈতে পাই কৃষ্ণপ্রেম মহাধন॥ ১০৪॥

শব্দার্থ

এবে—হৌজিক; সাধনভক্তি-লক্ষণ—সাধন (পাঙথোক্লবগী পাম্বৈ) হায়বা ভক্তিগী লক্ষণ; শুন—নাকোঙনা তারো; সনাতন-হে সনাতন; যাহা হৈতে—মদুদগী; পাই—(ঐখোয়না) ফঙভী; কৃষ্ণপ্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা; মহাধন—অচৌবা লন্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সনাতন! হৌজিক সাধন ভক্তিগী লক্ষণ করিনো হায়বদো তারো। সাধন অদুদগী কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বা লন্ অচৌবদু ঐখোয়না ফংগনী।

মূল ১০৫

কৃতিসাধ্যা ভবেৎ সাধ্যভাবা সা সাধনাভিধা।
নিত্যসিদ্ধস্য ভাবস্য প্রাকট্যং হৃদি সাধ্যতা॥ ১০৫॥

শব্দার্থ

কৃতি—ইন্দ্রিয়না; সাধ্যা—পাঙথোক্লবাই; ভবেৎ—ওই; সাধ্যভাবা—ভাব-না হায়বদি প্রেম-না পাঙথোক্লবাই; সা—মহাক্তো; সাধন—সাধনভক্তি; অভিধা—কৌবা; নিত্যসিদ্ধস্য—মতম পুম্বদা সিদ্ধ ওইবা; ভাবস্য—প্রেমগী; প্রাকট্যং—ফোঙবা; হৃদি—থম্মোইদা; সাধ্যতা—পাঙথোক্লবাই ওইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙদা হায়খিবা উত্তমা ভক্তি অদু লৈয়েং-নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা পাঙ-থোক্পা য়াবা ওইরবদি অমস্তুং মদুগী সাধ্য-না ( পাঙথোক্লঙাইনা ) প্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ওইরবদি ) মদুবু সাধনভক্তি কৌয়ি। নিত্যসিদ্ধ প্রেম-না থম্মোইদুংদা থোরক্লবদি মদুবু সাধ্যভা কৌয়ি।

## নৈনরোল

"অন্যাভিলাষিতশূন্যং"—নচিংবা ( ভক্তিরসামৃতসিন্ধু ১/১/৯ ) শ্লোক অদুদা উত্তমা ভক্তিগী লক্ষণ করিনো হায়রি। ভক্তি অদুনা কৃতিসাধ্যা—কৃতি (খুংলাই—ইন্দ্রিয়) অসিনা পাউথোক্লঙাই (সাধ্য) ওইরবদি, নাকোঙ-লৈয়েং নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী মতেঙনা ভক্তি-দু তৌবা য়ারবদি, মদুবু সাধন ভক্তি কৌয়ি। শ্রবণ-কীর্তন-নচিংবদি ইন্দ্রিয়শিংগী মতেঙনা তৌবা য়াবা অনু ষ্ঠান-নী ; মরমদুনা শ্রবণ কীর্তন-নচিংবসী সাধনভক্তিনী। সাধনভক্তিসীনা ওইবে সাধ্যভাবা—মাগী সাধ্যদি হায়বদি মাগী লক্ষ্যদি ভাব ( কৃষ্ণপ্রেম ) হায়বদুনা ওইবা সাধনভক্তি অদুনী ; সাধনভক্তিসিগী ফল ওইনা ভাব (কৃষ্ণ-প্রেম) ফংবা য়াই। মফমসিদা প্রেম-বু সাধ্যনী হায়বসিদা প্রেম হায়বসী জন্য ( পোক্হনবা য়াবা। পোং ওইদৌরিবরা হায়না হংবা য়ারক্‌য়ি। শঙ্কা অদু কোক্লবা হায়দুনা অমুম হায়রি মদুদি—প্রেম-দি জন্য পদার্থ নত্তে, মাদি নিত্যসিদ্ধ-নী হায়বদি অনাদিকালদগী লৈরক্লদুনা অনন্তকালগীদমক লৈগ-দৌরিবনী। অদুয়দি ওইরগা মসিদি মায়াবদ্ধ জীবগী থম্মোইদা লৈতে। মায়া-লৈবা মফমদা প্রেমস্তু লৈবা ঙমদে ; প্রেমদি প্রাকৃত-নত্তবা চিন্ময় ওইবা পোংনী : মরমদি মসী স্বরূপশক্তিগী থোইদোক্পা বৃত্তি ( মওই ) অমনী। সাধনভক্তি অশুম তৌথরগা মায়াগী অমক্পা কোক্লবা মতমদুদা চিত্ত-দুদা প্রেম অসী থোরকনী। সাধনভক্তিগী ময়াইনা মতৌ অমুম্মা সাধক মাংগী হৃদি—থম্মোইদা ভাবস্ত—প্রেমগী ; প্রাকট্য—থোরক্পদুবু সাধ্যতা হায়রিবনী।

শ্লোকসিগী ধ্বনি অমসুনা অসিগী মহুদি, নববিধা ভক্তি ( ভক্তি মথল মাপল ) তৌবগী লম্বানা শ্রীকৃষ্ণপ্রেম ওইরবদি মাবু সাধনভক্তি কৌবদি চৎনরোই।

পয়ারসিদা সাধনভক্তিগী লক্ষণ তাক্লি।

## মূল ১০৬

শ্রবণাদি ক্রিয়া তার 'স্বরূপ লক্ষণ'।
'তটস্থ লক্ষণে' উপজায় প্রেমধন ॥ ১০৬ ॥

### শব্দার্থ

শ্রবণ-আদি—নাকোঙনা তাবনচিংবা ; ক্রিয়া—থবক্তা ; তার—মাগী ( সাধন ভক্তিগী ) ; স্বরূপ লক্ষণ—পোৎকী মচাক্লা ওইবা লক্ষণ ; তটস্থ লক্ষণে—থোদোগী ফল-না ওইবা লক্ষণা ; উপজায়—পোক্হল্লী ; প্রেমধন—প্রেম ( লুংশিবা ) কৌবা লন্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রবণচিংবা থবক্তা মাগী (সাধনভক্তিগী) স্বরূপ লক্ষণ হায়বহুনী ; মাগী তটস্থ-লক্ষণা প্রেম কৌবা লন্ পোক্হল্লী।

## নৈনরোল

করিগুম্বা পোৎ অমগী অঙ্গ (শরুক) ওইবা, হায়বদি পোৎশাবদা মচাক ওইনা শীজন্নবা অদু শাগৎলবা পোৎতুগী স্বরূপ লক্ষণনী। শ্রবণকীর্ত্তন হায়বনচিংবা নববিধা ভক্তিসী সাধনভক্তিগী অঙ্গনী ( শরুক্নী ) ; নববিধা ভক্তিত্মক সাধন-ভক্তিনী ; মরমসিনা নববিধা ভক্তিহুনা সাধনভক্তি শাগৎপনী ; মরমহুনা শ্রবণচিংবসী সাধনভক্তিগী স্বরূপ-লক্ষণনী। অদুগা, লক্ষণ অদুনা করিগুম্বা পোৎ অমগী অঙ্গ ( শরুক ) থঙনদবা, কার্য্যনা ( ফল-না ) তাক্পা লক্ষণ অদু পোৎতুগী তটস্থলক্ষণনী ; সাধনভক্তি তৌবগী ( অনুষ্ঠানগী ) ফল ওইনা পুন্ড্রদা কৃষ্ণপ্রেম পোক্হি, মরমহুনা কনাগুম্বগী পুক্নিংদা কৃষ্ণপ্রেম পোক্পা উরগদি মুপাদু সাধনভক্তি তৌবোইরে হায়না [illegible]

খণ্ডনৈ, মতাঙসিদা কৃষ্ণপ্রেম-না সাধনভক্তি তৌবহ্ন তাক্‌য়ি ; কৃষ্ণপ্রেমসে সাধনভক্তি মহৈগী মশক ওইরে ; মরমতুনা সাধনভক্তিগী তটস্থ-লক্ষণদি কৃষ্ণপ্রেম-না ওইরে।

শ্রবণাদি ক্রিয়া—শ্রবণ ( নাকোঙনা তাবা ), কীর্ত্তন ( শক্‌শোন্‌বা ), স্মরণ (নীঙশীঙবা), পাদসেবন (খোঙ সেবা), অর্চ্চন ( পূজা ), বন্দন (খুরুম্বা), দাস্য, সখ্য, অমসুং আত্মনিবেদন ( ইছা-ইছাবু ) কথোক্‌পা।

উপজয়—পোক্‌হল্লী ; মতাঙসিদদি আবির্ভাব ওইহল্লী ( হায়বদি 'থোরক্‌হল্লী' হায়বনী।

## মূল ১০৭

নিত্যসিদ্ধ কৃষ্ণপ্রেম—'সাধ্য' কভু নয় ;
শ্রবণাদি-শুদ্ধ চিত্তে করয়ে উদয় ॥ ১০৭ ॥

## শব্দার্থ

নিত্যসিদ্ধ—মতমপুম্বদা ওইবগী ; কৃষ্ণপ্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবদি ; সাধ্য —তৌরগা পুথোক্‌পা পোৎ ; কভু—কদৌঙৈদা ; নয়—নত্তে ; শ্রবণাদি—শ্রবণচিংবা সাধন-ভক্তি তৌরগা ; শুদ্ধচিত্তে—মত্তবা থম্মোইদা ; করয়ে উদয়—থোরক্‌য়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেমদি নিত্যসিদ্ধনী ; কদৌঙৈদসু সাধ্য (সাধন তৌরগা ফংনঙাই ওইবা) নত্তে। শ্রবণচিংবা ( সাধন ভক্তি ) তৌর তৌরগা, অমকপা কোক্লবা চিত্তদা ( মুমীৎ-থা থোরব্‌পগুম্ ) ( কৃষ্ণপ্রেম ) থোরক্‌য়ি।

## নৈনরোল

প্রেম (কৃষ্ণবু নুংশিবা) হায়বসে শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী শক্তিনা ওইরকপা পোত্তা থোইদোক্‌পা অমনী ; মরমতুনা প্রেম-দি স্বরূপকী হায়রগদি চিচ্ছক্তিনী হায়বাদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিনী। চিচ্ছক্তি নত্রগা মাগী বৃত্তি ( মানা ওইরক্‌পা মওই ) অমত্তা মায়াবদ্ধ জীবগী মনুঙদা নত্রগা মায়িক জগৎতা—লোৎতুনা

ফাওবা—লৈবা ঙম্‌দে। লৈরিবসে শ্রীকৃষ্ণদা অমসুং চিন্ময় ভগবদ্ধামদদনী। শ্রীকৃষ্ণনা হ্লাদিনী শক্তিগী পুক্নুংদা তুংঙাইহন্‌বা বৃত্তি অমবু মতম পুম্বদা ভক্তশিংগী চিত্তদা লংশন্দুনা লৈরিবনী, মদু ভক্তগী চিত্তদা লৌশিল্লবা মতুংদা প্রেমগী মশক ওইনা ঙাম্থোইদুনা লৈ। রসিকশেখর শ্রীকৃষ্ণনা মফম পুম্নমদা মহাক্কী হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তিবু লংশন্দুনা লাক্লিবনী; অদুবু চিচ্ছক্তি বৃত্তি অদু মায়ানা মোংলবা চিত্তদদি মফম ফংবা ঙমদদুনা মায়ানা-শুম্হৎলবা জীবগী চিত্তনা লৌশনবা ঙম্‌দে, ভক্তগী মত্তুবা শেংলবা চিত্তনদি লৌশল্লব-নীনা ভক্তচিত্তদা প্রেমগী মশক্ ওইনা লৈয়ে। শ্রবণ-কীর্ত্তনচিংবা ভক্তি-অঙ্গ তৌদুনা চিত্তগী অমোংপা কোক্লবা মতমদা চিত্তদা শুদ্ধ-সত্ত্ব (অশেংবা মওই) থোরকপা য়াই, মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণনা লংশল্লকপা হ্লাদিনীগী বৃত্তি-বিশেষ অদুনা চিত্তদুদা প্রেম ওইনা লৈথে; অদুগুম্বা মতমদা হায়বা য়ারে—চিত্তদুদা প্রেম থোরক্‌য়ি ( আবির্ভূত ওই )।

## মূল ১০৮

এই ত সাধনভক্তি দুই ত প্রকার।
এক বৈধীভক্তি, রাগানুগাভক্তি আর ॥ ১০৮ ॥

## শব্দার্থ

এই ত—মসীনীদো; সাধনভক্তি—সাধনভক্তি (তোংনবা); দুই ত—অনী; প্রকার—মখল; এক—অমনা; বৈধীভক্তি—তৌগদবা থবক; রাগানুগাভক্তি—রাগ (থৌরাংবা)-গী অনুগা (তুংইনবা) ভক্তি; আর—অতোপ্পা অমনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিনিদো, সাধনভক্তি হায়বগী মখল অনী; অমনা বৈধীভক্তিনী, অদুগা অমনা রাগানুগাভক্তিনী।

## নৈনরোল

এই ত সাধনভক্তি—মমাংদা হায়খিবা লক্ষণ য়াওবা সাধনভক্তি;

হায়বদি শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবনা মাগী অঙ্গ ওইবা অমুগা মহ্ তৌরগা চিত্ত-মোংপা কোক্পা অমসুং চিত্তদা নিত্যসিদ্ধ ওইবা কৃষ্ণপ্রেম থোরক্পা মহ্ সাধনভক্তিনী, 'এইত' হায়বা শব্দসিনা তশেংনা তাক্লি মহুদি শ্রবণ, কীর্ত্তন হায়বনচিংবা ভক্তি মথল মাপলসী বৈধীভক্তিগীস্মু অঙ্গনী অমুগা রাগানুগা ভক্তিগীস্মু অঙ্গনী ; বৈধী অমসুং রাগানুগা ভক্তি অনীমক্কী স্বরূপলক্ষণ-দি শ্রবণ-কীর্ত্তন হায়বনচিংবনী। বৈধীগা রাগানুগা-গা অনীসী তৌরগা কৃষ্ণ-প্রেম থোরক্লি হায়বসিমস্মু খণ্ডগদবনী, অওইবমক্তি বৈধী ভক্তিদগী পোক্পা প্রেমগা রাগানুগা ভক্তিদগী পোক্পা প্রেমগা অনীসীদা খেন্নবা অমদি লৈ, মহুদি—বৈধীমার্গ চংপা ভক্তশিংগী প্রেমদি শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাবু খঙনা ওইবা প্রেমনী : অমুগা রাগানুগা-চংপা ভক্তশিংগী প্রেমদি শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু খঙনা ওইবা প্রেমনী। অনীসিগী তটস্থ লক্ষণ-দি কৃষ্ণপ্রেমনী।

## মূল ১০৯

রাগহীন জন ভজে শাস্ত্রের আজ্ঞায়।
বৈধীভক্তি বলি তারে সর্ব্বশাস্ত্রে গায় ॥ ১০৯ ॥

### শব্দার্থ

রাগহীন—খোরাংবা-য়াওদবা ; জন—মীনা ; ভজে—সেবা তৌয়ি ; শাস্ত্রের আজ্ঞায় শাস্ত্রগী মতুং ইন্না ; বৈধীভক্তি বলি—বৈধীভক্তি হায়না ; তারে—মহুবু ; সর্ব্বশাস্ত্রে - শাস্ত্র পুম্বনা ; গায় —শক্শোল্লী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাগ য়াওদবা মীনা শাস্ত্রগী য়াথংনা ভজন তৌয়ি। মহুবু বৈধীভক্তি হায়না শাস্ত্র পুম্নমক্না শক্-শোল্লী।

## নৈনরোল

রাগ য়াওবা অমসুং রাগ য়াওদবা ভক্ত মথক্ অনীনা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌয়ি। রাগ য়াওবা মীনা সেবা তৌবদি শ্রীকৃষ্ণগী মুংঙাইনবগীতমী, ভক্ত মছাগী অতৈ অপাম্বদগী তৌবা সেবা নত্তে। অসিগুম্বা রাগ ( খোরাংবা )

য়াওদবা ভক্তবু রাগহীন ( রাগ-য়াওদবা ) ভক্ত কৌয়ি। মহাক্না তৌবা সেবাদি শাস্ত্রনা হায়বদগীনী, শ্রীকৃষ্ণগী মুংঙাইনবগী নত্তে। শাস্ত্রনা হায়—শ্রীকৃষ্ণ ভজন তৌগদবনী, তৌদ্রগদি অরাবা নংগনী, নরক-তাবনচিংবা ফংগনী। অরা-অনং কোক্নবা, নরক-কোমদা পুথদনবা হায়দুনা শাস্ত্রগী রারাক্ ইন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ নীঙববু বৈধীভক্তি কৌয়ি, বৈধীভক্তি চৎপা মীবু বৈধীভক্ত কৌয়ি।

## মূল ১১০

তস্মাদ্ভারত সর্ব্বাত্মা ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ।
শ্রোতব্যঃ কীর্ত্তিতব্যশ্চ স্মর্ত্তব্যশ্চেচ্ছতাভয়ম্ ॥ ১১০ ॥

### শব্দার্থ

তস্মাৎ—মরমদুনা ; ভারত—ভরতবংশদা পোকপা পরীক্ষিৎ ; সর্ব্বাত্মা ভগবান্—পূম্নমক্কী আত্মা ভগবান্ ; হরিঃ—হরি ; ঈশ্বর—ঈশ্বর ; শ্রোতব্যঃ—শ্রবণ তৌনঙাই ; কীর্ত্তিতব্যঃ—শক্-শোন্নঙাই ; চ—অমসুং ; স্মর্ত্তব্যঃ—নীংশীংনঙাই ; চ—অমসুং ; ইচ্ছতা—অপাম্বা মীনা ; অভয়ম্—কিদবা হায়বদি মোক্ষ ( অরাণ্খুম্ভম )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎতা হায়রম্মী—মরমদুনা, হে ভারত (পরীক্ষিৎ) অরাণ্খুম্ভম ( মোক্ষ ) পাম্বা মীনা পূম্নমক্কী আত্মা ওইবা ভগবান্ ঈশ্বর শ্রীহরিগী গুণলীলানচিংববু শ্রবণ (নাকোঙনা তাবা), কীর্ত্তন (শক্-শোন্‌বা) অমদি স্মরণ ( নীংশীংবা ) তৌগদবনী।

## নৈনরোল

তস্মাৎ—মরমসিনা ( য়ুম-পান্‌বা মীনা মচা-মশু-লন্দা আসক্ত ওইবনা মায়ানা কন্না কন্না পুন্দমক্কয়ি হায়বা মরমসিনা )। সর্ব্বাত্মা—শ্রীকৃষ্ণদি পূম্নমক্কী আত্মানী, মরমদুনা পূম্নমক্কগী থোইবনী, মরমদুনা ভজন-তৌফম থোক্পনী। মহাক ভগবান্নী—ফজবা পুম্বনা লৈতেংলবনী, অদুনা পূম্নমক্কী

চিত্তবু চিংশন্নঙাইনী ; মরমতনস্তু পুম্নমক্কা মহাকপু ভজন তৌনীঙগ্রী। মহাক **ঈশ্বরনী**—নীংগে-নীংলোই ওম্বনী ; শক্তি পুম্নমক্কা ভিন্‌বনী। মসিস্তু ভজন তৌনঙাই গুণ অমনী। মহাক **হরিনী**—মায়ালাংবু হূবা ওম্মী, অহ্রাবা পূম্নমক হূবা ওম্মী ; মহাকপু ভজন তৌবদি জীবগী মঙ্গল ওইনবনী।

সংসারগী অকীবদগী লাংথোক্লনবগীদমক ভগবানবু ভজন তৌগদবনী হায়না শাস্ত্রনা তাকুয়ি হায়বগী প্রমাণী শ্লোক অসী।

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগীনী ( ২/১/১৫ )।

### মূল ১১১

মুখবাহূরুপাদেভ্যঃ পুরুষস্যাশ্রমৈঃ সহ।
চত্বারো জজ্ঞিরে বর্ণা গুণৈর্বিপ্রাদয়ঃ পৃথক্ ॥ ১১১ ॥

### মূল ১১২

য এষাং পুরুষং সাক্ষাদাত্মপ্রভবমীশ্বরম্।
ন ভজন্ত্যবজানন্তি স্থানাদ্‌ভ্রষ্টাঃ পতন্ত্যধঃ ॥ ১১২ ॥

শ্লোক অনীসিগী শব্দার্থনচিংবদি ২/২২/২৭-২৮ মূল শ্লোক অদুদা য়েংবিয়ু।
শ্লোক অনীসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লোইথোকপনী ( ১১/৫/২৩ )।

### মূল ১১৩

স্মর্তব্যঃ সততং বিষ্ণুর্বিস্মর্তব্যো ন জাতুচিৎ।
সর্ব্বে বিধিনিষেধাঃ স্যুরেতয়োরেব কিঙ্করাঃ ॥ ১১৩ ॥

### শব্দার্থ

স্মর্তব্যঃ—নীংশীংনঙাইনী ; সততং—মতম পুম্বদা ; বিষ্ণুঃ—বিষ্ণু ; বিস্মর্তব্যঃ—কাউমঙাই ; ন—নত্তে ; জাতুচিৎ—কদাইদা ; সর্ব্বে—লোইননক ; বিধিনিষেধাঃ—তৌহৈবা-তৌহৈদবশিং ; স্যুঃ—ওই ; এতয়োঃ এব—অনীমকসিমক্কী ; কিঙ্করাঃ নথাপোনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিষ্ণুবু মতম পুম্নমক্তা নীংঙশীংভগদবনী, করিগুম্বা মতমদসু কাউথোক্পা চুম্দে। বিধি-নিষেধনী হায়বদুনা লৈরিবনথৈ পুন্নমক বিধি-নিষেধ অনীসিগী মনাই ওাকী ( কিঙ্কর-নী )।

## নৈনরোল

শ্লোক অসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোকপা (১/২/৫) পাদ্মোত্তর-বচন-নী ( ৭৩/১০০ )।

শাস্ত্রদা লৈরিবা বিধি হায়বমখৈগী মকদি (মূল-দি) অমখক্তনী ; মদুদি অসিনী —মতম পুম্বদা বিষ্ণুবু নীংঙশীংভগদবনী। অতৈ বিধি (তৌগদবা) পুম্বা বিধি ( বিষ্ণুবু নীংঙশীংভগদবনী হায়বা ) অসিমতগী অনুপূরক নত্তগা পরিপূরক-নী, বিধিসিমতগী অনুকূল ওইনবা (তৌগদবা)নী। পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণবু নীংঙশীংভনবগী মতেংনী ; শ্রীকৃষ্ণবু নীংঙশীংভবদা তৌগদবা বিধিদি বিধি নত্তে : শ্রীকৃষ্ণবু অসুম নীংঙশীংভনবা হোংনদ্রবদি বিধি নিষেধ অমত্তা ঙাক্লনসু করিমত্তা কান্নরোই। নিষেধ ( তৌরদবা ) হায়বনা লৈরিবা পুন্নমক্কী সার ওইবা নিষেধ-দি অমখক্তনী, মদুদি অসিনী — করিগুম্বা মতমদসু শ্রীকৃষ্ণবু কাউবা য়াদে। নিষেধ অসিগী মতেং পা নবা ঙাক্তনী নিষেধ অতৈ পুন্নমক। শ্রীকৃষ্ণবু কাউথোক্লগা শাস্ত্রদা হায়বা নিষেধ পুন্নমক ঙাকপনদি করিমত্তা কান্নরোই। অশেংবদি শ্রীকৃষ্ণবু নীংঙশীংভবনা ভজনগী থৱাইনী সদাচারগী থৱাইনী। শ্রীকৃষ্ণবু কাউথোক্লগা ভজনাঙ্গ অনুষ্ঠান তৌবনদি, অমদি শ্রীকৃষ্ণবু কাউনা কাউনা শাস্ত্রদা হায়বা বিধি-নিষেধ ঙাক্পনদি মছাবু নম্থাক্ তৌবা হায়বনী।

শ্রীকৃষ্ণবু নীংঙশীংভবা য়াওদ্রবদি মপাঙ্গোংগী ভজনাঙ্গ তৌবনদি সাধন অমা ওইনা করিমত্তা কান্নদে। মদুগী মরমদি অসিনী। অজ্ঞানবদা, অনাদি-কালদগী শ্রীকৃষ্ণবু কাউরকপা মরম্না মায়ানা দা পুরিবা জীবগী দশা ফত্তবনী। দশা ফত্তবসিগী অমসুং শ্রীকৃষ্ণ সেবা ফংদবগী মরমদি অনাদিকালদগী শ্রীকৃষ্ণবু

কাউরক্পনী। সংসারগী অৱাবসী লোইহল্লগে হায়রগদি অমসুং জীবগী স্বরূপ-কী হৌনবা মথৌ শ্রীকৃষ্ণসেবা ফংগে হায়রগদি মরমসিবু—শ্রীকৃষ্ণবু কাউবা হায়বসিবু—তাম্নোক্পা তাই। শ্রীকৃষ্ণ-কাউববু তাম্নোরবা অমত্তা ডায়বা পাম্বৈদি শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙবনী। অদুনা নীঙশীঙবসিনা সাধনগী থৱাংনী; ভজন তৌবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীংদ্রেবদি ভজন অদু থৱায়-পান্দবনী, মরমদুনা মহে য়াদ্রবনী। শ্রীকৃষ্ণ কাউববু তাম্নোকপা ডমদবা ভজন অদুদি কান্নদবা ভজন হায়বদুনী। অনীশুবদা, ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা সাসঙ্গ সাধন অমসুং অনাসঙ্গ সাধন হায়বা সাধন অনীসিগী ৱা হায়রি; অদুগা অনাসঙ্গ সাধন হায়বসিনা হরিভক্তি ফংনবা পাম্বে ওইবা ডমদে; সাসঙ্গ সাধন-নদি হরিভক্তি ফংডী, অদুমকপু থুনদি ফংদে—হায়বদি ভুক্তিনে মুক্তিনে অনীসিবু পাম্বিবমখেদি—হরিভক্তি ফংবা য়াদে। 'আসঙ্গ' য়াওদববু অনাসঙ্গ কৌয়ি, 'আসঙ্গ' য়াওববুনা সাসঙ্গ কৌরি। আসঙ্গ শব্দগী অর্থদি ভজন নৈপুণ্য ( ভজন-তৌবদা হৈশিংবা ) হায়বনী। মতৌ করম তৌরগা ভজন মথৈ য়ানগনগে হায়বদু খঙনা অদুগা মদু শীজিন্নবা মীবু ভজনগী মরমদা 'নিপুন' ( হৈশিংবা ) ওইরে হায়বা য়ায়। শ্রীজীবগোস্বামীনা হায়—ভক্তি-মার্গগী কৌশল (উপায় লৌ) অসিনা ওইরিবদি—সাক্ষাৎ ভজন-দা প্রবৃত্তি (চঙশিনবা), শ্রীকৃষ্ণগী সাক্ষাৎ-তা (মাঙনক্তদা) লৈদুনা মহাক্কী পেন্নবগীদমক ভজনাঙ্গ তৌরিবনী, সাক্ষাৎ ওইনা মহাক্কী চরণ দা লৈ-চন্দন-নচিংবা কংলি-বনী, মাগী মমাঙদা লৈরগা মহাক্কী পেন্নবগীদমক নাবোঙনা তাবা চীন্না শোনবনচিংবা ( শ্রবণ কীর্তন-নচিংবা ) তৌরিবনী হায়বা ভাব অসী সাধক অমনা চেনগদবনী। ভাব অসী শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙদ্রবদি ওইথোক্রোই। মরম-সিনা কৃষ্ণস্মৃতিদনা ( শ্রীকৃষ্ণবু নীংশিংদবতনা ) সাধক অমগী সাধন দুদা সাসঙ্গত্ব শীরবতদা সাধন-দুনা মহে য়ানগদবনী; মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণস্মৃতি য়াওদবা ভজনাংদি অনাসঙ্গ সাধন ওইগনী; অনাসঙ্গ সাধন অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা য়ারোই। মরমসিনা কবিরাজ গোস্বামীনসু হায়রম্মী—অনাসঙ্গ ওইনা মপোক য়াম্নমক শ্রবণ-কীর্তন তৌদুনসু শ্রীকৃষ্ণগী চরণদু নুংশিবা কৌবা লন্ ( প্রেমধন ) অদু ফংবা ডমদে।

ভক্তিমার্গভগীতা নত্তে, অতৈ-লপ্পী চৎপা মীশিংবু মচা মচাগী উপাস্য দেবতা ( লাংচবা লাই ) অমসুং মপূরুংদা নীঙশীঙগদবনী। মমগদি মখোয়গী সাধন অমুসু মহৈ য়াল্লোই।

শ্লোকসীদা হায়রিবদি শ্রীকৃষ্ণবু মতমপুম্বদা নীঙশীঙগদবনী, মসী ইন্দ্র-গদি মীওইবগী চিত্তসু মায়াগী শাস্নবুঙ শুন্‌থিনী হায়না মওং অমদা হায়বগুম্বনী।

মথক্তা পল্লিবা শ্লোক অহুমসিদা হায়রিবা শাস্ত্রগী য়াথংশিংসী ভাক্তা চৎপবদি অকায়বা লাক্কনী হায়বসু কিবদগী ভজন তৌবা মীশিংবু বৈধীভক্ত কৌয়ি। মতৌ অসুম্বা শ্লোক অহুমনী মূল ১০৭ পয়ারদা হায়রিবা য়াগী প্রমাণনী।

মূল ১১৪

বিবিধাঙ্গ সাধনভক্তি বহুত বিস্তার।

সংক্ষেপে কহিয়ে কিছু সাধনাঙ্গ সার ১১৪ ॥

শব্দার্থ

বিবিধ- অঙ্গ – শরুক মথম-মথাগী ; সাধনভক্তি—সাধনভক্তি ; বহুত বিস্তার—য়াম্না য়াম্বী ; সংক্ষেপে—শম্পাংনা ; কহিয়ে—হায়গে ; কিছু—খরা ; সাধনাঙ্গ সার—সাধনগী শরুকশিংগী মচা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শরুক মথম মথাগী ওইবা সাধন-ভক্তিদি য়াম্না পাকশন্নী। সাধনগী মচি ওইবা শরুক খরদং শম্পাংনা হায়গে।

তাৎপর্য

সাধনভক্তিগী অঙশিংগী মশিং য়াম্মী ; শম্পাংনা মরু মরু ওইবা খরদং ( ৬৪-দং ) পাংথসিদা হায়রি।

পয়ারসিগী য়া খনবদা য়েংগদবদি অসিনী মতুদি—মথাদা হায়রিবা ভজনাঙ্গশিংগী পুন্নমক 'সাধনভক্তিগী অঙ্গ' হায়রি, বৈধীভক্তিদগী মমগা য়াগা-মুগা ভক্তিদগী অঙ্গ হায়দে। মসিদগী খঙবা য়াবদি অঙ্গশিংসী বৈধীভক্তি

অমস্তুং রাগানুগা ভক্তি হায়বা সাধনভক্তি মথন্ত অনীমক্কী অঙ্গ-নী। খুদম ওইনা হায়রগা, একাদশীব্রত ; বৈধীভক্তনা ব্রতসী তৌবগী মরমদি অসিনী মতুদি, ব্রতসী তৌদ্রগা পাপ চাবগী মসিগা মান্নবা ফল ফংগনী অতুগা পুরোন্ ভরেংকা কোন্ননা মীতু নরক তাগনী হায়বননী। অতুগা রাগানুগা মার্গগী ভক্তনা ব্রতসী তৌয়ি, মরমদি মসী শ্রীহরিবাসর-নী, ব্রতসী ভাক্লবদি শ্রীহরিনা যান্না হরাওয়ি। থবক্তি অমতনী, ভাব খেন্নবগী ৱাদনী।

অঙ্গ চুম্ফু মরিগী সাধনভক্তিদি অসিনী :—(১) গুরুগী খুয়াদা চঙজবা ; (২) দীক্ষা ( লাইমিং লৌবা ) ; (৩) গুরুসেবা ; (৪) সৎ-ধর্ম্ম হংবা ; (৫) সাধুগী লম্বী তুং-ইন্বা ; (৬) কৃষ্ণনা পেন্নবগীদমক ভোগ ( চাবা শেৎপগী কুংঙাইবা ) থাদোকপা ; (৭) কৃষ্ণগী তীর্থদা লৈবা ; (৮) চঙগদবদা লৌবা ( যাবং-নির্বাহ-প্রতিগ্রহ ) (৯) একাদশী চরা হেন্বা ; (১০) হৈক্রু পাম্বী, খোংনাং পাম্বী, শল্, ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব-পু পূজা তৌবা। অঙ্গ তরাসী সাধনভক্তিগী অহৌবগী মশক্নী : "এষামত্র দশাঙ্গানাং ভবেৎ প্রারম্ভরূপতা—ভক্তিরসামৃত-সিন্ধু। ১/২/৪৩॥" অঙ্গ তরাসী লৌদ্রগদি ভজন যাদে। (১১) সেবাগী অপরাধ থাদোক্কদবনী ; (১২) বৈষ্ণব নত্তবগী সঙ্গ থাদোক্কদবনী ; (১৩) শিষ্য যান্না থম্ফদে ; (১৪) লাইরীক ময়ামগী অমসুং কলা মযামগী অভ্যাস অমসুং বাখ্যান থাদোক্কদবনী, (১৫) মাঙবা তোবা অনীমক্তা পুক্নীঙ লাঙ-ফদে, (১৬) শোক ( অরা-অনা )-গী মথা পোন্দবা, (১৭) দেবতা অতৈবু অমসুং শাস্ত্র অতৈবু নিন্দা তৌদবা, (১৮) বিষ্ণুবু অমসুং বৈষ্ণবপু নিন্দা তৌদবা ; (১৯) গৃহ্বাল্লানগী ৱা ( গ্রাম্যবার্ত্তা ) নাকোঙনা তাদবা ; (২০) থৱাইপান্বা খুদিংমক্তা পুক্নীঙনা অমসুং ৱাহৈনা কুংঙাইহন্দবা তৌদবা। মহৈগী অঙ্গ তরা অসী ভজন-তৌবা মীনা থাদোক্কদবনী। মথক্কী অঙ্গ কুন অসী ভক্তিদা চঙনবগী থোঙগী মশক্নী। ইমুঙদা চঙবদি থোঙদগী চঙগদবনী, মতৌ অতুগুম্না ভক্তিগী কৃপা ফংগে হায়রবসু অঙ্গ কুন অসী ঙাক্কদবনী। অঙ্গ কুন্-সিগী মনুঙদা গুরুগী খুয়াদা চঙজবা, দীক্ষা অমসুং গুরুসেবা হায়বা অঙ্গম-সিনা মকোক্নী ; গুরুগী কৃপানা ভজন-তৌবা মীতুনা সাধনভক্তিগী অঙ্গ অতৈদা

মছানা অতুম থাজবা ( শ্রদ্ধা ) অমসুং অপাম্বা পোকনী। গুরুকৃপা ফংদ্রবা মহুৎসা থবক্তি অয়েক্ষা ভারবনী। শ্রীহরিনা শাউরগদি গুরুনা কনবিবা ঙম্মী; অদুগা গুরুনা শাউরগদি কনামতনা কনবিবা ঙম্মদে, শ্রীহরিনসু কনবিদে। শ্রীনারদগী তুংইনবশিংগী মত-তদি দীক্ষানা ভজন-মশক্নী; মরু নত্তনা ময়োন, পাম্বী অমদি উহৈ ওইবা য়াদবগুম দীক্ষা নত্তনদি ভজন তৌবা য়াদে। মরম-সিনা গুরুগুয়াদা চঙবা, দীক্ষা অমসুং গুরুসেবাবু সাধনগী অঙ্গ-লক্তা মকোক্নী কায়রিবনী। অঙ্গ কুন অসী তৌদুনা সাধক অমনা মছাবু ভজনগী মতীক-চাবা ওইনবা হোৎনগদবনী; অদু ওইরবদি মুখ্য ভজনাঙ্গ তৌবগী মহৈ থুনা চাগনী।

মুখ্য (মরু ওইবা) ভজন-অঙ্গশিংদি শ্রীভক্তিরসামৃতদগী উৎলী। (২১) শ্রীহরিমন্দির কৌবা তিলক-নচিংবা বৈষ্ণব-চিহ্ন লৌবা, (২২) হকচাঙদা শ্রীহরিনামগী অক্ষর (ময়েক) ইবা; (২৩) নির্ম্মাল্য ভক্তা শিবা অমদি নাদা চিনবা; (২৪) শ্রীহরিগী মাঙদা জগোই শাবা; (২৫) দণ্ডবৎ তৌনা খুরম্বা; (২৬) শ্রীমূর্ত্তি উবদা হৌগৎপা; (২৭) শ্রীমূর্ত্তিগী তুংইন্দুনা চৎপা; (২৮) শ্রীভগ-বানগী লৈবা মফমদা চৎপা; (২৯) পরিক্রমা (মন্দির কোয়বা); (৩০) অর্চ্চন (পূজা); (৩১) সেবা (পরিচর্য্যা); (৩২) ইশৈ শকপা (গীত), (৩৩) সঙ্কীর্ত্তন; (৩৪) জপ, (৩৫) বিজ্ঞপ্তি (য়াকংপা-নিবেদন); (৩৬) স্তুতি পাঠ; (৩৭) নৈবেদ্যগী (মহাপ্রসাদগী) স্বাদ (মহাও) লৌবা; (৩৮) চরণা-মৃত থকপা; (৩৯) ধূপ অমদি মালানচিংবগী মণম লৌবা; (৪০) শ্রীমূর্ত্তিবু শুৎনা শোকপা; (৪১) শ্রীমূর্ত্তি দর্শন তৌবা; (৪২) আরতি অমদি উৎসবন-চিংবা দর্শন তৌবা; (৪৩) নাকোঙনা তাবা (শ্রবণ); (৪৪) শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা ফংনবা প্রার্থনা অমসুং আশা; (৪৫) নীঙশীঙবা (স্মরণ); (৪৬) ধ্যান; (৪৭) দাস্য; (৪৮) সখ্য; (৪৯) আত্মনিবেদন (ইছাবু কথোকপা); (৫০) শ্রীকৃষ্ণদা কৎপদা মতীক চাবা শাক্সনা হায়বা পোত্তাগী মরক্তা মছানা পানজবা পোৎ অদু শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা; (৫১) থবক পুম্নমক কৃষ্ণগীদমক হোৎ-নবা হায়বদি তৌরবা থবক খুদিংমক কৃষ্ণসেবাগী ওইহনবা; (৫২) মঙৎ

পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণদা চঙজবা ( শরণাগতি )-হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ-লৈবা পোৎলীদবু হায়রবদি মতুবু সেবন তৌবা ; মহুদি (৫৩) তুলসীসেবা ; (৫৪) শ্রীমদ্ভাগবত-নচিংব্য শাস্ত্র সেবা ; (৫৩) মথুরাধাম ; অমসুং (৫৬) বৈষ্ণবনচিংবগী সেবা ; (৫৭ মচা মচাগী অবস্থা মতুং ইন্না ঙমজবা পোৎলম্না ভক্তশিংগা লোয়নননা মহোৎসব তৌবা ; (৫৮) কাত্তিকাদিব্রত (নিয়মসেবানচিংবা) ; (৫৯) জন্মাষ্টমীনচিংবা উৎসব, (৬০) শ্রদ্ধাগা (থাজবগা) লোয়নননা শ্রীমূর্ত্তি-সেবা ; (৬১) রসিক-ভক্তগা লোয়নননা শ্রীমদ্ভাগবতমগী অর্থগী মহাও তংবা ; (৬২) ভাব চিন্নবা মীগা সঙ্গ তৌবা, মচাদগী হেন্‌বা অমসুং পুকচেল-তথ্না সাধুগা সঙ্গ তৌবা ; (৬৩) নামসঙ্কীর্ত্তন ; অমসুং (৬৪) মথুরামণ্ডলদা বাস তৌবা—অসিনী অঙ্গ তুম্ফু মরিগী সাধনভক্তি হায়বদো। মুখ্য ভজনাঙ্গ পুম্নসিগী মনুঙদা মনৈদা হায়রিবা অঙ্গ মঙা হায়বদি সাধুসঙ্গ, নাম কীর্ত্তন, ভাগবত সেবন, মথুরাবাস অমসুং থাজবগা লোয়নবা শ্রীমূর্ত্তিসেবা হায়বা অঙ্গ খবসীনা খ্বায়দগী থোইবনী। তোঙান্না ওইরবস্থ পুল্লপ ওইরবস্থ, হকচাঙ, ইন্দ্রিয় অমসুং পুক্নীঙনা অঙ্গ তুম্ফু মরিসী তৌগদবনী। তৌগৎপা, তুংহন্দুনা চৎপা, তীর্থনচিংবদা চৎপা, দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্বনচিংবা অসী হকচাঙনা তৌবনী ; শ্রবণ, কীর্ত্তন, মহাপ্রসাদ ভোজন-তৌবনচিংবসী মীৎনাকোঙ-নচিংবা ইন্দ্রিয়না-তৌবনী ; স্মরণ অমসুং জপ তৌবনচিংবসী পুক্নীঙনা তৌবনী—মসী পুম্নমক হকচাঙনা, ইন্দ্রিয়না অমসুং পুক্নীঙনা তোঙান্-তোঙান্না তৌবগী খুদমঙাক্নী। সাধুসঙ্গ, ভাগবত শ্রবণ, নামসঙ্কীর্ত্তন অসিনচিংবগীদমক হকচাঙনো চৎপনী ; মীৎ নাকোঙনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা সাধু-দর্শন, সাধুগী পাউত্বাক, ভাগবতকথা অমসুং নাম কীর্ত্তননচিংবা শ্রবণ, ভগবান্‌গী মরমদা হা হংবনচিংবা তৌবা অমসুং নামকীর্ত্তন-নচিংবা তৌবা ; পুক্নীঙনা ভাগবত কথানচিংবগী মর্ম্ম ( অথুপ্পা মরোল ) খঙনননবা তৌবা—অসী পুম্না হকচাঙ, ইন্দ্রিয় অমসুং পুক্নীঙনা সমষ্টি ওইনা তৌবগী খুদম্নী। সাধন অঙ্গ অতু পাঙথোকপদা হকচাঙ, ইন্দ্রিয় অমসুং পুক্নীঙ (অন্তঃকরণ)-মথোয় পুম্নসী পুল্লপ চঙনা পাঙথোক্কদোবা মফমদা মথোয়বু সমষ্টি ওইনা শীজন্নবা তাবনী।

## মূল ১১৫

গুরুপাদাশ্রয়, দীক্ষা, গুরুর সেবন।
সদ্ধর্ম্মশিক্ষাপৃচ্ছা, সাধুমার্গানুগমন ॥ ১১৫ ॥

## শব্দার্থ

গুরুপাদাশ্রয়—গুরুগী খুয়াখাদা চঙজবা ; দীক্ষা—লাইমিং লৌবা ; গুরুর সেবন—শ্রীগুরুব সেবা তৌবা ; সদ্ধর্ম্ম—সাধু-মহাজনশিংগী অমদি সচ্চিদানন্দবিগ্রহ ব্রজেন্দ্র-নন্দন শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবা ধর্ম্ম (ভাগবত ধর্ম্ম) ; শিক্ষা—তম্বা ; পৃচ্ছা—হংবা ; সাধুমার্গ—সাধুশিংনা চৎপা লম্বীগী ; অনু-গমন—মতুং ইনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী খোঙদা চংজবা, দীক্ষা, গুরুর সেবা তৌবা, সদ্ধর্ম্ম করিনো হায়না খংনবা তম্বা অমসুং হংজনবা, সাধুশিংনা চৎপা লৌবা ( পুন্নক তৌগদবনী )।

## নৈনরোল

গুরুপাদাশ্রয়—লানদা য়াৱবা সংসার-ঈপাক্তা তাৱবা মীনা ঈপাক অসিদগী লানবা নাগী শক্তি লেপ্রে, গুরুগী কৃপাদনা মহাক লানগনী হায়না খল্লগা গুরুগী খুয়াখাদা চঙহেন।

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা মচামক ভগবান্ ওইরবসু মহাক্কী প্রকট লীলাদা গুরু-পাদাশ্রয় তৌদনা য়াদে হায়বসী উৎননবা হায়তনা শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরী গোস্বা-মীগী মকমদগী দীক্ষা লৌবগী লীলা অঙিনয় তৌখি। থোঙদোক্না লাইবক ফরগনা জীবনা ভজনগী মূল ওইবা মীগী হকচাঙ ফংজবনী। স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবকী মফমদা হায়খি—সংসার-ঈপাক লানপে হায়রদি মীওইবগী হকচাঙ্গনা অচেৎপা ঙি হায়রবত্ ওইগদবনী। হিনাংশাবা অমা য়াংজ্রবদি হি অমু সমুদ্রগী য়াংমা তায়া ঙি মথক্তনা চৎপা ঙম্লোই। হিনাংশাবা য়াংজ্রবনীনা হিহু হঙ্গৎ-হন্দা কোয়চৎ চৎতুনা লৈবা নঙ্গগা ঈরোমদা লুপ্সু

য়াই। শ্রীগুরুদেববু মীওইবগী হকচাঙ-হিরেন্‌সিগী হিনাও-শাবা ওইহল্লগদি শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা কৌবা মুংশীংনা হিত্নবু হোল্লগা সংসার-ঈপাকী য়াংমা তাল্লা লাম্হোকপিরগা মহাক্কী চরণাক্তা জীববু থুংহন্‌বিগনী। অসুক-থুদোংচাবা ফংনমক সংসার-ঈপাক্‌সে লান্দ্রবা মীহুদি মছা মথন্তবু হাংতোক্‌চরবা হায়বহ্‌ ওইরনী। শ্রীকৃষ্ণগী বচনসিনা তাক্‌পদি জীবনা সংসার-ঈপাক লাল্লনবগীদমক শ্রীগুরুগী পাদাশ্রয় তৌগদবনী অনসুং শ্রীগুরুগী পাউতাক মতুঙ ইন্না চৎকদ-বনী হায়বসিনী।

ভক্তিমার্গদা ভজন তৌনীঙবা মীনা গুরু খনব মতমদা য়েংগদবা য়াকম খরা লৈ। ইহান্‌হান্‌বদা—গুরু ওইনা বরিগদৌরিবা মীহু বৈষ্ণব লা নত্রর: হায়নহ্‌ খঙবা তাই ; বৈষ্ণব নত্রগদি মহাকপু গুরু ওইহন্‌বা য়াদে। মরমদি, শাস্ত্রনা হায়—বৈষ্ণব-নত্তবা গুরুনা তাক্‌পা মন্ত্রনা ভক্তহ্‌গী অমীঙবহ্‌ থুংহন্‌বা ঙম্মাই। "অবৈষ্ণবোপদিষ্টেন মন্ত্রেণ নিরয়ং ব্রজেৎ—শ্রীহরিভক্তি-বিলাস-না হায়বা নারদ পঞ্চরাত্রবচন ( ৪।১৪৭ )।" শ্রীভক্তমালগ্রন্থনসু হায় —"অন্য উপাসক-স্থানে কৃষ্ণ দীক্ষা করে। বিপর্যয় হয় সেই সংসার না তরে।" উপাসনা শব্দগী অর্থদি ইষ্টদেবগী নাক্তা লৈবা হায়বনী ; সাধনগী লক্ষ্যসু উপাসনা-নী। ইষ্টদেবগী নাক্তা লৈব তারবদি মহাক্কা সম্বন্ধ থম্বা তাই : মী অমনা ভগবানগা লোয়ননা থমগদবা সম্বন্ধ জাত্তাহুগী মতুং ইন্না শ্রীভগবানগী সেবা অনসুং মাগী মাধুর্যানচিংবা আস্বাদন তৌবা মীহুনা ঙম্-গনী ; মরমহুনা মাগী সম্বন্ধ জাত্তাহুগী ওইবা সেবা অহুগা মাধুর্যানচিংবগী মপাউহুদা মহাক্কা অতোপ্পা অমদা পীবা ঙম্‌গনী। মসিদগী ঐখোয়না তশেংনা খঙবদি —শ্রীকৃষ্ণগী উপাসক-নত্তবা মীদগী শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌনবগী মন্ত্র লৌবদি নাইত-চাদবা অমনী—হায়বদো। অহুগা অথুপ্পা য়াফম অমসু লৈ ; শ্রীকৃষ্ণগী উপাসক অমনা পাম্‌জবা পোক্তি --সিদ্ধ অবস্থাদা সিদ্ধ-দেহনা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবা অহুনী ; মছামক্কী ভাব-কা চুনবা সিদ্ধ-দেহদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণাক্তা লৈবা গুরুনা তাক্‌পীবা মতুং ইন্না জীবনা মফম অহুদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌয়ি ; অহুগা গুরুগী কৃপা-শক্তিতনা জীববু মফমহুদা

পুশন্বী। গুরুনা শ্রীকৃষ্ণগী উপাসক নত্রবদি মহাক শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈরোই; অদুনদি মহাক্না শিষ্যবু করম্না শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা পুগনী? অদুগা মতৌ করম্না মহাক্না শিষ্যবু নিত্য-শ্রীকৃষ্ণ-সেবা তৌবদু ফাকপিগনী? শ্রীহরিভক্তি-বিলাসনা হায়—"বিষ্ণুমন্ত্রদা দীক্ষা লৌরবা অদুগা বিষ্ণু-পূজা তৌবা মীতনা বৈষ্ণব-নী হায়নৈ অমসুং মাগুম্বা নত্তবা অতোপ্পা মীদি বৈষ্ণব-নত্তবা হায়না খঙনৈ। ১/৪১॥" অনীশুবদা—বৈষ্ণব ওইরবসু মহাক সম্প্রদায়ী বৈষ্ণব-রা নত্তবরা হায়না য়েংবা তাই। ভক্তি-শাস্ত্রগী মত মতুং ইন্না কলিদা সম্প্রদায় (লুপ্) মরিথক লৈ, মসিদি—শ্রীসম্প্রদায়, ব্রহ্মসম্প্রদায় (নত্রগা মধ্বাচার্য্য সম্প্রদায়), রুদ্র-সম্প্রদায় (নত্রগা বিষ্ণুস্বামী সম্প্রদায়) অমসুং সনক সম্প্রদায় (নত্রগা নিম্বার্ক সম্প্রদায়)। গৌড়ীয়-বৈষ্ণব-সম্প্রদায়দি গুরুপরম্পরাগী তুংইন্না মধ্বাচার্য্য (হায়বদি ব্রহ্ম) সম্প্রদায়গী মনুং চনবনি। অদুবু বৈদান্তিক মত মতুং ইন্না মথক্তা হায়খিবা সম্প্রদায়দগী মরমদুনা মাধ্ব সম্প্রদায়দগীসু—গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী খোইদোকপা বৈশিষ্ট্য অমা লৈ। গৌড়ীয়গী লাৎচনিবা পোৎসু (উপাস্য বস্তু) মাধ্ব সম্প্রদায় অদুগা হৈতে সম্প্রদায়গী উপাস্য বস্তুগা মান্নদে। গুরু পরম্পরাগী মথক্তনাও য়েংলগা গৌড়ীয় সম্প্রদায়সি মাধ্ব সম্প্রদায়গী মনুং চন্নবসু সাধন সাধনগী য়াকনদা মসিবু তোপ্পা সম্প্রদায় অমা ওইনা খনবা য়াই; মদুন তৌরগা গৌড়ীয় সম্প্রদায়না ময়াম্না য়ানরিবা সম্প্রদায় পুম্নমক্কী মনুং চন্দবমখে লৈখিবা য়াই হায়না খনবা য়াদে; মরমদি ময়াম্না য়ানরিবা সম্প্রদায় পুম্নমক্কী খুমকমদি সেবা-সেবক ওইবগী ভাব অদুনী; মদু গৌড়ীয় সম্প্রদায়গীসু খুমকম অদুম ওইবা য়াই। অদু ওইরবসু, ভক্তিমার্গদা ভজন-তৌনীংবা মীশি মথক্তা পনখিবা সম্প্রদায়শিংগী মনুঙদগী সম্প্রদায় অমদা লৈবা গুরুদগী দীক্ষা লৌগদবনি; মত্রবদি মহাক্কী দীক্ষা অরেম্বা ওইগনি; মসিনি ভক্তি শাস্ত্রনা পাংদি। ছত্তমালাদা য়াওবা পাদ্ম-বচন—সম্প্রদায়বিহীনা যে মন্ত্রাস্তে নিষ্ফলা মতাঃ॥ মসিগী মরমদি অসিনী মতুদি—মথক্তা হায়রিবা সম্প্রদায় ময়ামগী নত্তবা অতৈ সম্প্রদায়দা দীক্ষা লৌরবদি জীবগী স্বরূপকী ওইবা সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব ওইখংলকপদি

ওইথোক্লোই। ভগবান্‌গা জীবগা অনীগী সেব্য-সেবকত্বগী ভাব-তি সম্প্রদায় নাইবগী সাধারণ ওইবা য়ুক্ষম্নী। অহুমশুবদা—সম্প্রদায়দা য়াওগে হায়রবদি অপাম্বা গুরু অহু সেবক ওইগদৌরিবহুনা পূবা ভাব-কা চুনরবা সম্প্রদায়দা য়াওবরা হায়না য়েংবা তাবনী। হায়রিবা সম্প্রদায় পুম্মনক্সী শাস্ত্রনা য়াবা ওইরবস্‌ মথোয় মথোয়না লাংনরিবা ( উপাস্য ) অহুদি মান্নদে ; মথোয় লোইনমক্কী ভাব অমসুং নিজদৌবা পোংস্ মান্নদে ; মরমহুনা কনাগুম্বগী চিত্রবু চিংশল্লিবা শ্রীভগবান্‌গী স্বরূপ অহুনা উপাস্য ওইরিবা সম্প্রদায়হুদা মহাক্কী গুরু ওইননবা মী থিবা তাবনী। ব্রজগী দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর হায়বা ভাব মরিগী ভাব অমদা শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা পাম্বা মীশিংনা গৌড়ীয়-সম্প্রদায়দা য়াওবা গুরুদা চঙজগদবনী। মরিশুদা—দাস্য-সখ্য-নচিংবা ভাব অমদা শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দন সেবা পাম্জবা মীনা গৌড়ীয় সম্প্রদায়দা য়াওবা গুরুদা চঙজবরুদি মতারে ; অহুদগী হেন্দোকপা অমনা, গৌড়ীয়-সম্প্রদায়গী মনুংদস্ত সেবক-মচাগী ভাব-কা চুনরবা গুরুগী আশ্রয় লৌবা ফংলবদি খুদোং চাবা হেল্লী হায়না থাজনে। হায়বদি বাৎসল্য-ভাব-তা শ্রীকৃষ্ণসেবা নিবা মীনা বাৎসল্যভাব-কী উপাসক গুরুগী, মধুরভাব-তা শ্রীকৃষ্ণসেবা পাম্বা মীনা মধুরভাবকী উপাসক গুরুগী মকমদা চঙজবা তাই। মরমদি অসিনী—বৈষ্ণবসঙ্গ তৌবা তারবদি পুক্চেল-মান্নবা বৈষ্ণবকা সঙ্গ তৌগদবনী হায়না শাস্ত্রনা তাক্লী। মান্নবা ভাবকী উপাসক হায়বদি দাস্য-সখ্য-নচিংবা ভাব মরিগী মনুংদা ভাব অমদা ব্রজেন্দ্রনন্দনবু সেবা তৌনীডবশিংবু পুক্চেল-মান্নবা ( সজাতীয়-আশয়-যুক্ত ) কৌবনী। বাৎসল্যভাবকী সাধকনা মধুরভাবকী সাধক অমগা সঙ্গ তৌরবদি অনীহু থম্লাই হোদোক্লনা রারী শাবা য়ারোই : মরমহুনা অসিগুম্বা সঙ্গনা ভাব নোয়খংপা য়াদে। মসিনা থাম্নগী ওইবা বৈষ্ণব-সঙ্গগী মরমদনী। গুরুগী সঙ্গদি সাধক অমগী থোইনা হেয়া চঙদবা য়াদবনী অদুগা কাথোকপা য়াদবনী। মরমসিনা গুরুগা শিষ্যগা অনীগী ভাব মান্নদ্রবদি মখোয়গী ভাব নোয়ংনবা য়ারোই। গুরুসঙ্গসী মথল অনীনী—বহিরঙ্গ ( মাপান্থোংগী ওইবা অমা ; অহুগা অন্তরঙ্গ ( মনুংগী

ওইবা অমা )। সাধক-কী লৈরিবা দেহগা গুরুগী লৈরিবা দেহগা তৌবা সঙ্গছু বহিরঙ্গ সঙ্গনী। সাধক-অমগী মপুক্তা খন্‌জবা ( অন্তশ্চিন্তিত ) দেহগা গুরুগী মপুক্কুংদা খন্‌জবা দেহগা তৌবা সঙ্গ অছু অন্তরঙ্গ সঙ্গনী। সেবা-নচিংবা তৌদুনা গুরুগী কৃপা ফংননবগী দমক বহিরঙ্গ সঙ্গ অসী চঙঙী। অদুগা সিদ্ধ অবস্থাদা সেবাগী মতীক চাগদবা অন্তশ্চিন্তিত দেহ থোরক্কবগীদমক অন্তরঙ্গ সঙ্গ চঙঙী। সিদ্ধ অবস্থাদা অন্তশ্চিন্তিত সিদ্ধদেহদা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা তৌগদবনী অমসুং ভাবকা চুনগদবা সিদ্ধদেহ-ফংবা গুরুনা তাকপা মতুং ইন্না সিদ্ধাবস্থাদা সেবা তৌগদবনী। অদুবু গুরুপা শিষ্যগা অনীনা ভাব মতা অমতগী উপাসক ওইদ্রবদি সিদ্ধাবস্থাদা মখোয়নী শ্রীব্রজেন্দ্র-নন্দনগী ভাব-মতা অমতগী পরিকর-দল-দা য়াওবা য়াররোই। গুরুনা কান্তা-ভাবকী উপাসক ওইরবদি মহাক্না পাম্‌জবা পোত্তি সিদ্ধদেহদা শ্রীবৃষভানু নন্দিনীগী কিঙ্করী ( মনাইনুবী ) ওইনা মাগী চরম্নাক্তা লৈবা অসী ওইবা তারে। অদুগা শিষ্যনা বাৎসল্যভাবকী উপাসক ওইরগদি মহাক্না পামগদবদি নন্দালয়দা শ্রীযশোদা মাতাগী চরম্নাক্তা লৈবা--অসিনী। মখোয়নী মফম তোঙানা লৈনীংবা তারে; অদুনদি মখোয়নীগী অন্তরঙ্গ সঙ্গ তৌবা য়াররোই। ফীভম মসাসিদা সিদ্ধপ্রণালিকা পীবা য়াররোই। মরমময়ামসিনা গুরুগা শিষ্যগা ভাব অমতগী উপাসক ওইবনা কৈ। মঙাশুবদা - শাস্ত্রখঙবা অমসুং শাস্ত্রীয়সিদ্ধান্তদা সুনিপুণ ওইবা গুরুগী খুয়াথাদা চঙজগদবনী হায়-বনী। সিদ্ধান্তদা (মা লেপ্পদা) হৈত্রবোইদি শিষ্যনা হংবা মাগী পাউখুম পীবা ঙম্মোই। শ্রীমদ্‌ভাগবতম্না পাম্বদি—ভগবানগী বিষয়দা গুরুগী অনুভূতি ( মনুঙদা পান্দুনা খঙবা মথৎ ) অমসুং নিষ্ঠা লৈগদবনী; নত্রগদি শিষ্যগী অনুভূতি অমসুং নিষ্ঠা পোক্‌হন্‌বা ঙম্মোই। "তস্মাদ্‌গুরুং প্রপদ্যেত জিজ্ঞাসুঃ শ্রেয়ঃ উত্তমম্। শাব্দে পারে চ নিষ্ণাতং ব্রহ্মণ্যুপশমাশ্রয়ম্ ॥ ১১/৩॥২১॥" শ্রীচৈতন্যচরিতামৃততা হায়, "যেই কৃষ্ণতত্ত্ববেত্তা সেই গুরু হয়—কৃষ্ণতত্ত্ব ( কৃষ্ণ কনানো হায়বা ) খঙবা মীওনা গুরু ওই ॥ ২'৮/১২৮ ॥" শ্রীভগবান্না হায়বসু অসিমক্নী, মদুদি --"মদভিজ্ঞং গুরুং শান্তমুপাসীত মদাত্মকম্।

শ্রীহরিভক্তিবিলাস ॥ ১/১৮ ॥ হায়বদি ঐগী ভক্তবাৎসল্য ( ভক্তবু ইচাগুম্না লুংশিবা )—নচিংবা মহিমাবু অনুভব তৌরগা ঐবু অনুভব তৌরবা, মহাক্কী চিত্তবু ঐগী তোন্দা চঙহল্লবা অনম্বু মহাক্তি নিষ্কাম ( মহাগী অপাম্বা লৈত্রবা ) ওইবনা মতম পুম্বদা প্রশান্ত ( তপ্পা )—অসিগুম্বা গুরুবু উপাসনা তৌগদবনী।” শ্রুতিনস্থু মাসিমক হায়—“তদ্বিজ্ঞানার্থং সদ্‌গুরুমেবাভিগচ্ছেৎ সমিদ্‌পাণিঃ শ্রোত্রিয়ং ব্রহ্মনিষ্ঠম্ ॥ মুণ্ডক /১/১২ ॥” শ্রোত্রিয়গী অর্থদি বেদখঙবা নত্রগা শাস্ত্রখঙবা হায়বনী ; অদুগা ব্রহ্মনিষ্ঠ হায়বনা ভগবান্দা নিষ্ঠা লৈবা হায়বনী। গুরুগী লক্ষণগী মরক্তা ব্রহ্মনিষ্ঠ ওইবা—শ্রীভগবদনুভূতি (শ্রীভগবান্‌বু থমুং পান্না খঙবা) অসিনা স্বরূপলক্ষণনি হায়বদি মূল লক্ষণনি ; মরমসিনা শ্রীমন্মহাপ্রভুস্থু অদুগা লক্ষণগী মা হায়দদুনা—“যেই কৃষ্ণতত্ত্ববেত্তা সেই গুরু হয়” হায়বা লক্ষণ অসিমতং হায়রম্মী। কৃষ্ণতত্ত্ববেত্তা শব্দগী অর্থদি শ্রীকৃষ্ণ কনানো হায়বগী অনুভূতি তৌরবা মহাক অদুবু হায়রিবনী। ব্রহ্মনিষ্ঠ শব্দনা কৃষ্ণবেত্তাবু হায়রিবনী ; শ্রীভাগবতম্-নস্থু “পারে চ নিষ্ণাতং” হায়বা বাক্যসিনা কৃষ্ণতত্ত্ববেত্তাবু হায়রিবনী। ভগবান্‌বু অনুভূতি তৌরবা মীদুদা মহৎকী লক্ষণ, মহাভাগবতকী (মহাভক্তগী) লক্ষণ অমস্থুং গুরুগী লক্ষণ অতৈ অতৈস্থু লৈগনী, অদুগা বৈষ্ণব-লক্ষণশিংস্থু লৈগনী। তত্ত্বগী হায়রগদি শ্রীগুরুদেবসে শ্রীকৃষ্ণগী লুংশিথোইবা ভক্তনী ; কনাগুম্বগী চিত্তদা হ্লাদিনী-না মপুঙনবা শুদ্ধসত্ত্বগী বৃত্তিবিশেষগী মশক ওইবা ভক্তি পোক্লবদি মহাক ভক্তনী। অদুবু শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা ভক্তি-অঙ্গ পাঙথোকপগী ফল ওইনা অনর্থ ( লনথুম পাম্বনচিংবা কান্নদবা পোৎ পাম্বা ) কোক্লগা শুদ্ধসত্ত্ব থোরক্লবা মতীক চারবা চিত্তদু নত্তনা অতৈ চিত্তনা ভক্তিগী থোরক্কম্ ওইবা য়াদে ; মরমসিনা কনাগুম্বগী চিত্তদা প্রেম পোক্লরবদি মহাক কৃষ্ণতত্ত্ব-খঙবা হায়বদু ওইবা য়ারে, মরমদি প্রেম নত্তনা শ্রীকৃষ্ণবু অনুভূতি তৌবদি ওইথোক্তে। মরমসিনা শাস্ত্রনা হায়বা গুরুগী লক্ষণ চেল্লবা মীদুদা প্রেমবিকাশগী লক্ষণস্থু লৈগনী, অদুগুম্বা মহাভাগবতনা গুরু ওইগদবনী। তরুকশুবদা—মথক্কী লক্ষণ ময়ামসী চেল্লবস্থু মহাকপু শিষ্য অদুনা শ্রদ্ধা, ভক্তি অমস্থুং প্রীতি তৌনীঙবা জাৎলা হায়বসী শিষ্যনা য়েংবা তাই। তরেৎশুবদা— মথক্কী লক্ষণশিং চেন্‌বা

কনাগুম্বা অমগী মফমদা অপরাধ তৌরুব্রবদি মহাক্কী চরণদা চঙজবনা ফৈ, মতু ওঈব্রবদি অপরাধতু কোক্‌খিগনী। শ্রীপুণ্ডরীক-বিদ্যানিধিগী মফমদা শ্রীগদাধর গোস্বামীনা অপরাধ তৌখি। অপরাধতু খণ্ডন ওইননবা হায়দুনা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী য়াথংনা মহাক বিদ্যানিধিগী মফমদগী দীক্ষা লৌখি। নীপান-শুবদা—করিগুম্বা শোয়খিবা থোক্তুনা কনাগুম্বনা বৈষ্ণব-নত্তবা মীদগী দীক্ষা লৌরুব্রগদি অমুক হন্না বৈষ্ণব গুরুদগী শাস্ত্রবিধিগী মতুং ইন্না মহাক দীক্ষা লৌগদবনী। "অবৈষ্ণবোপদিষ্টেন মন্ত্রেণ নিরয়ং ব্রজেৎ। পুনশ্চ বিধিনা সম্যক্ গ্রাহয়েদ্ বৈষ্ণবাদ্‌গুরোঃ। ইতি হরিভক্তিবিলাস (৪/১৪৪) ধৃত নারদ পঞ্চরাত্র-বচন।" ভক্তিসন্দর্ভদা শ্রীজীবগোস্বামীনসু হায়—"ফত্তবা থবক্তা লৃপ্পা, তৌগদবনা করিনো তৌরোইদবনা করিনো হায়বা খঙদবা, উৎপথ-গামী ওইবা (নত্তবা থবক তৌগনবা), গুরুদুবু পূমথা-থাদোক্কদবনী। মতোমদা বৈষ্ণবকী ভাব লৈতে, অদুনা বৈষ্ণব নত্তবনী হায়দুনা মহাক্‌পু থাদোক্কদবনী। বৈষ্ণবপু তাথীবা গুরুবু থাদোক্কদবনী।" শাস্ত্রগী য়াথং ময়াম্নসিগী মতুং ইন্না শাস্ত্রনা-হায়বা-লক্ষণ-য়াওদবা গুরুবু থাদোক্‌পদা গুরু থাদোক্‌পগী অপরাধ লৈরোই; মরমদি, শাস্ত্রগী মতুং ইন্না দীক্ষা পীবগী মতৌক-চাবা হায়বদু ওইদবা মীনা নাকোংদা-ডাক মন্ত্র কাপ্পগা অশংবা গুরু কৌবা য়াদে। শিষ্যবু মহৈয়াল্‌হন্নবা হায়দুনা দীক্ষাগী মতমদা গুরুগী মনুংদা চংবা ভগবানগী শক্তিদুনা গুরুবু ওইহনবনী; কনাগুম্বগী চিত্তনা শাস্ত্রদা হায়বা লক্ষণ চেন্‌বা য়াত্রবদি মতুংগুম্বা চিত্তদা ভগবৎশক্তিনা থবক তৌবা ঙম্দে; মরমদুনা মাগী গুরুত্ব অদু সিদ্ধ ওইবা য়াদে; মরমসিনা মাবু থাদোক্লবা শাস্ত্রনা হায়রিবনী।

দীক্ষা – শিষ্যগী নাকোংদা শ্রীগুরুদেবনা ইষ্টমন্ত্র (অপাম্বা-মন্ত্র) কাম-দুনা পীববু দীক্ষা কৌই। পূজা-অর্চা তৌগে হায়রবদি দীক্ষা লেপ্পনক লৌগ-দবনী; মরমদি দীক্ষা লৌত্রবদি পূজা তৌবগী অধিকার কনানতগী লৈতে। দীক্ষা-লৌদবা মীনা শ্রবণ কীর্তননচিংবা তৌবদি য়াই, অর্চন (পূজা) তৌবদি বিদিনা য়াদে।

ইষ্টমন্ত্রতু খঙনবগীদমক্তা দীক্ষা লৌগদবা নত্তে ; লাইরীক্তস্ত মন্ত্র ফাওবা থেংনবা য়াই। দীক্ষাগী মতমদা গুরুনা শিষ্যদা শক্তি সঞ্চার তৌগ্নি ; শক্তিতুগী অমসুং গুরুকৃপাগী মপান্না জীবগী অজ্ঞান তাম্থোকপা য়াই ; পাপ-পুণ্য কোকৃন্নি অতুগা দিব্য জ্ঞান পোক্লকৃন্নি।

গুরুগী সেবন—শ্রীগুরুগী সেবা তৌতুনা মাবু পেল্হনবা। গুরু-সেবাদি মওং অনীদা তৌবা য়াই ; গুরুদেবনা মাঙদা লৈরগদি মখোঙদা লৈ-চন্দনন্না পূজা তৌবা অতুগা য়াম্না নুংশিবগা লোয়ননা হেক ভগ্নমখৈ মথল পূম্বগী সেবা তৌবা শিষ্যগী মথৌনী। অতুগা, মাঙদা লৈত্রবদি গুরুগী চিত্রপট-নচিংবদা নত্রগা মহাক্কী উদ্দেশ্যদা মখোঙদা লৈ—চন্দনচিংবা পূজা তৌবা অতুগা পুক্লংদা সাক্ষাৎ সেবা তৌবগুম তৌবা। শ্রীগুরুগী চরণ-খাদা তুলসী কংলোইদৌবনী। গুরুতত্ত্ব ( গুরু হায়বসী করিনো হায়বা ) খঙলগদি তুলসী কংপা য়াদবগী মরম খঙগনী। গুরুদি তত্ত্বগী হায়রগদি শ্রীকৃষ্ণগী হায়বদি শ্রীচৈতন্যগী দাস নী ; লেপ্পমক শিষ্যনা গুরুবু শ্রীকৃষ্ণগী দাস-নী হায়না খল্লতুনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশনী হায়না খনগদবনী ; নত্রগদি শ্রীগুরুদা চুম্নগী মীনী হায়বা বুদ্ধি পোক্লকপা য়াই। শ্রীকৃষ্ণগী দাস ওইবা মীদি শ্রীকৃষ্ণদা কত্তবা পোং চাদে। গুরুবু সেবক-না অতুনী—অদানী হায়বা খনগে মখৈ খল্লবত্ত গুরু মচানা মচাবু করি হায়না খনবগে, করিনা মহাক হরাওবগে হায়বতু খল্লগা মাগী সেবাগী বাবস্থা তৌগদবনী। মহাক মচাবু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী হায়না খল্লী। শ্রীকৃষ্ণপ্রসাদ নত্তনা মহাক করিমত্তা লৌদে। লাইদা কত্তবা পোৎলম নত্তনা করিনত্তনা মহাক পেন্দে। মরমদিনা মহাক্না পেনগ-দবা পোং মহাপ্রসাদ হায়বতু পীদতুনা সেবক অতুগী অনীওবা অতগা লাই-দদি কত্তবা পোং মাগী ভোগ ওইনা পীজবদা মহাক করিমত্তা পেল্লোই। সেবকতুনা মাগী নীঙবা থুংলে হায়নদি পেনজবা য়াই। মতুনদি গুরুগী সেবাদি ওইরল্লোই, সেবক অতুগী অনীঙবা থুংনবগীদমক মহাক মচাগী ওইনত্তা লৌবা তারকপনী। গুরুদা তুলসী কংপগী মরমদসু বিচার অসিনী।

সদ্ধর্ম্মপৃচ্ছা—সদ্ধর্ম্মগী অর্থদি সংকী ধর্ম্ম হায়বনী ; সৎ হায়বদি সাধু মহাজনশিংনা চৎপা ধর্ম্ম হায়বনী। নত্রগা, সৎ-শব্দগী মুখ্য অর্থদি সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ শ্রীব্রজেন্দ্র-নন্দন হায়বনী। অর্থসী লৌরগদি সদ্ধর্ম্ম-শব্দনা খঙহনবদি সংকা মরী-লৈনবা হায়বদি ব্রজেন্দ্রনন্দনগা মরী লৈনবা ধর্ম্ম, হায়বদি ভাগবত-ধর্ম্ম হায়বসিনী। পৃচ্ছা শব্দগী অর্থদি হ্রাহং হায়বদি খঙনীঙবা। অদু ওইরবদি সদ্ধর্ম্মপৃচ্ছাগী অর্থদি—সাধুমহাজনশিংনা ভাগবত-ধর্ম্ম চৎতুনা শ্রীকৃষ্ণসেবাগী মশক ওইবা পরম-মঙ্গল ফংখিবদু খঙননবগীদমক শ্রীগুরুগী নত্রগা কনাগুম্বা বৈষ্ণবকী থৃম্নাখাদা চঙজদুনা খঙজনীঙলিবা বিষয়দু হঙ্গৎপা—হায়বনী ওইবা তারে।

সাধুমার্গানুগমন—মার্গগী অর্থদি লম্বী হায়বনী ; অনুগমনগী অর্থনা তুংইন্বা হায়বনী। সাধুমার্গানুগমন-গী অর্থ—সাধুমহাজনশিংনা মখোয়গী অনীঙবা থুংনবা চৎলম্বা লম্বীদুদা চৎপা হায়বনী।

## মূল ১১৬

কৃষ্ণপ্রীতে ভোগত্যাগ, কৃষ্ণতীর্থে বাস।
যাবৎ-নির্ব্বাহ প্রতিগ্রহ, একাদশ্যুপবাস ॥ ১১৬ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণপ্রীতে—শ্রীকৃষ্ণ পেন্‌নবগীদমক্তা ; ভোগ—চাবা-শেংপনচিংবগী নুংঙাইবা ; ত্যাগ—থাদোকপা ; কৃষ্ণতীর্থে বাস—শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নবগী মফমদা লৈবা ; যাবৎ—অদুক্কাগবা ; নির্ব্বাহ—থবক পাঙথোকপা ; প্রতিগ্রহ—লৌবা ; একাদশীউপবাস—একাদশী তিথিদা চাক্-চাদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( সাধক অমগী তৌফম থোকপা থবক মরক্তা )—শ্রীকৃষ্ণনা পেন্নবগী-দমক্তা ভোগ ( চাবা-শেংপনচিংবগী নুংঙাইবদু ) থাদোকদবনী ; শ্রীকৃষ্ণনা লীলা শান্নরম্বা মফম ( তীর্থ ) অমদা বাস তৌগদবনী ; (পোৎ লৌবা মতমদা)

ভৌগদবা থবক অতূগী পাঙথোক্‌পদা চঙগদৌবা শরূক অতুকাওরদনক লৌগ-দবনী ; অতুগা একাদশী তিথিদা চরা হেন্‌গদবনী ( চাক চারোইদবনী ) ।

কৃষ্ণপ্রীতে ভোগত্যাগ—শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক্তা ইছা ইছাগী তুংডাইবা ফংবা ( সুখভোগ ) পূম্‌থা থাদোক্কদবনী । ইছাগী তুংডাইবা পাম্বা হায়রহূনা লৈরিবমখৈ ভক্তিগী কৃপা ফংবা য়ারোই ; মরমসিনা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী চরণথাদা সুখভোগ থাদোক্‌পা ডম্নবা প্রার্থনা তৌজগদবনী ; সাধকভক্ত মচানস্থ চেক্‌শন্না থরাই য়াঙনা ভোগ থাদোক্কবা হোৎনগদবনী । শ্রীভক্তি-রসামৃতনা হায় ভোগাদিত্যাগঃ কৃষ্ণস্য হেতবে—শ্রীকৃষ্ণগী মরমগীদনক ভোগনচি বা থাদোক্কদবনী । হায়রিবসিগী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীনা হায়-রম্মী মতুদি —কৃষ্ণর্ ফানবা মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা পেন্‌বিবা হায়বসিনা ওইগদ-বনী ; মহাক্না পেনবিনবা হায়তুনা ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বা পোৎ-নচিংবা থাদোক্ক-দবনী । 'ভোগাদি' হায়বা শব্দগী "আদি"— শব্দসিনা থঙহল্লিবদি —মীনা করি হায়গদগে হায়বা (লোকাপেক্ষা), ইছা-ইছাগী লনথুম্ অমসুং ইচা-ইশুশিংবুসু কৃষ্ণনা পেন্নবগীদমক থাদোক্কদবনী - হায়বিবা পোৎ-পোৎ অতুদা আসক্তি ( হকচন্না পাম্না ) থাদোক্কদবনী হায়বসিনী ।

কৃষ্ণতীর্থে বাস— শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নকমদা লৈবা । ভক্তি অঙ্গ-শিংগী মরমদা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়—নিবাসো দ্বারকাদৌ চ গঙ্গাদেরপি সন্নিধৌ. - দ্বারকানচি বা লাইকমদা, নত্রগা গঙ্গানচিংবগী মনাক্তা লৈবা । অসুম্না অর্থ তৌরগদি মথক্তা পনখিবা 'মথুরাবাস'— হায়বা ভক্তি অঙ্গনা তোথাইবা অঙ্গ অমা ওইবা য়ারে । নত্রগদি কৃষ্ণতীর্থগা মথুরাবাসগা অর্থ অমতগী ওইবা শব্দ ওইগদৌরি ।

যাপন-নির্ব্বাহ প্রতিগ্রহ—থবক পাঙথোকপা য়াননবা লৌকম থোকপা অতম্মক লৌবা, মতুদগী হেন্না লৌদবা । ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়রি—"ব্যবহারেষু সর্ব্বেষু যাবদর্থানুবর্ত্তিতা" মসিগী ভাব-তি চঙগদবদা লৌবা —হায়বনী । ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা য়াওরিবা নারদীয় বচন যাবতা স্যাৎ স্বনির্ব্বাহঃ স্বীকুর্য্যাৎ তাবদর্থবিৎ । —অসিনা থঙহল্লী মতুদি —শীজন্নগদবা

শরণাগতমক লৌরগা ভক্তি-নির্বাহ ওইগনী হায়বা অতুতমক লৌগদবনী ; মতু-
দগী হেন্না নত্রগা হস্তনা লৌরগদি—পরমার্থ-দগী নাহরকপা তাবনী । মতুদি,
ঐগীদি নোংমদা চরা অনী চাত্রবদি হকচাঙ শোক্কনী । অতুনদি ঐতাক চরা
অনী নোংমদা চাবা তাবনী । নত্রগদি হকচাঙ ওইক্লোই, ওনদ্রগদি নিয়ম-
নাইনা ভক্তি-অঙ্গ পাঙথোকপা য়ারোই । চরা অনী অনীদগী তানা চাবা
চুনদবগুম্ চরা অনীদগী হেন্না চাবস্তু চুমদে । হেন্না চারগদি হকচাঙদা অনাবা
পোক্কনী, নত্রগা হকচাঙদা অতনবা পোক্রকপা য়াই, অদুবদি ভক্তিগী থবক
চংথবদা বিঘ্নি লাক্কনী । মুম পানবদা চংফম থোকপা শেন্দাত্ত তান্দ্রগদি পানবা
য়ারোইদৌবনীনা শেন্দাতু ধর্ম্ম কায়দবমথৈ তান্নবা হোৎনগদৌবনী ; শেন্দাতুদগী
হেন্নস্তু তাক্লোইদৌবনী য়াংনস্তু তাল্লাইদৌবনী । য়াংনা তান্নগদি মথানবদা
অরাং-অপা লাক্কনী, মতুগী ফল ওইনা দুখোংথীবা অমদি শান্তি ফংদবা
হৌজিক কয়া লাক্কনী । চঙগদবা শেন্দাদগী হেন্না তাগ্রগস্তু শেল লৈরগা ওই-
গদবা ফত্তবা ফল লাকুনা ভজন-দা বিঘ্নি ওইগনী । মরী-মশাশিংগা লোয়ন-
বদস্ত চংফম থোকপা শরণাগতমক লোয়নমদবনী । হেনজন্নগনা মখোয়দা পুক্নীং
চংশেন্দুনা লৈথিগনী, য়াংনা পুক্নীং থিজিনগস্তু মখোয়না য়ারোইদুনা য়েংথী-
খিনী, মতুনা ভজন চংথবদা অকায়বা লাকপা য়াই । অশিনচিংবা মতুম থুনিং-
মতুগা, তৌফম থোকপা শরক অতু তৌদ্রগদি ভক্তি-অঙ্গ পাঙথোবপা
য়ারোইদৌবা শরক অতুথক্ত তৌগদবনী, হেনস্তু য়াদে য়াংনস্তু য়াদে । মতম
পুন্দা বাহিকদবা য়াংফম অমদি অসিনী-সংসারদা বিঘ্নি লৈংনা লৈননবা
ফীভমদি ভজনগীদমক্তা ওইবা থীভম্নী, ইচা ইচাগী জিলাইনা তেংগ তৌনন-
বগী নাত্ত । চিংনবা চাগদবনী, চি ফম থোকপদি ভজনগীদমক্তা, নত্রগদি
চি মুবগী কাগনা লৈত্তে । মপোক মক্ক মরা লোয়নবগা ভজন-তৌবা য়াননবা
মীওইবগী মপোক ফংবনী ; মপোকশিংদু ভজন তৌদুনা মরাং মানুনদবনী ;
শিংবা মতমদা মীওইবগী মপোক অমুক ফংজরবদি ভজন তৌবা য়ারোই ;
অতুনা হয়রী মপোকশিংদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা কৃপানা ওনমথৈ ভজন তৌনবা
হোৎনগদবনী ; নমমতুনা হকচাঙ ফনা মতম থম্মদ পুক্নিংবদি ভজন তৌবগী

খুদোং চাগনী। পান্দম অসিগীদমক হিংদুনা লৈকম থোকপনী ; হিংনবা হায়দুনা চাবা-থক্পনচিংবা তৌফম থোক্পনী। অসুকথক্ চারগদি হিংবা য়াগনী হায়বত্নমক চাগদবনী ; অহাও-অহাংবা অচাপোং অমদি কে-মৌনবগী শেংলুবগী কান্নবা লৈতে। কনাগুম্বনা হংবা য়াই—শেন্নচিংবা য়াম্না হেন্না তাল্লগা মছাগী চাগদৌবা শক্তত্তগী অহেন্বা শক্তনা ভগবান্গী সেবা অতৃগা বৈষ্ণবশিংগী সেবানচিংবা তৌরগদি ভক্তিগী মায়কৈরোমদা অফবা ওইরোই-দরা—হায়বনী। মসিগী পাউখুমদি অসিনী—অয়াম্বা মতমদা সাধুগী বেশ শেংলগা ফত্তবা মীনা ইমুংদা চঙলগা য়ুমগী মাঙনবা তৌবা য়াই, মতৌ অত্নুনা ভগবংসেবা-বৈষ্ণবসেবানচিংবা পাম্বগী মরমদা ঐথোয়গী শেল্-পাম্বা হায়বত্নুনা থম্মোইন্থংদা তরানবা অমা ওইশল্লকপা য়াই। অহানবদা, সেবা-গীনী হায়দনা শেল য়াম্না তনবদা চংশন্নগদি শেল তানবদা আবেশ ( লুপ্-ছনবা ) ওইগনী ; অসুন্নসু খল্লকপা য়াই, মতুদি—উপায় অতৈনসু শেল্গী খরা নত্তাম্নগে : লুপাতুনা উৎসব চাওরবা অমা কৎপা য়াগনী হায়বনচিংবা। মসুন্না খল্লগদি শেল্-তানবগী থবক্তা পূক্নীঙ্সু মতমসু পূঙংঙ চঙথোক্খিনী ; ভজন-গী মা কাউথোক্লকপফা ওবা ওইবা য়াবক্য়ি। অত্নদগীদি অসুম অসুম সেবা পাগত্ন কোনশল্লকনী, শেল-পাম্না হেনজল্লকনী। সংসারগী-বিষয়গী মংগোলি করি হায়নী, মাগবু শয়ুকবনি মানা মীগী পূক্নীঙবু অতুম খুতুম হেক্তা চত্থাক্য়ি। মতৌ অতুম্না ওইরক্নী চিংনতুন ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়—শেল অমদি শিন্নানচিংবগী মপান্না পোক্পা ভক্তিদি কদোইদসু উত্তমাভক্তিগী ( ভক্তি মথল অথোয়বগী ) অঙ্গ ওইনা শীংথোবা য়ারোই ; মরমদি অসুন্না পৌবদি ভক্তি তৌনীঙবত্নু কোমথরক্নুনা উত্তম ওইবা ঙম্নক্তে। মহাজনসিদা য়াকম অমগা থল্লনভাই লৈ, মতুদি—শ্রীরূপসনাতন গোস্বামী অমদি শ্রীরঘু-নাথ দাসথোরঙী লন্ মরাঙ কায়না লৈরম্বনী, মথোন্না তৌগেবু হায়রবদি মহারাজোপচার ( নিংথৌনা ঙম্বা পোংলম্ ) পুথোক্নুনা নিত্তিগী ভগবং-সেবা অমদি মহোৎসবনচিংবা তৌবা ঙম্মগনী। অত্নবু মত্নু তৌদত্নুনা নিংথৌগী লনথুম পূম্নমক্তা তুরেন্-কাওশীঙহুম থন্দুনা থাদোক্লগা তোম্ম তারবা কাঙ্গাল

ভাইশন্নহুনা মখোয়না ভজনগী অঙ্গশিংহু তৌহুনা লৈখি—জীবশিংদা ভজনগী ফিদম ( আদর্শ ) উৎননবা হায়হনা।

নিয়মসী ভক্তি-অঙ্গ অনুষ্ঠানগী হায়বনী, বিষয়কর্ম্মগী মতাংদা হায়বা নত্তে হায়না কনা-কনাগুম্বনা হায়। মখোয়না হায়রিবসী লৌবা য়াবা নত্তে। ভজনাঙ্গদি অতুক্কী মশীক হেন্না তৌরিবমখে মঙ্গল-নী। হরিনাম লক্ষ অমা নুমীৎ খুদিংগী শোন্‌বগী নিয়ম থুগায়রবদি হায়বদি য়াংনা শোল্লবদি অফবা নত্তে, অতুগা নিয়মতু থুগায়হনা হেন্না শোন্‌বদি নিয়ম কায়বা কৌদে। "যাবৎনির্ব্বাহ প্রতিগ্রহ" হায়বসী বিষয়কর্ম্মগী মতাংদা হায়বনী, ভক্তি অঙ্গগী মতাংদা হায়বা নত্তে।

একাদশ্যুপবাস—একাদশীদা উপবাস। উপবাস-শব্দগী অর্থদি চরা হেন্‌বা হায়বা অমা অতুগা উপ হায়বদি মনাক্তা বাস (লৈবা — শ্রীভগাবান্‌গী মনাক্তা লৈবা—হায়বা অর্থ অমা। একাদশী নুমীত্তা চরা হেন্‌গদবনী অতুগা শ্রীভগবান্‌গী শ্রীচরণনাক্তা লৈগদবনী; হায়বদি শ্রীভগবান্‌গী চরণ চিন্তা তৌহুনা দিবা-নিশি (অহিং নুংথিল) অনীমক্তা শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা ভক্তি-অঙ্গ পাঙথোক্কদবনী : লাইবক্তা তৌগনা লীলাস্মরণচি বগীদমক অন্তশ্চিন্তিত-দেহদা লীলারসিক শ্রীকৃষ্ণগী সেবা নচিংবা তৌগদবনী।

বর্ণ মরিগী অমসুং আশ্রম মরিগী মী পুম্নমক্না একাদশীব্রত তৌগদম থোক্‌য়ি; মপুরোইবা লৈবা নুপীসু তৌকদম পোক্‌য়ি : ব্রতসী তৌদবা মীদি পুরোন্‌শিংগা লোয়নন নরক পাংগদবনী। একাদশীদা অন্নদা পাপ ময়াম তোংদী, মরমতুনা একাদশীদা চাক চারবদি ( অন্নগ্রহণ তৌরবদি ) পাপ চারবনী। অন্ন হায়বগা চাক তত্রু হায়বা নত্তে; চেংচাক, ময়দা, আটা, সুজি, কবোক, চেঙপাক, হাওয়াইনচিংবা শস্যদগী থোক্‌পা পোৎতি অন্ন নী। একাদশীদা চরা-হেন্‌বা তৌরগনা শংগোম, উহৈ, মূল, ছানা, মাখন, ঘি-অসিনচিংবন মন্থৎশিন্‌বনী বিধি লৈ।

একাদশীবু শ্রীহরিবাসর ( শ্রীহরিগী নুমীৎ ) কৌয়ি; ব্রতসী ভাক্লগদি

শ্রীহরিনা য়েৌনা পেল্লী। মহাপ্রসাদ-চাবা বৈষ্ণবসু হুমিৎসিদদি, মহাপ্রসাদ লৌবা য়াদে; একাদশীদা উপবাস তৌবগী ব্যবস্থাহু মী পুম্নমক্কীদমক্লী। বৈষ্ণব-তি মহাপ্রসাদ নত্তনা অতৈ করিমতা চাদে; মরমহুনা বৈষ্ণবনা উপবাস তৌবগী অর্থদি মহাপ্রসাদ থাদোক্পা হায়বনী। শ্রীভগবান্গী পেন্নবঙ্গিদমক্তা মহাপ্রসাদ থাদোক্পদি দোষ নত্তে; অদুগা মহাপ্রসাদবু থৌশাদবা হায়বহুসু নত্তে।

## মূল ১১৭

ধাত্র্যশ্বথ-গোবিপ্র-বৈষ্ণব-পূজন।
সেবা-নামাপরাধাদি বিদূরে বর্জ্জন ॥ ১১৭ ॥

## শব্দার্থ

ধাত্রী—হৈক্রুপাম্বী; অশ্বথ—খোংনাং পাম্বী; গো—শল্; বিপ্র—ব্রাহ্মণ; বৈষ্ণব—বৈষ্ণব; পূজন—পূজা তৌবা; সেবা-নাম-অপরাধ-আদি—সেবাপরাধ অমসুং নামাপরাধনচিংবা; বিদূরে—আ লাপ্পা; বর্জ্জন—থাদোক্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৈক্রুপাম্বী, খোংনাং পাম্বী, শল, ব্রাহ্মণ অমসুং বৈষ্ণবশিংবু পূজা তৌগদবনী। সেবাগী অপরাধ অদুগা হরিনাম শোন্বগী অপরাধশিংদু আ লাপ্পা থন্দোকদবনী।

## নৈনরোল

ধাত্র্যশ্বথ ধাত্রী (হৈক্রুপাম্বী) অমসুং খোংনাংপাম্বী। খোংনাংপাম্বীদি ভগবান্গী বিভূতি (শাক্তোন্) অমনী হায়দুনা পূজা তৌগদবা অমা ওই।

গো-বিপ্র—শল্-ব্রাহ্মণ; শল্ ব্রাহ্মণগী য়াইফনবঙ্গিদমক শ্রীভগবান্না অবতার লৌরক্নি হায়দুনা মখোয়সু পূজা তৌকমী; শ্রীকৃষ্ণদি শল্ শেল্লী হায়দুনা বৈষ্ণবশিংগীদি শল্ হায়বসে য়াম্না মুংশিনজাই পোংনী। মচা মচা নান্ খোৎপা, শজীক ইন্বা, অদুগা মাবু লাই-কোয়বদোনা গোয়বা—তৌদুনা শলবু পূজা তৌগদবনী। শল্ শাগৈনা পেন্নবদি শ্রীগোপালসু পেল্লী;

হ্রাফমসী শ্রীগৌতমীয় তন্ত্রনা হায়বনী। ব্রহ্মাগী হায়বদি ভগবান্‌গী তত্ত্বু খঙলবা মহাক অতু ব্রাহ্মণী ; মহাক পরম ভক্তনী ; মহাকপু পূজা তৌরবদি মঙ্গল ওইগনী।

**বৈষ্ণব-পূজন**—বৈষ্ণবপু পূজা তৌবদি ভক্তি য়োক্‌খৎপদা চঙগদবা অমনী। "ভক্তপদরজঃ আর ভক্তপদ-জল-ভক্তভুক্ত অবশেষ এই তিন মহাবল ৩/১৬/৬১॥" শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়-নসু হায়রম্মী—"বৈষ্ণবের পদধূলি, তাহে মোর স্নানকেলি, তর্পণ মোর বৈষ্ণবের নাম।"

**সেবানামাপরাধাদি**—সেবা-অপরাধনচিংবা থোক্তনবা চেকশনগদবনী। সেবা অপরাধনা শ্রীহরিবু শাউহল্লী ; নাম-অপরাধ ওইরবদি শ্রীভগবান্না য়ান্না শাউহ্নি, ভক্তিগী মরু ফুক্‌থৎলী। বৈষ্ণব-অপরাধীদী লান্‌বা ঙন্‌দ্রে।

**সেবা-অপরাধ**—আগম শাস্ত্রদা সেবাপরাধগী মখল ৩২-খক্কী য়া পল্লী। মতুদি-(১) গাড়ী, দোলাই-নচিংবদা তোংতুনা, নত্রগা খোঙ উপ্‌খুরুম তোংতুনা শ্রীমন্দিরদা চংপা ; (২) ভগবান্‌গী ওইবা উৎসবনচিংবদা সেবা তৌদবা ; হায়রবদি মতুদা য়াওদবা ; (৩) বিগ্রহ পেংনরগা খুরুম্‌দবা ; (৪) উচ্ছিষ্ট (মুখাক শঙ্গবা) হায়বদি অমাংবা ফীভমদা ভগবানবু খুরুম্পা ; (৫) খুৎ মামতনা খুরুম্পা ; (৬) ভগবান্‌গী মাঙদা পরিক্রমা তৌবা, হায়বদি পরিক্রমাগী মতমদা শ্রীবিগ্রহগী মাংদা মায় ওনশনদনা নঙ্গল ওনশনদনা পরিক্রমা তৌবা ; (৭) শ্রীবিগ্রহগী মাঙদা খোঙ তি খোক্‌পা ; (৮) পর্য্যঙ্ক বন্ধন, হায়বদি শ্রীবিগ্রহগী মাংদা খু না থকুই পুন্দুনা ফম্বা ; (৯) শ্রীমূর্ত্তিগী মমাঙদ তিন্না ; (১০) শ্রীমূর্ত্তিগী মাংদা চাবা-থক্‌পা ; (১১) শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা ওইদবা ঙাংবা ; (১২) শ্রীমূর্ত্তিগী মাংদা খোন্‌-রাংনা রা ঙাংবা ; (১৩) শ্রীমূর্ত্তিগী মাংদা অমগা অমগা রানীনচিংবা তৌবা ; (১৪) শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা কপ্পা ; (১৫) শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা খৎনা-চেনবা ; (১৬) শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা অমবু লুনা-চান্না তৌবা মতুগা ; (১৭) থীনা তৌবা ; (১৮) শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা কনা-গুম্বা অমদা খোন্‌কুন থাবা ; (১৯) কম্পোর ইন্নগা সেবাগী থবক তৌবা ;

(২০) শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা অতোপ্পবু নিন্দা তৌবা ; (২১) শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা অতোপ্পা কনাগুম্ববু থাগৎপা ; (২২) শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা অকাম্পেৎ থাংতুনা ঙাওবা ; (২৩) শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা মথারোমদা কুংশীৎ থাইবা ; (২৪) ওম্বা ওম্বা মুখ্য ওইবা পোৎলম তোকুনা গৌণ ওইবা পোৎলম্না পূজানচিংবা তৌবা ; (২৫) লাইদা কত্তবা পোৎ চাবা ; (২৬) মতম মতমগী পান্বা হৈরা অদু লাইদা হাপ্পনা কত্তবা ; (২৭) পুরক্পা পোৎকী তংখাইমা অতোপ্পদা পীথ্রগা অরেম-খাক্ অদু ভগবান্গী বাঞ্জন থোংবদা থাক্পা ; (২৮) শ্রীমূর্ত্তিবু তুংদা থম্লগা ফম্বা ; (২৯) শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা অতোপ্পা মী অমবু থুকুমখাজনবা ; (৩০) গুরুদেবনা রা হংবদা তুমিন্না লৈথোকপা ; (৩১) মছানা মছাবু থাগৎপা ; (৩২) দেবতাবু নিন্দা তৌবা ; অসী ময়ামসী নত্তবা সেবা অপরাধ কয়ামসু বরাহ পুরাণ-দা পল্লী। মহুদি— (১) নিংথৌগী চাক্চাবা ; (২) অমম্বা ইমুঙদা শ্রীমূর্ত্তিবু থুংনা শোক্পা ; (৩) নিয়ম কায়না শ্রীমূর্ত্তিগী নাক্তা চংপা ; (৪) বাস্থ (ঈশৈগী খোংনবা যন্ত্র) য়াওদনা মন্দিরগী থোঙ হাংদোক্পা ; (৫) হূঈনচিংবনা নাংহল্লবা অচাপোৎ খোম্জন্বা ; (৬) পূজা তৌরিঙৈদা মনুঙ অংচৌবা অমম্ভ মচা চঙননবগী চংপা ; (৭) নিয়ম কায়না লৈনা (পুস্পনা) পূজা তৌবা ; (৮) গন্ধমাল্যানচিংবা পীদ্রিঙৈগী মাঙদা শপ কংপা ; (৯) য়া থিন্দবা ; (১০) নুপী সম্ভোগ তৌবগী মতুংদা শেংদোক্রিঙৈদা ; (১১) রজস্বলা (নুমীৎ-থা-উবা য়াদবী) ওইবী নুপীগা থেংনতুনা শোরক্রগা ; (১২) থাওইমে শোক্লগা ; (১৩) মী অশিবগী মছা শোক্লগা ; (১৪) অঙাংবা মচুগী, অশংবা মচাগী, শংদোক্কবা, অতোপ্পগী অমম্ভং অমোৎপা ফি শেংতুনা ; (১৫) অশিবা উরগা ; (১৬) অপান বায়ু (থাগী ভুংশীৎ) থাইরগা ; (১৭) শাউনা শাউনা ; (১৮) মোংফমদা চৎলগা ; (১৯) চাহিবা চাক্ তুমদ্রিঙৈদা ; (২০) গঙ্গা থক্তুনা ; (২১) আফি চাতুনা ; (২২) থাও তৈতুনা—শ্রীহরিবু শোক্পা অমম্ভ সেবা তৌবদি অপরাধনী। মফম অতৈংসু সেবাপরাধগী রা ফংঙী ; মহুদি ভগবৎ শাস্ত্রগী রা থৌশাদবা অদুগা অতৈ শাস্ত্রগী রা পুশল্লক্পা ; শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা পান ছায়বা ; এরণ্ড নচিংবা অখিঙবা উনাদা

তোংবা লৈরাংনা পূজা তৌবা ; আসুর কাল-দা পূজা তৌবা ; উগী আসন-দা নত্রগা লৈপাক্তা পূজা তৌবা ; চাইথবা মতমদা খুৎ ওইনানা শ্রীমূর্ত্তি শোক্পা ; অকংবা লৈ-না হায়বদি মীঙোন্দগী নিরগা ফংবা লৈ-না অর্চ্চন তৌবা ; পূজাগী মতমদা তিন্ শীংপা ; পূজাগী মরমদা নত্রগা পূজাগী মতমদা মছাবু থাগৎপা ; উর্দ্ধপুণ্ড্র শাবগী মতম্তা খোইরপ তৌনা চন্দন থিন্বা ; খোঙ হাম্দোকপা তৌদবমখৈ শ্রীমন্দিরদা চৎপা ; বৈষ্ণব-নত্তবনা খোংবা পোং কৎপা ; খুজীন্না শোক্রবা ঈশীঙনা লাই চাইথবা ; হকচাঙদা হুমাং চোংনা চোংনা পূজা তৌবা ; নির্ম্মাল্য-লৌদবা অহুগা ভগবান্গী নাম পন্দুনা রাশকপনচিংবা তৌবা ; অমিখিবিক্সিদা নত্তনা অতৈ অপরাধ কয়াসু শাস্ত্রদা উবা ফংগী ।

মথক্তা পন্থবা সেবাপরাধশিংসে পুন্নপা নৈনরগদি অমুন্না থল্লী মহুদি— মতৌ অমা তৌহুনা শ্রীবিগ্রহগী মফমদা থাজদবা ( অশ্রদ্ধা ), থওই-উশীত্তবা, মুংশিবা য়াওদবনচিংবা খোক্রবদি মহু সাধারণ ওইনা সেবাপরাধনী ।

সেবাপরাধশিংগী যোতোন তৌনা থাদোক্রবা হোংনগদবনী ; করি-গুম্বা খঙহৌদবদগী অপরাধ তৌরবা থোক্রগদি সেবা তৌহুনা অমদি শ্রীভগবান্গী চরণপাদা ইথাবু কখোল্হুনা চঙজরগা (শরণাপত্তি তৌরগা) অপরাধ কোক্রবা নিজরগদি কোক্পা য়াই । মহুদসু করিগুম্বা অপরাধহু কোক্রগদি, অমসুং হনজন্ হনজন্ অপরাধ ওইহনদা লৈরগদি, শ্রীহরিনামদা শরণাপন্ন ওইবা তাই । নামগী কৃপানা অপরাধ পুম্বা কোক্পা য়াই । নাম হায়বসিদি পুন্নমক্কী হুংশিহৈব মরুগী ; অদুবু শ্রীনামগী মফমদা কনাগুম্বগী অপরাধ ওইরবদি মহাক্না অা লৈখা তাবা হায়বহুদি শোয়দবনী ।

নাম-অপরাধ—মরাল্লা থাজনা চৎনরিবা নাম-অপরাধদি তরাথনী—(১) সাধুনিন্দা ; (২) শ্রীবিষ্ণুগী অমসুং শ্রীশিবগী নামশিংহু তোঙানবনী হায়না খনবা ; (৩) গুরুবু থওইদবা ; (৪) শ্রুতি অমসুং মহুগী তুংইন্বা শাস্ত্রবু থৌশাদবা ( অবজ্ঞা তৌবা ) ; (৫) হরিনামগী মহিমাবু অর্থবাদমনন

তৌবা ; (৬) মগুং অমত্রোমদা হরিনামগী অর্থ শাগংপা ; (৪) নাম-গী মপাঙ্গন্না পাপকী থবক তৌবা ; (৮) অতৈ শুভকর্ম্মগা নামগা মান্নে হায়না খন্‌বা ; (৯) শ্রদ্ধা-লৈতবা মীদা নামগী উপদেশ পীবা, অদুগা (১০) নাম-মাহাত্ম্য মনাকোঙনা তাৱবস্তু নাম-দা প্রীতি লৈতবা।

ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী ১/২/৫৪ শ্লোক অদুগী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামী-পাদস্থ পদ্মপুরাণগী মিং পন্দুনা য়ান্না। শম্না মথক্তা পল্লিবা তরাসিবু নামা-পরাধনী হায়রম্লে। শম্না পল্লগা মহাক্না ইরম্মী —প্রমাণবচনদি শ্রী শ্রীহরিভক্তি-বিলাসদা য়ে বিবা তাই।

শ্রী শ্রীহরিভক্তিবিলাসদা লৌগৎলম্বা প্রমাণবচন-পুম্বগী য়া নৈনদ্রিংডগী মাড্দা য়া মভাও চানা অতোপ্পা য়াকন অমা অনীদ হায়দবা য়াদ্রে। শ্রীমন্মহা-প্রভুনা হায়রম্মী —"সেবানামাপরাধাদি বিদূরে বর্জ্জন—সেবাপরাধ, নামা-পরাধনচিংবনু অা লাপ্না লংথোক্পা।" অপরাধশিংসিবু লাপ্না লংথোক্পগী পাউতাক প্রভুনা পীরম্বসিনদি ইলায়-লায়না থঙবা য়াই মদুদি—শ্রীমন্মহা-প্রভুগী কৃপাগী মথক্তা নম্নগা হোংনরগদি অপরাধশি সী তৌদনবস্থ ঙম্বা য়াই ; হোংনরগদি শৌদনবস্থ ঙম্বা য়াবা মদুদি, হায়বদি মডোন্দগী লাপ্-থোক্না লৈবা য়াবা অদুদি, তুংগী পোং ওইগনী,—মদুনা হৌগ্রবা মতমগী হায়বদি হৌগ্রবা মপোক্কী করিগুম্বা পোং অমতা ওইবা য়ারোই। মরমদি, হৌগ্রবা পোংতি ঐখোয়গী হৌজিক্কী অমদি তুংগী হোংনবগী মথা পোন্‌বা নত্তে। মথক্তা পল্লিবা অপরাধশিং মমিং হায়রগদি খঙবা য়াই—অহান্‌বা অপরাধ পোক্পা য়াবা থবক মাপন্দুদি হোংনবগদি মীনা তৌদত্নস্থ তোক্পা য়াই ; ইকোন্-কোন্‌বা অপরাধত্নদি হায়বদি তরা-শুবা অপরাধত্নদি মীনা হোংনবা য়াবা জাং নত্তে ; প্রীতি (নুংশিবা) হায়বা পোংতি নুংগী পোংনী, মসিদি মপাম্থোংগী পোত্তা নত্তে ; হোংনবনা নত্রগা হেক নীঙবগা কনা অমবু প্রীতি তৌবা য়াদে। নাম-মাহাত্ম্য কনাগুম্বগী মনাকোঙনা তাৱগস্থ নাম-দা প্রীতি পোত্রবদি, অদুগী দমক মাগী বর্ত্তমান কর্ম্মগী ফল ওইনা মহাক্না দায়ী ওইবা য়াবরা ? মহাক্না হোংনরগা নামগী মফমদা লৈবা অপ্রীতি অদুবু

কৌশল্লুবা নত্তে। অপ্রীতিবু কৌরগা লাক্পা য়ারবোইদি লেপ্পনক মাগী অপরাধ ওইবা য়ারম্দবা য়াই। নামমাহাত্ম্য নাকোঙনা তারগনু নামদা অপ্রীতি ওইরগদি, মদু হৌপ্রবা থবক্কী হায়বদি মনাঙদা তৌশিবা অপরাধগী ফল ওইবা য়াই, অদুগা হৌজিক হৌজিক তৌবা থবক্কী ফল ওইবা য়ারোই, মরমসিনা অপ্রীতিদগী লাপ্থোক্পনু ওইথোক্লোই। মরমদুনা খন্থবা য়াই মদুদি—মহাপ্রভুনা অপরাধ কয়ামক্কী য়্রা খন্দুনা মখোয়বু থাদোক্লবা হায়দুনা তাক্পীরম্বসিগী মনুঙদা তরা-শুবা অপরাধসী চন্বা য়ারোই ; মথক্তা পল্লিবা তরা-শুবা অপরাধশিগী মতাঙদা সমস্যাসিমা (মফম খঙদবা য়াফমসিমা) উবা ফংলে।

মাপন্শুবা অপরাধগী মরমদসু সমস্যা অমা লৈ। শ্রদ্ধাহীন (থাজদবা) মীওয়দা নামগা পাউতাক পীরগদি পাউতাক পীবা মীগী অপরাধ ওইগনী। শাস্ত্রগী য়াথং য়াম্না চেংনা লেঙদবা মওংদা থাজববু শ্রদ্ধা কৌয়ি। অসিগুম্বা শ্রদ্ধা-লৈবা মীদদি নাম গী মরমদা উপদেশ পীরুরবসু য়ারে। উপদেশ-পীরম্থোক্পদি শ্রদ্ধা-লৈতবা মীদুনী ; মদুগী প্রমাণ-দি শাস্ত্রনচিংবদা অমসুং মহাজনশিংনা চৎলম্বা শাজত্তা ফংবা ঙম্মী। "সতাং প্রসঙ্গান্মমবীর্যসংবিদঃ"-নচিংবা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী ৩/২৫/২৪ শ্লোক অদুদা উবা ফংভী মদুদি—সাধুশিংগী চীন্দগী ভগবান্গী য়্রা অসুম অশুম নাকোঙনা তারগা তারিবা মীগী শ্রদ্ধা পোক্নি ; মসিদগী খঙবা ঙম্বদি অসিনী মদুদি—হায়দি শ্রোতাসিংগী শ্রদ্ধা লৈরম্দে ; সাধুশিংগী চীন্দগী হরিকথা শ্রবণ তৌরগা মহাক্কী শ্রদ্ধা পোক্খিবনী ; শ্রোতাসিবু শ্রদ্ধা য়াংপা মীনী হায়বদগী সাধুশিংনা মঙোন্দা হরি-কথা শ্রবণ লেপ্পমখে তৌহন্বনী। মতাঙ চানা উপদেশ পীবসু লেপ্তুনা পীরনী। অমুক মায়াবদ্ধ বহির্মুখ ওইবা জীবগী মরমদসু শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—"ভ্রমিতে ভ্রমিতে যদি সাধু বৈদ্য পায়। তার উপদেশ-মন্ত্রে মায়াপিশাচী পালায়"— জীবনা অসুম অসুম কোয়রকপদা সাধু কৌবা মাইবা ফংলগদি সাধুগী উপদেশ মন্ত্রনা মায়া কৌবী পিশাচীদু হৌদুনা চেল্লী।" মসিদসু শ্রদ্ধা-য়াংপা বহির্মুখ জীবগী মফমদা সাধুশিংনা পাওতাক পীবগী

য়াসী খণ্ডবা ওম্মী ; অমুকস্তু, শ্রীমন্নিত্যানন্দনচিংবনা মী অমদস্তু অমদস্তু শ্রীহরিনাম শোল্ল্ হায়না তাক্খি হায়বসী তাবা কংঙী। নবদ্বীপকী মুসলমান কাজিদি নামদা অমদি হিন্দুধর্ম্মদা শ্রদ্ধা লৈবা নত্তে ; মহাক্না নামকীর্ত্তনগী মতেং ওইবা খোল-কাওবর থুগাইখি ; অদুবু স্বয়ং মহাপ্রভুনা মঙোন্দা 'হরি' শোল্ল্ হায়না উপদেশ পীখি। প্রমাণ ময়ামসিদগী উবা ফংবদি শ্রদ্ধা-য়াংপা মীদস্তু অদুগা বহির্ম্মুখ ওইবা মীদস্তু পাউতাক পীবদি অপরাধ ওই-রোই—হায়বসিনী। অদুম ওইনমক অপরাধগী মশীঙ থারক্পদদি শ্রদ্ধা-য়াংপা মীদা নামগী পাউতাক পীবদি অপরাধ ওই হায়রি ; মসিস্তু সমস্যা অমনী। কনামনা হায়বা য়াই—শ্রদ্ধা-লৈতবা মীদা নামদীক্ষা পীরোইদৌবনী হায়বসীনা বাক্যদগী অর্থ ( তাৎপর্য্য ) ওইবা য়াই। মদুস্তু ওইবা য়ারোই ; মরমদি নাম-দা দীক্ষা চঙদে, পুরশ্চর্য্যানচিংবা চঙদে—হায়বসী মহাপ্রভুনা হায়রম্মী।

শ্রী শ্রীহরিভক্তি-বিলাসনা পদ্মপুরাণ-দগী লৌখংলক্পা প্রমাণবচন য়েংঙ্ হায়না শ্রীজীবগোস্বামীনা ভক্তিরসামৃতগী টীকাদা হায়রম্মে ; প্রমাণবচন-শিংসী য়েংঙুরগদি অমস্তুং শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীগী টীকাগী মতুং ইন্না মখোয়গী অর্থ খঙনবা হোৎনরগদি মথক্তা উংলিবা সমস্যাশিংসীগী সমাধান ফংগনী। শ্রীপাদসনাতন গোস্বামীগী টীকাগা মত-তিন্নবা অর্থদা ফংবা নামা-পরাধ তরাগী খুদিংমক নাতৈ-চাবনী অমস্তুং হোৎনরগদি মখোয় খুদিংমক্পু আ-লাগা লংথোক্লিবা য়াই।

শ্রীপাদসনাতনগী টীকাগা মত-তিন্নবা নাম অপরাধ তরাদি অসিনী—(১) সাধুনিন্দা হায়নদি অফবা মীশিংগী মিংচৎ থীহনবা। (২) শ্রীশিব অমস্তুং শ্রীবিষ্ণুগী নাম-রূপ-লীলাশিংবু তোঙানবনী হায়না খনবা। শ্রীশিবদি শ্রীবিষ্ণুগী অবতারনী, মহাক তোঙানবা ঈশ্বর অমা নত্তে ; মরমদুনা, শ্রীবিষ্ণুদগী মহাকপু তোঙানবা ঈশ্বরনী হায়না খন্দুনা শ্রীবিষ্ণুগী নাম-নচিংব-দগী শ্রীশিবগী নামশিংবু তোঙাল্লী হায়না খল্লগদি অপরাধ ওয়। (৩) শ্রীগুরু-দেববু থওইদবা। (৪) বেদনচিংবা শাস্ত্রবু নিন্দা তৌবা। (৫) হরিনামদা

অর্থবাদ শাগৎপা ( কল্পনা তৌবা ) ; হায়বদি, শাস্ত্রদা নামগী শক্তি ময়াম পল্লিবদো তশেংবাদি নৈত্তবনী হায়না খন্‌বা অমসুং নাম-বু থাগৎতুনা পঙহায় হায়বা ৱানী হায়না খন্‌বা । (৬) নাম-গী পাঙ্গল্না পাপ তৌনীঙবা (প্রবৃত্তি) ; হায়বদি করিগুম্বা পাপ-কী থবক তৌরম্‌দায়দা—"হরিনাম অমুক্তং শোল্লগা-করি হায়নী নামাভাসনফাঙবা—হেক শোন্‌বদা পাপ পূম্বা কোক্‌য়ি হায়না শাস্ত্রদা ইরিবদবো হায়তুনা পাপকর্ম তৌবা ; তুংদা অহুল্লা নল্লগা য়াম্না হরিনাম শোন্‌গে ; অহু ওইরবদি তৌরুবা থবক্কী পাপ লোইনা কোক্কনী"—অসুম্না খন্দুনা নাম লৌরগদি তৌখিবা থবক্কী পাপ অতুদগী নাম্ভোকপা য়াগনী—হায়বা আশাদা পাপকর্ম তৌরগদি নামাপরাধ ওইগনী । মতম য়াম্না শাংনা যম-যন্ত্রনা ভোগ তৌরগসু অসিগুম্বা মীওাগীদি শুদ্ধি ( শেংবা ) হায়বহু ওইদ্রে । "নাম্নো বলাদ্ যস্য হি পাপবুদ্ধি র্ন বিদ্যতে তস্য যমৈর্হি শুদ্ধিঃ ।" (৭) ধর্ম, ব্রত, ত্যাগ, হোম—নচিংবা শুভকর্মশিংগী ফলগা শ্রীহরিনামগী ফলগা মান্নে হায়না খন্‌বা । (অসুম্না তৌবনা নাম-গী মাহাত্ম্যগী চাং হন্থহল্লী হায়তুনা মসিবু অপরাধনী হায়বা ওইরমাল্লে) । (৮) নামশ্রবণ-দা অমদি নাম শোন্‌বদা পূরীঙ চঙদবা অমদি হোৎন্দবা । (৯) নাম-মাহাত্ম্য মনাকোঙনা তারবা ফাঙবদা নাম শোন্‌বদি অথোইবা থবক্কী হায়দতুনা, ঐ হায়বনে ঐগী হায়বনে—অসিগী জ্ঞান-দা বিষয়ভোগনচিংববু অথোইবা থবক্কী হায়বা । (১০) শ্রদ্ধা লৈতবা, বিমুখ ওইবা অমসুং উপদেশনচিংবা তাগন্দবা হায়বদি লৌদবা মীদা উপদেশ পীবা । "অশ্রদ্দধানে বিমুখেহপ্যশৃণ্বতি যশ্চোপদেশঃ শিবনামাপরাধঃ ॥ হরিভক্তিবিলাস ১১/২৮৫/" । অসিগুম্বা অপরাধবু শিবনা-মাপরাধ কৌয়ি ; শ্রীভগবান্‌গা শ্রীশিবগা স্বরূপকী হায়রগদি খেন্নদে হায়-তুনা শিবনামাপরাধ শব্দনা মফমসিদা ভগবন্নামাপরাধবু খঙহল্লিবনী । মফম-সিদা শ্রীহরিভক্তিবিলাসনা—শ্রদ্ধালৈতবা মীদা নাম-উপদেশ তৌরগদি অপ-রাধ ওইগনী—হায়বা ৱাসী হায়দে । হায়রিবদি—শ্রদ্ধা লৈতবা মী অহুনা বিমুখ ( মায়-ওন্থোকপা ) মী ওইরবসু উপদেশ তাদবা হায়বদি লৌদবা মীদা পীবা উপদেশনা অপরাধ পোক্কনী । —হায়বসিনী । "অপি" অমসুং "অশৃণ্বতি"

শব্দ অনীসিনা তাৎপর্য্য পুন্নমক্কী য়ুম্ফম্নী। অপি-শব্দগী কান্নবনা অসিনী মহুদি—শ্রদ্ধা-লৈতবা অমসুং বিমুখ ওইবা মীদা উপদেশ পীবা য়াই ; অহুবু কনাগুম্বা মীনা শ্রদ্ধা-লৈতবা অমসুং বিমুখ ওইরবসু মহোন্দা উপদেশ পীগনু—মীতুনা উপদেশতু তাদ্রবদি—হায়বদি লৌনঙাইনী হায়দ্রগদি, থৌশাদ্রগদি ( অশৃণ্বতি )। অশৃণ্বতি-শব্দনা মসিমসু তাক্লি মহুদি—অমুক অনীরক্তি মহোন্দা উপদেশ পীগদবনী (নত্রগদি), মানা উপদেশতু মনাকোঙদা হাপ্পরা হাপ্তবরা, লৌনঙাইনা হায়বরা, হায়বতু করম্না খঙগনী ? অমুক অনীরক উপদেশ পীরবকা ওবেদা, মহাক্না উপদেশ লৌদে, থৌশাদে হায়বা খঙবা মতমদা মহোন্দা উপদেশ পীফদে—পীরগদি অপরাধ ওইগনী। মফম-সিদা অপরাধগী মরমদি অসিনী মহুদি—থৌশাদবা মীদা নাম-উপদেশ পীতুনা নাম-বু থৌশারোই ; অসুম্না থৌশাদবগী অপরাধনা উপদেশ-পীবা মীদা শোকনী ; মরমদি উপদেশ পীবা মীতুনা অপরাধ পোক্পগী নিমিত্তনী (থোরক্ফম্নী) ; মহাক্না উপদেশ পীরমদ্রগদি থৌশাদবগী য়া লৈরম্লোইদবনী।

নামাপরাধগী প্রমাণ-বচনশিংতুসু মফমসীদা পীরি। (১) সতাং নিন্দা নাম্নঃ পরমাপরাধং বিতনুতে যতঃ খ্যাতিং যাতং কথমুসহতে তদ্বিগরিহাম। (২) শিবস্য শ্রীবিষ্ণোর্য ইহ গুণনামাদিকমলং ধিয়া ভিন্নং পশ্যেৎ স খলু হরিনামাহিতকরঃ। (৩) গুরোরবজ্ঞা (৪) শ্রুতিশাস্ত্রনিন্দনং (৫) তথার্থবাদো হরিনাম্নিকল্পনম্। (৬) নাম্নো বলাদ্যস্য হি পাপবুদ্ধির্ন বিদ্যতে তস্য যমৈর্হি শুদ্ধিঃ। (৭) ধর্ম্মব্রতত্যাগহুতাদিসর্ব্বশুভক্রিয়াসাম্যমপি। (৮) প্রমাদঃ। (৯) অশ্রদ্দধানে বিমুখেঽপ্যশৃণ্বতি যশ্চোপদেশঃ শিবনামাপরাধঃ। (১০) শ্রুতেঽপি নামমাহাত্ম্যে যঃ প্রীতিরহিতোঽধমঃ। অহং-মমাদিপরমো নাম্নি সোঽপ্যপরাধকৃৎ॥ হরিভক্তিবিলাস ১১/২৮৩—৮৬।

করিগুম্বা পুন্নীঙ চঙহৌদবদগী নামাপরাধ থোক্লরবদি মতম পুম্বদা নাম-সঙ্কীর্ত্তন (নাম শোন্বা) তৌরগা নাম-দা চঙজগদবনী। "জাতে নামাপরাধেঽপি প্রমাদেন কথঞ্চন। সদা সঙ্কীর্ত্তয়ন্নাম তদেকশরণো ভবেৎ। হরিভক্তি-বিলাস ১১/২৮৭॥" কনা কনাগুম্বনা হায়, কনাগুম্বা সাধুবু নিন্দা তৌবদগী

অপরাধ ওইরগদি সাধুদুবু স্তুতি তৌবা অমসুং মহাক্কী কৃপা ফংননবা তৌবা চুম্মী। শিববু তোঙান্‌বা ঈশ্বরনী হায়বা জ্ঞানদগী পোক্‌পা অপরাধ ওইরগদি শাস্ত্রগী অমদি শাস্ত্রখণ্ডবা সাধুগী উপদেশ মতুং ইন্না রাখল অদু থাদোক্কদবনী। শ্রীগুরুগী মকমদা অপরাধ ওইবা মতাঙদা গুরুগী মফমদা চঙজদুনা ( শরণাপন্ন ওইদুনা) পেল্‌হন্নবা তৌগদবনী। শাস্ত্রদু নিন্দা তৌবদগী অপরাধ ওইরবদি নিন্দা-তৌরুবা শাস্ত্রবু হন্না হন্না থাগৎকদবনী।

"সেবানামাপরাধাদি" বাক্যগী আদি-শব্দনা বৈষ্ণবাপরাধবুসু হায়রিবনী।

অপরাধ—মঙোন্দগী রাধ (সন্তোষ—অপেন্‌বা) অপগত ( চৎখ্রবা ) ওই হায়রদুনা মাবু অপরাধ হায়রিবনী। নামগী নত্রগা বৈষ্ণবকী সন্তোষ (অপেন্‌বা) লাপ থোক্‌হন্‌বা হায়বদি নাম অমদি বৈষ্ণবনা পেন্দনবা তৌরুবা ব্যবহার মতাদু নামাপরাধ অমদি বৈষ্ণবাপরাধ-নী—নামগী মফমদা অমদি বৈষ্ণবগী মকমদা ওইবা অপরাধনী।

মূল ১১৮

অবৈষ্ণব-সঙ্গ বহু শিষ্য না করিব।
বহুগ্রন্থকলাভ্যাস ব্যাখ্যান বর্জ্জিব ॥ ১১৮ ॥

শব্দার্থ

অবৈষ্ণব-সঙ্গ —বৈষ্ণব-নত্তবগা লোয়নবা ; বহুশিষ্য—শিষ্য য়াম্না ; না করিব—তৌগনু ; বহুগ্রন্থকলাভ্যাস— লাইরীক অমদি কলা ময়াম অভ্যাস তৌবা ; ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যান ; বর্জ্জিব - থাদোক্কদবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণব-নত্তবগা তিন্নরোইদবনী অদুগা শিষ্য য়াম্না লৌরোইদবনী। লাইরীক অমদি কলা য়াম্না নৈনবা অমদি ব্যাখ্যা তৌফদে।

নৈনরোল

অবৈষ্ণব-সঙ্গ—বৈষ্ণব-নত্তবগা সঙ্গ তৌফদে ; বৈষ্ণব-নত্তবগা সঙ্গ তৌরবদি ভক্তি কংশল্লী।

বহুশিষ্য—শিষ্য য়াম্না থম্ফদে ! ভগবান্দগী মমায় ওন্থোক্লগা অধিকার-লৈতবা মী ময়াম্থু শিষ্য ওইনা লৌবদি দোষগী মশক্তী। অধিকারী ওইবা শিষ্য য়াম্না লৌশন্বদি দোষ নত্তে। অদুবু মদুম্ তৌবদা লাভ ( অতোংবা ) অমদি পূজা, মিংচংনচিংবা পাম্থংলক্কদবা হায়বগী চিংনবা লৈ।

মস্তাগুসিদা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়—"ন শিষ্যাননুবধ্নীত গ্রন্থান্নৈবা-ভ্যসেদ্বহূন্। ন ব্যাখ্যামুপযুঞ্জীত নারম্ভানারভেৎ কচিৎ ॥ ১/২/৫২ ॥" মসী শ্রীমদ্ভাগবতমগী শ্লোক-নী ( ৭/১৩/৮ )। শ্রীধরস্বামীচরণ অমসুং চক্রবর্ত্তী-পাদগী টীকাগী মতুং ইন্না শ্লোকসিগী অর্থদি অসিনী—"মিঠৌহন্দুনা (প্রলো-ভননচিংবা তৌদুনা) নম্হংদুনা কনাবুস্থ শিষ্য ওইহল্লোইদোবনী, লাইরীক ময়াম অমসুং কলা ময়াম অভ্যাস তৌরোইদোবনী, শাস্ত্রনচিংবগী ব্যাখ্যাবু ঙিংনবগী শেন্দান্ লন্বী ওইহল্লোইদোবনী, অদুগা কদৌউদেস্থু মঠ-নচিংবা লিংখৎদুনা হৌফদে।" শাস্ত্রনচিংবগী ব্যাখ্যাবু উপজীবিকা ওইনা লৌরগদি ভক্তি-অঙ্গবু লল্লোনপোৎ ওইহনবা তাবনী। মঠনচিংবা লিংখৎপদি লাভ পূজানচিংবদা মিঠৌবা পোক্লক্পগী চিংনবা অমা লৈ হায়বগীদমক থবক অসি-শুদ্ধবু হৌফদে হায়বা ওইরম্বা য়াই। হায়রিবা শ্লোকসীগী তাৎপর্য্য মতুং ইন্না ২/২২/১১৬/ মূল পয়ারগী অন্বয়দি মতৌ অসুম্না ওইগনী মদুদি—অবৈষ্ণব-সঙ্গ করিবে না, বহু (অনধিকারী) শিষ্য করিবে না, বহুগ্রন্থকলাভ্যাস বর্জ্জন করিবে এবং উপজীবিকারূপে ) শাস্ত্র ব্যাখ্যানও বর্জ্জন করিবে।

মূল ১১৭

হানিলাভ সম, শোকাদির বশ না হইব।

অন্য দেব অন্য শাস্ত্র নিন্দা না করিব ॥ ১১৭ ॥

শব্দার্থ

হানি—অমাঙবা ; লাভ—অতোংবা ; সম—মান্নবা ; শোক—অসি-অনা থোকপদা নত্রগা পোৎ মাঙলগা ঋাবা ; আদি—নচিংবা ; বশ—মথা-পোন্বা ; না হইব - ওইগন্থু ; অন্য—(কৃষ্ণ-নত্তবা) অতোপ্পা ; দেব—লাই ; অন্যশাস্ত্র—অতৈ শাস্ত্র ; নিন্দা—থীনা ডাঙবা ; না করিব—তৌগন্থু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভক্তি-বিষয় নত্তবা ) অতৈ বিষয়দা লাক্‌পা অমাঙ-অতোঙবু অমতা ওইনা মান্নবা তৌগদবনী ; অশি—অনানচিংবগী দমক অৱাবা (শোক'-গী মথা পোণ্‌ফদে ; (শ্রীকৃষ্ণ—নত্তবা) অতোপ্পা লাইবু অমসুং অতোপ্পা শাস্ত্রবু নিন্দা তৌহৈদে।

## নৈনরোল

হানিলাভ সম—ভক্তিবিষয়-নত্তবা অতৈ বিষয়দা হায়বদি চাবা-শেংপনচিংবগী মরমদা অতোংবা ফংলগসু নুংঙাইবনা চৱাঙনফদে অদুগা অমাঙ-অতা থরদং থোক্লবসু ৱাফদে। অমাঙ-অতোঙ থোরক্‌পদা শ্রীহরিগী-চরণ চিন্তা তৌদুনা পেন্থোক্তুনা লৈগদবনী। মসীবু ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা 'ব্যবহারে অকার্পণ্য—শাজত্তা লীক্তবা' কৌয়ি। "অলব্ধে বা বিনষ্টে বা ভক্ষ্যাচ্ছাদনসাধনে। অবিক্লবমতি র্ভূত্বা হরিমেব ধিয়া স্মরেৎ॥ ভক্তিরসামৃত-সিন্ধু ১/২/৫২ ॥"

শোকাদি—ঐগী ওইবা মীনচিংবা শিবদা, নত্রগা পোং মাঙ-তাক্‌পদা শোক ( ৱাবা ) তৌফদে। আদি শব্দনা - অশাওবা, পঙথবনচিংবনা পুক্নীঙ লাঙতক্লহনবসু তৌহৈদে। পুক্নীঙনা লাঙতক্লরবদা শ্রীকৃষ্ণবু করম্না নীঙগনী ?

অন্যদেব-নচিংবা—অতোপ্পা লাই পুন্নমক শ্রীভগবান্‌গী বিভূতি হায়-বদি শক্তিনী ; মখোয়সু শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তওাকী : মরমদুনা মখোয়বু নিন্দা তৌবদি অকায়বা ওই। মখোয় লোইনমক স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী পরিবারগী মনূঙ চনবনী। বৈষ্ণবশিংগী মফমদদি শ্রীকৃষ্ণতমক সেবা তৌফম ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত অমসুং অতোপ্পা দেবতাশিংসু পুক্নমগদবনী। কনামতবু নিন্দা তৌহৈদে। মখোয়বু থীনা তৌরগদি শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লোই। ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়—"হরিরেব সদারাধ্যঃ সর্ব্বদেবেশ্বরেশ্বরঃ॥ ইতরে ব্রহ্মরুদ্রাদ্যা নাবজ্ঞেয়াঃ কদাচন—মতমপুম্বদা লাইপুন্নমক্কী লাই শ্রীহরিদবু আরাধনা তৌগদবনী, অদুবু ব্রহ্মা-শিব-নচিংবা লাই অতৈবু তাথীবা তৌকদে॥" —ভক্তিরসামৃত-সিন্ধু ১/২/৫৩ ॥"

মূল ১২০

বিষ্ণুবৈষ্ণবনিন্দা গ্রাম্যবার্ত্তা না শুনিব ।
প্রাণিমাত্রে মনোবাক্যে উদ্বেগ না দিব ॥ ১২০ ॥

## শব্দার্থ

বিষ্ণুবৈষ্ণবনিন্দা—শ্রীবিষ্ণুবু অমসুং বৈষ্ণবপু থীনা ডাঙবা ; গ্রাম্যবার্ত্তা মুপী-মুপা-সঙ্গী ওইবা য়া ; না শুনিব—নাকোঙনা তারোইদোবনী ; প্রাণি-মাত্রে - থৱাইপান্‌বদবু ওইরবদি ; মনোবাক্যে—পূক্নীঙনা অমসুং ৱাহৈনা ; উদ্বেগ—অৱাবা ; না দিব—পীরোইদোবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবিষ্ণুনিন্দা, বৈষ্ণবনিন্দা অমদি মুপাল্লোনগী ৱারী-ৱাতাই নাকোঙনা তারোইদোবনী । থৱাইপান্‌বদবু ওইরবদি মডোন্দা পূক্নীঙনা অমসুং ৱাহৈনা অৱাবা পীরোইদোবনী ।

## নৈনরোল

বিষ্ণুবৈষ্ণবনিন্দা-নচিংবা—বিষ্ণু অমদি বৈষ্ণবনিন্দাদি সেবানামা-পরাধ ওইগনী, অদুনা নাকোঙনা তাফদে । অতোপ্পা মী কনামনা বিষ্ণুনিন্দা নত্রগা বৈষ্ণব-নিন্দা তৌরম্লবদি মখোয়গী মফমদু থাদোক্তুনা চংকদবনী ।

গ্রাম্যবার্ত্তা—শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামীদা হায়খি—
"গ্রাম্যবার্ত্তা না কহিবে, গ্রাম্য কথা না শুনিবে ।

প্রাণিমাত্রে নচিংবা—থৱক্লা ওইহন্‌বদি থম্‌থ্রত্নুনা, পূক্নীঙন অমদি ৱাহৈনফাওবা প্রাণী (থৱাইপান্‌বা) অমত্তদা অৱাবা পীকদে । খুৎনা য়ৈ-থোংপা, অতোপ্পা অমনা লৌতুনত্নুনা কনাগুম্বা অমগী মাঙ-তাক্লবা তৌবা অসিনচিংবসী থবক্লা উদ্বেগ পীবগী খুদম্নী । ৱাহৈ অয়াক্‌পা শীজন্নহনা মপূক্নীঙদা অৱাবা পীবসিনা ৱাহৈনা উদ্বেগ পীবগী খুদম্নী । করিগুম্বা হীরম অমদা পূক্নুংদা অত্নুম থল্লগদি পূক্নুংদা চিন্তাগী ঈথক অমা হৌরক্নি ; ঈথক

অদুনা খল্লুরিবা মীহুগী মপুক্লীডদা চঙহনা থবক তৌরকপা য়াই। অসুম তৌবগী খুদম য়াম্লা উবা ফংডী ; ঐনা কনাগুম্বা অমবু লুনা তৌরবদি ঐবু উবদা মপুক্লীডহ্ন হরাওয়ি ; অদুগা ঐনা ভুকচনা তৌরগদি ঐগী নাক্তা মহাক লাক্‌পা হঙ্গোইজৈ। অতোপ্পা কনামদা উদ্বেগ পীগে খল্লগদি ইহান্-হান্‌বদা ঐগী পুক্‌ডদা উদ্বেগ লাক্‌য়ি, মহুদা পুক্লীড লাওতক্লে, অদুনা ভজন-দা অকায়বা পী।

মূল পয়ার ১১৫—গী মমৈথংবা তংখাইদগী ১১৮ পয়ার ফাওবদা পীরিবা য়াথং তরাসী বর্জ্জনাত্মক ( থাদোক্লবগী ওইবা, তৌহৈদবা ) বৈষ্ণবাচারনী। অদুগা ১১৩/১১৪/১১৫ পয়ারদা পল্লিবা অঙ্গ তরাবু গ্রহণাত্মক (লৌশনগদবা) বৈষ্ণবাচারনী হায়বা য়াই।

মূল ১২১

শ্রবণ, কীর্ত্তন, স্মরণ, পূজন, বন্দন।
পরিচর্য্যা, দাস্য, সখ্য, আত্মনিবেদন ॥ ১২১ ॥

শব্দার্থ

শ্রবণ—নাকোঙনা তাবা ; কীর্ত্তন—শক্‌শোন্‌বা ; স্মরণ—নীঙশীঙবা ; পূজন—পূজা তৌবা ; বন্দন—খুরুম্বা ; পরিচর্য্যা—খুৎনা সেবা তৌবা ; দাস্য—মীনাই ওইবা ; সখ্য—মরূপ ওইবা ; আত্মনিবেদন—ইছাবু কৎথোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণগী নাম, রূপ, গুণ অমসুং লীলানচিংবা ) ইছানা শোনগদবনী, অতোপ্পনা শোন্‌বসু শ্রবণ তৌগদবনী অদুগা পুরীডদসু মতম পুম্বদা নীঙশীঙ-গদবনী। (শ্রীকৃষ্ণবু লৈ-তুলসী-চন্দন-নৈবেদ্যনচিংবা কৎলগা) পূজা তৌগদ-বনী অমসুং খুরুম্‌গদবনী। ( চেপ্পবা খুদা শেম্বা, মন্দির য়াই তৈবা, চামর থৌগন্‌বা, লৈ হেক্‌পনচিংবা ) পরিচর্য্যা তৌগদবনী। ( শ্রীকৃষ্ণগী ) মনাইনী হায়না অদুগা মরূপী হায়না ইছাবু থনগদবনী। অদুগা ইছাবু কথোকদবনী।

## মূল ১২২

**অগ্রে নৃত্য গীত বিজ্ঞপ্তি দণ্ডবৎ-নতি ।**
**অভ্যুত্থান, অনুব্রজ্যা, তীর্থগৃহে গতি ॥ ১২২ ॥**

### শব্দার্থ

অগ্রে—( শ্রীবিগ্রহগী ) মাঙদা ; নৃত্য—জগোই ( শাবা ) ; গীত—ঈশৈ ( শকপা ) ; বিজ্ঞপ্তি—(পূক্নীওগী ৱা) খঙহন্‌বা (কংপা) ; দণ্ডবৎ-নতি—দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্বা ; অভ্যুত্থান—ওন্সন্দুনা হৌগৎপা ; অনুব্রজ্যা—(শ্রীমূর্ত্তিনা মফম অমদা লেঙবা উরগদি) তুংইন্‌বা ; তীর্থগৃহে—(শ্রীভগবান্‌গী) তীর্থদা অমসুং মন্দিরদা ; গতি—চৎপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা জগোই শাগদবনী, ঈশৈ শকদবনী, পূক্নীওগী ৱা খঙহন্‌গদবনী অমসুং দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্‌গদবনী ; (কনাগুম্বনা শ্রীমূর্ত্তি পুরক্পা উরবদি ) হৌগৎকদবনী, অদুগা ( শ্রীমূর্ত্তিগী ) তুংইন্‌গদবনী ; ( শ্রীভগবান্‌গী তীর্থদা অমসুং শ্রীমন্দিরদা চৎকদবনী (শ্রীভগবান্‌বু দর্শন তৌনবগীদমক) ।

### নৈনরোল

বিজ্ঞপ্তি—শ্রীকৃষ্ণগী চরণথাদা সাধক মছাগী মপূক্নীওগী ভাব হঙ্গৎকদবনী । বিজ্ঞপ্তিসী মথল অহুম্নী, মতুদি—সম্প্রার্থনাময়ী—( নিজনবগী ওইবা ), দৈন্যবোধিকা ( দীন ওই হায়বা খঙহন্নবা ) অমসুং লালসাময়ী [ য়োনা পাম্বহু ( লালসা ) ফোঙদোক্লবা ] । সম্প্রার্থনাময়ীদি—"হে ভগবন্, যুবতীশিংগী ( মথোক্-কারক্পীশিংগী ) মপূক্নীও মথোক্কাবা পাখণ্ডশিংদা আসক্ত ( হক্চন্না চঙবা ) ওইবগুম্না অমদি পাখণ্ডশিংগী পূক্নীও নৈশাবীশিংদা লুপ্পগুম্না ঐগী পূক্নীওসু নঙবু তুংশিনসু । নত্রগা, শ্রীনরোত্তম মহাশয়গী "গৌরাঙ্গ বলিতে পুলক শরীর—গৌরাঙ্গ শোন্‌বদা হন্না ওবনা হক্চাঙ তুজুংবা" অসিগুম্বা প্রার্থনা । দৈন্যবোধিকা—"হে পুরুষোত্তম ! ঐগা মান্নবা পাপচেন্‌বা অমদি অপরাধী অতৈ অমা লৈতেনে ; ইপাপ থাদোক্লবগীদমক নঙগী চরণথাদা

দৈন্য খঙহনবা ফাওবা ইকাইজৈ; করিনা ঐদি পাপকী পুকচেন্ চেন্‌বনী।" নত্রগা, শ্রীঠাকুর মহাশয়গী—"শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু দয়া কর মোরে। তোমা বিনা কে দয়ালু এ ভব-সংসারে—হে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ইবুংঙো! ঐবু নুংশি-বিয়ু (চান্‌বিয়ু)। নহাক নত্তনা তাইবংপান্ অসিদা দয়ালু (নুংশিহৈবা, চান্‌বিহৈবা) কনা লৈবগে?" "পতিতপাবন হেতু তব অবতার। মো সম পতিত প্রভু না পাইবে আর—সংসার-দা পুত্থরবা মীবু লান্‌বিগে হায়বগী দমক নঙনা অবতার তৌবনী। ঐগা মান্নবা পতিত ওইবা মীদি অতৈ অমা ফংল-রোই।" অসিনচিংবা প্রার্থনা। লালসাময়ী—সেবানচিংবা তৌজগে হায়না অয়ৌবী লালসা (অপাম্বা) খঙহনবা; মহুদি, "কবে বৃষভানুপুরে, আহিরী গোপের ঘরে, তনয়া হইয়া জনমিব—কদৌদৈ বৃষভানুগী পুরদা আহিরী গোপগী য়ুমদা মচানুপী ওইনা পোকচগনী?" "কালিন্দীর কূলে কেলিকদম্বের বন। রতন-বেদীর পরে বসাব দুজন। শ্যাম-গৌরী-অঙ্গে দিব চুয়া চন্দনের গন্ধ। চামর ঢুলাব কবে হেরি মুখচন্দ—কালিন্দীগী তোর্ব্বান্দা শান্ননবা কদম্ববন লৈ, রত্নগা শাবা বেদীগী মথক্তা অনীবু ফমহনগনী। শ্যাম-গৌরীগী অঙ্গদা চুয়া-চন্দনগী গন্ধ থোগনগনী (কদৌদৈ)? কদৌদৈ চামর থোগল তৌগনী অমসুং মায়থোঙ-থাজ য়েংগনী?" অসিনচিংবা।

দণ্ডবৎ-নতি—চৈশাংগুম্না লৈপাক্তা তারগা খুরুম্বা। চৈশাং অমনা লৈপাক্তা তাররবদি মচা-পুম্না লৈপাক্তা শম্মে, চৈহুগী শরুক লৈপাক্তগী থাক্লোমদা কাখৎলক্তনা লৈতে; মতৌ অহুগুম্বনী; হকচাঙগী কায়াং পুম্নমক লৈপাক্তা নগ্নরগা লৈবা, কায়াং অমতা থাক্লোমদা কাখৎতবা মহুগুম্বা মথুরম্ব দণ্ডবৎ (চৈশাংগুম্না) নতি (খুরুম্বা) কৌয়ি। মসিগী দণ্ডবৎ শব্দগী তাৎপর্য্যাদি মসিবু সাষ্টাঙ্গ প্রণাম (কায়াং নীপান্‌গা লোয়নননা খুরুম্বা) হায়নৈ। (মণিপুর-দদি কনাগুম্বনা খোঙপাক অমগী মথক্তা খোঙপাক লোন্‌থৎপা য়াওয়ি। মহু চুমদবা অমনী। মতম্মা লোন্‌খৎনবনা মথক্তা লৈবা খোঙপাক্তুদি লৈপাক্তা শম্মদরে)। নতি—শব্দসিগী তাৎপর্য্যাদি অসিনী মহুদি—হকচাঙ অমসুং পুক্লাঙ

মথোল্ল অনীমক্তী নত ( নোম্বা ) অবস্থা ওইগদবনী। হকচাওতবু লৈপাক্তা কুম্বহল্লগা খুরুম্বনদি ম্নারোই, মন-বুম্নু শ্রীকৃষ্ণগী চরণথাদা তুখহনগদবনী।

অভ্যুত্থান—ফল্লম্বদগী পূঙহৌ হৌগংপা। কনাগুম্বা সাধক অমনা ফম্মী হায়না লৌরসী, মতুম্না কন্নিংঙৈদা কনাগুম্বা অমনা শ্রীমূর্ত্তি পুরকুনা মমাঙদা লাক্রবদি সাধক ভক্তচুনা চপ্-যুংনা হৌগৎলগা খুৎ লোন্নহনা শ্রীমূর্ত্তিদা শ্রদ্ধা-ভক্তি উৎকদবনী। মসিনী অভ্যুত্থানগী তাৎপর্য্যদি।

## মূল ১২৩

পরিক্রমা, স্তব-পাঠ, জপ, সঙ্কীর্ত্তন।
ধূপ মাল্যগন্ধ মহাপ্রসাদ ভোজন॥ ১২৩॥

## শব্দার্থ

পরিক্রমা—শ্রীমন্দিরবু য়েত্তা থল্লগা কোয়বা ; স্তব—শ্রীভগবান্গী মহিমা উৎপা ম্নাহৈ ; স্তব-পাঠ—স্তব থীবা ; জপ—মীনা তারোইদবা খোন্দা মন্ত্র শোনবা ; সঙ্কীর্ত্তন—মীয়াম তিন্দুনা পুঙ-করতাল য়াওনা তৌবা কীর্ত্তন ; ধূপ—ধূপ ; মাল্য—মালা, লৈপরেং ; গন্ধ—মণম ; মহাপ্রসাদ ভোজন—শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা লুক অহু চাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্দির পরিক্রমা (লাই কোয়বা), স্তব থীবা, জপ, সঙ্কীর্ত্তন তৌগদবনী। ধূপ, লৈগী মালা, চন্দনগী মণম শ্রীভগবান্দা কৎকদবনী ; শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা লুক খুনগদবনী।

## নৈনরোল

পরিক্রমা—শ্রীমূর্ত্তিবু য়েত্তা থল্লগা খুৎলোন্নমা পরিক্রমা তৌগদবনী। লাইদকোয়বা মতমদা শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙ য়োরকপদা শ্রীমূর্ত্তিগী মাম্নকৈদা মায় ওনসল্লগা চৎকদবনী, মতুম ভৌরবদি শ্রীমূর্ত্তিদো তুংলোমদা লৈরোই। শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা লাক্লগা দণ্ডবৎ তৌহনা খুরুম্নগদবনী।

জপ—মন্ত্র উচ্চারণ তৌবা মতমদা করম্না তৌগদগে হায়রবু অতোপ্পা মীনা তারোইদবা খোন্নেম্দা উচ্চারণ তৌগদবনী ; মন্থুগুম্বা খোন্নেম্গী উচ্চারণ-বু জপ কৌয়ি। "মন্ত্রস্য সুলঘূচ্চারো জপ ইত্যভিধীয়তে" ভক্তিরসামৃত ॥ ১/২/৬৫। ইষ্টমন্ত্র (নীঙজবা লাইগী মন্ত্র) জপ নিতিগী তৌগদবনী।

সঙ্কীর্ত্তন—নাম, গুণ, লীলানচিংবগী খোল্হৌনা ভাঙববু কীর্ত্তন কৌয়ি অদুগা ময়াম তিন্নদুনা পুঙ-করতাল য়াওনা তৌবা কীর্ত্তনবু সঙ্কীর্ত্তন কৌয়ি।

ধূপ-মাল্য-গন্ধ—শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা প্রসাদী ধূপ-কী মণম লৌগদবনী, প্রসাদী মালানচিংবগী মণম্ লৌগদবনী অদুগা ভক্তা শিগদবনী অমসুং প্রসাদী লৈ-চন্দনগী মণম্ লমগদবনী।

মহাপ্রসাদ-ভোজন—শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা অন্ন-নচিংবা চাগদবনী। শ্রীকৃষ্ণদা কত্তবা পোৎ অনতা চাকদে। তুলসীগা তিন্নবা মহাপ্রসাদ অদু চরণামৃতগা য়ান্নবা চারবদি থোইদোক্পা ফল ফংভী হায়না শাস্ত্রনা হায়। "নৈবেদ্যমন্নং তুলসীবিমিশ্রং বিশেষতঃ পাদজলেন সিক্তম্। যোঽশ্নাতি নিত্যং পুরতোমুরারেঃ প্রাপ্নোতি যজ্ঞাযুতকোটিপুণ্যম্ ॥ ভক্তিরসামৃতসিন্ধু, ১/২/-৬৮ ॥" মহাপ্রসাদ হায়বসিদি প্রাকৃত-নত্তবা চিৎ-ভাক্তগী ওইবা (চিন্ময়) পোৎনী, মসিদা প্রাকৃত ওইবা অন্ননচিংবা পোৎনী খনবদি অপরাধগী মশক্নী। কংলবসু, পুম্নবসু, নত্রগা অরাপ্পা মফমদগী পুরক্পা ওইরবসু, মতম নৎপা নত্তবা থল্লদবনখে হেক ফংবগা ভক্তিগা লোয়ননা মহাপ্রসাদ লৌগদবনী। (অদুগাদি ওইরগা শ্রীহরিবাসরদদি মহাপ্রসাদ চাকদে, শ্রীহরিবাসরদা মহাপ্রসাদ থুংলরবদি দণ্ডবৎ-প্রণাম তৌরগা মতুংগী নুমীৎকীদমক থমগদবনী)। নোংমা অয়ুক ভন্তাদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা মহাপ্রসাদ পুরগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী য়ুম্দা লেঙলুই ; মতমদুদা সার্ব্বভৌমনা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোন্না শোন্না কয়ুংদগী কুম্থরম্মী ; মতম অদুদা প্রভুনা মহাক্কী খুত্তা মহাপ্রসাদ পীখি ; সার্ব্বভৌমনা—মতমদুদা চীন্-য়া তেংত্রবসু, স্নান তৌদ্রবসু ব্রাহ্মণশিংনা তৌগদবা সন্ধ্যানচিংবা তৌদ্রবসু খুদতুদা—"শুষ্কং পর্য্যুসিতং বাপি নীতং

বা দূরদেশগতঃ। প্রাপ্তমাত্রেণ ভোক্তব্যং নাত্র কালবিচারণা॥ ন দেশনিয়মস্তত্র ন কালনিয়মস্তথা। প্রাপ্তমন্নং দ্রুতং শিষ্টৈর্ভোক্তব্যম্ হরিরব্রবীৎ।" —হায়বা শ্লোকসী থীনা থীনা মহাপ্রসাদ অহ্ চাখি। মহাপ্রসাদদা দেশকালগী বিচার লৈতে। মহাপ্রসাদ-দি প্রাকৃত অন্ন নত্তে হায়তুনা করিগুম্বা মওংদস্ মাংদে; চুয়গী মচীন্দগী তারবা মহাপ্রসাদবুস্ বৈষ্ণবনা থোশারোইদোবা নত্তে। মহাপ্রসাদ চারগদি মায়াগী মথৃত্তগী লাম্বোকপা য়াই, "উচ্ছিষ্টভোজিনো দাসাস্তব মায়াং জয়েমহি। শ্রীভাগবতম্ ১১/৬/৪৬॥" মহাপ্রসাদগী মাহাত্মনা অতৈ অপাম্বা তাম্বোকপা য়াই, শ্রীকৃষ্ণসেবা পাম্ববু য়োক্‌খৎলী; "ইতররাগবিস্মারণং নৃণাং বিতর বীর নস্তেহধরামৃতম্। শ্রীভাগবতম্ ১০/৩১/১২॥" ভক্তিবু য়োক্‌খৎলী।

মূল ১২৪

আরাত্রিক-মহোৎসব-শ্রীমূর্ত্তিদর্শন।
নিজপ্রিয়-দান, ধ্যান, তদীয়-সেবন॥ ১২৪॥

শব্দার্থ

আরাত্রিক—আরতি; মহোৎসব—কাং, ঝুলন-য়াওশংনচিংবা উৎসব; শ্রীমূর্ত্তি—শ্রীমূর্ত্তিবু; দর্শন—য়েংবা; নিজপ্রিয়-দান—সেবাগী ওইবা য়াবা পোৎলম ময়ামদগী ভক্ত মছানা পাম্জবতু কৎপা; ধ্যান—শ্রীকৃষ্ণগী রূপনচিংবা খন্দুনা লৈবা; তদীয়—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) ওইবা পোৎপু; সেবন—সেবা তৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আরতি, মহোৎসব অমসুং শ্রীমূর্ত্তিবু দর্শন তৌগদবনী; শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তনা পাম্জবা অতু কৎকদবনী, শ্রীমূর্ত্তিনচিংবা ধ্যান তৌগদবনী অমুগা শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা পোৎপু সেবা তৌগদবনী।

নৈনরোল

আরাত্রিক—আরতি। চঙ-থোক্পা মশীঙগী কর্পূরগী বর্ত্তি নত্রগা

ঘীগী বর্ত্তিনা সনানচিংবনা শাবা অশেঙবা পাত্রদা ঈশীঙ-খাওবা শঙ্খগা অমসুং পুঙ-ঈশৈগী বাত্থগা লোয়ননা শ্রীহরিগী আরতি তৌগদবনী। আর-তিগী মতমদা আরতি-কীর্ত্তন অমসুং আরতি-দর্শন তৌগদবনী। বর্ত্তি মঙা, তরেৎ, মাপন্নচিংবনা শ্রীহরিগী চরণ-দা মরিরক, খোয়দোদা অমুক্তং, থবাক্তা অমুক্তং, মায়থোংদা অমুক্তং অতুগা হক্‌চাঙ পুন্নমক্তা তরেৎলক আরতি তৌগদবনী, শঙ্খনা হক্‌চাঙ পুম্বদা অহুম্রক আরতি তৌগদবনী। কনা কনা-গুম্বগী মত মতুং ইন্না তরানীথোইলক বর্তি হাইগদবনী হায়।

**মহোৎসব**—ঝুলন, দোল (য়াওশঙ), রথযাত্রা (কাংনচিংবা) অসিন-চিংবা মহোৎসবশিংদু ভক্তিগা লোয়ননা দর্শন তৌগদবনী।

**শ্রীমূর্ত্তিদর্শন**—সাক্ষাৎ ভগবান্নী হায়না শ্রীমূর্ত্তিবু দর্শন তৌগদবনী।

**নিজপ্রিয়দান**—শ্রীকৃষ্ণসেবাগী মতীক চাগদবা পোৎলম ময়ামগী মরক্তা ভক্তনা পামজবা পোৎ অদু কৎকদৌবনী।

**ধ্যান**—শ্রীভগবানগী রূপ, গুণ, লীলা অমসুং সেবানচিংবা ময়েক-শেংনা চিন্তন (খনবা) তৌববু ধ্যান কৌয়ি। "ধ্যানং রূপগুণ-ক্রীড়াসেবাদেঃ সুষ্ঠু চিন্তনম্। রূপধ্যানঃ—মখলমখাগী ইরাং-লাংবা ফিজেৎ-লৈতেংনা ফজরবা শ্রীভগবানগী খোঙ-হৃজীন্দগী হৈরগা অসুম অসুম মথঙ মথঙ তৌদুনা মায়থোংথাজফাওবা পুক্নীঙ লোঙদবমখৈ খনগদবনী। গুণধ্যান—শ্রীভগ-বানগী ভক্তবাৎসল্য, ঙমখৈ-নাইদবা মীনুংশি-নচিংবা গুণশিংদু খনগদবনী। লীলাধ্যান-পুক্নীংলোংদবমখৈ লীলাপুরুষোত্তম শ্রীভগবানগী মধুরলীলা পুন্নমক খনগদবনী। সেবাদিধ্যান—পুক্নুংদা শাগৎলবা পোৎলম্না থরাই সুংডাইনা শ্রীহরিগী সেবা অমসুং পরিচর্য্যানচিংবা খনগদবনী। মানসিক পরিচর্য্যাগী মরমদা ব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণ অদুদা ফজরবা ৱারী অমা লৈ। প্রতি-ষ্ঠানপুরগী লায়রবা মপুক-শেংবা ব্রাহ্মণ অমনা য়াম্না থঙবা ব্রাহ্মণশিংগী সভা-দগী খংলকয়ি মতুদি মানসিক পরিচর্য্যানসু শ্রীভগবানগী সেবা তৌবা য়াই। মসী খঙলদুনা মহাক্না মানসিক সেবা তৌবা হৌরে। মহাক্না গোদাবরী

তুরেন্দা স্নান তৌরগা মাগী নিত্য কর্ম্ম লোইশল্লী। অতুগী তুংদা মী-লৈতবা মফমদা ফম্লগা প্রাণায়াম-নচিংবা তৌথোক্লগা মপূক অতুবু লেঙহন্দবা ফীভমদা থম্লগা মপূক্লীঙনা ফজরবা মন্দিরদা শ্রীহরিবু খিল্লে; মপূক্লীঙনা পাটকী ফি অমা শেংচল্লগা শ্রীমন্দির মার্জ্জন তৌরে। অতুদগী থরুম্লগা দিব্য সনা-রত্ন-না শাবা সনাবুল অমা পুতুনা গঙ্গানচিংবা পুণ্যতীর্থদগী ঈশীঙ পুরক্লগা অমস্তুং গন্ধ, পুষ্প, তুলসী অমস্তুং অহাঙবা মমল য়াম্না অচাপোং-নচিংবা পূজাগী পোৎলম খোম্লরগা মহারজোপচারনা শ্রীহরিগী স্নাননচিংবা আরত্তি ফাওবা সেবা পূম্বা লোইথোকৃয়ি; মপূক্লীঙনা ক্লমীং খুদিংগী মতৌ অম্মম তৌবদগী মহাক য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। নোংমদি ঘী-থাকৃপা শঙ্গোম-ক্ষীর থোংলগা সনাগী পাত্রদা হাপ্লে অতুগা শ্রীহরিগী মাঙদা শ্রীহরিনা ভোগ তৌনবগীদমক থম্লরে। ক্ষীরদো য়াম্না শারম্মী; খুদোনবী থিংজল্লগা ইঙল-বরা হায়না য়েংগে তৌবদা মানা থনখি খুদোনবীতু পোক্লে হায়না; অতুদা ক্ষীরদো মাংলে, অতুনা শ্রীহরিনা ভোগ তৌবা য়াদরে হায়না থন্দুণা য়াম্না নুংঙাইরম্দে, অদূম তৌবদগী কোন্নংদা অন্তর্দ্দশা মাঙখি। বাহ্যদশা ফংলবা মতমদা উখি—চাননা মাগী খুদোনবীদো পোক্লম্লে। ব্রাহ্মণগী মতৌতু থঙল-তুনা বৈকুণ্ঠগী মবুঙঙা শ্রীহরিনা খংনোক নোকখি; করিগী নোক্লিবনো হায়না লক্ষ্মীনচিংবশিংনা হংলম্বদা পাউখুম পীদবমথৈ রথ থারুরগা ব্রাহ্মণতুবু মনাক্তা পুরক্খি অতুগা কোন্না লক্ষ্মীদা য়্যারোল পূম্নমক থঙহনখি। শ্রীহরিনা ব্রাহ্মণতুদা বৈকুণ্ঠদা লৈননবা অধিকার পীখি।

মানসিক পরিচর্য্যাগী মাহাত্ম্যাদি অম্মম তৌয়িদো। হৌজিক লৈরিবা দেহসিদা শেল য়াংপনা নীঙবা থুংনা সেবা তৌবা কনামত্তা ঙম্দে। অদুবু মানসিক সেবাদদি করিমত্তা য়াংপা লৈতে। শ্রীলঠাকুর মহাশয়না হায়রম্মী—"সাধনে ভাবিবে যাহা, সিদ্ধদেহে পাবে তাহা—সাধন-দা থনবা অদু সিদ্ধ-দেহদা ফংঙী।"

তদীয় সেবন—শ্রীভগবানগা মরী লৈনরিবা শ্রীভগবান্নদি পামজবা পোৎকী—মতুদি, তুলসী, বৈষ্ণব, মথুরা, শ্রীভাগবতনচিংববু মতীক চাবা মওংদা সেবা তৌবা।

মূল ১২৫

তদীয়-তুলসী, বৈষ্ণব, মথুরা, ভাগবত।
এই চারি-সেবা হয় কৃষ্ণের অভিমত॥ ১২৫॥

## শব্দার্থ

তদীয়—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ); তুলসী—তুলসী ; বৈষ্ণব—বৈষ্ণব ; মথুরা—মথুরা ; ভাগবত—শ্রীমদ্ভাগবত ; এই চারি সেবা—মরিসিবু সেবা তৌবা ; হয়—ওই ; কৃষ্ণের অভিমত—কৃষ্ণগী অপাম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী হায়বা পোৎতি তুলসীনে, বৈষ্ণবনে, মথুরানে অমগা শ্রীমদ্‌ভাগবতনে ( অসিনী )। মরিসিবু সেবা তৌবদো শ্রীকৃষ্ণনা পাম্মী ( হায়বদি সেবাসি শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোয়বু তৌহন্নীঙ্ঙী )।

## নৈনরোল

তদীয়—মমাঙথংবা পয়ারদা 'তদীয়সেবন' হায়খিবগী 'তদীয়'—শব্দনা খঙহল্লিবহু করি করিনো হায়বহু নৈনন্নিবা পয়ারসিদা তাক্লি। তদীয়-শব্দগী খ্বায়না খঙনবা অর্থদি 'মহাক্কী' হায়বনী ; মফমসিদা ওইরিবা অর্থদি—শ্রীভগবান্না মছামক্কীনী হায়না লৌরবা মথোয়তনী। তদীয়শব্দনা খঙহল্লিবদি তুলসী, বৈষ্ণব, মথুরা অমসুং ভাগবত হায়বা মরিসিবুনী।

তুলসী—তুলসীদি শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিবী অমনী ; কৃষ্ণভক্তি পিবীহৈবনী। ভক্তচানবা শ্রীহরিনা কনাগুম্বা অমদগী তুলসীমনা অমখক্তং ফংবদা কয়ামুক পেন্নবগে হায়ববু মীতুগী মফমদা মছামকপু য়োম্বোক্নি। "তুলসীদলমাত্রেণ জলস্য চুলুকেণ বা। বিক্রীনীতে স্বমাত্মানম্ ভক্তেভ্যো ভক্তবৎসলঃ। —বিষ্ণু-ধর্ম্মনা হায়বনী। তুলসী য়াওদ্রবদি মহৌশানা শ্রীকৃষ্ণগী ভোগ (লুক) ওইবা য়াদে। "ছাপান্ন ভোগ ছত্রিশ ব্যঞ্জন বিনা তুলসী প্রভু একু নাহি মানি। লুক্ য়াংখৈ তরাক, এনছাং কুম্‌ তরাক অমু তুলসী য়াওদ্রবদি প্রভুনা অমত-কাওবা লৌদে।" তুলসী উবদা পাপ পুম্নমক মাংঙী, শোক্‌পদা হক্‌চাঙ

শেংঙী ( পবিত্র ওই ), খুরুম্নগা রোগ পুন্নমক কোক্‌য়ি ; তুলসীগী মূলদা ঈশীঙ হৈরবদি শমনগী অকিবা কোক্‌য়ি ; তুলসী থাবদা শ্রীভগবান্‌গী নাক য়োবা ফংঙী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-দা তুলসী কৎলগদি প্রেমভক্তি ফংঙী। শ্রীহরিভক্তিবিলাসনা ফল ময়ামসী হায়রবনী। ৯/৩৩ ॥" বর্ণমরিগী অমসুং আশ্রম মরিগী মুপী-মুপা অনীমক্তা তুলসী অসী পূজা তৌবা য়াই হায়নমু শাস্ত্রনা হায়।

তুলসী লাৎপদি মখল মাপল্লী ; মদুদি—মুমীৎ খুদিংগী তুলসী দর্শন, স্পর্শ, ধ্যান, কীর্ত্তন ( শোন্‌বা ), প্রণাম, গুণশ্রবণ, রোপন ( থাবা ), ঈশীঙ চাইবনচিংবা সেবা অমসুং গন্ধপুষ্পনা পূজা। হরিভক্তিবিলাস ॥ ৯/৩৮ ॥

বৈষ্ণব—বৈষ্ণব সেবা। সেবা তৌদুনা বৈষ্ণবকী পেন্নবা তৌবা। শ্রীভগবান্‌গী নাম অমসুং রূপগুণলীলানচিংবগী রস মনাকোঙদা তাহন্দুনা বৈষ্ণবকী পেন্নবা তৌবসু বৈষ্ণবসেবাগী অথোইবা শরুক্নী। শ্রীভগবান্‌গী পূজাদগীসু ভক্তপূজাগী মাহাত্মানা হেল্লী—"মদ্ভক্তপূজাভ্যোঽধিকা। শ্রীভাগবত ১১/১৯/২১ ॥" বৈষ্ণবপূজানা ভগবান্‌গী চরণ-থাদা রতি পোক্‌য়ি। বৈষ্ণবকী দর্শন, স্পর্শন,খোঙ চাম্বা, ফিদানচিংবা পীবদা পীরিবা মীদুগী পুক্নীঙ হক্‌চাঙ পবিত্র ওইহল্লী, নীঙশীঙবতদা য়ুম-ফাওবা পবিত্র ওই। শ্রীলঠাকুর মহাশয়না হায়—"গঙ্গার পরশ হৈলে পশ্চাৎ-পাবন। দর্শনে পবিত্র কর এই তব গুণ ॥ —গঙ্গাবু শোক্লগা কোন্না শেংবনী, বৈষ্ণব নঙগী গুণদি অসিনী, নঙবু হেক-উবদা পবিত্র ওইহল্লী।"

"গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণব এই তিনের স্মরণ। তিনের স্মরণে হয় বিঘ্নবিনাশন ॥ অনায়াসে হয় নিজ বাঞ্ছিত পুরণ ॥ ১/১/৪ ॥" শ্রীভগবান্‌বুদা ভজন তৌবা বৈষ্ণব-সেবাদি তৌদবা মখোয়দুবু শ্রীভগবান্‌গী ভক্তনী হায়বা য়াদে। অদুগা বৈষ্ণবপুসু ভজন তৌবা মখোয়দুদি শ্রীভগবান্‌গী ওংশংবা ভক্তনী। মসী শ্রীভগবান্না হায়বনী ॥ ভক্তিরসামৃত সিন্ধু, ১/২/৯৮ ॥ বৈষ্ণবসেবা নত্তনা ভক্তি ফংবা য়াদে। মরমসিনা শ্রীলঠাকুর মহাশয়না হায়রম্মী—"কি রূপে পাইব সেবা মুঞি দুরাচার। শ্রীগুরুবৈষ্ণবে রতি না হইল আমার—করন্না

সেবা তৌবা ফংগনী, ঐদি লমচৎ-ফত্তবনী । শ্রীগুরুদা অমসুং বৈষ্ণব-তা ঐগী রতি লৈরে ॥" বৈষ্ণবকী চরণথাদা চঙজরগা ভজন তৌবশিংদি শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু থাদোক্তে ।

মথুরা—শ্রীভক্তিরসামৃতসিন্ধু-দা য়াওবা "কুর্য্যাদ্‌বাসং ব্রজে সদা"—হায়বা ৱাসিগা লোয়ননা ইল্লগদি মথুরা-শব্দনা মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য-ঙাক্তগী লীলা-শান্নফম্ ব্রজমণ্ডলবু খঙহল্লী । ব্রহ্মাণ্ডপুরাণনা হায়—মরোল অহুমশিদা লৈবা তীর্থ পূম্নমক্কী মনুঙদা মথুরানা খ্বায়দগী থোইবনী ; মরমদি তীর্থ পূম্নমক সেবন তৌরবা ফাঙবদা প্রেমনা খুদম্নবা ভক্তি ফংবদা ৱাই, অদুবু মথুরাবু হেক শোক্‌পদদা নুংঙাইবদা খম-থেংবী প্রেমভক্তিতু ফংবা ঙম্মী । মথুরাগী মাহাত্ম্য শ্রবণ তৌবা, কীর্তন তৌবা, স্মরণ তৌবা, মথুরাধামবু নীঙশীঙবা, মথুরাদা বাস তৌনীঙবা, মথুরা দর্শন, মথুরা চৎপা, মথুরাদা আশ্রয় লৌবা, মথুরাধামদবু স্পর্শ তৌবা অমসুং মথুরাগী সেবা তৌবদি জীবগী নীংজবা থুংহল্লী ॥ ভক্তিরসামৃতসিন্ধু ১/২/৯৬ ॥

ভাগবত—শ্রীমদ্ভাগবত, শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত অমসুং শ্রীচৈতন্যভাগবত-নচিংবা ভগবান্‌গী লীলানা বিষয় ওইরগা লেংবা লাইরিকশিংগী সেবা । ভাগবতগ্রন্থনচিংবা পাবা, কীর্তন, শ্রবণ, বর্ণন, ভগবান্নী হায়না গন্ধপুষ্প তুলসীনচিংবা কৎতুনা পূজা তৌবা—অসী পূম্নসী ভাগবত সেবানী । শ্রীভাগ-বতমদা য়াওবা লীলা-কথানচিংবা শ্রবণ তৌবদা অমদি দর্শন তৌবদা হৃদ্-রোগ ( থম্মোই-লাইনা ) কাম হায়বতু মাঙঙী, থুনমক ভগবান্দা পরাভক্তি ফংঙী । "বিক্রীড়িতং ব্রজবধূভিরিদঞ্চ বিষ্ণোঃ শ্রদ্ধান্বিতোঽনুশৃণুয়াদথবর্ণয়েদ্ যঃ । ভক্তিং পরাং ভগবতি প্রতিলভ্য কামং হৃদ্‌রোগং আশ্বপহিনোত্যচিরেণ ধীরঃ ॥ শ্রীভাগবত, ১০/৩৩/৩৯ ॥ শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী মতাঙদসু কবিরাজ গোস্বামীনা হায় — "যদিও না বুঝে কেহ, শুনিতে শুনিতে সেহ, কি অদ্ভুত চৈতন্যচরিত । কৃষ্ণে উপজীবে প্রীতি, জানিবে রসের রীতি, শুনিলেই হয় তাতে হিত /২/২/৭৭ ॥ শ্রীশ্রীগৌরগোবিন্দগী চরণথাদা রতি লৈরবা অদুগা শ্রীগৌরগোবিন্দলীলারসদা লূপ্পা মহাক অদো রসিক ভক্তনী ।

মূল ১২৬

কৃষ্ণার্থে অখিল চেষ্টা, তৎকৃপাবলোকন।

জন্মদিনাদি মহোৎসব লঞা ভক্তগণ ॥ ১২৬ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণার্থে—শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তী হায়দুনা ; অখিলচেষ্টা—থবক পুম্নমক (তৌবা) ; তৎকৃপাবলোকন—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) কৃপা য়েংবা হায়বদি ঙাইবা ; জন্ম-দিনাদি—শ্রীকৃষ্ণ পোকৃপা নুমীৎনচিংবা ; মহোৎসব—উৎসব অচৌবা ; লঞা—লোয়নননা ; ভক্তগণ—ভক্তশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগীদমক্কনী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক্তী হায়দুনা থবক পুম্নমক তৌগদবনী ; শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা কদৌঙৈ ফংগদগে হায়না ঙাইদুনা লৈগদবনী। শ্রীকৃষ্ণজন্ম-নচিংবা মহোৎসব ভক্তশিংগা লোয়নননা তৌগদবনী।

## নৈনরোল

জন্মদিনাদি মহোৎসব—শ্রীকৃষ্ণগী জন্মাষ্টমী, শ্রীরাধাষ্টমী, শ্রীগৌর-পূর্ণিমা-নচিংবা জন্মযাত্রা অমসুং অতৈ অতৈ ভগবান্‌গা মরী-লৈবা উৎসব-শিংসী বৈষ্ণবশিংগা লোয়নননা তৌগদবনী।

মূল ১২৭

সর্ব্বথা শরণাপত্তি কার্ত্তিকাদি ব্রত।

চতুঃষষ্টি অঙ্গ এই পরম মহত্ত্ব ॥ ১২৭ ॥

## শব্দার্থ

সর্ব্বথা—মতং পুম্নমক্তা ; শরণাপত্তি—চঙজবা ; কার্ত্তিকাদি ব্রত—মেরা থাদা তৌবা নিয়মসেবানচিংবা ব্রত ; চতুঃষষ্টি অঙ্গ—সাধনভক্তিগী অঙ্গ হুম্ফুমরি ; এই—মসী ; পরমমহত্ত্ব—অয়োবী ফল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতং পুম্নমক্তা হায়বদি পুক্নীঙ-হকচাঙ হাহৈ মাংনা মরম পুম্নমক্তা

শ্রীকৃষ্ণদা চঙজবা হায়বহু তৌগদবনী। কার্ত্তিক থাদা নিয়মসেবানচিংবা ব্রত তৌগদবনী। সাধনভক্তিগী অঙ্গ হুম্ফ্ মরি তৌরগদি অরোইবী ফল ( শ্রীকৃষ্ণ-সেবা হায়বদো ) ফংবা য়াই।

## নৈনরোল

**কার্ত্তিকাদি ব্রত**—কার্ত্তিক থাদা তৌবা নিয়ম সেবানচিংবা ব্রত। কার্ত্তিক-থাদা ভগবান্দা কৎপনী হায়না খজিক্তুংদা তৌরবসু শ্রীভগবান্না অহুবু য়াম্লকনী হায়না য়াবী। ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়—"যথা দামোদরো ভক্ত-বৎসলো বিদিতো জনৈঃ॥ তস্যায়ং তাদৃশো মাসঃ স্বল্পমপ্যুপকারকঃ॥ ১/২/-৯৯॥" শ্রীবৃন্দাবন-দা নিয়মসেবা-ব্রতগী মাহাত্ম্যাদি য়াম্না চাওবা হেল্লী। অতোপ্পদা শ্রীহরিবু পূজা তৌরগা মহাক্না সেবা-তৌবশিংদা ভুক্তি-মুক্তি পীবিয়ে, অদুগা হরিবু খুদম্চন্নবা ভক্তিদি হেক্তা পীদে। অদুবু কার্ত্তিক-থাদা অমুথক্তং মথুরাদা শ্রীদামোদরবু সেবা তৌরবদি লায়না ফংগন্দবা হরিভক্তিহু ইলায়-লায়না ফংভী। ভক্তিরসামৃতসিন্ধু ১/২/১০০॥

## মূল ১২৮-১২৯

সাধুসঙ্গ, নামকীর্ত্তন, ভাগবত-শ্রবণ।
মথুরাবাস, শ্রীমূর্ত্তির শ্রদ্ধায় সেবন॥ ১২৮॥
সকল সাধনশ্রেষ্ঠ এই পঞ্চ অঙ্গ।
কৃষ্ণপ্রেম জন্মায় এই পাঁচের অল্প সঙ্গ॥ ১২৯॥

### শব্দার্থ

সাধুসঙ্গ—সাধুগা তিন্নবা; নামকীর্ত্তন—হরিনাম শোন্বা; ভাগবত শ্রবণ—ভাগবত নাকোঙনা তাবা; মথুরা বাস—মথুরাদা লৈবা; শ্রীমূর্ত্তির—শ্রীমূর্ত্তিবু; শ্রদ্ধায়—থাজবগা লোয়নননা; সেবন—সেবা তৌবা; সকল সাধন শ্রেষ্ঠ—সাধন পুম্নমক্তগী অখোইবা; এই—মসী; পঞ্চ—মঙা; অঙ্গ—শরুক; কৃষ্ণপ্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা; জন্মায়—পোক্হল্লী; এই পাঁচের—মঙাসিগী; অল্পসঙ্গ—সঙ্গ খজিক্তংনা।

বৈচৈদোক্না হন্দোকপা

সাধুগা তিন্নবা, হরিনাম শোন্‌বা, ভাগবত পাঠ তৌবা মফমদা নাকোঙনা তাবা, মথুরাদা লৈবা, শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমূর্ত্তিবু থাজনা সেবা তৌবা—সাধন-অঙ্গ মঙাসিনা খ্বায়দগী থোইবা সাধন-অঙ্গনী। মঙাসিগা থজিক্তং শক্লবদা কৃষ্ণবু মুংশিবা হায়বহ্ পোক্‌হল্লী ?

## নৈনরোল

সাধুসঙ্গ— ইছা-ইছাদগী ৱাংনা লৈবা অধিকারী অমসুং তয়িঙ-তয়িঙবা স্বভাবকী সাধুগা সঙ্গ তৌগদবনী। অহুম্নদি ওইরগা সাধুদো সজাতীয়-আশয়গী ওইগদবনী। দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর হায়বা ভাব মরি-সিগী ভাব অমতগী ওইবা সাধকশিংবু সজাতীয়-আশয় যুক্ত কৌয়ি। ইছানা ভাব অমগী সাধক ওইরবদি, ইছাগী ভাবতুগী উপাসক (লাইনীঙবা) সাধুগা সঙ্গ তৌরগদি ইছাগী ওইরিবা ভাব অহু নোয়খৎলী। সাধুগী মনাক্তা চৎলগা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌগদবনী। খোঙনাইবনচিংবা সেবা তৌহ্না নোল্লুক্না ইছাগী হংনীঙ হংনীঙবা ৱাহ্ মহাক্কী মখোঙদা হঙ্গৎকদবনী। মসুম্না তৌথহ্না চৎপনা মথঙ মথঙ মহ্নঙগী ওইবা ইষ্টগোষ্ঠিসু (ৱারী ৱাতাইসু) চৎথবা য়াগনী।

নামকীর্ত্তন—শ্রীশ্রীতারকব্রহ্ম হরিনাম (হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে) অসী শোন্‌বা। শ্রীহরি-নাম কীর্ত্তন তৌবগী মরু ওইবা মহৈ ফংগে হায়রবদি হীরম থরদা পুক্নীং চঙফম্ থোক্‌য়ি। অহান্‌বদা নামাপরাধনচিংবা ওইদনবা শ্রীমন্মহাপ্রভুদা চঙজ-রগা মহুগীদমক চেক্‌শন্‌গদবনী। অনীশুবদা—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী পাওতাক মতুং ইন্না ইছাবু খ্বায় পুন্নমক্তগী তোল্লী হায়না, নাপীদগীসু হেন্না তোল্লী হায়না খনগদবনী, উ-পাম্বীগুম্না অথাঙ কন্নবা হোৎনগদবনী। অংতাপ্পদগী সম্মান ফংবগী আশা থাদোক্কদবনী। কনাগুম্বনা সম্মান তৌরক্লবসু মঙোন্দা শাউবগী মহুত্তা পেম্ছোক্কদবনী ; অহুগা ব্রাহ্মণচিংবা চণ্ডাল অমদি হুয় ফাওবা য়াওনা মখোয় পুন্নমক্তা সম্মান তৌগদবনী। অহুমশুবদা থম্বাই পুক্নীং লোইনমক ম্বাওনা প্রেমগা লোয়ননা শ্রীহরিনাম শোন্নবা হোৎনগদবনী, অহুগা "মীত্তা পিরাং

শিন্থতুনা খোন্ লকক্লকক্ ভৌবা য়াহৈনা হকচাঙ তুজুংবা নঙগী নাম লৌবদা ওইগদগে?" হায়না ভগবান্গী চরণথাদা নিজগদবনী। মরিগুবদা—শ্রীনামদি স্বয়ং ভগবান্ ব্রজেন্দ্রনন্দনমক্কী হায়না খল্লগা নাম শোন্গদবনী অদুগা নাম শোন্বা মতমদা খন্গদবনা, শ্রীকৃষ্ণ নত্রগা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী মমাঙমক্তদা নাম শোল্লিবনী হায়বসিনী, নত্রগা নামগী ময়েকশিংদু উনা উনা নত্রগা খন্না খন্না নাম শোন্বদি অফবনী ; অসুম ভৌবা মতাঙদা নামগী ময়েকশিংদো নোং-থাংগুম্ ঙাল্লী হায়না খন্গদবনী। মঙাগুবদা—নাম শোন্বা হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী চরণথাদা প্রার্থনা তৌগদবনী অদুগা "জয় গৌর নিত্যানন্দ জয়াদ্বৈতচন্দ্র। গদাধর শ্রীবাস,দি গৌরভক্তবৃন্দ"—নচিংবা পঞ্চ-তত্ত্বগী নাম কয়ারক শোল্লগদি ফৈ। তরুকগুবদা শ্রীনামগী চরণথাদা অসুম্না প্রার্থনা তৌগদবনী মদুদি—"শ্রীহরিনাম, নঙদি নথস্তনা ঙানজবা পোৎনী। নঙনা চান্বিদুনা কনাগুম্বগী লৈয়েঙদা থোরক্লবা, অদুগুম্বা মহাক্তদনা নঙবু শোন্বা ঙম্বনী, অতোপ্পা অমতনা চামরক্ হোৎনদুনসু শোন্বা ঙমদে। নঙদি য়াম্না থৌজানহৈবনী, ঐদি মহা অপরাধীনী। কৃপা ভৌবিদুনা ঐগী লৈয়েঙদা জগোই শাবিরো, থম্মোইদা ঙান্বিরো। নঙদি ঐগী থম্মোই-মুংশেনগী মার্জ্জনগা পাংখক্লী, কৃপা ভৌবিদুনা ঐগী মোৎলবা চিত্তগী অমোং-পনী কোক্হন্বিরো। নঙদি আনন্দস্বরূপ-নী, ঐগী চিত্তদা আনন্দ মরীক অমতং ফাওহন্বিয়ু। তরেৎগুবদা—শোল্লিবা নামদু ইনাকোঙনা তাবা ফংনবা শোল্লবদি অতৈ মায়কৈদা পুক্নীঙ চঙবা য়াৎকনী। অসিনচিংবা। শ্রীগুরুনা তাক্পা মঙংদা নাম শোন্বা চুম্মী। ব্রজেন্দ্রনন্দনগী রূপ-গুণ-লীলা-তাক্পা মিং ময়ামগী মরক্তা সাধক অদুনা পামজবা মিং অদু শোনবগী য়ায়েন্সু লৈ ; অদুবু প্রেমভক্তি ফংনীঙবা মীগীদি তারকব্রহ্মনাম কীর্ত্তন তৌগদবনী হায়না শ্রীমন্মহাপ্রভুনা তাক্লম্মী। তপন্মিশ্রদা তারকব্রহ্মনাম তাক্পীরগা প্রভুনা হায়রম্মী—নাম অসী জপ তৌর-ভৌরগা প্রেমাঙ্কুর (কৃষ্ণবু মুংশিবগী ময়োল্) চোংগনী।

শ্রীমূর্ত্তির-শ্রদ্ধায় সেবন—শ্রীকৃষ্ণমূর্ত্তিবু সাক্ষাৎ শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দন-নী

হায়না খন্দুনা অমসুং শ্রীমন্মহাপ্রভুগী শ্রীমূর্ত্তিবু সাক্ষাৎ শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্রনী হায়না মুংশিনা ভক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌগদবনী। গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংগীদি শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীগৌর-স্বরূপ অনীমক চপ মান্ননা সেবা তৌগদবনী।

পয়ার অনীসিদা হায়রিবা য়াগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অহুম্ থক হাপ্লী।

মূল ১৩০-১৩২

শ্রদ্ধা বিশেষতঃ প্রীতিঃ শ্রীমূর্ত্তেরঙ্‌ঘ্রিসেবনে।
শ্রীমদ্ভাগবতার্থানামাস্বাদো রসিকৈঃ সহ॥ ১৩০॥
সজাতীয়াশয়ে স্নিগ্ধে সাধৌ সঙ্গঃ স্বতো বরে।
নামসঙ্কীর্ত্তনং শ্রীমন্মথুরামণ্ডলে স্থিতিঃ॥ ১৩১॥
দুরূহাদ্ভুত বীর্য্যেঽস্মিন্ শ্রদ্ধা দূরেঽস্তু পঞ্চকে।
যত্র স্বল্পোঽপি সম্বন্ধঃ সদ্ধিয়াং ভাবজন্মনে॥ ১৩২॥

শব্দার্থ

শ্রদ্ধাবিশেষতঃ—থোইদোকপা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা; প্রীতিঃ—পাম্না; শ্রীমূর্তেঃ—শ্রীমূর্ত্তিগী; অঙ্‌ঘ্রিসেবনে—চরণসেবাদা; শ্রীমদ্‌ভাগবতার্থনাম্—শ্রীমদ্‌ভাগবতমগী অর্থগী; আস্বাদ—মহাওতংবা; রসিকৈঃ—রস-খঙবা সাধুশিংগা; সহ—লোয়ননা; সজাতীয়াশয়ে—মচামক্কীগা মান্নবা পুক্চেন্-চেনবা; স্নিগ্ধে—ঈঙবা-তপ্পা; সাধৌ সঙ্গঃ—সাধুগী সঙ্গ (সাধুগা লোয়ননা য়ারীয়ারাই শাবা); স্বতঃ—মচানক্তুগী; বরে—হেন্বা; নামসঙ্কীর্ত্তনং—নামসঙ্কীর্ত্তন; শ্রীমন্মথুরামণ্ডলে—শ্রীব্রজধামদা; স্থিতিঃ—লৈবা; দুরূহাদ্ভুত-বীর্য্যে—খংবদা লুবা অমসুং অঙকপা ক্ষমতা মতীক-লৈবা; অস্মিন্—অসী; শ্রদ্ধা—থাজবা; দূরে—লাপ্পা; অস্তু—লৈসনু; পঞ্চকে—মঙাদা (ভজনগী অঙ্গ মঙাদা); যত্র—মতুদা (অঙ্গ মঙাদুদা); স্বল্পঃ অপি—খজিক্তংদা ওইরবসু; সম্বন্ধঃ—মরী; সদ্ধিয়াং—অপরাধ-লৈতবা পুক্চেলগী মীওয়াশিংগী; ভাবজন্মনে—ভাব-কী (কৃষ্ণপ্রেমগী) পোক্পগীদমক্ ওক্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খোইদোকপা থাজবগা ( শ্রদ্ধাগা ) লোয়ননা শ্রীমূর্ত্তিগী চরণ-সেবা পাম্‌গদবনী ; নামসঙ্কীর্ত্তন তৌগদবনী, শ্রীমথুরামণ্ডলদা ( শ্রীবৃন্দাবনধামদা ) বাস তৌগদবনী । মছামক্কীগা মান্নবা পূক্‌চেল্‌চেন্‌বা মীতাশিংগা অমসুং মছামক্কগী হেন্না ব্রাংবা অধিকারী, অসিগুম্বা ঈডবা-তপ্পা সাধুগা সঙ্গ তৌগদবনী (ব্রারীব্রাতাই শাবগী ফম্মিন্নগদৌবনী) । রসিক ভক্তগা ( লীলারস খঙবা অমসুং লীলারস চূপ্পদা মতীক্‌চারবা ভক্তগা ) শ্রীমদ্‌ ভাগবতম্‌গী অর্থ-নচিংবা মহাও তংগদবনী । খঙবদা ব্রারবা অমসুং অঙকপা ফংনা মতীক-লৈবা ভজনাঙ্গ (মঙাসিদা)—শ্রদ্ধাগী ব্রাদি লাপ্পা থম্‌থবুনা খজিক্কংদা মরী লৈনবদা ফাংবা অপরাধ লৈতবা মীতাশিংগী চিত্তদা থুনমক ভাব ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) পোক্‌ল্লি ।

## নৈনরোল

শ্লোক অহুমসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোক্‌পনি । (১/২/৪৩, ১/২/১১০) ।

অহানবা শ্লোকসিদা শ্রীমূর্ত্তিসেবাগী মরমদা বিশেষ শ্রদ্ধাগী ব্রা হায়রি । "ঐনা সেবা তৌরিবা শ্রীবিগ্রহসী সাক্ষাৎ ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণনী—শ্রীকৃষ্ণগী প্রতিমা ভাক নত্তে—ঐঙোন্দা কৃপা তৌবিদুনা মফমসিদা আবির্ভাব তৌবিরবনী"—হায়না পূক্নীঙদা চেৎনা থাজবদা শ্রীমূর্ত্তিগী মরমদা শ্রদ্ধা ( থাজবা ) হায়বদুনী । অসিগুম্বা শ্রদ্ধা-লৈবা মীওনা তৌবা শ্রীমূর্ত্তিসেবাদি মতৈ য়াম্লী—তশেংনমক শ্রীমূর্ত্তিসেবাগী অধিকার মহাক্কী লৈরবনী । শ্রীমূর্ত্তিবু সাক্ষাৎ ভগবান্নী হায়বগী বুদ্ধি লৈতবা মীনা তৌবা শ্রীমূর্ত্তিসেবাদি লাইফদিবী শান্নবা ওইথিগনী হায়বগী চিংনবা লৈ । কনাগুম্বা শক্তি চেন্‌বা মহাপুরুষনী—পরমভাগবত অমগী—কৃপা নত্তনা শ্রীমূর্ত্তিবু ভগবান্‌মক্কী হায়বা বুদ্ধি পোক্‌পদি ওইথোক্তে । মরমসিনা ওইবা তাই, অর্চ্চন তৌগে হায়বা সাধকশিংনা দীক্ষা লৌগদবনী হায়না শাস্ত্রদা হায়রম্মা । দীক্ষা নত্তনদি মন্ত্রদেবতা অর্চ্চন তৌবগী অধিকার পোক্তে হায় ( হরিভক্তিবিলাস —২/৩ ) । শাস্ত্রবিধানসিগী

তাৎপর্য্যদি অসিনী মতুদি—শাস্ত্রদা হায়বা লক্ষণতু চেন্‌বা গুরুগী মফমদা দীক্ষা লৌরগদি মহাক্কী কৃপানা শ্রীমূর্ত্তিতুবু ভগবান্‌মল্লী হায়ননবা বুদ্ধি পোক্‌পা য়াই—অতু ওইরবদি শ্রীবিগ্রহসেবাগী অধিকার জীবগী ওইরকপা য়াই। শ্রীমূর্ত্তিবু সাক্ষাৎ শ্রীভগবান্নী হায়না লৌবা ভম্‌ভ্রিমখৈ শ্রীবিগ্রহ-সেবাদা চঙদবা হায়বসী শাস্ত্রনা পাম্বনী; মরমদি ভগবান্নী হায়নবা বুদ্ধি পোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা শ্রীবিগ্রহবু প্রতিমানী হায়বা বুদ্ধি অতু থোরক্‌পা য়াই—থোরক্রবদি শ্রীবিগ্রহগী মফমদা অপরাধ ওইগদ্রা হায়বগী চিংননভাই লৈ। শ্রীনামকীর্ত্তনগীদমক দীক্ষাপুরশ্চর্য্যানচিংবা তৌদবা য়াই। মরমতুনা শ্রীবিগ্রহদা ভগবদ্‌বুদ্ধি পোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা শ্রীবিগ্রহসেবা আরম্ভ তৌদতুনা নামকীর্ত্তন-নচিংবা অতৈ অঙ্গ তৌবা য়াই; অঙ্গ অমা সাধন তৌবদা পরম-পুরুষার্থ ফংবা য়াবনীনা অর্চ্চনা হায়বা অঙ্গতু শোয়দনমক তৌগদবনী হায়বগী য়া উদে।

সাধুসঙ্গ তৌবা তারবদি করম্বা সাধু জাংকা সঙ্গ তৌবা তাই? মতুগী মরমদা হায়রি—ইছাগী পূক্‌চেল্‌গা মান্নবা পূক্‌চেল্‌মতাগী সাধু, য়াম্না ঈঙবা তপ্পা অতুগা ইছাদগীসু হেন্না য়াংবা অধিকারী ওইবা সাধুগা সঙ্গ তৌগদবনী। ঈঙবা-তপ্পা স্বভাবকী য়া হায়রুবদি মরম অসিননী, মতুদি—সঙ্গ তৌরুদোবা মীতুনা শাঙগন্‌বা ওইরবদি, ভাঙফাক্ত্রিঙৈদা শাউগংলক্রবদি তোংবরা হায়-বরো মাঙনবগী মশক ওইবা য়াই। উদাসীন (থৌশা-য়াশাগন্দবা) স্বভাব-কী মী ওইরগদি, হায়বদি ঐবু কুংশীবগী অমদি থৌজান্‌বগী ভাব লৈত্রগসু ঐগা য়ারী শান্নবদা থৱাই হক্‌চিন্‌বিরোই। অতুনদি ঐবু কৃপা তৌবিগে হায়না খন্দবা য়াই। সাধুতু উচ্চ অধিকারী ওইগদবনী, মরমদি, ঐভোন্দগী হেন্‌বা মীতনা ঐবু কৃপা তৌবা ঙম্‌গনী।

সদ্ধিয়াং—অপরাধ-লৈতবশিংগী। মসী হায়বগী মরমদি অসিনী মতুদি—অপরাধ-লৈবা মীগী থম্মোইদা প্রেম থোরক্লো হায়বা য়ারোই।

## মূল ১৩৩-১৩৪

এক অঙ্গ সাধে—কেহো সাধে বহু অঙ্গ।
নিষ্ঠা হৈলে উপজয়ে প্রেমের তরঙ্গ ॥ ১৩৩ ॥
এক অঙ্গে সিদ্ধি পাইল বহু ভক্তগণ ॥ ১৩৪ ॥

### শব্দার্থ

এক অঙ্গ—ভক্তি-অঙ্গ অমা ; সাধে—সাধন তৌরি ; কেহো—কনা-মনা ; সাধে—সাধন তৌয়ি ; বহু অঙ্গ—ভক্তি-অঙ্গ ময়াম ; নিষ্ঠা—পুক্নীঙ লূপ্পা ; হৈলে—ওইরগদি ; উপজয়ে—পোকৃয়ি ; প্রেমের—শ্রীকৃষ্ণবু নুংশি-বগী ; তরঙ্গ—ঈথক ; এক অঙ্গে—ভক্তি অঙ্গ অমনা ; সিদ্ধি—মাঙ্গ পাকৃপা ; পাইল—ফংখি ; বহু—অয়াম্বা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা ভক্তি-অঙ্গ অমত্তমক সাধন তৌয়ি, কনামনা ভক্তি-অঙ্গ ময়াম তৌয়ি। সাধন তৌরকপদা নিষ্ঠা ( পুক্নীঙ লূপ্পা ) ওইরবদি কৃষ্ণবু নুংশিবগী ঈথক-ইপোম্ হৌরকৃয়ি। অয়াম্বা ভক্তশিংনা অঙ্গ অমমমদা সিদ্ধি ফংখিবা য়াওয়ি।

### নৈনরোল

নিষ্ঠা হৈলে-নচিংবা—সাধন অসুম তৌর-তৌরগা পরমার্থ-নত্তবা ব্রাখল মাঙথ্রবদি ভজনাঙ্গদা নিষ্ঠা পোকনি। নিষ্ঠা ওইরবদি মথন্ত মথন্ত ওইনা রুচি ( চানীঙবগুম পাম্বা ), আসক্তি ( হকচিনবা ), অমুগী তুংদা প্রেমাঙ্কুর ( কৃষ্ণ-প্রেমগী মরোল ) চোংগনী, মতুংদা মওম চানা তৌরগম্বু চিত্তশুদ্ধি ( থাম্মোই শেংবা ) ওইরকপা য়াই হায়বদো নৈনরিবা পয়ারসিদা হায়রি। কনাগুম্বনা অপাম্বা অঙ্গ অমা অনীদং তৌরগম্বু মহাক্না তৌদবা অঙ্গশিংবুদি থোশাদবা তৌফদে।

নত্রগা—নিষ্ঠা হৈলে ইত্যাদি—অঙ্গ অনদা (নত্রগা অনদগী হেনবদা) সাধক অমগী নিষ্ঠা পোক্রবদি, অচেৎপা নিষ্ঠাগা লোয়ননা অঙ্গ অমত্তমক (নত্রগা অনদগী হেন্না) তৌরগম্বু মতম চানা প্রেম পোকপা য়াই ; অঙ্গ লোইনমক তৌরবম্বু য়াই।

অঙ্গ অমতং সাধন তৌবগী মতাঙদা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়—মুখ্য-অঙ্গ পুন্নমক্কী অঙ্গ অমা ; "সা ভক্তিরেক-মুখ্যাঙ্গাশ্রিতানেকাদিকাথবা। স্ববাসনানুসারেণ নিষ্ঠাতঃ সিদ্ধিকৃদভবেৎ ॥ ১/২/১২৮ ॥" থোঙগী মশক ওইবা অঙ্গ পুন্নমক নত্তনা অতোপ্পা অঙ্গশিংদি মুখ্য অঙ্গনী ; মখোয়দুগী মনুঙদা অঙ্গ মাপল নত্রগা মঙা অসীনা মুখ্যতম-নী (মুখ্য পুঙহেন্-হেন্বনী)। অঙ্গ অমতমক সাধন তৌরগা সিদ্ধি-ফংবা মীশিংগী খুদম পীবদা শ্রীভক্তি-রসামৃতসিন্ধুগী নত্রগা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী শ্লোক-তা শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা ভক্তি মথল মাপলগী হ্ন পল্লী। মরমদুনা অঙ্গ অমা হায়রগা ভক্তি মথল মাপলগী অঙ্গ অমবু হায়বসী শাস্ত্রনা য়াদুনা হায়রিবনী।

## মূল ১৩৫

শ্রীবিষ্ণোঃ শ্রবণে পরীক্ষিদভবদ্
বৈয়াসকিঃ কীর্ত্তনে
প্রহ্লাদঃ স্মরণে তদঙ্ঘ্রিভজনে
লক্ষ্মীঃ পৃথুঃ পূজনে।
অক্রূরস্ত্বভিবন্দনে কপিপতি-
র্দাস্যেঽথ সখ্যেঽর্জ্জুনঃ
সর্ব্বস্বাত্মনিবেদনে বলিরভূৎ
কৃষ্ণাপ্তিরেষাং পরা ॥ ১৩৫ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীবিষ্ণোঃ—শ্রীবিষ্ণুগী (মহাক্কী নাম-রূপ-লীলা-নচিংবা) ; শ্রবণে—নাকোঙনা তারগা ; পরীক্ষিৎ—মহারাজ পরীক্ষিৎনা ; বৈয়াসকিঃ—ব্যাসগী মচা শ্রীশুকদেবনা ; কীর্ত্তনে—কীর্ত্তন-দা ( শক শোন্দুনা ) ; প্রহ্লাদঃ—প্রহ্লাদনা ; স্মরণে—নীঙশীঙদুনা ; তদঙ্ঘ্রি ভজনে—মহাক্কী ( শ্রীবিষ্ণুগী ) খোঙসেবানা ; লক্ষ্মীঃ—লক্ষ্মীনা ; পৃথুঃ—মহারাজ পৃথুনা ; পূজনে—পূজানা ; অক্রূরঃ—অক্রূরনা ; তু—অদুগা ; অভিবন্দনে—খুরুম্বনা ; কপিপতিঃ—

হনুমান্না ; দাস্তে—দাস ওইদুনা ; অথ—অদুদগী ; সখ্যে—সখা ওইনা ; অর্জ্জুনঃ—অর্জ্জুন-না ; সর্ব্বস্ব-আত্মনিবেদনে—মরল্ পুম্বগা মছামকা কৎতুনা ; বলিঃ—মহারাজ বলিনা ; অভূৎ—ওইখি ; কৃষ্ণাপ্তি—কৃষ্ণ ফংবা ; এষাং—মখোয়গী ; পরা—খ্বায়দগী থোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবিষ্ণুগী নাম-গুণ-লীলানচিংবা শ্রবণ তৌবদা শ্রীপরীক্ষিৎ নিংথৌনা, শুকদেবনা কীর্ত্তন তৌদুনা, প্রহ্লাদনা নীঙশিংদুনা (স্মরণ তৌদুনা), লক্ষ্মীনা খোঙ-সেবা তৌদুনা, রাজা পৃথুনা পূজন তৌদুনা, হনুমান্না দাস্যনা, অর্জ্জুন-না সখা ওইনা, অদুগা বলি মহারাজনা মরল মথুম অমসুং মছামকপু কৎথোক্লগা ভগবৎ-প্রেম ফংদুনা ভগবানবু ফংখি।

## নৈনরোল

শ্লোকসী পদ্যাবলীদগী লৌথোক্লকপনী ( ৫৩ )।

পরীক্ষিৎ-নচিংবা ভক্তশিংনা ভক্তি-অঙ্গ অমমমত্মক সাধন তৌরগা শ্রীভগবানবু ফংখি হায়বহ শ্লোকসিদা তাক্লী। অদুনা শ্লোকসী মূল পয়ার ১৩১-দা হায়বা য়াপী প্রমাণনী।

মতাংসিদা ম্রাংং অমা হংবা য়ায়। ভজনাঙ্গ অমতং সাধন তৌরগা সিদ্ধি ফংবশিংগী খুদম পীবদা শ্লোকসিদা লক্ষ্মী, অর্জ্জুন অমসুং হনুমানগী মিং পল্লিবা করিগীনো ? মখোয়সিদি সাধনসিদ্ধ ( সাধন তৌদুনা সিদ্ধ ওইবা ) নত্তে, মখোয়সিদি নিত্যসিদ্ধ ওইদুনা লৈরবা ভগবৎ-পরিকর ( ভগবানগী লোইন্-থমৃইন্ ) তাণুনী। পাউখুম—অর্জ্জুনগা হনুমানগদি নিত সিদ্ধ, ওইরবসু প্রকট-লীলাদা ভগবানগা লোয়ননা নোংগুম্লকপা মতমদা সাধক জীব-শুম্না অঙ্গ অমমমতগী ওইবা সাধনগী ফিদম উৎলক্লিবনী। মখোয়গী মতৌশুম্না অঙ্গ অমমমতগী ওইবা সাধন তৌবনসু ভগবানগী খুয়া-থম্বাল ফংবা য়াই হায়বসী খঙহন্নবগীদমক মখোয়গী মিং পল্লিবনী। হৌজিক অমুক প্রশ্ন অমা হংবা য়াব্রি— শ্রীরামচন্দ্রগা শ্রীকৃষ্ণগা অনীসী নরলীল-নী (হায়বদি মী ওইনা লীলা

শান্নরব্দনী ) ; মখোয়গী পার্ষদ হনুমান্‌গা অর্জ্জুনগনা প্রকটলীলাদা মীওইব-গুম্না ভজনগী ফিদম উৎপা য়াই । অদুবু শ্রীলক্ষ্মীগী মরমদদি য়াসী হায়বা য়াদে ; শ্রীনারায়ণ-না নরলীলা শান্নবগীদমক নোংগুম্নবোইদি মহাক্না লোয়ননা লক্ষ্মীদেবীসু নোংগুম্নমগদোবনী অদুগা ভজনগী ফিদমসু উৎলম-গদবনী ; অদুবু নারায়ণদি অবতার তৌরম্মী হায়বগী য়াদি খণ্ডনদে ; মরম-দুনা লক্ষ্মীদেবীনা অঙ্গ অমথক্কী সাধন তৌবগী য়াদুবু নৈনরিবা শ্লোকসিদা খুদম ওইনা পল্লিবদি করিগীনো ? মদুগী পাউখুমদি অসী ওইবা য়াই । "সাধনে ভাবিবে যাহা, সিদ্ধিদেহে পাবে তাহা" অমসুং "যাদৃশী ভাবনা যস্য সিদ্ধির্ভবতি তাদৃশী"— হায়বা ন্যায়সিগী মতুং ইন্না সাধক-দেহদা ভগবান্‌গী চরণসেবা কৌবা সাধনাঙ্গসী তৌবা মীনা, ভগবৎকৃপাদগী সাধন-না মমুন্‌-ফারবা মতমদা সিদ্ধ পার্ষদদেহদসু ভগবান্‌গী চরণসেবা ফংবা য়াই । পরিকর-শিংগী মরক্তা চরণ-সেবাগী অধিকারীসু ময়াওবোরে হায়বগী প্রমাণদি শ্রীলক্ষ্মীদেবীনী । মহাক নারায়ণগী থবাক্‌ ভান্‌বী ওইরবসু নারায়ণগী চরণ-সেবাদুদনা মহাক্কী লালসা তেন্না লৈরম্মী ।

## মূল ১৩৬

অম্বরীষাদি ভক্তের বহু-অঙ্গ-সাধন ॥ ১৩৬ ॥

### শব্দার্থ

অম্বরীষ-আদি—অম্বরীষনচিংবা ; ভক্তের—ভক্তগীদি ; বহু-অঙ্গ-সাধন—অঙ্গ ময়ামগী সাধন নী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অম্বরীষ মহারাজনচিংবা ভক্তদি অঙ্গ য়াম্না সাধন তৌয়ি ।

## মূল ১৩৭-১৩৯

স বৈ মনঃ কৃষ্ণপদারবিন্দয়ো-  
র্বচাংসি বৈকুণ্ঠগুণানুবর্ণনে ।  
করৌ হরের্মন্দিরমার্জ্জনাদিষু  
শ্রুতিঞ্চকারাচ্যুত সৎকথোদয়ে ॥ ১৩৭ ॥

মুকুন্দলিঙ্গালয়দর্শনে দৃশৌ
তদ্ভৃত্যগাত্রস্পরশেঽঙ্গসঙ্গমম্ ।
ঘ্রাণঞ্চ তৎপাদসরোজসৌরভে
শ্রীমত্তুলস্যা রসনাং তদর্পিতে ॥ ১৩৮ ॥
পাদৌ হরেঃ ক্ষেত্রপদানুসর্পণে
শিরো হৃষীকেশাভিবন্দনে ।
কামঞ্চদাস্যে ন তু কামকাম্যয়া
যথোত্তম ঃ শ্লোকজনাশ্রয়া রতি ॥ ১৩৯ ॥

## শব্দার্থ

সঃ—মহাক ( অম্বরীষ মহারাজ ) ; বৈ—লেপ্পনক ; মনঃ—পূক্নীভবু কৃষ্ণপদারবিন্দয়োঃ—শ্রীকৃষ্ণগী খোঙথম্বাল অনীদা ; বচাংসি—ৱাহৈশিংবু ; বৈকুণ্ঠগুণানুবর্ণনে—বৈকুণ্ঠগী ( হায়বদি কৃষ্ণগী ) গুণ শক্-শোন্বদা ; করৌ—খুৎ অনীনা ; হরেঃ—শ্রীহরিগী ; মন্দিরমার্জ্জনাদিষু—লাইশঙ-ৱাই তৈথোকপনচিংবদা ; শ্রুতিম্—নাকোঙবু ; চকার—শীজন্নৱম্মী ; অচ্যুত-সৎকথোদয়ে—অচ্যুত ভগবান্গী পবিত্র ৱাইবা ৱারীদা ; মুকুন্দলিঙ্গালয়-দর্শনে—মুকুন্দ ( শ্রীহরিগী ) লিঙ্গ ( বিগ্রহ ) অমসুং আলয় ( শঙ ) য়েংবদা ; দৃশৌ—মীৎ অনীবু ; তদ্ভৃত্যগাত্রস্পরশে—মহাক্কী মনাইগী ( ভগবৎ-ভক্তগী ) হক্চাঙ শোক্পদা ; অঙ্গসঙ্গমম্—অঙ্গসঙ্গবু ; ঘ্রাণঞ্চ—নাতোন্বু ; তৎপাদসরোজসৌরভে—মখোঙথম্বাল ( ভগবান্গী খোঙ-থম্বালগী ) মুংশিবা মণম্দা ; শ্রীমত্তুলস্যাঃ—শ্রীতুলসীগী ; রসনাম্—লৈয়েঙ্বু ; তদর্পিতে—মঙোন্দা (শ্রীকৃষ্ণদা) কৎপা অন্ন-নচিংবদা ; পাদৌ—খোঙ অনীবু ; হরেঃ—হরিগী ; ক্ষেত্রপদানুসর্পণে—ভগবৎক্ষেত্রদা চৎপদা ; শিরঃ—কোক্পু ; হৃষী-কেশ অভিবন্দনে—হৃষীকেশ শ্রীকৃষ্ণগী চরণ খুরুম্বদা ; কামম চ—অপাম্ববু ; দাস্যে—নাই ওইবদা ; ন-তু—নত্তে ; কামকাময়া—বিষয়ভোগ তৌনবগী নত্তে ; যথা—মতুনা ; উত্তমঃ শ্লোকজনাশ্রয়া—ভগবান্গী ভক্তদা ; রতিঃ—রতি ( মুংঙাইবা ) ।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

মহারাজ অম্বরীষনা কৃষ্ণগী খোঙ-থম্বান্দা মপূক্নীঙবু, কৃষ্ণগী গুণ শক-শোন্‌বদা মাহৈশিংবু ( ৱাঙ্তাভনবা ইন্দ্রিয়বু ), হরিমন্দিরগী মাই তৈবাখোং-পদা থুং অনীবু, শ্রীকৃষ্ণগী পবিত্রকথাদা নাকোঙ অনীবু, মুকুন্দগী বিগ্রহ অমসুং মন্দির দর্শন তৌবদা মীৎ অনীবু, ভগবদ্‌ভক্তগী হকচাঙ শোক্‌পদা অঙ্গ-সঙ্গ, কৃষ্ণগী খোঙ-থম্বালগী মুংশিবা মগম্না ভিন্নবা তুলসীগী মগমদা নাতোন, কৃষ্ণদা কৎপা অমনচিংবা লৌবদা লৈয়েঙবু, ভগবৎক্ষেত্র চৎপদা খোঙ অনী, হৃষীকেশগী চরণ খুরুম্বদা কোক্-নু শীজন্নখি ; অমসুং বিষয়ভোগ তৌবগী শরুক ওইনা মহাক্তি কদৌঙৈদসু লৈপাক্লেং-চন্দন-নচিংবা লৌখিদে ; উত্তমঃশ্লোক ভগবান্‌গী চরণবু আশ্রয় তৌরিবা মীশিংগী মনূঙদা লৈবা ভক্তিচু মাগীসু ওইরক্নবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা লৈপাক্লেং-চন্দন-নচিংবদু শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদনী খন্দুনা মহাক্না লৌখি ; মতৌ অসুম্না মহাক্না কামবুসু ( ভোগ-তৌনীঙববু ) ভগবান্‌গী নাই ওইবদা শীজন্নরম্মী।

## নৈনরোল

শ্লোকশিংসে শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগী লৌথোরকপনী ( ৯/৪/১৫-২০ )। মখোয়সে মূল ১৩৪ পয়ারদা হায়বা ৱাগী প্রমাণনী।

মূল ১৪০

কাম ত্যাগি কৃষ্ণ ভজে শাস্ত্র-আজ্ঞা মানি।
দেব-ঋষি-পিত্রাদিকের কভু নহে ঋণী ॥ ১৪০ ॥

## শব্দার্থ

কাম—ইন্দ্রিয় পেল্‌হন্নীঙবা ; ত্যাগি—থাদোক্লুনা ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণবু ; ভজে—অদু হুম্‌দবিগী সাধন ভক্তিবু তৌরি ; শাস্ত্র-আজ্ঞা—শাস্ত্রগী ৱাথৎ ; মানি—য়াথুনা ; দেব-ঋষি পিত্রাদিকের—দেব ঋষি অমদি পারোন্-পুরোন্‌শিংগী ( মফমদা ) ; কভু—কদৌঙৈদসু ; নহে—ওইদে ; ঋণী—লমন্-তোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাম (ইন্দ্রি পেলহন্নীঙবা) থাদোক্লগা শাস্ত্রগী য়াথং ইন্দুনা কৃষ্ণ ভজন তৌরগদি দেবঋশিংগী ঋষিশিংগী অমস্রুং ইপা-ইপুশিংগী লমন্-তোন্‌বা কন্দোক্তেদসু ওইদরে।

## নৈনরোল

কাম ত্যাগি—ইচ্ছা-ইচ্ছাগী নুংঙাইনীঙবা পূম্বা থাদোক্তুনা। হন্দক-মপোকী নুংঙাইনবা লন্‌থুম্ হয়েং-মপোকী স্বর্গনচিংবা ধামগী নুংঙাইবা পাম্বা, মোক্ষ পাম্বা কাঙবা কাম কৌয়ি। পূম্নমক্কী থাদোক্তুনা শাস্ত্রনা তাক্‌পা মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণ-ভজন তৌরগদি তৌরিবা মহাক্তুনা পঞ্চযজ্ঞ (যজ্ঞ-মঙা) তৌদবা য়ারে।

দেবঋষিপিত্রাদিকের—দেবনচিংবগী মফমদা মীওইবনা লমন্ মঙাথক তোল্লী; মদুদি—দেবঋণ, ঋষিঋণ, পিতৃঋণ, ভুতঋণ অমসুং নরঋণ (মরীমতাশিংগী মফমদা তোন্‌বা লমন)। ইন্দ্রনচিংবা দেবশিংনা নুংশা নোংজুনচিংবা তৌহন্দুনা ঐখোয়গী হিংননবা মহৈ মরোংনচিংবা থোকহন্‌বদা মতেঙ পীবগী দমক ঐখোয় দেবশিংগী লমন তোল্লী। ঋষিশিংনা যজ্ঞনচিংবা তৌহুনা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংগী পেন্নবা তৌরগা নুংশা-নোংজু-নচিংবা থবক ওইনবা তৌয়ি অদুগা মখোয়গী সাধন তৌরগা ফংবা ভগবান্‌গী তত্ত্বনচিংবদু শাস্ত্র ওইনা লেংথোক্‌পীদুনা ঐখোয়গী পারমার্থিক মঙ্গল ওইনবা তৌদিরমী, মরমসিনা ঐখোয় ঋষিশিংগী মফমদা ঋণী ওইরবনী। ঐখোয়গী মপোক, হকচাঙ অমদি হকচাঙবু ঙাক্‌পিনবগী দমক ঐখোয় ইমা ইপাগী লমন্ তোল্লিবনী। কাক, লঙজা-উমাইবী, হূঙ্গনচিংবা জীব (ভূত)-না মী অমদি অশিবা জীবগী অপূম্বা শদূমচিংবা চাথোক্‌পা মরম্না, নুংশীৎলম অসিগী মণম ণমখিগদবা কোক্‌ল্লী; শল-ইরোইনচিংবা জীবনা ঐখোয়গী লৌউ-শীঙউ-বদা তেঙবাঙী, মখোয়সু ঐখোয়গী হকচাঙ য়োকপদা য়াম্না কান্নে। ঙা-নচিংবা ঈশীঙগী জীবশিংনা পুখ্রীনচিংবগী অমোৎপন্নখৈ চাথোক্‌পা মরম্না থম্বা ঈশীঙ লূবা ঙম্লিবনী। মতৌ অমুম্না অতোন্‌বা জীবজন্তুশিংনা মীওইবগী

কান্নবা অমা নত্রগা অনদি অহুম মতৌয়ি। মরমসিনা মখোয়গী লমন ঐখোয়না তোল্লিবনী । মরীমতা, কৈরোয়-লৈকায়গী মীশিংনা হক্ৎখেংননা নত্রগা নাকোয়ননা ঐখোয়গী কান্ননবা থবক কয়া তৌরি । লৌউবশিংনা মহৈ-মরোং থাহুমা ঐখোয়গী হিংননবা থবক কয়া তৌয়ি । ফিশাবা-ফিশাবীনা ফি শারগা ঐখোয়না ফি শেংপা ফংলিবনী । কান্নবা ময়ামসী ফংবগীদমক ঐখোয়না মখোয়গী লমন তোল্লিবনী । হোম তৌহুনা দেবগী লমন্, শাস্ত্র তমহুনা ঋষিগী লমন্, ইচা পোক্নুনা অমসুং শ্রাদ্ধতর্পণচিংবা তৌহুনা ইপাগী লমন্, বলি-না ( জীবশিংগী মচীন্জাক্না ) ভূতশিংগী লমন্ অমসুং অতিথি-সংকারনা মরীমতাশিংগী লমন (নরঋণ) শিংগদবনী । লমন মশাসী শিংননবা উপায়বু পঞ্চযজ্ঞ ( যজ্ঞ মঙা ) কৌয়ি । মসী পূম্নমক য়ুম্বান্বা মী খুদিংগী মথৌনী । অদুবু "এইসব ত্যাগি আর বর্ণাশ্রমধর্ম্ম ।" অমসুং "সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য"—নচিংবা প্রমাণ মতুং ইন্না থাদোকপা ওমগদবা মতমদা—আশ্রম ধর্ম্মনচিংবা থাদোক্নুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ খাদা চঙজহুনা ভজন তৌগদবনী । মতাঙসিদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়রি—লোইনমক থাদোক্নগা শাস্ত্রবিধি মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণভজন তৌবা মীশিংনা পঞ্চযজ্ঞ তৌদ্রবসু মখোয়গী করিমতা অকায়রা লৈতে । গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংগী মফমদদি শ্রীমন্মহাপ্রভুগী বচন-সী মছানা অহুম্ প্রমাণ ওইরবনী ; মসী চুম্মী হায়বগীদমক শাস্ত্রীয় প্রমাণ উৎত্র-বসু য়ারে ।

পয়ারসিদা হায়রিবা য়াগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী শ্লোক অমা লৌখংলি ।

মূল ১৪১

দেবর্ষিভূতাপ্তনৃণাং পিতৄণাম্
ন কিঙ্করো নায়মৃণী চ রাজন্ ।
সর্ব্বাত্মনা যঃ শরণং শরণ্যং
গতো মুকুন্দং পরিহৃত্য কর্ত্তম্ ॥ ১৭১ ॥

### শব্দার্থ

দেবর্ষিভূতাপ্তনৃণাং—দেব ঋষি, ভূত, পোয্য হায়রবদি মরীমতানচিংবশী ; পিতৃণাম্—ইপাশিংগী ; ন—নত্তে ; কিঙ্করঃ—মনাই ; ন—নত্তে ; অয়ম্—মহাক ; ঋণী—লমন-তোনবা ; চ—অমসুং ; রাজন্—হে ইনিংথৌ ; সর্ব্বাত্মনা—মওং পূম্বদা ; যঃ—মহাক্না ; শরণ—চঙজবা ; শরণ্যং—চঙজকমদা ; গতঃ—চঙলে ; মুকুন্দং—মুকুন্দদা ; পরিহৃত্য—থাদোক্লুনা ; কর্ত্তম্—তৌফম-থোকপা থোক্তবা থবক মত্রগা থেন্নবা ( ভেদ )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকরভাজন-না নিমি মহারাজদা হায়রম্মী—হে ইনিংথৌ, কনাগুম্বনা তৌফম থোক্পা থোক্তবা থবক থাদোক্লুনা করিমত্তা থাক্তবমথৈ চঙজকম্-ওইরিবা মুকুন্দদা চঙজরবদি মহাক্লুনা দেবতা, ঋষি, ভূত, মানা ম্নোক্পা মরীমতাশিংগী লমন্ তোন্দ্রে। ( মরমদুনা মথোয় কনামতগী ) কিঙ্করসু ( মনাইসু ) ওইদ্রে।

### মূল ১৪২

বিধি ধর্ম্ম ছাড়ি ভজে কৃষ্ণের চরণ।<br>
নিষিদ্ধ পাপাচারে তার নহে মন ॥ ১৪২ ॥

### শব্দার্থ

বিধিধর্ম্ম—বর্ণাশ্রমগী তৌফম-থোকপা মথৌ ; ছাড়ি—থাদোক্লুনা ; ভজে—ভজন তৌরি ; কৃষ্ণের চরণ—শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ ; নিষিদ্ধ—তৌহৈ-দবা ; পাপাচারে—পাপকী থবক্তা ; তার—মহাক্কী ( কৃষ্ণ ভজন তৌবা মীগী ) ; কভু—কদৌঙৈদসু ; নহে মন—পূক্নীঙ চঙদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বর্ণাশ্রমগী হৌনবী তৌকম্থোকপা-থোক্তবা মথৌ থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণকী চরণবু ভজন তৌবা মীগী মপূক্নীঙদো কদৌঙৈদসু তৌহৈদবা পাপকী আচারদা চঙদ্রে।

## মৈদরোল

কনাগুম্বনা মপুক্লীভ কাজমবগীদমক ভক্তি-অঙ্গ-ভৌবা নত্তনা ভোভানবা অনুষ্ঠান অমা ভৌরুদবস্থ য়ারে।

মসিদা য়াওরিবা বিধিধর্ম্ম-সিগী অর্থদি লোকধর্ম্ম, বেদধর্ম্ম, দেহধর্ম্ম, কর্ম্ম, হায়বনী। ইহকাল নত্রগা পরকালগী মুংভাইনীভবগী ধর্ম্ম হায়বনী। মকমসিদা—"বিধিধর্ম্মগী" অর্থদি "বিধিমার্গ অমসুং রাগমার্গ"-মসুং চনবা 'বিধিধর্ম্ম'হ নত্তে। মরমদি, বিধিধর্ম্মহুমকী য়াহুমক মকমসিদা শ্রীমন্মহা-প্রভুনা তাক্পীরি; বিধিধর্ম্মগী অনুষ্ঠানগী মতাংদা মহুবু থাদোক্লবা য়া তাক্পা হৌনদে।

### মুল ১৪৩

অজ্ঞানেও যদি হয় পাপ উপস্থিত।
কৃষ্ণ তারে শুদ্ধ করে না করে প্রায়শ্চিত্ত॥ ১৪৩॥

### শব্দার্থ

অজ্ঞানেও—খঙদ-খঙদনা ওইরবসু; যদি হয়—ওইরবদি; পাপ উপস্থিত—পাপ লাক্পা; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা; তারে—মহাকপু (কৃষ্ণ-ভজন-ভৌবা মীবু); শুদ্ধ—শেংদোক্পা; করে—ভৌয়ি; না করে—ভৌদে; প্রায়শ্চিত্ত—প্রায়চিৎ, শাস্তি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(কৃষ্ণ ভজন ভৌবা মীগী মফমদা) মহাক্লদি খঙহৌদবা ওইনা পাপ থুংলরবদি শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু শাস্তি পীদে, পীবগী মহুত্তা মপুক্লীংদো শেং-দোক্পীয়ে।

### মুল ১৪৪

স্বপাদমূলং ভজতঃ প্রিয়স্য
ত্যক্তান্যভাবস্য হরিঃ পরেশঃ।
বিকর্ম্ম যচ্চোৎপতিতং কথঞ্চিৎ
ধুনোতি সর্ব্বং হৃদি সন্নিবিষ্টঃ॥ ১৪৪॥

## শব্দার্থ

স্বপাদমূলং—শ্রীকৃষ্ণ মছামকী খোঙবু ; ভজতঃ—ভজন-তৌরিবা ; প্রিয়স্য—নুংশিবা মীগী ; ত্যক্তান্যভাবস্য—শ্রীকৃষ্ণনীঙবা নত্তনা অতৈ ভাব থাদোক্লবা ; হরিঃ—শ্রীহরিনা ; পরেশঃ—পরমেশ্বরনা ; বিকর্ম্ম—তৌহৈদবা থবক ; যৎ-চ—মতু ; উৎপতিতং—থুংলরবা ; কথঞ্চিৎ—খর ; ধুনোতি—চাম্থোক্যি ( মাংহল্লী ) ; সর্ব্বং—পুম্নমক ; হৃদি—থম্মোইদা ; সন্নিবিষ্টঃ—চঙহ্নুনা লৈরিবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকরভাজন-না নিমি মহারাজদা হায়রম্মী—( শ্রীকৃষ্ণসেবাগী ভাব নত্তনা ) অতৈ ভাব-লৈত্রবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী পাদমূলসেবাদা লূপ্পা, শ্রীহরিগী নুংশিরবা ভক্তগী মকমদা করিগুম্বা তৌহৈদবা থবক থুংলরবদি, মহাক্কী মনুংদা লৈবা পরমেশ্বর শ্রীহরিনা থবকুবু মপুং ফানা মাংহন্বিয়ে ।

## নৈনরোল

কনাগুম্বনা মরম্নাই দেহগী নুংঙাইবা পায়বদি অপাম্বতু থুংননবা হায়তুনা মহাক্না তৌহৈদবা পাপকী থবক তৌবদি ওইথোকপা য়াই ; অদুবু অদু-গুম্বা অপাম্বা অমতা লৈত্রবা ভক্তগী, ত্যক্তান্যভাবস্য—শ্রীকৃষ্ণগী সেবা পাম্বা নত্তনা—দেহনচিংবগী নুঙাইনীংবা অমসুং অতোপ্পা দেবতাবু পেন্-হয়নগী বাসনা কাওবা থাদোক্লবা অমসুং কৃষ্ণগী নুংঙাইবগীদমক্তা ওইবা রাথনগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী পাদমূলং ভজতঃ—মথোক্ত থম্বাল অদু ভজন তৌরিবা অদুগুম্বা প্রিয়স্য—শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয় ( নুংশিজরবা ) ভক্তগী চিন্তনা করিগুম্বা মতমদসু তৌহৈদবা পাপ আচারদা লূপ্পদি ওইথোক্রোই ; অদুম ওইনমক করিগুম্বা কাউথোকপদগী মহাক্কী করিগুম্বা বিকর্ম্ম—তৌহৈদবা থবক অমা লাক্লবা অদু ওইরবসু মহাক্কা ভগবানগী নুংশিবা ভক্ত অমা ওইবনা থবকুশীদমক মহাক শাস্তি ফংদে : মরমদি মহাক ভগবানগী নুংশিবা ভক্ত অমা ওইবনীন। মহাক্কী চিন্তদা ভগবৎ ভাবত্তনা পুংথন্ থল্লী ; চিন্তদুদা বিকর্ম্মনা ( তৌহৈদবা থবক্কা ) করিসু তৌবা উমদে—পরেশঃ (পরমেশ্বর),

শক্তিপুন্নমকী মবুংঙো শ্রীহরিনা হৃদিসন্নিবিষ্টঃ—মাগী থম্মোইদা চঙহুনা লৈবনা—ভক্তচানবা ভগবান্না বিকর্ম্মহুবু ভক্তহুগী চিত্তদগী ধুনোতি—লাপ্না ভাম্মোকৃয়ি। বিকর্ম্মহুনা মাগী চিত্তদা দাগ (মমি) অমতা থম্বা ভম্দে হায়-হুনা মহাক করিগুম্বা চৈরাক অমতা ফংদে। মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা মহাকী চিত্ত-শেংবগী ফীভমদো ভাকৃশেল্লী।

শ্লোকসী মূল ১৪১ পয়ারদা হায়রিবা মাগী প্রমাণী।

মূল ১৪৫

জ্ঞান-বৈরাগ্য ভক্তির কভু নহে অঙ্গ ॥ ১৪৫ ॥

শব্দার্থ

জ্ঞান—মায়াবাদ; বৈরাগ্য—লুংঙাইবা থাদোকপা (ভোগত্যাগ); ভক্তির—ভক্তিগী; কভু—কদৌউৈদস্সু; নহে—নত্তে; অঙ্গ—শরূক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জ্ঞানগা বৈরাগ্যাদি ভক্তিগী অঙ্গ কদৌউৈদস্সু ওইদে।

নৈনরোল

জ্ঞান-গী অঙ্গ অহুম্নী; অহানবদা ত্বম্‌পদার্থ (নঙ হায়বা পোৎপু) খঙবা, নত্রগা জীবগী স্বরূপ করিনো হায়বা খঙবা; অনীশুবদা তৎপদার্থ (মহাক হায়বা পোৎপু) খঙবা, অতুগা অহুমশুবদা—জীবগা ব্রহ্মগা অমতনী হায়বা (ঐক্যবিষয়ক) খঙবা। অহুমসিগী মনুঙদা অহুমশুবসী (হায়বদি জীবগা ব্রহ্মগা অনীসী অমতনী হায়বা জ্ঞান অসী। ভক্তি মার্গগী মপুঙ-ফাবা বিরো-ধীনী। মরমদি, মসিগুম্বা জ্ঞান্না ভগবানগা জীবগা অনীগী মরক্তা ওইরিবা সেব্য-সেবকত্ব-ভাব অদু মাঙথে। মরমসিনা জ্ঞান অসী ভক্তিগী অঙ্গস্সু ওইদে, জ্ঞান অসিগী মচেৎ অমত্তনস্সু ভক্তিগী ওইছনবা হায়বহু ওইদে, মরম-হুনা মসিবু পুম্থা-থাদোকদবনী। অতুগা অহানবা অঙ্গ জীবগী স্বরূপ-জ্ঞান অতুগা ভগবৎ-স্বরূপ জ্ঞান—অনীমিদি ভক্তিমার্গগী সাধকশিংনা হন্দোকদবা নত্তে। জীবগীগা ভগবানগীগা অনীগী মরক্তা স্বরূপকী নতুং ইন্না করি সম্বন্ধ

লৈবগে হায়বত্থ খঙবা য়াদে ; মরমন্থনা ভজনগী মায়কৈদগীসু খুদোং চায়োই। জ্ঞানগী অঙ্গ অনীসিদি ভক্তিগী কায়ে ; অঙ্গ-হুম্ফ মরিগী সাধন ভক্তিগী সদ্ধর্ম্ম পৃচ্ছা—সৎ ধর্ম্ম হংবা" হায়বা অঙ্গত্থু তৌবা তারবদি জ্ঞানগী অনীসিসু থোরকৃয়ি । মরমসিনা শ্রীসনাতন-গোস্বামিপাদ-না সদ্ধর্ম্মপৃচ্ছা তৌবগী মতাঙদা শ্রীমন্মহাপ্রভুদা হংলম্মী—"কে আমি—ঐহাক কনানো ?" হায়বদি জীবগী স্বরূপ করিনো ( ত্বম্‌পদার্থগী জ্ঞান ), "আমারে কেন জারে তাপ-ত্রয়ে"—ঐহাকপু করিগীদমক তাপ (মৈচাক) অহুম্না চাক্লিবনো ?" ব্রাহংসিগী পাউখুম পীরকৃপদা শ্রীভগবান্‌গী তত্ত্ব ( তৎ-পদার্থগী জ্ঞান ) অত্থ থোরকৃয়ি। তত্ত্ব অনীসী খঙদ্রগদি সাধকভক্তগী শ্রদ্ধাত্থ চেৎকদরা চেৎলোইদরা হায়বগী চিংনবা অমা লৈ। তত্ত্ব অনীসী থৌশাদনঙাই নত্রবসু মখোয়গী ভক্তিগী দমক্তি মুখ্য অঙ্গ নত্তে, অত্থুদি ওইরগা ভক্তিমার্গদা চঙনবগী মতেঙনী। মরমসিনা সাধন-ভক্তি হৌবগী মশক ওইবা অহান্‌বা অঙ্গ তরাগী মনূঙদা "সদ্ধর্ম্মপৃচ্ছা" য়াওরিবনী, ভক্তিগী মুখ্য অঙ্গ নববিধা-ভক্তিগী মনূঙদদি নত্তে।

বৈরাগ্য—শব্দসিগী অর্থদি ভোগ ( চাব-থক্‌পনচিংবা ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক ) থাদোকপা হায়বনী। থাদোক্‌পা হায়বসিগী মায়কৈরোমদগী য়েংলগদি বৈরাগ্যবু মখল অনী থোক্না থায়দোকপা য়াই। মত্থদি—যুক্ত (চপ চাবা) বৈরাগ্য অমসুং ফল্গু বৈরাগ্য হায়বদি শুষ্ক (চপঙনবা) বৈরাগ্য। কৃষ্ণকৃপা ফংনবগী-দমক মর্ছাগী ভোগ থাদোকপা অত্থ যুক্তবৈরাগ্যনী। যুক্তবৈরাগ্যদা তৌকম্‌-থোক্‌পা বিষয়-ভোগকীদি দোষ লৈতে, হায়বদি ভক্তি অঙ্গ পাঙথোক্লবগী-দমক তৌকম্ থোক্‌পা বিষয়ভোগত্থবৃদি থিংদে। অচাপোৎ অমসুং ফিজেৎ-লৌত্তেংনচিংবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদ ওইনা কৃষ্ণ-মনাইনা লৌরিবনী হায়না লৌগদবনী—মছাগী ভোগ-বিলাসগী পোৎ ওইনা লৌর-গদি মত্থ ভক্তিগী বিরোধীনী। অত্থগা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা নত্তবা ভোগ-ত্যাগদি ফল্গু বৈরাগ্য হায়বদি শুষ্কবৈরাগ্য কৌয়ি। অসিগুম্না থাদোক্‌পনদি ভোগ ভৌনীঙবগী মরু ফুক্‌থোক্‌পা য়াদে। ভোগ-পাম্বসু শ্রীভগবান্‌গী কৃপা নত্তনা চৎলো হায়ব য়াদে। মরমদি অপাম্বসী মায়ানা ওইহল্লিবনী ; শ্রীকৃষ্ণগী

চরণ-খাদা চঙজরবদি মায়াগী খুত্তগী—অদুনা অপাম্বগী খুত্তগী—লাম্হোক্পা ঙম্মোই। মথক্তদি ইশীঙ উদবা মনূঙদদি ঈশীঙ লৈবা—মপান্দা লৈঙোই-ঙাক্তা উবা, অদুগুম্বা তুরেনবু ফল্গু তুরেল কৌই। ফল্গু-বৈরাগ্যগীসু মপান্দা বৈরাগ্যগী মতৌ অদুগা মনূঙদনা ভোগবাসনা অদুম মরে। মখোয় অনীগী মতৌ মান্নে হায়দুনা তুরেন্‌গুম্না বৈরাগ্য জাত্তা অসিবু 'ফল্গু' হায়রিবনী।

মসুম্না থাদোক্লবগী হোৎনবদা, কৃষ্ণকৃপা ঙাইদবমখৈ সাধক মছাগী শক্তিতনা ভোগবাসনা তাম্হোক্লবা হায়বদু ওই হায়দুনা ইন্দ্রিয়বৃত্তিগা য়ানা লাম্ষেংনবা তারক্‌য়ি। মদুগী ফল ওইনা থম্মোইদু কংশিল্লী (শুষ্ক ওইরক্‌য়ি) অমসুং কন্‌শিল্লী। কল্লবা থম্মোইদা অমেঙবা ভক্তিনা লৈবা ঙম্‌জদে। য়াফমগী জ্ঞানগী মতাঙদসুনী। তোঙান্-তোঙান্‌বা সম্প্রদায়গী—তোঙান্-তোঙান্‌বা মত চংনৈ। ভক্তিগী অকায়বা মতশিংদু কক্লবা য়েংনবদা শুষ্কতত্ত্ব ( চগঙনবা য়াফম্ ) ঙাঙনৈ অমসুং তত্ত্বগী শুষ্কতর্কদা পূক্নীং লূপ্পী, অদুম তৌরবদি থম্মোই কন্‌শিল্লী। অসিগুম্বা কল্লবা থম্মোইদা ভক্তি পোক্তে হায়না ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়রি।

তৌজিক হংবা য়াই—অণুকূল ওইবা জ্ঞানগা বৈরাগ্যগা অনীনা সাধনগী অহান্‌বা ফীভমদা সহায় ওইরগা মতূঙদা ওইরোই হায়বসী করিগীনো? সহায় নত্তনদি ভক্তিনা মথঙ মথঙ হোম হোম চাঙখৎলক্‌পদি করম্না ওই-থোক্‌পা য়াগনী? মসিগী পাউখুমদি অসিনী—অহান্‌বা হৌরক্‌পদা মখোয়না সহায় ওইবদি অতোপ্পা পোত্তা পূক্নীঙ লূপ্পদু কোক্লনবগীদমক্তনী, সাক্ষাৎ ওইনা ভক্তি হেন্‌গৎনবগীদমক অহানবা হৌরকপদসু ওইবা সহায় নত্তে। অতোপ্পা পোত্তা পূক্নীঙগী আবেশ লৈরম্বদো লৈত্রবদা মখোয়গী থবক অদুম লেপথ্রবনী; মরমদুনা অত্যাবেশ লৈত্রবা মতূঙদা ভক্তি পোক্লবা মতমদদি মখোয়না সহায় ওইবসু অদুম লেপ্‌থ্রবনী; মতমদুদদি ভক্তিনা ভক্তিগী সহায় ওইরবনী, ভক্তিনা মতমদুদা ভক্তি-হেন্‌গৎনবগী মরম (হেতু) ওইরবনী। অমুক হংবা য়াই—জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্যগী সাধনদা য়াম্না য়াবা ফংঙ্ভী হায়বসী অওইবনী, মদুনা মরম ওইদুনা থম্মোই কন্‌বা ওইখৎলক্‌য়ি হায়বসু অওই-বনী, অদুবু ভক্তিগী সাধন তৌবদদি অম্বাবা করিমতা ফংজ্রা? ভক্তিগী

সাধন-দা অৱাবা পোক্লবোইদি ভক্তিনসু থম্মোই কল্‌হনবা য়াই। মসীগী পাউখুমদা হায়বা য়াবদি অসিনী—ভক্তি সাধনগী হোৎনবদা ( আয়াস-দা ) কাঠিন্য ( কঠিন ওইবগী ভাব ) ওইবগী তাঞ্জা লৈতে ; ভক্তিগী সাধন দদি ফজবা, লেমজবা ( মাধুর্য্য ) অমসুং বৈদগ্ধী ( রস চুপ্পা হৈবা )-গী থোরক্‌ফম ওইবা শ্রীভগবান্‌গী মধুর রূপ, গুণ অমসুং লীলানচিংবা নীঙশীঙবদা চিত্তদো নৌনা থোংলী ; মতুদা ভক্তিগী মরুত্ ( উৎসত্ ) ঈচেন্‌গুম্না চেম্বোরকয়ি ; মরমসিনা ভক্তিগী সাধন-দা হুদি কঠিন ওইরক্নী হায়বগী কিনঙাই মরম লৈতে।

মথক্তা নৈনরিবসিদগী ঐখোয়না খঙবদি—অহান্‌বদা, জ্ঞান-দি ভক্তিগী অঙ্গ নত্তে ; জীবগা ব্রহ্মগা অমতনী হায়বগী জ্ঞানদি তক্তিগী বিরোধীনী, মরমতুনা মতম পুম্বদা জ্ঞান বু থাদোক্কদবনী। জীবগী স্বরূপকী জ্ঞান অতুগা ভগবৎস্বরূপকী জ্ঞানদি, সাধনগী অহান্‌বা ফীভমদা, চিত্তগী অন্যাবেশ ( অতোপ্পা ৱাখলদা চঙবা ) অদু কোক্লনবগীদমক্তি ভক্তিগী সহায় ওই হায়বা য়াই, অতুবু ভগবৎকৃপানা ভক্তি দা চঙলগদি জ্ঞানগী সহায়তাদু ( মতেঙতু ) চঙদ্রে, মতমতুদা অতোপ্পা মত কক্লনবগীদমক কংয়েংকী থোরক্‌ফম ওইবা জ্ঞানতুদা অতোপ্পা মত কক্লনবগীদমক কংয়েংকী থোরক্‌ফম ওইবা জ্ঞানতুনা অমুক ভক্তিগী বিরোধী ওই ; মরমতুনা ভক্তিগী মচা নোয়-পেল্‌হনবগীদমক মসীসু ( জ্ঞানবুসু ) থাদোক্কদবনী। অমীশুবদা বৈরাগ্যগী-মন্‌ঙদা যুক্ত বৈরাগ্যদি ভক্তিগী য়াইফনবনী। অতুবু ফল্গু বৈরাগ্যদি প্রতিকূল-নী ( য়েক্নবনী ), মরমসিনা পুমথা থাদোক্কদবনী। যুক্তবৈরাগ্যসু ভক্তিগী অঙ্গ নত্তে, সহায়দমক ওইবনী।

মূল ১৪৬

তস্মান্মদ্‌ভক্তিযুক্তস্য যোগিনো বৈ মদাত্মনঃ
ন জ্ঞানং ন চ বৈরাগ্যং প্রায়ঃ শ্রেয়ো ভবেদিহ ॥ ১৪৬ ॥

## শব্দার্থ

তস্মাৎ—মরমতুনা ভক্তিযোগ মগম্ভুনা জ্ঞান-বৈরাগ্যগী মতেঙ য়াওদ্রবসু

হুংশি-লাং পুম্নমক, চিংনবা পুম্নমক অমস্তুং প্রারব্ধ কর্ম্ম পুম্নমক মাঙহল্লী হায়-বনা ) ; মদ্ভক্তি-যুক্তস্য—ঐগোন্দা ভক্তি- লৈবা ; যোগিনঃ—যোগীগী ; বৈ—লেপ্পমক ; মদাত্মনঃ—ঐগোন্দা কৎথোক্লবা ; ন জ্ঞানং—জ্ঞান-নত্তু ওইদে ; প্রায়ঃ—মরোম্ ; শ্রেয়ঃ—মঙ্গল ; ভবেং—ওই ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবকী মফমদা হায়খি—হে উদ্ধব ! (জ্ঞান-বৈরাগ্যগী মতেঙ য়াওদ্রবসু অতেমা ভাইদ্রবা ভক্তি মথন্তনা হুংশিলাং ( হৃদয়গ্রন্থি ) পুম্নমক, চিংনবা পুম্নমক অহুগা প্রারব্ধ কর্ম্ম পুম্নমক মাঙহন্‌বা ঙম্মী হায়হুনা ( ঐগোন্দা চিত্ত কৎলবা অমস্তুং ঐগোন্দা ভক্তি-লৈবা যোগী-গীদি ( ভক্তিযোগী-গীদি ) জ্ঞানগা বৈরাগ্যগনা অয়াম্বা মঙ্গল ওইহন্দে (মহাক্কী ভক্তিহু য়োক্‌খৎপা নত্তে)।

## নৈনরোল

প্রায়ঃ—মরোম ; মরোম ওইদে হায়রগা খঙবদি—করিগুম্বা মতমদা খজিক-খজিক্কি ওইবা য়াই হায়বনী। সাধন হৌগৎলক্‌পদা তৎ-পদার্থগী অমস্তুং ত্বং-পদার্থগী জ্ঞান অমস্তুং অন্যাবেশ মাঙহন্নবগীদমক্তি ভক্তিগী বিরোধী ওইদবা ত্যাগ ( থাদোকপা ) অহু খজিক্কংদি মকাল্লে হায়হুনা অহুগা মখল অমগী বৈরাগ্যাদি—যুক্তবৈরাগ্যাদি—ভক্তিগী কাল্লে হায়হুনা মফমসিদা 'প্রায়ঃ' শব্দ শীজন্নবনী।

যোগিনঃ—মদাত্মনঃ ( ঐগোন্দা মথম্মোই কৎলবা মীগী ) অমস্তুং মদ্ভক্তি-যুক্তস্য হায়বা শব্দ অনীসী যোগিনঃ-শব্দগী বিশেষণ-ভাক্নী ; মরম-হুনা যোগিনঃ শব্দনা ভক্তিযোগগী সাধক-পুদা খঙহল্লে হায়বসে ইলায়-লায়না খঙবা ঙম্মে।

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগীনী (১২/২০/৩১)। মসী মূল ১৪৩-পয়ারগী প্রমাণনী।

### মূল ১৪৭

**যম-নিয়মাদি বুলে কৃষ্ণভক্তসঙ্গ ॥ ১৪৭ ॥**

## শব্দার্থ

যম-নিয়মাদি—যোগমার্গ সাধনগী অঙ্গ যম-নিয়মনচিংবা। বুলে—কোয়চং চংলী ; কৃষ্ণভক্তসঙ্গ—কৃষ্ণভক্তগা লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( যোগমার্গগী সাধনগী অঙ্গ ) যম-নিয়ম-নচিংবহু কৃষ্ণভক্তপা লোয়ননা কোয়চং চংলী।

## নৈনরোল

যম-নিয়ম-নচিংবা যোগমার্গগী সাধন তৌননবা অঙ্গশিংস্নু কৃষ্ণভক্তনা তৌঙাল্লা অমুক তৌগদবা নাত্তে। ভক্তি-অঙ্গগী তুংইন্বা ওইনা যম-নিয়ম-নচিংবা সাধনগী ফল অতুম লাকৃচৈ।

যম—যম-গী মশীঙ তরানী, মহুদি—হু শিহৈবা (আনৃশংস্য), ভাকৃপী-হৈবা, সত্য, অহিংসা, ইন্দ্রিয় থৃহুম-চন্বা ( দম ), পূকচেলতিংবা (আৰ্জ্জব), ধ্যান, চান্বিবা (প্রসাদ), মাধুর্য্য (ব্যবহার ফজবা) ; ( খোন-লূবা ), পেন্বা ( সন্তোষ )-( বহ্নিপুরাণে যম-শান্তিলোপাখ্যান )। মনুসংহিতাগী মত মতুং ইন্না, অহিংসা, সত্যবচন, ব্রহ্মচর্য্য, অকল্কতা ( নাপন্দবা ), অমসুং অস্তেয় ( হূরান্দবা ), যম মঙাসিনী। গরুড় পুরাণগী মতুং ইন্না, ব্রহ্মচর্য্য, দয়া, ক্ষমা, ধ্যান, সত্য, নাপন্দবা ( দম্ভহীনতা ), অহিংসা, অস্তেয়, মাধুর্য্য, দম হায়বা খরসী যম হায়বহুনী।

নিয়ম—বেদান্তসারগী মত মতুং ইন্না, শৌচ (অমাং-অশেংগী শেংবা), সন্তোষ, তপ, স্বাধ্যায়, অমসুং ঈশ্বর-প্রণিধান ( ঈশ্বরদা পুক্নীঙ লূপ্পা )—মঙাসিবু নিয়ম কৌয়ি। তন্ত্রসারগী মতুং ইন্না, তপ, সন্তোষ, আস্তিক্য ( শাস্ত্রবু থাজবা ), দান, দেব পূজা, সিদ্ধান্তশ্রবণ, লজ্জা, মতি, জপ অমসুং হোম—তরাসিবু নিয়ম কৌয়ি।

ভক্তিমার্গগী থোইদোকৃপা মতৌদি ( বৈশিষ্ট্যাদি ) অসিনী যম-নিয়ম-নচিংবসী থৌওইনা অভ্যাস তৌদ্রবসু য়াই। তোঙাল্লা মৌরগদি চিত্ত কঠিন

ওইরকয়ি ; চিত্তগী কঠিন ওইবদি ভক্তিগী বিরোধীনী। সাধক অমগী মতাও-দদি ভক্তি পোক্লকপগা লোয়ন-লোয়ননা চাবা থকপদা লৈরবা আসক্তিদো অদুম মাওথি। অদুনা হায়রিবনী—যম-নিয়ম-নচিংবদি কৃষ্ণভক্তগা লোয়ন-লোয়ননা কোয় (বুলে)। মসিগী প্রমাণ ওইনা 'এতে ন হ্যদ্ভুতা ব্যাধ-নচিংবা' শ্লোক অমা মথাদা পীরি।

## মূল ১৪৮

এতে ন হ্যদ্ভুতা ব্যাধ তবাহিংসাদয়ো গুণাঃ।
হরিভক্তৌ প্রবৃত্তা যে ন তে স্যুঃ পরতাপিনঃ ॥ ১৪৮ ॥

## শব্দার্থ

এতে—পুম্নমকসিনা ; ন হি—লেপ্নমক নত্তে ; অদ্ভুতা—অঙকপা ; ব্যাধ—হে শাদানবা ; তব—নহাক্কী ; অহিংসা আদয়ঃ—অহিংসানচিংবা ; গুণাঃ—গুণশিং ; তব—নহাক্কী ; অহিংসা-আদয়ঃ—অহিংসানচিংবা ; গুণাঃ—গুণশিং ; হরিভক্তৌ—হরিভক্তিদা ; প্রবৃত্তাঃ—চঙলবা ; যে—মখোয় ; ন—নত্তে ; তে—মখোয়দো ; স্যুঃ—ওই ; পরতাপিনঃ—অতোপ্পবু নৈবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনারদনা নহাক্কী শিয়্যা ব্যাধদা হায়খি—হে ব্যাধ ! নঙগী অহিংসা-নচিংবা গুণশিংসী করিস্থ ঙকঙাই ওইদে। মরমদি, হরিভক্তিদা চঙলবা মী-শিংদি অতোপ্পবু নৈনীঙদে।

## নৈনরোল

শাদানবা ( ব্যাধ ) অমনা নারদগী কৃপানা শা হাৎপা তোক্লনা ভক্তি মার্গদা ভজন তৌবা হৌখি। কোম্মংদা মহাক্কা কক্‌চেঙ ঙাক্ত ঙায়রবা লম্বীদা নেৎথলগনী হায়না মখোঙ থাংবা ঙম্থিদে। ভক্তিমার্গগী ভজনগী ময়াইনা অহিংসা, যম, নিয়ম-নচিংবদু মথক্তা মরম্লাই ওইনা লাক্লি হায়বগী প্রমাণ্নী নৈনরিবা শ্লোকসী।

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা য়াওবা (১/২/১২৮) স্কন্দপুরাণগী বচন-নী।

মূল ১৪৯

বিধিভক্তি—সাধনের কৈল বিবরণ।

রাগানুগা—ভক্তির লক্ষণ শুন সনাতন ॥ ১৪৯ ॥

শব্দার্থ

বিধিভক্তি-সাধনের—বিধিভক্তি সাধনগী ; কৈল—হায়রে ; বিবরণ—মরোল ; রাগানুগা-ভক্তির—রাগ-গী তুংইনবা ভক্তিগী ; লক্ষণ—মতৌ-মরাং ; শুন—নাকোঙনা তাও ; সনাতন—হে সনাতন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—ওহে সনাতন ! বিধিভক্তি সাধনগী মরোল হায়রেদো ; হৌজিক্তি রাগানুগা ভক্তিগী লক্ষণ করিনো হায়বদু হায়রগে নাকোঙনা তারে।।

নৈনরোল

পোৎ অমগী লক্ষণ মখল অনীনী, মদুদি—স্বরূপ লক্ষণ অমসুং তটস্থ লক্ষণ হায়বা অনা ; মদুনা করিগুম্বা পোৎ অমা শারবা নত্রগা পোৎকি আকৃতি প্রকৃতিনা খঙবা য়াবা অদু পোৎতুগী স্বরূপ-লক্ষণনী। পোৎকী কাথা-মরা—থবক্না খঙবা য়াবা অদু তটস্থ লক্ষণনী। শক্তিগী থবক্না খুদম্মকা শক্তিদু পোৎকী তটস্থ লক্ষণনী। তশেংনমক পোৎকী স্বরূপ, শক্তি অদুগা শক্তিদুগী থবক খত্তদ্রবদি পোৎ খঙবা ঙম্দে। মরমদুনা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা মখাদা লাক্লিবা পয়ার খরদা রাগানুগা ভক্তিগী তটস্থ লক্ষণ অমদি স্বরূপলক্ষণ ফোঙদোকুনা তাক্লম্মী।

মূল ১৫০

রাগাত্মিকাভক্তি মুখ্যা ব্রজবাসিজনে।

তার অনুগত ভক্তির 'রাগানুগা' নামে ॥ ১৫০ ॥

শব্দার্থ

রাগাত্মিকাভক্তি—রাগনা আত্মা ওইবা ভক্তি ; মুখ্যা—খ্বায়দগী মকোক

ওইবা ; ব্রজবাসিজনে—ব্রজবাসীশিংদা ; তার—মতুগী (রাগাত্মিকা ভক্তিগী) ; অনুগত—তুংইন্‌বা ; ভক্তির—ভক্তিগী ; রাগানুগা—রাগগী মতুং ইন্‌বা ; নামে—মিংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজবাসীশিংদদি রাগ (ইখৌলাংবা)-না থব্রাইনরিবা ভক্তিনা অথোই-বনী। ভক্তি জাত্তাসিগী মতুংইন্‌বা ভক্তিবু রাগানুগা ভক্তি কৌয়ি।

## নৈনরোল

রাগনা (ইখৌলাংবনা) আত্মা ( থব্রাই-মি ) ওইবা ভক্তিবু রাগাত্মিকা ভক্তি কৌয়ি। রাগ-তনা মচাক ওইরগা শাগৎপা ভক্তি অতুগী অমসুং রাগ-তুনা ইন্‌সন্‌বদগী তৌবা ভক্তিসেবা অতুগী নিং রাগাত্মিকা ভক্তি কৌয়ি।

ভক্তি হায়তুনা লৈরিবা মখল পুন্নমক্তগী মকোক-ওইবা ভক্তিদি রাগাত্মিকা ভক্তিনী। ভক্তি অসী স্বরূপকী, শক্তিগী, শক্তিগী থবক্কী, বিষয় অমসুং আশ্রয়গী মায়কৈদগী য়েংলুবদা খ্বায়দগী পুঙহেন্‌-হেন্‌বা ভক্তিনী। ভক্তি অসী স্বরূপ য়েংলগদি—অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব ওইবা শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দনগী স্বরূপ-শক্তিনী হায়বদি অন্তরঙ্গ-চিচ্ছক্তিগী বিলাস-নী ; শক্তিরোমদা হায়রগনা, ভক্তি অসী কনামতবু ভাইদবনী অমসুং মনীভক্তস্ব। স্বয়ংভগবান্ ব্রজেন্দ্রনন্দন ফাওববু মায়থীবা ঙম্মনী। শক্তিগী থবক্তা হায়রগনা, ভক্তি অসিনা খ্বায়দগী হেন্‌বা মাধুর্য্যগী লীলা তৌতুনা পূর্ণব্রহ্ম সনাতন ওইবা স্বয়ং ভগবান্‌মকপু হায়নভাই লৈতনা ভকহনবা ঙম্মী। সৌন্দর্য্য, মাধুর্য্য, বৈদগ্ধী অমসুং বিলাস চাতুর্য্যন-চিংবগী অমতা ভায়বা মহাসমুদ্রগা মান্নরবা অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব ওইবা স্বয়ং শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দন-তনা ভক্তিসিগী বিষয়নী ; অতুগা অতুগুম্বা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী স্বরূপশক্তিগী অধিষ্ঠাত্রী-দেবী ওইবী মহাভাবস্বরূপিনী শ্রীমতীবৃষভানু-নন্দিনীনচিংবী মহাকী নিত্যসিদ্ধ ব্রজপরিকরশিংনা ভক্তি অসিগী আশ্রয়নী ( তৃঙফম্নী )। মরমসিনা মায়কৈ পুন্নমক্তা য়েংলুরগদি রাগাত্মিকা ভক্তিসী মুখ্যনী ( খ্বায়দগী পুঙহেন্‌-হেন্‌বনী )।

ব্রজবাসিজনে—রাগাত্মিকাভক্তিসিগী আশ্রয়দি (তৃপ্তফমদি) ব্রজবাসী মতুনা অতৈ অমা লৈতে। ভক্তিসিগী অধিকারীদি ব্রজবাসীশিংদনী। মসিনী ভক্তিসিগী থোইদোক্পা অমদি।

মফমসিদা হায়রিবা ব্রজবাসীশিংসে চুম্নগী ব্রজবাসীশিংবু হায়বা নত্তে। কনাগুম্বনা ব্রজদা লৈরম্বগা মাবু ব্রজবাসী হায়নদি কৌনৈ, অদুগা মহাক্তি রাগাত্মিকা ভক্তিগী আশ্রয় ওইবদি নত্তে। মদুদি কনাবু ব্রজবাসী হায়রিবনো মফমসিদা? পাউখুম—শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যসিদ্ধ ব্রজপরিকর মখোয়দুতনা রাগাত্মিকা ভক্তিসিগী মূল আশ্রয়নী। নিত্যসিদ্ধ ব্রজপরিকরদি কনা কনানো। নিত্যসিদ্ধ পরিকরশিংগী স্বরূপলক্ষণ য়েংলুরগদি মখোয়গী মনুংদা শ্রেণী অনী উবা ফংঙী। অহানবদা, শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিগী বিলাস ওইবা শ্রীনন্দ-যশোদা-সুবল-মধুমঙ্গল শ্রীরাধা-ললিতানচিংবা অসিমা; অনীশুবদা, শ্রীকৃষ্ণগী জীব-শক্তিগী অংশ নিত্য-সিদ্ধ-জীবশিং অসী নিত্য-সিদ্ধ ওইরবসু অদুগা অনাদিকালদগী লীলাপরিকর ওইনা শ্রীকৃষ্ণসেবাদা লুপ্লবসু মখোয়দি জীবনী; মরমদুনা মখোয় জীবনী; মখোয় স্বরূপ শক্তিগী অংশদি নত্তে। মরমদুনা শ্রীনন্দযশোদা-নচিংবগা নিত্যসিদ্ধ জীবগা স্বরূপকী হায়রগদি খেন্নে। রাগাত্মিকা ভক্তিদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিগী হায়বদি চিচ্ছক্তিগী বিলাসনী; মরমসিনা মসিগা চিচ্ছক্তিগা হায়বদি স্বরূপশক্তিগা অনীগী মরক্তা সজাতীয় সম্বন্ধ লৈ; জীবশক্তিগা লোয়নবদি অদুগুম্না সজাতীয় সম্বন্ধ লৈবা য়াদে। থোইদোক্না, শ্রীরাধিকানচিংবদি শ্রীকৃষ্ণগী চিচ্ছক্তিগী মূর্ত্তি-লৌবী অধিষ্ঠাত্রী দেবতানী—স্বরূপ শক্তি বিলাসগী মূর্ত্তরূপ-নী। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ শক্তিগী বিলাসগী মশক ওইবা শ্রীনন্দ-যশোদা-সুবল-মধুমঙ্গল-শ্রীরাধা-ললিতানচিংবদি মহাক্কী স্বরূপ শক্তিগী বিলাসগী মশক ওইবা রাগাত্মিকা ভক্তিগীসু মতৌশাগী ওইবা মূল আশ্রয়নী। মরমদুনা, নৈনরিবা পয়ারসিদা য়াওরিবা 'ব্রজবাসিজন' হায়বা শব্দনা শ্রীনন্দ-যশোদা-সুবল-মধুমঙ্গল-শ্রীরাধা-ললিতানচিংনী শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিগী বিলাস ওইবা ব্রজপরিকর-শিংবু তা থঙহল্লী; শ্রীকৃষ্ণগী জীবশক্তিগী অংশবু অমসুং অনাদিকালদগী

মনুঙ চনবা নিত্যসিদ্ধ জীবশিংদি মক্কমসিদা পাল্লিবা ব্রজবাসিজন-শব্দগী মনুঙ চান্দ হায়বা য়াই ; মখোয়সিস্তু ব্রজবাসী-নী হায়বসী অচুম্বনী, অদুবু রাগাত্মিকা-ভক্তিগী মূল-আশ্রয় ওইবা ব্রজবাসীদি নত্তে। মরমদি মখোয়দি জীবনী হায়বদুনা মখোয়গী স্বরূপ য়েংলগদি মখোয়সে কৃষ্ণগী দাস-নী (মনাইনী); দাসনা তৌগদবা সেবাদি মতম পুম্বদা আনুগত্যময়ীনী। স্বাতন্ত্র্যময়ী (নীঙতম্বী) রাগাত্মিকাদা স্বরূপকী য়েংলগদি মখোয়গী অধিকার লৈবা য়াদে। আনুগত্যময়ী রাগানুগাদদা মখোয়গী অধিকার-নী। রাগাত্মিকা ভক্তিগী আশ্রয় ওইরিবা ব্রজবাসীশিংগী মনুঙদস্তু শ্রীমতী বৃষভানুগী মচা-বেম্মাদদা রাগাত্মিকা পূংহেন্-হেন্না মপুঙফানা ফোঙদোকই।

নৈনরিবা পয়ারসিদা রাগাত্মিকা-ভক্তিগী বিশেষণ ওইনা 'মুখ্য' শব্দসী হাপ্লি। বিশেষণসিগী তাৎপর্যাদি অসিনী মহুদি—রাগাত্মিকা-ভক্তিসী মরু ওইনা মথক্তা হায়খিবা ব্রজবাসীশিংদদা মরৈ। 'মুখ্য' শব্দ শীজিনবগী খোন্থাঙদি 'গৌণ' শব্দস্তু লৈগনী হায়বসিনী। মসিদগী খঙবা য়াবদি, রাগাত্মিকা ভক্তিসে মুখ্য ওইনা লৈবা য়াদ্রবস্তু গৌণ ওইনদি কনাগুম্বা অতোপ্পা অমদস্তু লৈবা য়াই। তাশেংবদি মহু হায়গে তৌবনী। রাগাত্মিকা ভক্তি শ্রীকৃষ্ণগী মহিরীনচিংবদস্তু লৈ ; অদুবু মখোয়গী রাগাত্মিকা ভক্তিদি মহাভাবকী মমাঙ-থঙবা ঙমখৈ ফাওবদমক থুংবা ঙম্মী ; মহাভাব মখোয়দা লৈতে। মহিরী-শিংসে (লৈমশিংসে) শ্রীরাধিকাগী প্রকাশ মূর্ত্তি চাক্লনী ; মরমসিনা মখোয়স্তু স্বরূপ-শক্তিগী অংশনী। মরমসিনা শ্রীভক্তিরসামৃতসিন্ধুনস্তু হায়রি, মহুদি—ব্রজবাসীজনাদিষু ব্রজবাসীজন-মচিংবদস্তু রাগাত্মিকা ভক্তিসে ফোঙঙী। মহিরীনচিংববু খঙহল্লী।

মূল ১৫১

ইষ্টে স্বারসিকী রাগঃ পরমাবিষ্টতা ভবেৎ।

তন্ময়ী যা ভবেদ্ভক্তিঃ সাত্র রাগাত্মিকোদিতা ॥ ১৫১ ॥

শব্দার্থ

ইষ্টে—অপাম্বা পোত্তা ; স্বারসিকী—মহৌশাগী ওইবা (স্বাভাবিকী);

রাগঃ—রাগ (প্রেম) ; পরমাবিষ্টতা—য়ৌনা চঙশন্‌বা ; ভবেৎ —ওই ; তন্ময়ী —রাগ-ওইগ্রবী ; যা—মহু ; ভবেৎ—ওই ; ভক্তিঃ—ভক্তি ; সা—মহু ; অত্র—মফমসিদা ; রাগাত্মিকা উদিতা—রাগাত্মিকা কৌয়ি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অপাম্বা পোত্তা অমদা মুংশিবগী ওইবা খৌরাংবা ( অপাম্বা পোংতুবু সেবা তৌবগা মুংঙাইহন্নীঙবা ) অমা লৈ, খৌরাংবতুগী ফল ওইনা অপাম্বা পোংতুদা (ইষ্ট বস্তুতুদা) খম্‌য়ৌনা লুপ্‌শিন্‌বা (পরমাবিষ্টতা) অমা পোক্লকয়ি। পরমাবিষ্টতা অসিবু ওইহল্লিবা মুংশি-ইখৌলাংবা অতুবু রাগ কৌয়ি। অসি-গুম্বা রাগগী ওইবা ভক্তিহু রাগাত্মিকা ভক্তিনী ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোকপনী ( ১/২/১৩১ )। মসিদা রাগ অমসুং রাগাত্মিকাগী স্বরূপ করিনো হায়বহু তাক্লি ।

### মূল ১৫২

ইষ্টে গাঢ়তৃষ্ণা রাগ—এই স্বরূপ-লক্ষণ ।
ইষ্টে আবিষ্টতা— এই তটস্থ-লক্ষণ ॥ ১৫২ ॥

## শব্দার্থ

ইষ্টে—অপাম্বা পোত্তা ; গাঢ়—নঙ-নঙ-লাউবা হায়বদি মপাঙ্গল কন্‌বা ; তৃষ্ণা—ইখৌলাংবহু ; রাগ—রাগনী ; এই—মসিনা ; স্বরূপ-লক্ষণ—শক্তাক-খুদম্নী ; ইষ্টে আবিষ্টতা—ইষ্টদা লুপ্পা ; এই—অসিনা ; তটস্থ-লক্ষণ—থবক্না তাকপা লক্ষণ ( হায়বহুনী ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অপাম্বা পোত্তা লৈবা পাঙ্গন্-কন্‌বা ইখৌলাংবহু রাগ-নী । মসিনা মাগী স্বরূপ-লক্ষণ্নী ( শক্তাক্-খুদম্নী ) ; ইষ্টদা পুম্নপ্‌ লুপ্‌শন্‌বা হায়বসিনা তটস্থলক্ষণ হায়বহুনী ।

## নৈনরোল

ইষ্টে গাঢ় তৃষ্ণা—মফমসিদা রাগ-বু তৃষ্ণা ( ইখৌলাংবা ) কৌয়ি ; ইখৌলাংবগী স্বরূপ খঙলগদি রাগ-গী স্বরূপ অদু অমুক হেন্না শেংনা খঙবা ঙম্গনী। ঈশীঙ থক্নীঙববু তৃষ্ণা ( ইখৌলাংবা ) কৌয়ি। হকচাঙদা লৈফম থোক্পা ঈশীঙগী শরূক য়াংলবা মতমদা খৌরাংবা হায়বদু পোক্লিবনী। খৌরাংবা মতমদা ঈশীঙ থক্লনবগী উৎকণ্ঠা ( খোয়রাঙবা ) অমা ওইরক্‌য়ি ; খৌরাংবসিনা অশুম অশুম কন্‌শিল্লক্লগা উৎকণ্ঠাসু অশুম্ হেঞ্জিল্লক্‌য়ি, মনৈদা করম্বা ফীভম ওইরক্‌পগে হায়ববু ঈশীঙ ফংদ্রগদি শিগদৌবোই মাল্লক্‌য়ি। তৃষ্ণাগী অবস্থাসিবু 'গাঢ় তৃষ্ণা' ( কন্‌শিল্লবা খৌরাংবা ) কৌয়ি। মসিনী তৃষ্ণাগী অওইবা অর্থদি। অদুগা, করিগুম্বা পোৎ অমা ফংননবগী অকন্‌বা আকাঙ্খা ( অপাম্বা ) অমা থম্মোইদা থোরক্‌পা মতমদা আকাঙ্খাদুদগী পোকপা উৎকণ্ঠা (খোয়রাঙবা) অদুগা মান্নবনা, আকাঙ্খাদুবু ( অপাম্বদুবু ) তৃষ্ণা ( খৌরাংবা ) কৌয়ি। খৌরাংবা মতমদসু ঈশীঙ ফংননবা উৎকণ্ঠা পোক্‌পগুম আকাঙ্খাদসু অপাম্বা পোৎতু ফংননবগী উৎকণ্ঠা পোক্‌য়ি, মরম-সিনা আকাঙ্খাবু তৃষ্ণা কৌরিবনী ; মফমসিদা য়াম্না পাঙ্গল-কন্‌বা আকাঙ্খাগী অর্থদা তৃষ্ণা-শব্দ শীজিন্নরিবনী। অপাম্বা ( ইষ্ট ) পোৎকী আকাঙ্খা অদু তৃষ্ণানী। অদুবু "ইষ্টবস্তুগীদমক আকাঙ্খা' হায়রগা করি খঙহল্লী হায়বা য়াই—ইষ্টবস্তু ফংবগীদমক আকাঙ্খা ওই ; অদুবু ইষ্টবস্তু ফংবদি করিগী-দমক্নো? সেবাগীদমক্তনী। ইষ্টবস্তুবু সেবা তৌরগা মহাকপু নুংঙাইহন্নবগী নুংশি-ইখৌলাংবদুনা ( প্রেমময়ী তৃষ্ণা নত্রগা লালসা অদুনা ) য়েৌনা কন্‌-শিল্লকয়ি—কয়ামুক কন্‌শিল্লক্‌পগে হায়বদু তৃষ্ণাদুদগী পোক্লক্‌পা উৎকণ্ঠাদুনা মরম ওইদুনা 'থম্মোই থাগদৌগুম্ থাগদৌগুম্' তৌবা অবস্থাদু ওইরক্‌য়ি, মতমদুদা মদুবু রাগ কৌয়ি ; ঈশীঙ য়াংলে হায়বা খঙবদগী তৃষ্ণা (ইখৌলাংবা) পোক্‌পগুম, ইষ্টবস্তুগী সেবা তৌবা ফংদবদা— ইষ্টবস্তুদু য়াম্না নুংঙাইরগদবোই হায়না খন্‌বদা সেবা-বাসনা ( সেবা তৌনীঙবা ) পোক্‌য়ি।

মফমসিদা রাফম অমা নীঙশীঙগদবা লৈ, মদুদি— তৃষ্ণা না প্রাকৃত মন-গী

বৃত্তি ওইরবসু, শ্রীকৃষ্ণগী নশক ওইবা ইষ্টবস্তুগী সেবা-তৌনীঙবা অদুনা প্রাকৃত মন গী বৃত্তি অমদি ওইদে। শ্রীকৃষ্ণবু সেবা-তৌনীঙবসিদি চিচ্ছক্তিগী থোইদোকপা বৃত্তি অমনী ; মসিদি স্বরূপশক্তিগী বিলাস বিশেষ অমনী।

**ইষ্টে আবিষ্টতা**—ইষ্টবস্তুগী পেন্নবা হায়রদুনা মাবু প্রেমগা (নুংশিবগা) লোয়ননা সেবা তৌনীঙবদগী ইষ্টবস্তুদুদা য়োনা পুন্নীঙ লৃপ্পা (আবিষ্টতা হায়বা অমা পোক্‌পদু রাগগী তটস্থ-লক্ষণ হায়বদুনী। আবিষ্টতা-গী অর্থদি তন্ময়তা (অপাম্বা পোৎতু ওইনা ওন্‌থ্রবা হায়বদি মদুদা লুপ্‌ থ্রবা) হায়বনী। আবিষ্ট অবস্থাদা আবিষ্ট ওইবা মীদুগী বাহ্যস্মৃতি (মাপানগী ওইবা পোৎ করিমতা নীঙশীঙবা) লৈত্রে ; মহাক মছাদো কনানো, মহাক্কী থবক্না করিনো, মহাক্কী স্বভাব-না করিনো, হায়বনচিংবা করিমতা খঙদ্রে ; মানা থল্লিবা বিষয়দগা মাগা অমতা ওইথিবগুম্মী। ভূত-না তোংলবা মীনা ভূতকী মতৌ গুম তৌয়ি, মীদুগী মছাগী মহৌশাগী ওইবা থবক লৈতবগুম্মী। মতৌ অসিমক আবেশগী লক্ষণনী। ইষ্টবস্তুগী রা থল্ল থল্লগা কনাগুম্বগী চিত্তদা আবেশ লাক্লবা মতমদা মহাক তাশেংনমক ইষ্টগী সেবামক তৌরিবনী হায়না খল্লী ; মহাক ফম্না ফন্না চিন্দমক তৌরিবনী হায়বদো নীঙশীঙদে। অদুগা, ইষ্টবস্তুগী গুণ-ক্রিয়ান-চিংবগী রা অসুম খন্থিবদগী আবেশ লাক্রবদি মতমদুদা মহাক্না মফম অয়াম্বদা মহাক্কী ইষ্টবস্তুগী মতৌ গুম্না মহাক্ন তৌথোক্লক্‌য়ি, মদুদি — শ্রীরাসদা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধান ওইথ্রবদা ব্রজগোপীশিংগী মরক্তগী কনা কনাগুম্না মছা মছাবু শ্রীকৃষ্ণনী হায়না খন্থি। ইষ্টবস্তুদুনা তৌবা থবকশিংদুগী রা খন্থিবদগী থবক্তুগী মতেঙ-ওইবা অতোপ্পগী পোৎকী চিন্তানা কন্‌শল্লব্রবদি পোৎতুগী আবেশস্থ ওই ; মদুদি—শ্রীরাসদা কনাগুম্বা গোপীনা মছান্‌ পূতনা-নী নত্রগা বকাসুর-নচিংবনী খন্দুনা মখোয়দুগীগা মান্নবা আচরণ তৌখি।

ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা ‘স্বারসিকী পরমাবিষ্টতা’ হায়না ইরম্মী। ‘স্বারসিকী’ শব্দগী অর্থদি স্ব-রসগা মরী লৈনবা হায়বনী। স্ব-রস-গী অর্থনা মছামক্কী রস হায়বনী। অদুনদি ‘স্বারসিকী পরমাবিষ্টতা’—শব্দসিনা খঙহল্লিবদি অসিনী মদুদি— কনাগুম্বা অমগী ওইরিবা রস অদুগী হৌনবী ‘আবিষ্টতা’।

কনাগুম্বনা রস অমগী পাত্র ওইরবদা মাগী রসন্থ মহাক্কী ইষ্ট—শ্রীকৃষ্ণবু ফাল্-হন্নীভবহুদা লূপ্পা ( আবিষ্টতা ); মস্রগা কনাগুম্বনা ভাব অমগী আশ্রয় ওই-রগা মাগী ভাব-তুগী ওইক্ষম থোক্পা সেবা অহু ভৌহুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেল্-হন্নবগী বলবতী বাসনা হায়বদি লালসা—না মরম ওইবা পরমাবিষ্টতা অহু রাগগী তটস্থ লক্ষণী। মরমসিনা শ্রীজীব গোস্বামীপাদনা "স্বারসিকী" শব্দগী অর্থ 'স্বাভাবিকী'—মছাগী ভাব-কী ওইক্ষম থোক্পা হায়বদি হৌনবী হায়না হল্লম্মী। অসিগুম্বা আবিষ্টভাবু, মাগী হৌনবী থবক অমগহুনা থঙহল্লী হায়হুনা, তটস্থ লক্ষণ কৌরিবনী। স্বারসিকী আবিষ্টতাসি খূদম অমদি অসিনী। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈবা মতমদা কৃষ্ণগী মুংশিবী ব্রজগোপীশিংনা মছা মছাগী ভাব তা আবিষ্ট কয়ামুক ওইথিবগে হায়নবু কৃষ্ণদো ব্রজদা লৈতে হায়বা মরক্ মরক্তা কাউথোক্য়ি; অদুগা কৃষ্ণ ঊনগনী হায়বগী আশাদা কুঞ্জনচিংবদা অভিসারম্ মচৎলী; কুঞ্জ মনাক্তা তমাল পাম্বীনচিংবা উরগা, অমদি অভিয়াদা মোংহৌ উরগা মখোয়গী প্রাণকান্ত কৃষ্ণ য়ৌরক্লে হায়না মখল্লী; অয়াম্বা মতমদা ভোগাল-নচিংবু কৃষ্ণনী হায়হুনা কোন্শিল্লী। কান্তাভাবকী আশ্রয় ওই-রিবী—ব্রজগোপীশিংগী আচরণ অসী মখোয়গী ভাবকী ওইক্ষম থোক্পনী। মসী মখোয়গী স্বারসিক (কান্তা-ভাবকী হায়বদি মধুররসগী হৌনবা) পরমা-বিষ্টতাগী লক্ষণ অমনী।

করিগুম্বা রস অমগী পাত্রনা শ্রীকৃষ্ণগী মরীদা মাগী রসত্ তাক্পা থবক-চিংবদা আবিষ্ট ওইবদো মহাক্কী স্বারসিকী পরমাবিষ্টতা হায়বহুনী, অদুগা মসিমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা লৈবা মহাক্কী 'রাগ'-হু তাল্লিবনী।

রাগসিগী হায়বদি তৃষ্ণাসিগী ( ইথৌলাংবগী ) অঙক্পা মতৌ অমদি অসিনী মহুদি মসিগী শান্তি (নেম্থবা, লেপ্পা) সূক্লে-লৈতে। প্রাকৃত মনগী বৃত্তি ওইবা তৃষ্ণাদি ( থৌরাংবদি ) ঈশীঙ থক্লগা অহুম শান্তি ওই; অদুগা রাগাত্মিকা হায়বা তৃষ্ণাসিদি শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ভৌরগম্ শান্তি ওইবদি লায়র-হুনা থোইনা হেন্না তৃষ্ণাহু হেঙ্গৎলক্য়ি। চিচ্ছক্তিগী বিলাস ওইবা প্রেমময়ী

তৃষ্ণাগী স্বরূপকী ওইবা ধর্ম্মদি তসিনী মহুদি অপাম্বা পোৎ অদুক্কী মতীক থক্ল থক্লগা অদুক্কী মতীক তৃষ্ণাদু হেক্ষৎতুনদা লৈ। মরমসিনা ইষ্টবস্তুদু (মছাগীভাবক' চুনবা শ্রীকৃষ্ণসেবাসুখ অমসুং শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্যদু ) অদুক্কী মতীক আস্বাদন তৌদুনস্ত মীৎকৃপ্ খুদিঙগী অদুম নৌহ্নদা লৈবোই থল্লী—হায়বদি মমাঙৈঙদা মসী থক আস্বাদন তৌখিত্রিবা মতাগুম্মী, অসিনা অহানবা আস্বাদন-নী হায়না আস্বাদন খুদিঙবু থল্লী ; শ্রীজীবগোস্বামীনা 'স্বারসিকী' শব্দগী অর্থ স্বাভাবিক হায়না হল্লদ্বসিগী তাৎপর্য্য অতোপ্পা অমদি অসিনী—রাগ অসী স্বাভাবিক হায়বদি সহজাত (পোকমিন্নরক্পা ) ওইবনীনা মসী রাগাত্মিকা ভক্তি-গী লক্ষণী, হায়বদি রাগাত্মিকা-ভক্তিগী অধিকারীশিংগী মনুঙদা রাগসী স্বাভাবিক ওইনা লৈরবনী, মখোয়না তৌরুবা সাধনগী ফল ওইনা ফংবা পোৎ নত্তে। অদুগা রাগাত্মিকা ভক্তিসু করিগুম্বা সাধনা তৌরগা ফংগদবা নত্তে। মসী নিত্যসিদ্ধ ওইব। ব্রজপরিকরশিংগী নিত্যসিদ্ধ ওইবা পোৎনী। মসিনী রাগ-গী স্বরূপ অমসুং প্রকৃতি (মওৌ) হায়বদো।

## মূল ১৫৩

রাগময়ী ভক্তির হয় 'রাগাত্মিকা' নাম।
তাহা শুনি লুব্ধ হয় কোন ভাগ্যবান্॥ ১৫৩॥

## শব্দার্থ

রাগময়ী—রাগনা থল্লাইনবী ; ভক্তির—ভক্তিগী ; হয়—ওই ; রাগাত্মিকা নাম—রাগাত্মিকা হায়বা মিং ; তাহা—মদু (রাগাত্মিকা ভক্তিগী রা) ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; লুব্ধ—পাম্শনবা ; হয়—ওই ; কোন—কনাগুম্বা ; ভাগ্যবান্—লাইবক-ফবা মীনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাগনা থল্লাইনবী ভক্তিগী মিংদি রাগাত্মিকা কৌয়ি ; মিং অদু কনাগুম্বা লাইবক-ফবা মীনা মনাকোঙনা তাবদা পাম্শল্লী।

## নৈনরোল

রাগাত্মিকা ভক্তি—রাগাত্মিকা ভক্তিগী মখল অনী-নী, মদুদি— সম্বন্ধ-রূপা অদুগা কামরূপা ! শ্রীকৃষ্ণগী মপানী, মমানী, সখানী অমদি দাসনী হায়বা সম্বন্ধগী অভিমান-দা রাগগা লোয়ননা মচা-মচাগী থৌকম-থোকপা সেবা তৌরিবা মখোয়গী রাগাত্মিকা ভক্তিবু সম্বন্ধরূপ রাগাত্মিকা কৌয়ি। অসিগুম্বা মখলগী সম্বন্ধ লৈনদবা, সেবা তৌরগা শ্রীকৃষ্ণতবু সুখ-ঙাইহন্নীংবদগী রাগগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌব মীশিংগী রাগাত্মিকা ভক্তিবু কাম-রূপা ( সুংশিবগী ওইবা ) রাগাত্মিকা কৌয়ি। কামরূপাগীসু সম্বন্ধরূপা-গীসু রাগ লৈ। সম্বন্ধরূপাদা—ঐ কৃষ্ণগী মপানী, ঐ কৃষ্ণগী মমানী, ঐ কৃষ্ণগী দাস-নী হায়বনচিংবা রাকপা কৃষ্ণসেবা তৌহনবনী। অদুগা কামরূপাদনা—মথক্কী হায়রিবা অদুগুম্বা সম্বন্ধগী অভিমান অমতা লৈতে; কামরূপা-গী পাত্রশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী মপাসু নত্তে, মমাসু নত্তে, সখাসু নত্তে, দাসসু নত্তে অদুগা দাসীসু নত্তে, লৌকিক সম্বন্ধ অমতগী বন্ধন অমনা মখোয়বু কৃষ্ণসেবা তৌহনবা নত্তে। মখোয়বু কৃষ্ণসেবা তৌহল্লিবদি—কাম ( প্রেমগী ওইবা সেবানা শ্রীকৃষ্ণবু সুখ-ঙাইহন্নীংবা ) অদুতননী। শ্রীনন্দযশোদাখোয়নচিংবা মপামমাশিং, শ্রীসুবল মধুমঙ্গলনচিংবা সখাশিং অদুগা শ্রীরক্তকপত্রক-নচিংবা দাস-শিংসে—সম্বন্ধরূপ রাগাত্মিকাগী পাত্রনী। শ্রীব্রজসুন্দরীশিংনা কামরূপ রাগাত্মিকাগী পাত্রনী। শ্রীব্রজসুন্দরীশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ করি-মতা লৈরমদে। কনাগুম্বনা ব্রজসুন্দরীশিংদা শ্রীকৃষ্ণসে মখোয়গী কনানা ( করি থোক্কে ) হংলদি পাউখুম অমত্তসু ফংদবা য়াই। অদু ওইরবদি ব্রজ-গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু প্রাণবল্লভ, প্রাণপ্রিয়, প্রাণপতি, রাধামাধব অসিন-চিংবা হায়দুনা কৌয়ি, অদুনদি মখোয়গী মরক্তা কান্তা-কান্ত-সম্বন্ধ তশেংনা উনরি। মসিগী পাউখুমদি অসিনী— কান্তা-কান্ত-সম্বন্ধসী লৈহল্লীবদি ব্রজ-গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী সেবানা সুখ-ঙাইহন্নীংবা অদুননী। অমীভব-সিবু 'কাম' কৌরিবনী।

কান্তা-কান্ত সবন্ধসিবু থোকহনখিবদি ব্রজগোপীশিংগী প্রেম হায়বদি

কাম হায়বহুননী। শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌননবা হায়হ্নুা মখোয়না কৃষ্ণকান্তা (মুংশিবী তুপী) ওইবনী ; কৃষ্ণকান্তা ওইরবনী হায়হ্নুা কৃষ্ণসেবা তৌথিবা নত্তে। মরমসিনা কাম-না মখোয়গী রাগাত্মিকা-ভক্তি ওইহন্‌বনী হায়না হায়রিবনী অমসুং মরম অসিমক্তা মখোয়গী রাগাত্মিকাবু কামরূপা রাগাত্মিকা হায়রিবনী। সম্বন্ধরূপা-গা কামরূপা-গা খেন্নবা হায়ববু অসিনী মহুদি—সম্বন্ধনী হায়বদগী কামরূপা পোক্‌পা নত্তে, প্রেমতনা কামরূপা-রাগাত্মিকা ভক্তি ওইহন্‌বনী। মহিষীশিংগী রাগাত্মিকা-স্ত সম্বন্ধরূপানী—মখোয়দি শ্রীকৃষ্ণগী তালোইনী অহুগা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মপুরোইবনী ; সম্বন্ধগী লৈবতনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবনী। ব্রজসুন্দরীশিংগী কামরূপা-রাগাত্মিকাগী থ্বায়গীগা মান্নদবা থোইদোক্‌পা অমনা অসিনী মহুদি—শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবা হায়হ্নুা মখোয়না ধর্ম্ম-কর্ম্ম-স্বজন-আর্য্যপথ পুম্নমক থাদোকখি ; মসুম্না তৌবা ঙম্বিবনী মখোয়গী রাগাত্মিকাহু কামরূপা ওইবননী ; সম্বন্ধরূপা ওইরম্লবদি ঙম্লোই, সম্বন্ধরূপাদদি সম্বন্ধহুবু লাস্তোক্‌পা ঙমদে। শ্রীকৃষ্ণগী দাস অমনা উইহে অথুম্বা অমা চাবা মতমদা মহু শ্রীকৃষ্ণদা পীজনীঙভী, অহুবু পীজবা ঙম্‌দে, মরমদি মহাক্তা দাস-নী শ্রীকৃষ্ণনা প্রভুনী। দাস ওইবনা প্রভুদা লুখাক পীজবা য়াদে। সম্বন্ধগী সীমা ( ঙমখৈ ) অমা লৈ ; ঙমখৈদা সম্বন্ধরূপ সেবাদগী লাস্তোক্‌পা য়াদে। কামরূপগী সেবাদদি ঙমখৈ মখল করি-মতা লৈতে, করিগুম্বা অথীঙ-অরাক অমতা লৈতে। মতাঙনিদদি সেবা-বাসনাতনা সেবা তৌহন্‌বনী ; মরমহ্নুা সুম্না তৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা নুংঙাইগনী হায়বা মঙহুদা সেবা তৌগনী। ময়াম্না হায়নবা স্বারী অমা লৈ। মতম অমদা দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণনা শাশন্নখি ; লায়য়েংনবা করিনা উপায় ওইগদগে হায়না নারদ-না হংলম্বদা শ্রীকৃষ্ণনা খুম্‌খি —"ঐগী প্রেয়সী (মু শিবী) কনা-গুম্বীনা মখোঙগী খুয়া-উফুল অহু ঐঙোন্দা হাপ্লবদি ঐ নাবা ফগনী।" শ্রীকৃষ্ণগী লৈমদি লীশীঙ-লীশীঙদো তয়াতরক্নী, মখোয় খুদিঙমক্নী মফমদা নারদ চঙলুই, অহুবু কনামতনা খুয়া উফুল পীরক্কে। মপুরোইবহুবু করম্না খুয়া-উফুল পীগনী ? মহুম তৌরবদি মুপী ওইবগী ধর্ম্ম মাঙগনী ! অহুদগীদি

নারদ ব্রজ-মায়কৈ পাংলশ্মী। কৃষ্ণ শারে হায়বগী পাউ তাবদা কৃষ্ণগী প্রেয়সী ব্রজসুন্দরী খুদিঙনা হঙ্গোয়বা অমতা য়াওদবমখৈ খুয়া উফুল পীগে হায়না শেম্ শায়শ্মী। ব্রজসুন্দরীশিংনা ভাইজবগদি কৃষ্ণগী নুংঙাইবা অত্তনী— সম্বন্ধবু মখোয় ভাইরমদে। পাপ ওইবা তারবসু মখোয়গীনী, মখোয়না পাপ থৌরগা অমদি অধর্ম থৌরগা কৃষ্ণনবু নুংঙাইরবদি মত্ মায়থোঙ মকা লায়া থৌবা ওশ্মী মখোয়দি ; মরমদি মওং খুদিঙমক্তা কৃষ্ণবু নুংঙাইহনবা হায়বসে মখোয়গী ব্রতনী। মসিনী কামরূপাগী খ্বায়গা মান্নবা অমদি থোইদোক্পা হায়বদো।

কনানা হায়বা য়াই, কৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নীঙববু প্রেম কৌনৈ। অত্তুগা ইছা ইছাগী ইন্দ্রিয় পেলহন্নীঙববু কাম কৌনৈ; ব্রজসুন্দরীশিংনা কৃষ্ণসুখগী থৌবা বাসনাবু প্রেম কৌদত্তুনা কাম কৌরিবা করিগীনো ? মরমত্তুদগী রাগা-ত্মিকাবু প্রেমরূপা কৌদত্তনা কামরূপা কৌরিবসিবু করিগীনো ? মসিগী পাউ-খুমদি অসিনী—ব্রজসুন্দরীশিংগী প্রেম ( কৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নীঙবা ) অত্তুবু কাম হায়না কৌনবগী রা শাস্ত্রদা উবা ফংঙী —"প্রেমৈব গোপরামাণাং কাম ইত্যগমৎ প্রথাম্ ॥ ভক্তিরসামৃতসিন্ধু ১/২/১৪৩ ॥" অসুম্না কৌবগী মরম লৈ। শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নবগীদমক মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নখিবা লীলাশিংদো কামক্রীড়াগা মপান্থোংদা মান্নৈ ; মরমসিনা ক্রীড়াশিং ( শান্নবশিং ) অত্তুবু প্রেমক্রীড়া কৌদত্তুনা কামক্রীড়া কৌরিবনী ; "সহজে গোপীর প্রেম নহে প্রাকৃত কাম। কামক্রীড়াসাম্যে তার কহি কাম নাম ॥ ২/৮/২১৯ ॥ শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা থৌরিবা গোপীশিংগী ক্রীড়াত্তু কামক্রীড়াগা মপান্থোংদা মান্নরবসু (অনীত্তুগী মরক্তা বাহ্যসাদৃশ্য লৈরবসু) মল (মক) থোংলগদি করিমত্তা মান্নদে, মান্নবদি লায়রত্তুনা অনগা অমগা পৃথক্পন ওই। মত্তাগী নুংঙাইনবা ক্রীড়া-ত্তুনা কাম-নী। অত্তুগা কৃষ্ণগী নুংঙাইনবা ক্রীড়াত্তুনা প্রেম-নী। গোপীশিংগী ক্রীড়াদি প্রেমক্রীড়ানী। শ্রীমদ্ ভাগবতম্গী "যুজাত-চরণাম্বুরুহং"—নচিংবা ( ১০/২৯/১৯ ॥ ) শ্লোকসিনা প্রমাণ পীরিবদি কৃষ্ণসঙ্গদা গোপীশিংগী মরম্নাই নুংঙাইনীঙবসি রা মচেৎ অমাকা ওবা য়াওদে হায়বসিনী। মখোয়না থৌবা

তৌবা পুম্বা কৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক্তী। চুপ্পা-কোন্নবতু মখোয়না পায়্বগী নত্তে, মখোয়না পাম্বদি কৃষ্ণসুখ অতুদনী ; অতুনা কোন্নবা-চুপ্পবতুদা য়াবনী। কোন্নবা-চুপ্পবা হায়বসী নুংশিবা ফোঙদোক্লবগী উপায় অমত্তং ওইবত্তনী। অন্তাভ পিশক্লস্মু অহলশিংবু কোল্লী, মখোয়বু চুপ্পী, অতুদা শারমচৎ-কী ভাব য়াওদে। মপুবোক্লা মশূশিংবু কোল্লী চুপ্পী, মতুদা মপুবোক্কীগু মশূগীসু শারমচৎকী ভাব য়াওদে, মতুদা মখোয়নীগী চিত্ত বিকার পোক্কে। তৌরিবা পুম্নমক্তো নুংশিবা ফোঙদোক্লবগী হৌনশা-উপায় ওইবত্তনী।

তাহা শুনি লুব্ধ হয়-নচিংবা—লীলাগী লাইরীকশিংদা নত্রগা অনু-রাগী ( কৃষ্ণবুদা খন্দুনা লৈবা ) ভক্তগী মচীন্দা রাগাত্মিকা ভক্তিগী মাধুর্য্যগী ম্না নাকোঙনা তারগা অতুগুম্বা সেবা তৌনীঙবা কনাগুম্বা লাইবক-ফবা মীগী লোভ পোক্লবদি সেবা তৌবা ফংননবা হায়তুনা ব্রজবাসীশিংগী ভাব তুংইন্না ভজন তৌয়ি। ভাব-তুংইন্ ভজন অসী রাগানুগা ভক্তি হায়বতুনী।

ভাগ্যবান্—কৃষ্ণকৃপা নত্রগা ভক্তকৃপা ফংবা হায়বা লাইবক্তো লৈবা মী। ব্রজপরিকরশিংনা রাগাত্মিকা সেবা তৌবগী ম্না নাকোঙনা তারগা মী খুদিঙমক কৃষ্ণসেবা হেক্তা তৌনীঙবা নত্তে। কৃষ্ণসেবা পাম্নবগী মরম অনী লৈ ; অমনা কৃষ্ণকৃপানী, অমনা ভক্তকৃপানী। কৃপাসিনা কৃষ্ণবু সেবা তৌনীঙ-হন্বনী—"কৃষ্ণতদ্ভক্তকারুণ্যমাত্র লোভৈকহেতুকা। ভক্তিরসামৃতসিন্ধু ১/২/১৬৩॥" অতৈ উপায় অমনা সেবা তৌহন্নীঙবা ঙম্মোই। কৃপাসী ফংবা মীদো লাইবকফবনী ( ভাগ্যবান্নী )। ভক্তকৃপাসে হন্দক্কী মপোক্তস্মু ফংবা য়াই, নহান্মুক্কী মপোক্তা ফংলকপসু য়াই। নহান্মুক্কী মপোক্তা কৃপাসে ফংলকৃপা মীশিংদি হন্দক্কী মপোক্তা মাগী স্বভাব ( হৌনশা ) ওইনা কৃষ্ণসেবা তৌনীঙগনী।

মূল ১৫৪

লোভে ব্রজবাসিভাবে করে অনুগতি।
শাস্ত্রযুক্তি নাহি মানে—রাগানুগার প্রকৃতি॥ ১৫৪॥

## শব্দার্থ

লোভে—পাম্লবদা ; ব্রজবাসিভাবে—ব্রজবাসীগী ভাব অহূদা ; করে—তৌয়ি ; অনুগতি—তুংইন্‌বা ; শাস্ত্রযুক্তি—শাস্ত্রগী মতুং ইন্‌বা নাতে-উতেবু ; নাহি মানে—লৌদে, হায়বদি ডাইদে ; রাগানুগার প্রকৃতি—রাগানুগাগী মতৌনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কৃষ্ণসেবাগী ) লোভ পোক্লবদা মীতুনা ব্রজবাসী অমগী ভাব অমগী তুং ইল্লী । মতুম্না ইন্‌বদা শাস্ত্রযুক্তিগা ডাইদে ; মসী রাগানুগাগী হৌনশানী ।

## নৈনরোল

ব্রজবাসীভাবে-নচিংবা—কৃষ্ণসেবা তৌনীঙলবা মীতুনা সেবাহু তৌবা ফংননবগীদমক ব্রজবাসীশিংগী ভাবকী তুং ইন্দুনা ভজন তৌয়ি । মফমসিদা ব্রজবাসী শব্দনা খঙহল্লিবদি রাগাত্মিকাগী অধিকারী ওইবা ব্রজবাসীশিংবুনী । মখোয়সিগী ভাবকী মতুং ইন্‌গদবনী । ব্রজপরিকরশিংগী মনুঙদা দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর হায়বা ভাব মরিসীগী রাগাত্মিকা ভক্ত লৈ । কনাগুম্বগী চিত্তনা পামজবা ভাব অতুগী তুং মহাক্না ইন্‌বা তারে । মসিগুম্বা তুং ময়িন্‌সী ( আনুগত্যসী ) লৌদতুনা মনীঙ তম্না ভজন তৌরবসু ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা তৌবা ফংলোই । "সখী–অনুগতি বিনা ঐশ্বর্য্যজ্ঞানে । ভজিলেও নাহি পায় ব্রজেন্দ্রনন্দনে ॥ ২/৮/১৩৪ ॥" রাসলীলাগী রা নাকোঙনা তাবদগী ব্রজলীলাদা লক্ষ্মীনা চঙনীঙলম্মী ; মতুগীদমক ভজন-সু য়াবমথৈ, তৌখি ; অতুবু ব্রজগোপীশিংগী অনুগত ওইদতুনা মরম্নাই ওইনা ভজন তৌবনীনা মহাক লীলাদা চঙবা ঙম্‌খিদে । রাগাত্মিকাগী আনুগত্য ময় ভজনবু রাগানুগা কৌয়ি ।

শাস্ত্রযুক্তি নাহি মানে—শাস্ত্রগী যুক্তিগা ডাইদে । তুংদা লাক্লিবা "তত্তদ্‌ভাবাদি-মাধুর্য্যে"-নচিংবা শ্লোকসিগী "ধীঃ অত্র ন শাস্ত্রং ন যুক্তিঞ্চ যৎ অপেক্ষতে" হায়বা শব্দকী অর্থ বাংলা পয়ারদা—শাস্ত্রযুক্তি নাহি মানে—

হায়না হায়রি। শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীস্থ পয়ারসীগী অর্থদা ইরম্মী—"অত্রায়-মর্থঃ, রাগানুগাভক্তিঃ শাস্ত্রযুক্তি ন মন্যতে ; তজ্জননে শাস্ত্রযুক্ত্যপেক্ষা নাস্তী-ত্যর্থঃ। তত্তদ্ভাবাদি-মাধুর্য্যশ্রবণেন জাতত্বাৎ॥" মরমসিনা মফমসিদা "নাহি মানেগী" অর্থদি 'ভাইদে' হায়বনী। অদুবু শাস্ত্রযুক্তিবু ভাইদবসী করম্না মতমদনো? পাউখুম—সেবাগী লোভ (মিহৌবা) পোক্রমদাইদা। "লোভো-পতিকালে শাস্ত্রযুক্ত্যপেক্ষা ন স্যাৎ ; সত্যাঞ্চ তস্যাং লোভত্বস্যৈব অসিদ্ধেঃ। রাগবর্ত্ম চন্দ্রিকা।" ব্রজবাসীশিংনা সেবামাধুর্য্যগী রারী নাকোংঙনা তারগা মহু ফংনীঙঙী ; ফংনীঙবা অদু পোক্লবগীদমক শাস্ত্রগী নত্রগা যুক্তিগী রা চঙদে ; তশেংবমক্তি, শাস্ত্রগী প্রমাণ নত্রগা যুক্তি চঙদবা মফমদদি ফংনীঙবা (লোভ) অদু পোক্পদি ওইথোক্তে ; মফমতুদদি মথৌরা মথৌ নত্তবরা হায়বদমক খঙঙী ; লোভবু আশা তৌদুনা কনামতনা করিগুম্বা মতমদা শাস্ত্র নৈনদে। মস্তুম্না তৌবনী লোভগী ধর্ম্মদি। মসী খঙহন্নবা হায়দুনা—শাস্ত্রযুক্তি নাহি মানে—হায়রম্বনী।

নত্রগা—লোভ-না মাগী মরম্নাই ধর্ম্ম ফোংদোক্চগনী ; মহাক শাস্ত্রনা থিংবসু ( নিষেধ-সু ) মনাদা হাপ্লোই, যুক্তিগী নিষেধসু মনানা ভারোই। সংসারী ওইবা মীগীদি প্রাকৃত দেহদা রাগ-গা লোয়ননা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সাক্ষাৎ সেবা তৌবদি ওইথোক্তে ; রাসী শাস্ত্রনস্থ হায়রি অদুগা যুক্তিনস্থ হায়রি ; অদুম ওইনমক কৃষ্ণকৃপা নত্রগা ভক্তকৃপা ফংলবা মীদুগী মপুক্লীঙদদি শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌনীঙবা ( তৌগে হায়বগী লোভ ) হায়বদু পোক্যি।

বৈধী ভক্তিগা রাগানুগা ভক্তিগা অনীসিগী খেন্নবদি অসিনী মতুদি—শাস্ত্র-শাসনবু কিবনা বৈধী-ভক্তি চংহন্বনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌনীঙ-বনা রাগানুগাভক্তি চংহন্বনী।

লোভ পোক্লবা মতমদা শাস্ত্রবু অমদি যুক্তিবু ভায়বা নৈত্তে হায়বসী চুম্মী। অদুবু লোভনীয় ( পাম্নঙাই ) পোৎতু ফংবা ভারবদি শাস্ত্রযুক্তিবু ভাইরা তাবনী। রাগমার্গদা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌনীঙলকপা মতমদা তৌনীঙবা

মীহুনা মহাবু সেবাগী মতীক্ চাহন্নবা করি করি উপায় লৈ হায়রদো শাস্ত্র-নচিংবদা য়েংবা তাই অহুগা মতীকচাবা ভক্ত অমদগী সেবাহুগা মরী লৈবা পাউতাক লৌবা তাই। মসী নত্তনা উপায় অমা লৈতে। শাস্ত্র, গুরু অমসুং বৈষ্ণবগী পাউতাক নত্তনা কনামতনা রাগমার্গসিদা চংবা ঙম্মাই ; মরমদি, মায়াবদ্ধ জীবনা বিষয়সিগী রস চান্নানা থঙবা হায়বহু ( অভিজ্ঞতা ) লৈতে।

শাস্ত্রযুক্তি মানিদনবা রাগমার্গগী ভজন নাত্তে। মহু ওইরম্বদি কৃষ্ণবু মানিদবনা রাগমার্গগী ভজন ওইরমগদবনী ; মরমদি শাস্ত্রতনা জীবগী মফমদা কৃষ্ণ কনানো হায়বহু তাক্লিবনী। ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা ফংবা তারবস্থ মহুগী-দমক শাস্ত্রনা তাক্পা বিধিশিংহু ইনগদবনী। রাগমার্গগী লৈবা শাস্ত্রবিধিবু খোশাদহুনা লম্নাইগী হাখন্না পুথোক্পা উপায় লৌরগদি মচৈ চারোই। মরম-সিনা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়রম্মী — শ্রুতিশ্রুতিপুরাণাদি পঞ্চরাত্রিং বিধিং বিনা। আত্যন্তিকী হরিভক্তিরুৎপাতায়ৈব কল্পতে ॥ ১/২/৪৬ ॥

মতাঙসিদা খন্নগদবা ৱাফম অমম্ভ লৈ। রাগাত্মিকাগী মতৌদি ব্রজ-বাসীগী ভাব-কী মতুং ইন্‌বনী ; হায়বদি রাগাত্মিকাগী মতুং ইন্‌বতনী। ( আনুগত্য তৌবতনী ), অহুগা মতৌদি তম্‌দে ( অনুকরণদি তৌদে )। তশেংনমক, কৃষ্ণগী নিত্যদাস জীবনা রাগাত্মিকাগী আনুগত্য ফংবদি ওই-থোক্রি, রাগাত্মিকা কংবদি ওইথোক্তে ; শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিগী বিলাস ওইবা শ্রীনন্দ-যশোদা-সুবল-মধুমঙ্গল-শ্রীরাধা-ললিতানচিংবা নত্তনা অতোপ্পা কনামতনা রাগাত্মিকাগী আশ্রয় (পাত্র, তুংঙফম) ওইবা ঙম্‌দে। আনুগত্য-শব্দগী তাৎপর্য্য থিরগস্থ হায়রিবগী তরংনা থঙবা য়াই। নিংথৌগী থবক্তা মতেঙ পাংহুনা নিংথৌগী ইচ্ছা পুরণ তৌনবা আনুকূল্য তৌরিবা মনাইশিংবু নিংথৌগী অনুগত ( তুংইন্‌বা ) কৌরি ; নিংথৌস্থ মথোয়বু পেন্‌বী অহুগা মথোয়বু চান্‌বী। অহুগা নিংথৌনা নিংথৌ ওইহুনা পান্‌বহু (রাজত্ব) ফংগে হায়না হোৎনবা মীতাশিংদি নিংথৌগী অনুগত ওইবা মীনী হায়বা য়াদে ; থোইনহুম মথোয়দি রাজদ্রোহী (নিংথৌগী য়েরুবনী) হায়না লৌগনী, অহুগী-দমক নিংথৌগী হাত্তোক্লগাই ওইহুনা লৈ। মতৌ অহুগুম্না, রাগাত্মিকা ভক্তিগী

আনুগত্য হায়বসিনা খঙহল্লিবদি—রাগাত্মিকাগী সেবা পূম্নবু তেঙ্ঙপাঙবা অমসুং আনুকূল্য তৌবনী—রাগাত্মিকাগী আশ্রয় ওইবা ব্রজবাসীশিংনা সেবা তৌরগা কৃষ্ণবু নুংঙাইহল্লিবা সেবা পুম্নমক্তুবু খোৱাংলগা মতুঙগী আনুকূল্য তৌগনী। তৌইগুম্বসুং সেবা পুম্নমক্তুনা মতামক্তা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নবগী হোৎনবদি নত্তে। অতু তৌরবদি রাজদ্রোহীগী মতৌগুম্বা রাগাত্মিকাগী অধিকারী ব্রজপরিকরগী য়েংখীনফমতুম্ ওইগনী। রাগাত্মিকাগী আশ্রয় মকোক ওইরিবী শ্রীরাধিকানা মচাগা লোয়নননা সম্ভোগনচিংবা তৌহল্লগা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহল্লী; কনাগুম্বা সাধক অমনা সিদ্ধ ওইরবা ফীভমদা শ্রীরাধাগুম্না সম্ভোগনচিংবা তৌহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেল্হন্নবা হোৎনরবদি মানা হোৎনবদো রাগাত্মিকাগী হোৎনবা হায়বতু ওইগনী, রাগানুগাগী হোৎনবা হায়বতুদি ওইরোই। মতৌসুম্না হোৎনবদি রাগানুগাগী প্রকৃতি ( হৌনবা ) নত্তে; রাগানুগাগী প্রকৃতিদি শ্রীবৃষভানুনন্দিনী শ্রীরাধাবু লোয়নননা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নহন্‌বা অদুতমক তৌবা, রাধাকৃষ্ণ অনীগী ভাব অতু য়োক্‌খৎপদা তেঙবাঙবা অতুগা মতম মতমগী তৌফম-থোক্‌পা পরিচর্য্যানচিংবা ( সেবান-চিংবা ) তৌবা—অসিনী। মঞ্জরী হায়বদি কিঙ্করী ( মনাই ) ওইনা হায়রিবা সেবাসিংগুম্বা তৌবদি ওইথোকয়ি। জীবগী স্বরূপ বিচার তৌরগসু হায়রি-বসি খঙবা য়াই; জীবদি কৃষ্ণগী দাস-নী, কৃষ্ণগী প্রেয়সী (নুংশিনবী) নত্তে, সখা নত্তে অমদি মমা-মপাসু নত্তে; মরমসিনা আনুগত্যময়ী সেবাতনা জীবগী স্বরূপকী ওইফম থোক্‌পা ধর্ম্মনী। নীঙতম্বা রাগাত্মিকা সেবা পাম্বদি—স্বরূপশক্তিগী বিলাস-বিশেষনী, মরমতুনা স্বরূপশক্তিগী অধিষ্ঠাত্রী দেবীগী মশক ওইবী শ্রীনন্দ-যশোদানচিংবগদা লোয়নননা মাগী স্বজাতীয় সম্বন্ধ হায়-বতু লৈবনী, জীবশক্তিগী অংশ ওইবা জীবগা লোয়নননা মাগী স্বজাতীয় সম্বন্ধ লৈবা য়াদে। আনুগত্যময়ী ( অনুগত ওইনা তৌবা ) সেবাতনা দাসগী সেবানী। দাসগী সেবাদি স্বাতন্ত্র্যময়ী (নীঙতম্বী) সেবা ওইবা ঙমদে। আনু-গত্যময়ী সেবাগা লোয়নননা অনুগত-দাসগী মশক ওইনা জীবগী সজাতীয় সম্বন্ধ লৈমিন্নবা ঙম্মী। মরমসিনা ফীভম খুদিংমক্তা মওঙ পূম্নমক্তা, ভাব-কী

অনুকূল ওইবা ( ওইহনগদবা ) দাসত্বতনা (নাই-ওইবতনা) জীবগী তৌগদবা মখোনী। মধুর-ভাব-তা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সীশিংগী আনুগত্যদা কৃষ্ণদাস ওইবা, বাৎসল্য ভাব—তা শ্রীনন্দযশোদগী আনুগত্যদা কৃষ্ণদাস ওইবা, সখ্যভাব-তা সুবল-মধুমঙ্গল-মচিংবগী আনুগত্যদা কৃষ্ণদাস ওইবনচিংবা জীবগী স্বরূপকী ওইবা মখোনী। মসিনী রাগানুগাগী হৌনশানি। কনামতনা মছাব শ্রীকৃষ্ণগী মপানী, মমানী, সখানী নত্রগা প্রেয়সীনী হায়না খল্লবদি মত্ত দোষগী মশক্নী। মরমদি ভগবত্তত্ত্বগা মহাক্কী স্বরূপশক্তিগী বিলাস ওইবা নিত্যসিদ্ধপরিকর তত্ত্বগা খেন্নবা লৈতে ; মখোয়গা অমত্তমী খন্না অত্তুগা শ্রীকৃষ্ণগম্বু অমতনী খন্বদি রাইহে অমতনী, মরমসিনা মস্তুম্না খন্বদি দোষনী।

কনাগুম্বনা হংবা য়াই, মথক্তা নৈনখিবনী শাস্ত্রগী রা অনদি যুক্তিগী রা ঙাক্তনী। অহুবু লোভ-নদি শাস্ত্রযুক্তিবু ঙাইদে। অতুনা রাগাত্মিকা ভক্তিগী-দমক কনাগুম্বগী লোভ পোক্লবদি করম তৌগনী ? পাউখুম—লোভ পোক্ক-বগী অমথক্তা ঙায়বা মরমদি ( হেতুদি ) কৃষ্ণকৃপা অমদি ভক্তকৃপানী ; অতে উপায় অমতনা লোভ পোক্পা য়াদে। কনাগুম্বা অমবু কৃষ্ণনা নত্রগা ভক্ত-অমনা কৃপা তৌরবদি, রাগানুগা ভক্তিহৃদা মহাক্কী লোভ পোক্নী, রাগা-ত্মিকাদদি লোভহু পোক্লোই ; মসিনী কৃপাগী স্বধর্ম্ম হায়বদো। ফংবা য়ারোই-দবা পোৎকী লোভ পোক্হন্‌বদি কৃপাগী থবক নত্তে, মসিমক্তি কৃপা-নত্তবগী থবক্নী। ফংবা য়াবা পোৎকীদমক লোভ পোক্হন্‌বা অমসুং মতু ফংননবা উপায় তাক্পীবা মীহুবু কৃপালু ( থৌজান্‌হৈবা ) কৌয়ি। রা অমমুক হংবা য়াই—রাগাত্মিকাগী আনুগত্যময় ওইবা ভাব অমদা সাধক-জীবগী লোভ পোক্লবা, অতুগুম্বা ভাব-কী পাত্র হায়বদি আশ্রয় ব্রজগী নিত্যসিদ্ধ পরিকর-শিংগী মরক্তা য়াওব্রা ? রাওরবদি, মখোয়হুগী আনুগত্যময় ভাব অতুগী মাধুর্য্যগী রা নাকোঙনা তারগা লোভ পোক্পা য়াগনী। পাউখুম—রাগা-ত্মিকাগী আনুগত্যময় ভাব-কী আশ্রয়সু—নিত্যসিদ্ধ পরিকরশিংগী মরক্তা য়াওয়ি। শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিগী বিলাসনা—রাগাত্মিকাগী আশ্রয় ওইনা

ভাব মখল মখলগী মতীক চাবা পরিকর ব্রজদা লৈবগুম্বা রাগাত্মিকাগী আনু-গতাময়ী ওইবা রাগানুগাভক্তিগী আশ্রয় ওইনমু লৈবা য়াওরি। শ্রীরূপ-মঞ্জরী, রতিমঞ্জরী, রসমঞ্জরী, শ্রীঅনঙ্গমঞ্জরীনচিংবসী রাগানুগাগী পাত্র (আশ্রয়) ভানী। মখোয়সিমু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিগী বিলাস নী; অদুবু মখোয়সিনা রাগাত্মিকাগী আনুগত্য লৌরগা, রাগাত্মিকাসেবা য়াননবা হেৎ-বাওনী। মখোয়সিগী সেবাগী মাধুর্য্যাদি খ্বায়দগী পুংহেন্ হেনবা ভাংনী। মাধুর্য সিগী বা নাকোঙনা তারগা লাইবক ফরুবনা কনাগুম্বগী লোভ পোক্রবদি শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবগী তন্নুগত ওইরগা রাগানুগা মার্গদা ভজন তৌরগদি মহাক ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা ক বা ঙমগনী।

রাগাত্মিকাগী অনুগত্য ওইবী ভক্তিবু রাগানুগা কৌরি। রাগাত্মিকাগী অঙ্গ অনী লৈ হায়ব্রে, মতুদি—সম্বন্ধরূপা অমসুং কামরূপা। মতৌ অদুগুম্না রাগানুগাগীসু অঙ্গ অনী লৈ; সম্বন্ধরূপগী অনুগত্য ওইবা রাগানুগাবু **সম্বন্ধানুগা** কৌরি। অদুগা কামরূপাগী অনুগত্য ওইবা রাগানুগাবু **কামানুগা** কৌরি। দাস্য, সখ্য অমসুং বাৎসল্য ভাবকী তুংইনবা রাগা-নুগানা সম্বন্ধানুগা ওইবনী; ব্রজসুন্দরীশিংনা মধুর ভাবকী তুংইনবা রাগা-নুগানা কামানুগা ওইগনী। কামানুগা-ভক্তিসু মখল অনীগী লৈ, মতুদি—**সম্ভোগেচ্ছাময়ী** অমসুং **তত্তদ্ভাবেচ্ছাময়ী**। কেলি বিষয়গী (শান্নবগী) ওইবা তাৎপর্য্যগী ভক্তি অদুগী নিং সম্ভোগেচ্ছাময়ী-নী; অদুগা মাগী মাগী যুথেশ্বরীশিংগী ভাব-মাধুর্য্য পাম্ববু তত্তদ্ভাবেচ্ছাময়ী কৌরি। মসিগী মনুঙদা সম্ভোগেচ্ছাময়ী রাগানুগাদা শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা ফংবা য়াদে; ভক্তিরসা-মৃতসিন্ধুনা হায়রি—কনাগুম্বনা ব্রজসুন্দরীশিংগী অনুগত ওইদুনসু ভজন তৌসনু, রাগানুগা ভক্তিগী লৈরিবা বিধিশিংদুগী মতুং ইন্না ভজনসু তৌসনু, করি হায়নী দশাক্ষর-অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্রনা, কামগায়ত্রী কামবীজনসু শ্রীশ্রীমদন-গোপালগী ভজন তৌরসনু, সাধক অদুগী মপুক্কীওদা সম্ভোগ-ইচ্ছা লৈরবদি, রমণাভিলাষ (পাদোওনীওবা) লৈরবদি সাধক অদুনা ব্রজেন্দ্র নন্দনগী সেবা ফংলোই; মহাক সিদ্ধাবস্থাদা দ্বারকাদা মহিষীশিংগী কিঙ্করী ওইবা ফংগনী।

সম্ভোগেচ্ছা হায়বদি রমণেচ্ছা ( পাদোঙনীঙবা ) লৈরবদি ভৌ-হায়বা উপায়না রাগানুগাগী ভজন তৌরবসু করিগীদমক ব্রজদা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী সেবা ফংলোইদৌরিবা, করিগীদমক মহিষীশিংগী কিঙ্করী ওইবা ফংগদৌরিবা হায়বতুগী মরম নাইতোবসু লৈ। রমনেচ্ছাদা লয়াইগী নুংঙাইনীঙবা হায়বতু তাক্যি। জীবদি স্বরূপকী হায়রগদি কৃষ্ণগী মনাইনী হায়তুনা অমসুং আনুগত্যতনা ( তুংইন্‌বতনা ) দাসত্বগী (নাই ওইবগী) প্রাণবস্তুনী হায়তুনা আনুগত্যগী ওইবা সেবা অতুদদা মহাকী স্বরূপকী হৌনবী অধিকার লৈ অমসুং জীবনা আনুগত্যময়ী সেবাতনক ফংবা ঙমগনী। কনাগুম্বা সাধক অমদি সাধিকাগী মপূক্রীঙদা রমণেচ্ছা পোক্লবদি, ব্রজদা মহাক্না কনাগী আনুগত্য লৌদৌরিবনো ? ব্রজদদি মরম্নাইগী নুংঙাইব পাম্বা হায়বদুদি সুক্নে লৈতে ; পরিকরশিংনা পাম্বদি—শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবদনী, অতুগা শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বসু পরিকরশিংগী নুংঙাইবা অতুতনী ; মরম্নাইগী নুংঙাইবা পাম্বদি কনামত্তগী লৈতে, মরমতুনা রমণেচ্ছা লৈবা সাধক নত্রগা সাধিকানা কনাগীসু আনুগত্য ফংবা ঙমদে ; মরমতুনা মহাক্না ব্রজপ্রাপ্তি ফংবসু ওইথোক্রোই।

রমণেচ্ছা–লৈতবা সাধক নত্রগা সাধিকা অদুতনা ব্রজলীলাদা চঙবা ফংগনী। লীলাদা চঙলবা তুংদসু করিগুম্বা মতমদা শ্রীরাধানা থারকপা ওইরবসু নত্রগা অতোপ্পা মরমগী ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্না লোয়ননা রমণ তৌনীঙলবসু সাধক নত্রগা সাধিকাতুনা ভোগ-পাম্‌দবা ওইনা লৈ। প্রার্থিতামপি কৃষ্ণেণ তত্র ভোগপরাঙ্মুখীম্॥" রমণেচ্ছাতু মছাগী সুপোক-পোক্কে, শ্রীকৃষ্ণনা হায়রবা ফাওবদা ভোগ পাম্‌জদবী ওইনা লৈ।

মরমসিনা, তত্তদ্‌ভাবেচ্ছাময়ী কামানুগা ভক্তিতুতনা মক্কবা ( বিশুদ্ধ ) কামানুগা ভক্তিনী হায়না লেপ্লে।

মুল ১৫৫

বিরাজন্তীমভিব্যক্তং ব্রজবাসিজনাদিষু।
রাগাত্মিকামনুসৃতা যা সা রাগানুগোচ্যতে॥ ১৫৫ ॥

## শব্দার্থ

বিরাজন্তীম্—ভাম্বোইরিবা; অভিব্যক্তম্—ফোঙলিবা; ব্রজবাসিজনাদিষু—শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যসিদ্ধ পরিকর ওইবা ব্রজবাসীশিংদা; রাগাত্মিকাম্—মুংশিবনা থব্রায়নবা ভক্তিগী; অনুসৃতা—তুংইন্বা; যা—( ভক্তি ) অদু; সা—মদু; রাগানুগা—রাগগী তুংইন্বী; উচ্যতে—কৌয়ে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজবাসিজন-শিংদা তরং তরংনা ফোঙদোক্লিবা রাগাত্মিকাদুগী তুংইন্বা ( অনুগতা ) ভক্তিবু রাগানুগা কৌয়ি।

## নৈনরোল

মমাং থারিবা মূল ১৫১-১৫২ পয়ারদা হায়ৱিবসিগী প্রমাণী শ্লোকসী।

## মূল ১৫৩

তত্তদ্ভাবাদিমাধুর্য্যে শ্রুতে ধীর্যদপেক্ষতে।

নাত্র শাস্ত্রং ন যুক্তিঞ্চ তল্লোভোৎপত্তিলক্ষণম্॥ ১৫৩॥

### শব্দার্থ

তৎ-তৎ-ভাবাদি মাধুর্য্যে—ব্রজপরিকরশিংগী মাগী মাগী ভাবকী মাধুর্য্যদু; শ্রুতে—নাকোঙনা তারগা; ধীঃ—বুদ্ধি; যৎ—মদু; অপেক্ষতে—ভাই; ন—নত্তে; অত্র—মসিদা; শাস্ত্রং—শাস্ত্রবু; ন—নত্তে; যুক্তিং—যুক্তিবু; চ—অমসুং; তৎ—মদু; লোভ-উৎপত্তিলক্ষণম্—লোভ (অপাম্বা) পোক্পগী লক্ষণী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজপরিকরশিংগী দাস্য-সখ্য নচিংবা ভাবকী মাধুর্য্যগী রা নাকোঙনা তারগদি মী খুদিংগী বুদ্ধিনা কয়ামুক মায় ওন্সন্বগে হায়ববু, বুদ্ধিদুনা শাস্ত্রবু অমদি যুক্তিবু ভাইদে। মসুম্না ওইবসে লোভ-পোক্পগী ( হায়বদি ভাব-মাধুর্য্যদু পাম্বগী ) লক্ষণ হায়বদুনী।

## নৈনরোল

শ্লোকসী মূল ১৫২-গী মমৈ তংখাইদুগী প্রমাণী।

মূল ১৫৭

'বাহ্য' 'অন্তর' ইহার দুই ত সাধন।

বাহ্য—সাধকদেহে করে শ্রবণ-কীর্ত্তন ॥ ১৫৭ ॥

শব্দার্থ

বাহ্য—মপান্থোংগী ; অন্তর—মুংগী ; ইহার—মসিগী (রাগানুগা ভক্তিগী) দুই ত—অনীনীদো ; সাধন—সাধন ; বাহ্য—মপান্থোংগী ; সাধক দেহে—সাধক অহুগী লৈরিবা দেহদা ; করে—তৌয়ি ; শ্রবণ—নাকোঙনা তাবা ; কীর্ত্তন—শক্-শোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাগানুগা ভক্তিসিগী সাধন-দি মপান্থোংগী অমসুং মুংগী হায়দুনা অনী থোকৃয়ি। বাহ্যনা হৌজিক-হৌজিক-লৈরিবা সাধক অমগী দেহদা শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌয়ি।

নৈনরোল

সাধকদেহে—হৌজিক লৈরিবা দেহদা ( মসী শ্রীজীব গোস্বামীনা লৌবা অর্থনী ) ; মমা-মপাদগী থোরক্পা পঞ্চভূতকী দেহ।

শ্রবণ-কীর্ত্তন—শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা নব-বিধা ভক্তিগী নম্রগা অঙ্গ ৬৪-গী সাধন-ভক্তি তৌবা। বিধিভক্তিগী অঙ্গ-দুম্ফ মরিগী য়া হায়রিবসে রাগানুগা ভক্তিদসু তৌগদবনী ; মরমদি, হায়রিবা অঙ্গ পুম্নমক্কী তৌদ্রবদি ব্রজবাসীশিংগী আনুগত্য-নচিংবা করিমতা সিদ্ধ ওইরোই। "তানি বিনা ব্রজ-লোকানুগত্যাদিকং কিমপি ন সিধ্যেদিতিরাগবর্ত্ম-চন্দ্রিকা" ॥ শোয়দবনী মখোয়সিগী মনুংদা রাগানুগাগী কায়গদবা অঙ্গশিংদি তৌরোইদবনী। হায়-বদি বিধিভক্তিগী অঙ্গ পুম্নমক্কী মনুংদা রাগানুগাগী অনুকূল ওইবা অঙ্গ-শিংদুদা লৌগদবনী।

অর্চ্চনাঙ্গ-ভক্তিগী মনুংদা অহংগ্রহোপাসনা, মুদ্রা, দ্বারকাধ্যান অমসুং রুক্মিণীনচিংবসী পূজন শাস্ত্রদা তৌগদবনী হায়রি। অদুবু মসী পুম্বা রাগানুগা

মার্গগী সাধকতি মাগী ভাব-কা ওইন্নে-তৈনবনী হায়বদুনা ভৌকম থোক্কে। অসিদা কনাগুম্বনা হায়বা য়াই—ভৌদ্রবদি ভক্তিগী অঙ্গ-হানি ওইগনী, নসিগী পাউখুম ওইনা হায়বা য়াই—ভক্তি মার্গদা প্রীতিগা ( নুংশিবগা ) লোয়ননা তৌবা ভজন-দা খজিক্কুং অঙ্গহানি ওইরবসু দোষ ওইরোই। "নহ্যঙ্গোপক্রমে ধ্বংসো মদ্ধর্ম্মস্যোদ্ধবাণ্বপি॥ শ্রীভাগবতম্, ১১/২৯/২০- শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি, হে উদ্ধব, ঐগী ভক্তি-লক্ষণদি ধর্ম্মসিগী উপক্রমদা (অহৌবদা) অঙ্গ কায়রবসু মসী করিমতা মাঙবা লৈতে॥" মসিগী ওইবা খজিক্কুং ফাওবা অতুম পূর্ণ (মপুঙ ফাবা) ওইদুনা লৈ ; মরমদি নিগুর্ণভক্তিগী মওংদি অমুম্না তৌয়ি। মতাঙসিদা য়েংগদবা য়াদি অসিনী মতুদি—অঙ্গ-হানিনা দোষ ওইদ্রবসু অঙ্গীগী হানিদদি দোষ ওই। মথক্তা পল্লিবা শ্রীসমুদ্রাদ্বারকাধ্যান হায়বনচিংবদি অর্চ্চনাগী অঙ্গনী, মরমদুনা অর্চ্চনা-না মফমসিদা অঙ্গীনী। দীক্ষা-লৌরবা মীনা অর্চ্চনা তৌদ্রগদি নত্রগা মওং অমরোমদা তৌরগদি দোষ ওইগনী। শ্রবণ-নচিংবা প্রধান ভক্তি-অঙ্গশিংসী অঙ্গী-নী, মখোয়শিংদু তৌদ্রগদি সাধক অদুগী ভক্তিগী অকায়বা ওই। মরমদি, হায়রিবা অঙ্গীশিংবু আশ্রয় ওইহল্লগা সাধক-না ভক্তিগী লম্বীদা চৎথনবা হোৎনরিবনী ; অঙ্গী অদুবু থাদোক্লবদি আশ্রয়বু ( কায়দোঙফম্নু ) থাদোকপা হায়বদু ওইরে। আশ্রয় থাদোক্লবদি আশ্রয়-লৈতবা ফীভমদা সাধক অদুনা করম্না লৈগনী ? মরমদুনা মহাক লৈখা তারগনী শোয়দনমক। "অঙ্গিবৈকল্যেতু অস্ত্যেব দোষঃ। যান্ শ্রবণোৎকীর্ত্তনাদীন্ ভগবদ্ধর্ম্মানাশ্রিত্য ইত্যুক্তেঃ॥" রাগবর্ত্মচন্দ্রিকা।

সাধনভক্তিগী অতোপ্-অতোপ্পা অঙ্গগী মতাঙদা রাগবর্ত্মচন্দ্রিকানা হায়বদি অসিনী—ভজনাঙ্গশিংবু শরুক মঙা থোক্না খায়দোকপা য়াই, মতুদি, স্বাভীষ্টভাবময়, স্বাভীষ্টভাবসম্বন্ধী, স্বাভীষ্ট ভাবকী অনুকূল, স্বাভীষ্টভাবকী বিরুদ্ধ অমসুং স্বাভীষ্টভাবকী বিরুদ্ধ-নত্তবা।

দাস্য-সখ্যনচিংবা অমসুং ব্রজদা বাস তৌবা হায়বা ভজনাঙ্গশিংসী স্বাভীষ্টময়নী ; মখোয়সী সাধ্যসু ( সাধন তৌরগা ফংনবাই ওইরিবদুসু ) ওই অদুগা

সাধন-স্নু ওই। গুরুপাদাশ্রয় (গুরুদা চঙজবা), গুরু-সেবা, জপ, ধ্যান মাগী মাগী ভাবকী হৌনবী নাম-রূপ-গুণ-লীলা-নচিংবা শ্রবণ তৌবা কীর্ত্তন তৌবনচিংবা নববিধা ভক্তি, একাদশীব্রত, কার্ত্তিক-নচিংবগীব্রত, ভগবান্দা কৎলবা নির্ম্মাল্য-তুলসী গন্ধ-চন্দন-মাল্য বসন ( কিংনচিংবা ) ধারণ তৌবন-চিংবা ভজনাঙ্গশিং, স্বাভীষ্টভাবকা মরী লৈনবা ; মখোয়সী সাধ্যপ্রেমগী উপাদান-কারণ ওই, অতুগা অমনা করম্বা নিমিত্তকারণ ওইরিবা। তুলসী-কাষ্ঠগী পরেং শিবা গোপীচন্দননচিংবা থিন্বা, নাম-মুদ্রা-চরণ-চিহ্ন-নচিংবা ধারণ তৌব', তুলসী-সেবন-পরিক্রমা, প্রণাম-নচিংবা ভজনাঙ্গশিংসে স্বাভীষ্ট ভাবকী অনুকূল ওই। শল, খোংনাং, ধাত্রী (হৈক্রু), ব্রাহ্মণনচিংবদা সম্মান তৌবনচিংবা ভজনাঙ্গশিংসী স্বাভীষ্ট ভাব কী বিরুদ্ধ নাত্তে ; অঙ্গ পূম্নমক্সে ভাবকী তেঙবাঙবা। বৈষ্ণবসেবাদি মথক্তা হায়গ্রবা মথল মরিগী খুদিংমক্তা য়াওরি। মসী পূম্নমক রাগানুগামার্গগী সাধকনা তৌগদবা মথৌনী। অহং-গ্রহোপাসনা, ন্যাস, মুদ্রা, দ্বারকাধ্যান, মহিষীধ্যানচিংবদি স্বাভীষ্টভাবকী বিরুদ্ধনী, মরমঅনা রাগমার্গগী সাধকশিংনা মখোয়নীবু থাদোক্কদবনী।

রাগানুগা-মার্গগী সাধকনা মহাগী ভাব অতুগী প্রতিকূল ওইবা ভজ-নাঙ্গশিংতু থাদোক্লুনা হৌজিক-হৌজিক-লৈরিবা ( যথাবস্থিত ) দেহদা অতৈ অঙ্গশিংতু তৌগদবনী। রাগমার্গগী সাধন-দি মতমপুম্বদা ব্রজবাসীশিংগী আনুগত্যমরনী—বাহ্যসাধন দসু ব্রজবাসী শ্রীরূপ সনাতন-গোস্বামীশিংগী অনুগত ওইদুনা মখোয়না উৎলম্বা লম্বীদুদা চংকদবনী। রাগনশিনক মতৃঙদা লাক্লিবা "সেবা সাধকরূপেণ"—নচিংবা শ্লোক অদুদা হায়রিবনী। রাগমার্গ সাধক অমগীদমক্তি "ব্রজে বাস—ব্রজদা লৈবা" হায়বসী নকুওইবা অঙ্গ অমনী হায়রি (কুর্য্যাদ্ বাসঃ ব্রজে সদা) ; ওয়গদি যথাবস্থিত দেহদা ব্রজধামদা বাস তৌগদবনী ; নত্রবদি পূরক্তদা ব্রজবাস ( ব্রজদা লৈবা অদু ) থনগদবনী।

যথাবস্থিত দেহগী সাধন-দসু মওং পূম্নমক্তা পূরীড য়াওনা তৌগদবনী। মরমদি 'বাহ্য অন্তর ইহার সাধন—দুং-পান অনীমক্তা সাধন অসী তৌগদ-বনী।' পূক্লীড়দি য়াওবা অতুগা মপাম্বোংদদা যন্ত্রগুম্না অনুষ্ঠানশিংতু

তৌরগদি মহু চপ্‌চাবা রাগানুগাগী ভজন ওইরোই। মরমতুনা শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতনা হায়রি— অনাসঙ্গ ( হায়বদি সাক্ষাৎ ভজন তৌবদা পূরক্লীভ য়াওদবা ) ওইনা মপোক য়াম্না শ্রবণকীর্ত্তন তৌরগনু কৃষ্ণচরণথাদা প্রেমধন ( নুংশিবা কৌবা লন অদু ) ফংলোই। শ্রীভক্তিরসামৃত সিন্ধুনসু হায়— "সাধনৌঘৈরনাসঙ্গৈরলভ্যা সুচিরাদপি।" মপানগী থবক্কা লোয়নন। পূরক্লীভ য়াওগদবনী হায়বগী খুদম অম-অনীদং উৎচরি। স্নানগী মতমদা ঈশীঙদা কূম্নগা লুপ্পদনদি রাগানুগা ভক্তগী স্নান হায়বদো ওইবা য়ারোই ; বাহ্য স্নান তৌবনা বাহ্য দেহ শেংবা য়াই, অদুগা অন্তর্দেহদি ( নুংদি ) শেংলবরা শে দ-বরা হায়বদা চিংনবা পোক্‌য়ি, মরমতুনা বাহ্য স্নানগী মতমদা শ্রীভগবান্‌গী চরণ নীঙশীঙগদবনী। "যঃ স্মরেৎ পুণ্ডরীকাক্ষং স বাহ্যাভ্যন্তর শুচিঃ।" চন্দন থিল্লগা "কেশবায় নমঃ, নারায়ণায় নমঃ"—নচিংবা চীন্দদমক হায়রগা চৎলগদি রাগানুগা ভক্তগী তিলক ( চন্দন থিনবা ) ওইরবোই ; পূক্লুংদসু হকচাঙগী মফম মফমদু কেশব-নারায়ণচিংবনু নীঙশীঙতুনা, মফম মফমদুদা লৈবা হরি-মন্দির ( তিলক ) অদু লাইশিংতুদা কৎলগা মন্দির মন্দির অদুদা কেশব-নারায়ণশিংবু থিন্দুমা থল্লবনী হায়না পূরক্লীঙনা খল্লবা হোৎনগদবনী। "ললাটে কেশবং ধ্যায়েদিত্যাদি।" ভজনাঙ্গ পুন্নমক্তা মতৌ অসিগুম্মা মফম মফমদুদা পূরক্লীভ থিংজন্‌গদবনী। শ্রীমন্‌মহাপ্রভুগী কৃপানা, মতৌ অমুম্না তৌবা ডল্লবদি ভজনাঙ্গ লোইনমক স্বাভীষ্টভাবময় হায়বদো মওইগনী।

মূল ১৫৮

মনে—নিজ সিদ্ধদেহ করিয়া ভাবন।
রাত্রিদিনে করে ব্রজে কৃষ্ণের সেবন ॥ ১৫৮ ॥

## শব্দার্থ

মনে—পুক্লুংদা ; নিজ— মহাগী ; সিদ্ধদেহ—গুরুনা লেপ্‌তুনা পীবা সাধক স্বরূপ ; করিয়া—তৌদুনা ; ভাবন—থন্‌বা ; রাত্রিদিনে—অহিং-নুংথিল অনীমক্তা ; করে—তৌগ্নি ; কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী ; সেবন—সেবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূরকুংদা মছাগী সিদ্ধদেহ অদু থল্লগা অহিং-মুংথিল অনীমক্তা ব্রজদা কৃষ্ণসেবা তৌগদবনী ।

## নৈনরোল

পয়ারসিদা অন্তর-সাধনগী ৱা হায়রি ।

সিদ্ধদেহ—শ্রীগুরুনা সিদ্ধ প্রণালিকাদা কুচু-চহীমতাঙ-ফিজেং-লৈতেং-সেবা-নচিংবা পল্লগা শিষ্য সাধক অদুগী স্বরূপ লেপ্পুনা পীবা স্বরূপ অদু সাধক অদুগী সিদ্ধ দেহনী । শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী কৃপানা সাধক-না সিদ্ধি ফংবা ভয়বদি অদুগুম্বা দেহদদা শ্রীব্রজেন্দ্র-নন্দনগী সেবা তৌগদবনী । সাধনগী মতমদা দেহদু থন্ন থন্না, দেহদু মছামক্তীনী হায়না মতাংগুম্না থল্লগা চপ্ চাবা মওংদা দেহদুনা ভজদা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা থনগদবনী । মরমসিনা দেহদুবু অন্তশ্চিন্তিত ( মুংদা খন্দুনা থইবা ) দেহ হায়নস্থ কৌয়ি ।

রাত্রিদিনে—মতম পুম্বদা ; অহিং অমস্তুং অয়ক-মুংথিনদা সাধক মছাগী ভাব-ভাবতুগী মতম মতমগী থইনা তৌফম-থোক্পা কৃষ্ণগী সেবাদা পূরকুভদা অন্তশ্চিন্তিত দেহদা তৌগদবনী । হাফমগী অষ্টকালীন ( মতম নীপালগী থইবা ) সেবাগী ৱানী । মসিবু লীলাস্মরণস্থ (শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দনগী লীলা নীংশীংবা) কৌয়ি ।

সিদ্ধ—প্রণালিকাদা গুরু-পরম্পরা—ক্রমদা ( মথং-মনা ভদা ) গুরুশিং পূরমক্কী সিদ্ধ দেহগী ৱারোল য়াওয়ি ॥ অন্তশ্চিন্তিত-সেবাদস্থু শ্রীগুরুদেবগী সিদ্ধরূপ অদুগী, গুরু পরম্পারা লোইননক্কী সিদ্ধরূপশিংগী আনুগত্য লৌরগা সেবা তৌগদবনী ।

রাগানুগা মার্গগী আনুগত্যগী মরমদা অতৈ অমা হায়দ্রিবৈদা গৌড়ীয়-বৈষ্ণবশিংগী ভজন-তৌগদবা পোংকী মরমদা খরা নৈনবাই লৈ ; নত্রগদি, আনুগত্যগী মরোল ( মর্ম্ম ) অমত্তুং আনুগত্য লৌফম থোকুয়ি হায়বহু থভবা ভম্মোই ।

গৌড়ীয়-বৈষ্ণবশিংনা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরগা শ্রীশ্রীব্রজেন্দ্রনন্দনগা অনীমক চপমান্নবা ভজন তৌগদবনী ; শ্রীশ্রীনবদ্বীপ-লীলা অমসুং শ্রীশ্রীব্রজলীলা অনীমক চপ্ মান্নবা সেবন তৌনঙাইনী। শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা ভজরসগী মপাউহু কলিদা লাক্‌হংলবা জীবদা পীরম্মী অদুগা মহুগী মহাউ তংনবা উপায়সু তাক্‌পীরম্মী. মহৌ অদুগুন্না ভজনগী আদর্শসু (ফিদমসু) উৎপীরম্ম হায়বগী-দমক্তা মহাকপু ভজন তৌগদবা নত্তে। মহুগী দনক্তা মহাকপু ভজন তৌরগদি মঙোন্দা তৌবিমল-খঙবা উৎপদমক থোক্‌য়ি ; তৌবিদল খঙবা উৎপদুতনা ওক্‌পা নত্তে ; শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গগী ভজন-দি সাধন-দমক ওইবা নত্তে, সাধ্যসুনী ; মহাক্কী ভজন-দি স্বাভীষ্ট ভাবকীনী। মসীগী মরমদি অসিনী :—

শ্রীশ্রীব্রজেন্দ্রনন্দনগা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরগদা স্বরূপকী য়েংলুরগদি করিমতা খেন্নবা লৈতে ; শ্রীব্রজলীলাগা শ্রীনবদ্বীপলীলাগসু স্বরূপকী হায়রগদি করিমতা খেন্নদে। শ্রীমতীবৃষভানু-নন্দিনীগী মাদন হায়বা খঙনরিবা মহাভাব অমসুং সনা অহিংবগী মঙোনা ভোরবা কান্তি লৌরগা শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দন অদুনা গৌরাঙ্গ ওইবনী ; শ্রীব্রজেন্দ্র-নন্দনগী নোংহৌ মান্না মুজবা কুচুহু অনৌবা গোরচনাগুম ভোংবী বৃষভানু-মনোয়োহিগী হেম-গৌর-কান্তিগী নরুমদা কুপ্‌না লৈ ; মরনহুনা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরদি অন্তঃকৃষ্ণ ( তুংমুবা ) বহিঃগৌর ( পান্‌ভোবা ) ওইবনী ; মহাক্নে রাধাভাবদ্যুতিসুবলিত ( রাধাগী ভাব অমসুং কান্তিনা ফজনা শাবা ) কৃষ্ণস্বরূপ-নী, অতৈ কনা নত্তে। শ্রীব্রজধামদা চেল্লম্বা মাগী লীলা-ঈচেন্দু য়াম্না কন্না চেল্লতুনা শ্রীনবদ্বীপ-দা য়ৌবনী। শ্রীনবদ্বীপলীলা অদুগা শ্রীব্রজলীলাদুগা,— ব্রজেন্দ্রনন্দনগী লীলা-ঈচেন্ অমতগী অংশ অনী ওইবতনী। শ্রীশ্রীব্রজেন্দ্রনন্দনগী খ্বায়দগী হেন্‌বা মাধুর্য্যনা থল্লবা লীলা-কদম্বগী মমৈ-তাবা অংশনী শ্রীনবদ্বীপলীলাদি। ব্রজলীলাগী মমুন্‌ফাবা কীভমতুমক্কী নবদ্বীপলীলাদি। ব্রজেন্দ্রনন্দন-না লীলা প্রকট তৌবগী উদ্দেশ্যহুগী সিদ্ধি হৌবনা ব্রজদা অদুগা মপুঙ ফাবনা নবদ্বীপ-তনী। পরমকরুণ রসিক-শেখর শ্রীকৃষ্ণনা লীলা প্রকট তৌরম্বগী মুখ্য উদ্দেশ্যদি রস-আস্বাদন তৌবনী অদুগা গৌণ উদেশ্যনা রাগমার্গগী ভক্তি প্রচার তৌবনী।

মহাক্না ব্রজদা লোইদবা মওঙ জাত্তা অমদা রস আস্বাদন তৌরি, অদুবু মাগী রস-আস্বাদন-তু মপুঙ ফাদ্রে ; মরমদি, ব্রজদা মহাক্না শ্রীরাধিকানচিংবা পরিকরশিংগী প্রেমরস-নির্য্যাসতমক আস্বাদন তৌরকুখি, অদুগা মহাক্না অসমোর্দ্ধ মাধুর্য্য-রসতুদি আস্বাদন তৌবা ফংলক্রে। মাধুর্য্যসী আস্বাদন তৌনবগী অমত-ডায়বা থুংলাইদি—শ্রীমতী বৃষভানুনন্দিনীগী মাদনাখ্যমহা-ভাব অদুনী। মদু শ্রীকৃষ্ণগী লৈরমদে। মরমদুনা মহাক্না শ্রীমতীগী মাদনাখ্য মহাভাব লৌরগা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা নবদ্বীপতা প্রকট ওইবনী অদুগা মহাগী মাধুর্য্যরসতু আস্বাদন তৌখিবনী। রস-আস্বাদনগী শরুক অমা ব্রজদা মপুঙ ফাহৌদবদো নবদ্বীপতা মপুঙ ফাখিরনী। অদুনা মাগী করুণা (নুংশিনা চান্-বীবা) হায়বা অদু। শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যদাস জীবনা মাগী (শ্রীকৃষ্ণগী) সেবা তৌগনী হায়বা কাউদুনা অনাদিকালদগী সংসারগী অরাবা ফংলি ; সংসাররসদা ময়াই কাখিদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কাউথোক্লি। ডাইহাক্নী ওইবা বিষয়গী নুংডাইববু অমতা-ডায়বা পাম্জন্ থোক্পা পোংনী খন্দুনা পুক্নীঙ-হকচাঙ-থল্লাই লোইনা হাপ্চন্দুনা লোই-থম্না-নাইদবা অরাবা ফংথবি। বিষয়গী নুংডাইব হায়বদুনা পেল্হনবা ডম্বরা হায়বদুদি ডম্বা নাত্তে। মসী উদুনা পরমকরুণ শ্রীকৃষ্ণগী অদি পেংথরম্মী। নিত্য ( মতম পুম্নগী ওইবা ), লেপ্পদবা অনস্মুং মায়বা-অমদি-মথক লৈত্তবা ( অসমোর্দ্ধ ) নুংডাইবগী ক্বিদম উংলগা মায়াদাংদদা থুরবা জীবগী বিষয়সুখ ( ইন্দ্রিয় পেল্লবা লনথুমগী নুংডাইবা ) অসী কৈদু-লৈত্তবা পোৎনী হায়বদু শ্রীকৃষ্ণনা উংনীঙখি। মদু মহাক্না ব্রজদা উংখি। "অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ। ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়া যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ॥ শ্রীমদ্ভাগবতম্ ১০/৩৩/৩৬॥" ব্রজলীলাদা মহাক্না নিত্যসিদ্ধ পরিকরশিংগা লোয়ননা লীলা তৌদুনা, মাগী সেবা তৌবদা অঙকপা অমদি হায়ব-থোক্তবা আনন্দ অমা লৈ হায়বদু জীবদা উংখি ; জীবগী পুক্নীঙ-মীংকী মাঙদা থ্বায়দগী হেন্না পাম্নডাই ওইবা পোং অমা পুথোকখি। অদুবু পোংতু ফংনবা উপায়দি ব্রজলীলাদা উংলমদে। গীতাদা "মন্মনা ভব মদভক্তো মদ্যাজী মাং নমস্কুরু" হায়দুনা মায়কৈ-শক্লাক্ত উৎপঞ্জম্না উপায়দুগী পাঙতোক অমদি পীরখীদি হায়ববু পুক্নীঙ-পুম্না-চিংশনবা

ফিদম ( আদর্শ ) লৈরমদবনা জীব খ্বায়না পাউভাক অহু থবক ওইনা পাঙ-থোকপদি ঙম্‌দে। পরমকরণ শ্রীকৃষ্ণনা মহু উরে, উরগা মাগী করুণাগী ঈপাক অদো অমুক হেন্না ঈরাঙ হৌখি ; মহাক্না লেপ্‌খি—"আপনি আচরি ভক্তি শিখাইমু সভায়। আপনি না কৈলে ধর্ম্ম শিখান না যায়॥" য়ারেপ-সিগী মতুং ইন্না নবদ্বীপ-লীলাদা ভক্তভাব লৌরগা মহাক মচামক্না ব্রজরস-চুপ্পনবগী উপায়-ওইবা ভজনাঙ্গশিংহু তৌখি, মথক্কী পরিকরশিংগী মরক্তা য়াওবা গোস্বামীশিংবুস্‌ তৌহন্‌খি ; ব্রজলীলাদা পান্নভাই পোং উৎলম্বহু ফংননবা উপায়গী ফিদম উৎপীখি ; জীবনা মহু উখি অমসুং উরগা ঙক্চখি অমসুং ভজন তৌনীঙখি। মসীনা ফোঙদোক্‌খি মপূঙফানা মাগী করুণাহু। ব্রজলীলাদা হৌখিবা করুণাবিকাশ অহু নবদ্বীপ-তা মপূঙ ফাখি।

শ্রীভগবান্দি প্রেমগী মথা পোল্লী হায়বসী ব্রজলীলাদা উৎপদগী নবদ্বীপ লীলাদা উৎপনা হেল্লী। ব্রজদা রাসলীলাদা "ন পারয়েঽহং নিরবদ্য সংযুজা-মিত্যাদি"—শ্রীভাগবত, ১০/৩৩/২২ ॥ শ্লোক অহুদা চীন্দদা ব্রজগোপীশিংগী প্রেমগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা মচাবু লমন্-তোন্‌বা ওইরবনী হায়না য়াখি ; অহুগা নবদ্বীপ-লীলাদনা শ্রীমতী বৃষভানু মমোল্লোইগী মাদন-কৌবা মহাভাব অহু লৌরগা থবক্তসু মহাক শ্রীমতী রাধিকাগী লমন্ তোল্লে হায়বহু ময়ামদা থঙহন্‌খি। শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গসুন্দরতনা মপূঙ-পূঙফা-ফাবা ( পূর্ণতম ) রসিক-শেখরনী ; মঙোন্দদা পূর্ণতম কৃষ্ণত্বগী ( কৃষ্ণ ওইবগী ) অভিব্যক্তিনী ( ফোঙবনী )।

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মিলন রহস্যদসু ব্রজদগী নবদ্বীপকীনা থোইদোক্‌পা অমা লৈ। য়াম্না য়োনা নকশিন্ননা মিলন ওইবদসু ব্রজদদি অনীগী হকচাঙ তোঙান্-তোঙান্ ভাবদি মাঙবা লৈতে ; অহুগা নবদ্বীপতদি অনীনা তিন্দুনা অমতমক ওইরম্মী। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ (হকচাঙ কায়াৎ) খুদিঙবু মচামক্কী অঙ্গ খুদিঙনা কোন্নীঙবনা শ্রীরাধানা খোয়রাংলম্মী ( প্রতি অঙ্গ লাগি মোর প্রতি অঙ্গ ঝুরে ) ; খোয়রাংবদো নবদ্বীপতা থুংখি। শ্রীমতী রাধিকাগী অঙ্গ খুদিঙনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ খুদিঙবু কোল্লী, মরমহুনা শ্যামসুন্দরগী অঙ্গ খুদিঙমক

গৌর ( অঙৌবা ) ওইরে। নবদ্বীপতা শৃঙ্গাররসরাজমূর্ত্তি লৌবা শ্রীকৃষ্ণগা মহাভাবস্বরূপিণী শ্রীরাধিকাগা অনীনা তিন্নরগা অমতং ওইখরে। "রসরাজ মহাভাব দুই একরূপ ॥" রাই-কানু-তিন্নবা হকচাঙতুমক শ্রীগৌরসুন্দরনী। "সেই দুই এক এবে চৈতন্য-গোসাঞি। ১/৪/৫৮ ॥" শ্রীগৌরসুন্দরদি— রায় রামানন্দনা হায়বা "ন সো রমণ ন হাম রমণী"-পদ-না হায়রিবা মাদনাখ্য মহাভাবকী বিলাস-মথেল থোইদোকপদুগী শমথেংবা শকৃওন্নী। মতৌ অসুম্না শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দন-না শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা নবদ্বীপ-তা প্রকট ওইবগুম মহাকী পরিকরশিং পুম্নমক্ম্ নবদ্বীপ-লীলাগী চুনগদবা দেহ লৌদুনা মহাক্কা লোয়ননা শ্রীনবদ্বীপধামদা প্রকট ওইখি।

মরমসিনা শ্রীনবদ্বীপ-লীলাগা ব্রজলীলাগা স্বরূপকী হায়রগদি খেন্নবা করিমত্তা লৈতে—মখোয়সী লীলা-ঙীচেন অমতগী তোঙান্-তোঙান্বা অংশ অনী ওইবতনী। মরম খরগীদমক্কী হায়রগদি ব্রজলীলাদগী নবদ্বীপ-লীলানা হেন্নদুম্ তৌয়ি।

নবদ্বীপ-লীলাগা ব্রজলীলাগদি লংলা অমত্তদা লেংবনী ; মরমসিনা অমবু থাদোক্লবদি মালাগী ফজবসু হইদে অদুগা রস আস্বাদন তৌনভায় ওইবসু হইদে। মালা লেংলিবা লং অদু তৎলগদি মালাশিংদু লোইননক লৈপাক্কা ভায় ; মতমদুদা মালাদু ওক্কা শিবা য়াদে ; মতৌ অদুগুম্না, নবদ্বীপলীলাগা ব্রজলীলাগা অনী তাইনরিবা লং অদু তৎলবদি লীলা অনীদো তোঙান্-তোঙান্ তারগনী, অদু ওইরবদি জীবনা লীলা অনী পূর্ন্নগা আস্বাদন তৌবদুদি ঙংলরোই। নবদ্বীপ-লীলাদা শ্রীগৌরসুন্দরনা রাধা-ভাব-না শাবা ওইরগা ব্রজলীলাদু আস্বাদন তৌখিবনী ; মরমদুনা ব্রজলীলাদুত্তনা নবদ্বীপ-লীলাবু য়োকপনী। মরমদুনা ব্রজলীলা য়াওদ্রবদি নবদ্বীপলীলাদি ইকং-কংঙী। অমুকসু, নবদ্বীপলীলা থাইদোকথ্রবদি, তৌবিমল খঙদবগী দোষ পোকপদা নত্তুনা ব্রজলীলাগী মাধুর্য্য মথল মথেল তংবসু রাংলী অদুগা মহাও তংবগী ময়াই-কাবা হায়বদুসু রাংলী। শ্রীমন্মহাপ্রভুদি সাক্ষাৎ মাধুর্য্যমূর্ত্তিনী,

মহাক নবদ্বীপ-তা ব্রজরসপ্লেন্‌বনী। রস লৈরগদা মাবু নীঙথিনা আস্বাদন তৌবা য়াদে ; য়েল্লিবা মীতুনা হৈবা খুৎয়েন্না আস্বাদনগী অঙকপা ওইহন্‌-বনী। রসিকশেখর শ্রীমন্মহাপ্রভুগুম্বা খুৎয়েন্‌-হৈবদি মফম অমদা ফংবা য়াগনী। মরমসিনা নবদ্বীপ-লীলা য়াওদ্রগদি ব্রজলীলাগী মাধুর্য্য-মথেল মাঙখিনী অতুগা মহাও তংলগা কাবা ময়াইস্তু মাঙখিনী। ব্রজলীলাগী মশক ওইবা অতাঙবা রত্নহু নবদ্বীপলীলাগী মশক ওইবা সমুদ্রদা ফংঙী, অতোপ্পা মফম অমদা ফংদে ; মরমসিনা শ্রীল নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়না হায়রম্মী—
"গৌরপ্রেমরসার্ণবে, সে তরঙ্গে যেবা ডুবে, সে রাধা-মাধব অন্তরঙ্গ ॥"
মরমসিনা শ্রীগৌরাঙ্গ অমসুং শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দন স্বরূপ অনীবু চপ্‌মান্নবা ভজন তৌগদবনী, শ্রীনবদ্বীপলীলাগা শ্রীব্রজলীলাগা অনীমক চপ্‌-মান্নবা সেবন তৌগদবনী। ধাম অনীমক চপ্‌মান্নবা সাধক অমগী কার্য্য ( পায়গদবা ) ওইগদবনী। শ্রীলঠাকুর মহাশয়না হায়রম্মী—"এথা গৌরচন্দ্র পাব সেথা রাধাকৃষ্ণ।"

শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপানা গৌরলীলাদা লূপ্পা ওস্রবোইদি ব্রজলীলাহু অহুম মথন্তা ফাওরক্কনী ; মসিমক শ্রীলঠাকুর মহাশয়না হায়রম্মী—"গৌরাঙ্গ গুণেতে ঝুরে, নিত্যলীলা তারে স্ফুরে ॥" মসী হায়বগী মরমস্তু উবা ফংঙী। হান্নবা হায়গ্রে, ব্রজলীলাগা নবদ্বীপ-লীলাগা লংলা অমতদা লেংবনী। লীলাগী লংলাসে পরিকরগা লোয়ননা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা সাক্ষাৎ ওইনা জীবগী মথুত্তা হাপ্পীরম্মী। খুদম অমনা য়াফমসী খঙনবা তোৎনসী। খাল্লা, মহাক মধুরভাবকী উপাসক অমনী অদুগা শ্রীনিত্যানন্দ পরিবার দা য়াওবনী। মঙগী গুরুপরম্পরাদা শ্রীমন্নিত্যানন্দনা খ্বায়দগী য়াংবা থাক্তা লৈবনী। শ্রীবৃন্দাবনগী যুগলকিশোরগী লীলাদা শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুদি শ্রীমতী অনঙ্গমঞ্জরীনী। ব্রজ-লীলাগা নবদ্বীপলীলাগা লোয়ননা ব্রজপরিকর অমসুং নবদ্বীপ-পরিকরশিংহু লংলা অমতদা লেংবনী। শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা কৃপা তৌবিহুনা লীলাগী লংলাহু মহাক্কী শিষ্যগী মথুত্তা পীরম্মে, শিষ্যহুনা অমুক মাগী শিষ্যদা পীরে ; মতৌ অসুম্না গুরুপরম্পরা নাইনা চংথরক্তুনা লীলাগী লংলাহু মঙগী থুক্তা

য়ৌরে। গুরুশিংদুগী কৃপানা অমসুং শ্রীমন্নিত্যানন্দপ্রভুগী কৃপানা মতুংদা লীলাগী লংলাদু পায়রদুনা শ্রীমন্নিত্যানন্দগী চরণ য়ৌবা ভক্তশিংগদি মহাক নবদ্বীপ লীলাদা চংবা ফংলে। মফমদুদা শ্রীমন্নিত্যানন্দপ্রভুনা ব্রজভাব-দাতা আখ্যাদি ওইদুনা লৈ। অদুগা লীলাস্মরণদু পাংবগী মরাইনা পরিকরগা লোয়নবিবা শ্রীগৌরচন্দ্রগী কৃপানা মহাক্না মখোয়গী শুদ্ধ ইংদুনা ব্রজলীলাদা চংবা ঙমগনী। অদুনদি উরে, শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপানা নবদ্বীপলীলাদা চংবা ফংলগদি ব্রজলীলাদু মচানথকনা ফোংদোকফংগনী। গোলাপ লৈরাং লক্ষ লক্ষ শাংলবা সৈকোন অমদা উপায় কৈনোমা তৌদুনা চংবা ফংলগদি গোলাপকী মুংশিবা মপান্দো পাংবা ফংডী; লৈনমদো মতমদুদা মথন্দুনা মাতোন-মাথুন্দা চংডী; মদু চংননবগীদমক তোঙানা হোৎনরক্রবসু য়ারে।

মরমসিনা হায়রিবনী, নবদ্বীপলীলাগা ব্রজলীলাগা অনীসে চপ্ মান্নবা ভজন তৌগদবনী। মপাংগোংদনা তৌজিক তৌজিক লৈরিবা দেহগী অর্চনাদা সপরিকর গৌরসুন্দর অমসুং সপরিকর ব্রজেন্দ্রনন্দনগী অর্চনা তৌগদবনী। শ্রবণকীর্তন-নচিংবা তৌবদসু স্বরূপ অনীমক্কী নাম-রূপ-গুণ-লীলানচিংবা সেবন তৌগদবনী। অন্তর সাধন-দসু লীলা অনীমক সেবন তৌগদবনী। অন্তর-সাধনদি অন্তশ্চিন্তিত দেহদা তৌগদবনী। ব্রজগী অমসুং নবদ্বীপকী অন্তশ্চিন্তিত দেহ নাইদে। সাধক অমনা শ্রীনিত্যানন্দ-পরিকরগী মধুর-ভাবকী উপাসক ওইরবদি মহাক্কে মহাক্কী গুরুবর্গগী সিদ্ধদেহদি মঞ্জরীদেহ ওইগদবনী; অদুগা নবদ্বীপকী সিদ্ধদেহনা রূপা-ভক্তগী দেহ ওইগদবনী। ব্রজদনা মহাক গোপকিশোরী অদুগা নবদ্বীপতা কিশোরব্রাহ্মণ-কুমার। কনা কনাগুম্বা ভক্তনা হায়—নবদ্বীপকী সিদ্ধদেহদি ব্রাহ্মণী হায়দদুনা অতৈ-জাতিনী হায়না লৌবসু য়াই। ঐখোয়না খনবনা অসিনী মদুদি—সেবকনী হায়বগী অভিমান নত্তনা অতৈ অভিমানগী কান্নবা লৈতে; নাহং বিপ্রো ন চ নরপতিঃ—অসিনচিংবা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী উক্তিসু দাস্যাভিমান নত্তনা অতৈ অভিমান য়াদবনী। ভক্তশিংনা মুখ্য ওইনা আস্বাদন তৌনবাই-ওইবা নবদ্বীপকী লীলাদা শ্রীমন্মহাপ্রভুগীসু অদুগা মহাক্কী পরিকরশিংগীসু

জাতি অভিমান অমতা লৈরম্মী হায়না খণ্ডদে। অন্তর-সাধনগী অষ্টকালগী ওইবা লীলা স্মরণ-দা, অন্তশ্চিন্তিত দেহদা ইহান্ হেক হান্বদা সাধক অদুনা নবদ্বীপ-লীলা নীঙশীঙগদবনী ; মরমদি গৌরলীলাগী মশক ওইবা মাঙ-তাকৃপা-নাইদবা সরোবর ( ইভূঙফম ) দগী কৃষ্ণলীলাগী ধারা চেন্থখিবনী। নবদ্বীপ-তা অন্তশ্চিন্তিত ভক্তগী মশক ওইবা সিদ্ধ দেহদা সিদ্ধগুরুশিংগী আনুগত্য আশ্রয় লৌরবদি মখোয়মুনা কৃপা তৌবিহুনা সাধক অদুবু শ্রীমন্নি-ত্যানন্দ প্রভুগী চরণ-খাদা কৎপীগনী ; অদুগী তুংদা শ্রীনিত্যানন্দনা কৃপা তৌবিহুনা সাধক অদুবু লৌশন্বিরবদি মহাক্না ভক্তুবু শ্রীরূপ-গোস্বামীগী চরণ-দা শিন্নগনী। শ্রীরূপ-গোস্বামীনা সাধক অদুবু গৌরগী চরণ-দা কৎলবা সেবা তৌবদা য়াওহন্বিগনী।

মধুর-ভাবকী সাধক অমগী মফমদা শ্রীমন্মহাপ্রভুদি রাধাভাবদ্যুতি-সুবলিত ওইবনী ; মহাক্কী মনুঙদা শ্রীমতী রাধিকাগী ভাব পূন্নমক প্রকট ওইবনী। করিগুম্বা মতমদা কৃষ্ণভাব-কী লক্ষণ উরবদি, মহুবুসু মধুরভাবকী সাধক-না কৃষ্ণভাব-তা আবিষ্টা ওইবী শ্রীরাধিকাগী ভাব-নী হায়না লৌহুনা আস্বাদন তৌগদবনী। সাধক অদুগী মফমদদি শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরদো শ্রীরাধানী অদুগা প্রভুগী পরিকরশিংহুনা বৃন্দাবনগী সখীমঞ্জরী-নী। শ্রীগৌরনা রাধা-ভাবতা আবিষ্ট ওইবা মতমদা মহাক্কী পরিকরশিংসু মহা-মহাগী ব্রজলীলাগা চুনবী ভাব-তা আবিষ্ট ওইহুনা লৈ॥

মতৌ অসুন্না নবদ্বীপ-লীলাগী সেবাদা য়াওরবদি নবদ্বীপকী পরিকর-শিংনা ব্রজভাব তা আবিষ্ট ওইবা মতমদা মখোয়গী ভাব-ইপোন্না মখোয়গী কৃপাদগী সাধক অদুদসু শোক্লগনী, ইপোমহুনা থেংলরবদা নবদ্বীপকী পরি-করশিংগা লোয়ননা সাধক-তুসু ব্রজলীলাদা য়াওরুগনী। মতমহুদা মরন্নাই ওইনা ব্রজলীলাগী মতীক চাগদবা মঞ্জরী দেহহু সাধক-তুদা ফোং লাউনা থোরক্নী, থোরক্লিবা দেহহুদা, গুরুগী মশক ওইবী মঞ্জরীশিংগী কৃপানা সাধক অদুবু শ্রীমতী অনঙ্গ মঞ্জরীগী চরণ-দা শিন্নবিগনী ; শ্রীমতী অনঙ্গমঞ্জরীনা

কৃপা তৌদুনা লৌশনবিরবদি, মঞ্জরীশিংগী যুথেশ্বরী শ্রীমতীরূপ মঞ্জরীগী চরণ-খাদা কৎশনবিগনী। মতমদুদা শ্রীমতী রূপমঞ্জরীনা কৃপা তৌবিদুনা সাধক অদুবু শ্রীমতী বৃষভানু-মমোল্লোয় শ্রীরাধিকাগী চরণ-খাদা কৎলগা যুগল-কিশোরগী সেবাদা য়াওহনবিগনী। মসুম তৌবনা অন্তরসাধনগী বিধিনী।

রাগানুগাগী ভজনদি আনুগত্য ভাক্তগীনী। শ্রীনবদ্বীপতা-গুরুশিংগী আনুগত্যদা শ্রীরূপ-নচিংবা গোস্বামীশিংগী আনুগত্য লৌগদবনী; গোস্বামী-শিংসিনা সাধক-পু শ্রীগৌরগী চরণ-খাদা কৎছনবিরগা সেবাদা য়াওহল্লী। অদুগা ব্রজদনা, গুরুগী মশক-ওইবা মঞ্জরীশিংগী আনুগত্যদা শ্রীরূপ-নচিংবা মঞ্জরীশিংগী আনুগত্য লৌগদবনী। শ্রীরূপনচিংবগী মঞ্জরীশিংনা সাধকদাসীবু শ্রীমতী বৃষভানুগী মমোল্লোইগী চরণ-খাদা কৎলগা যুগলকিশোরগী সেবাদা য়াওহল্লী। মসীনা মধুর-ভাবকী সাধকশিংগী রানী। ভাব অতৈ অতৈগী সাধকশিংসু মতৌ অসুম্না লীলা অনীমক্তা মচা-মচাগী ভাবকা চানগদবা লীলা পরিকরশিংগী চরণ-খাদা চঙজগদবনী। মসিমক মতুংদা লাল্লিবা পয়ারদা শেংনা পল্লী, "নিজাভীষ্ট-কৃষ্ণপ্রেষ্ঠপাছে ত লাগিয়া। নিরন্তর সেবা করে অন্তর্মনা হঞা॥" ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদসু রাসিমক হায়রি—"কৃষ্ণং স্মরন্ জনঞ্চাস্য প্রেষ্ঠং নিজসমীহিতম্॥"

রাগানুগামার্গদা অন্তশ্চিন্তিত দেহদা লীলা স্মরণ-গী নিয়মসী পদ্ম-পুরাণ পাতালখণ্ডদা ৫২-শুবা অধ্যায়দা উবা ফংলী; মদুদা মধুরভাব-কী সাধক অমদি সাধিকাগী অন্তশ্চিন্তিত দেহগী রা উংলি। "আত্মানং চিন্তয়েত্তত্র তাসাংমধ্যে মনোরমাম্। রূপযৌবনসম্পন্নাং কিশোরীং প্রমদাকৃতিম্॥ নানা-শিল্পকলাভিজ্ঞাং কৃষ্ণভোগানুরূপিণীম্। প্রার্থিতামপি কৃষ্ণেন তত্র ভোগ-পরাঙ্মুখীম্॥ রাধিকানুচরীং নিত্যং তৎসেবন-পরায়ণাম্। কৃষ্ণাদপ্যধিকং প্রেম রাধিকায়াং প্রকুর্ব্বতীম্॥ প্রীত্যানুদিবসং যত্নাত্তয়োঃ সঙ্গমকারিণীম্॥ তৎ-সেবন-সুখাহ্লাদ-ভাবেনাতিসুনির্বৃতাম্॥ ইত্যাত্মানং বিচিন্ত্যৈব তত্র সেবাং সমাচরেৎ; পদ্মপুরাণ পাতালখণ্ড, ৫২/৭/-১১॥ শ্রীসদাশিবনা নারদগী মফমদা হায়রি— ব্রজেন্দ্র-নন্দন শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংগে হায়রবদি (সাধক)

মছাবু মখোয়গী ( গোপীশিংগী ) ময়ায়দা লৈবী শক্‌হেন্‌বী মথোক-কাবী পূর্ণাঙ্গ-হুবী কিশোরী ওইবী অমনী হায়না খন্‌গদৌবনী, শ্রীকৃষ্ণনা ভোগ তৌনবগী ( পেন্নবগী ) ওইবা মথল মখাগী শিল্পবলা হৈবী ওইনা, শ্রীকৃষ্ণনা হায়রবস্থ ভোগ-পাম্‌দবী রমণী অমা ওইনা মছাবু খন্‌গদবনী ; শ্রীকৃষ্ণদা প্রীতি লৈববুদি শ্রীরাধিকাদনা হেন্না প্রীতি লৈবী ওইগদবনী। প্রীতিগা ( নুংশিবগা ) লোয়ননা নুংঙাইং খুদিঙগী শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী মিলন ওইহন্নবগী-দমক হোংনগনী ( মানসদা ) অমসুং মখোয়নীগী সেবা নতন পূর্বদা ব্রজদা তৌগদবনী।"

ব্রজলীলাগী মতীকচাগদবা অন্তশ্চিন্তিত দেহদা ব্রজলীলাদা সেবাগী চিন্তা তৌবগুম্না নবদ্বীপলীলাদা সেবাগী মতীকচাগদবা অন্তশ্চিন্তিত দেহদস্থু নবদ্বীপলীলাদা সেবা তৌবগী চিন্তা—শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্রগী অষ্টকালগী লীলাদা সেবা তৌবগী চিন্তা—তৌগদবনী। ব্রজগী ভাবতা আবিষ্ট ওইদুনা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গসুন্দরনা ব্রজলীলাবু আস্বাদন তৌবা মতমদা মহাক্কী ভাব-কী ঈথক-ঈপোন্না শোতুনা সাধক-কী চিত্তদস্থু রসফুগী ঈথক-ইপোন হৌরক্কনী। "গৌরাঙ্গগুণেতে ঝুরে, নিত্যলীলা তারে স্ফুরে।"

কনাগুম্বনা খন্‌বা য়াই—সাধক-কী সিদ্ধদেহদি কাল্পনিক-নী ( য়াথন্না শাগৎপনী ) ; মরমদুনা মমৈদা মসীনা কল্পনা সত্য ( অওইবা ) ওইগদৌরি-বনো ? পাউখুম—অন্তশ্চিন্তিত সিদ্ধদেহসী কাল্পনিক-তা কাল্পনিক-নী হায়বা য়াদে। শ্রীগুরুদেবনা মায়কৈ-শলাই উৎপদৌনা সিদ্ধদেহসিগী মশক অদু শিষ্যদা চান্‌বিদুনা তাক্‌পিরনী ; ভক্তগী নীঙবা থুংহন্‌বদা কল্পবৃক্ষ ওইবা পুঙখঙ-খঙবা শক্তিপূর্বগী মপু শ্রীভগবান্না গুরুদেবগী চিত্তদা সাধক-কী সিদ্ধ-দেহ ময়েক অমা ফাওহল্লী, মদুগী মশক গুরুনা শিষ্যদা তাক্‌য়ি : মসী গুরুনা য়াথন্না শাগৎপা (কল্পনা-দগী পোক্‌পা) নত্তে। সত্যস্বরূপ ওইবা শ্রীভগবান্না গুরুদেবগী চিত্তদা ফাওহল্লিবা শক্‌ফমদু অসত্য ( ওইদবা ) ওইবা য়ারোই, মদু সত্যনী। সাধন হৌগৎলক্‌পদা সাধক-কী মফমদা অন্তশ্চিন্তিত দেহসী

শেংনা উদবা য়াই ; অদুগ্ অস্তুম অস্তুম শোধরক্লগা ভক্তিরাণীগী কৃপাদো অদুকী মতীক হেন্‌গৎলকপগা লোয়নন। অন্তশ্চিন্তিত দেহস্তু অদুকী-মতীক লংথ্রিক্-লংলকনী ; মমৈদা ভক্তিরাণীগী কৃপাদুনা নপুঙফানা উৎলবদা চিন্তনা মক্তবনখৈ শেংলকনী, মতমদুদা অন্তশ্চিন্তিত দেহদুস্তু সাধক-কী পুক্নিংগী মীত্রা মপুঙফানা তাম্তোরকনী। মতমদুদা সাধক অদুনা সিদ্ধদেহদুগা মহাক অমত্তা ওইরে থন্দুনা দেহে অদুনা মরম্নাই পাম্জবা লীলা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা লুপ্‌কনী। ভগবান্‌গী কৃপাসিদ্ধি ফংলগদি সাধক-না থুম্লবা মতুংদা ভক্তচান্‌বা ভগবান্না মংতোন্দা অন্তশ্চিন্তিত সিদ্ধদেহগা মান্নবা দেহ অনা পীবিরগা সেবাদা য়াওহনবিগনী। শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী "ত্বং ভক্তিযোগপরিভাবিতহৃৎসরোজে আস্‌সে শ্রুতেক্ষিত পথো ননু নাথ পুংসাম্। যদ্‌যদ্ ধিয়া ত উরুগায় বিভাবয়ন্তি তত্তদ্‌বপুঃ প্রণয়সে সদনুগ্রহায় ॥ ৩/৯/১১ ॥"—শ্লোক অসিগী মনৈংবা তংথাইদগী মতু থওবা ওন্মী। (শ্লোকসিগী অর্থদি ১/৩/১০৯ মূল-দা য়েংবিয়ু) ; নত্রগা (শ্লোক তংথাইসিগী তাৎপর্য্যদু অসিস্তু ওইবা য়াই) "সাধক ভক্তশিংনা মদা মচাগী ভাব-কী মতুঙ ইন্না মচাগী মচাগী রূপ মপুক্কী চদ: থনজবা সিদ্ধদেহদু ভক্তগী নখাপোন্‌বা ভগবান্না মখোয়দা চাননা পীয়ে।" ভগবান্‌গী কৃপানা ফংবা সিদ্ধদেহদু প্রাকৃত নত্তে, মায়ালাম্লোক্রবা নিত্যানন্দরূপ শুদ্ধবস্তু বিগ্রহনী হায়বসে শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌স্তু হায়। "বসন্তি যত্র পুরুষাঃ সর্ব্বে বৈকুণ্ঠমূর্ত্তয়ঃ। যেঽনিমিত্ত নিমিত্তেন ধর্ম্মেণারাধয়ন্ হরিম্ ॥ ৩/১৫/১৪ ॥—নিষ্কাম ধর্ম্মনা শ্রীহরিবু আরাধনা তৌরগা (সাধন দা সিদ্ধি ফংদুনা) মফমদুদা (ভগবদ্ধামদা) লৈবা মখোয়দু পুম্নমক বৈকুণ্ঠ-মূর্ত্তিনী।" মফমসিদা বৈকুণ্ঠমূর্ত্তয়ঃ-গী অর্থদা শ্রীধরস্বামীনা ইরম্মী—"বৈকুণ্ঠস্য হরেরিব মূর্ত্তির্ষেষাং তে—মখোয়গী মতিদি হরিগী মূর্ত্তিগুম্মী (হায়বদি সচ্চিদানন্দ-নী)।" অদুগা শ্রীজীবগোস্বামীনা ইরম্মী—"বৈকুণ্ঠস্য ইব নিত্যানন্দরূপা মূর্ত্তির্ষেষাং তে—বৈকুণ্ঠগী (হায়বদি শ্রীহরিগী) মূর্ত্তিগুম্না নিত্যানন্দরূপা মূর্ত্তিনা মখোয়গী ওইবা অদুগুম্বা মখোয়গী।" সিদ্ধাবস্থাদা সাধক ভক্তনা ভগবদ্ধামদা ভগবান্‌বু সেবা তৌরিবা দেহ অদু মহাকী সিদ্ধদেহনী ; সিদ্ধদেহসী

আনন্দস্বরূপ-নী শুদ্ধসত্ত্বগীনী—মরমদুনা মায়াদগী লাম্থোক্লবনী—সত্যনী হায়বসে শ্লোকসিদগী খঙবা ঙম্মে।

মথক্তা নৈনরিবসিদগী খঙবদি—সাধক-কী অন্তশ্চিন্তিত সিদ্ধদেহ অসু ওইদবা ( অবাস্তব ) নত্তে; তশেংবদি সত্য ওইবা, আনন্দস্বরূপ শুদ্ধসত্ত্বগী বাস্তব-দেহ ওইরক্‌য়ি।

## মূল ১৫৯

সেবা সাধকরূপেণ সিদ্ধরূপেণ চাত্র হি।
তদ্ভাবলিপ্সুনা কার্য্যা ব্রজলোকানুসারতঃ ॥ ১৫৯ ।

## শব্দার্থ

সেবা—সেবা; সাধকরূপেণ—সাধক ওইবা হায়বদি হৌজিক ওইরিবা দেহদা; সিদ্ধরূপেণ—অন্তশ্চিন্তিত দেহনা; চ—অমসুং; অত্র হি—অসিদা হায়বদি রাগানুগা মার্গদা; তদভাবলিপ্সুনা—ব্রজবাসীগী ভাব পাম্বা মীনা; কার্য্যা—তৌফম থোক্‌পা (ওই); ব্রজলোকানুসারতঃ—ব্রজলোকগী মতুঙ ইন্দুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাধক ওইনা ( হৌজিক ওইরিবা দেহদা ) অমসুং সিদ্ধ ওইনা ( অন্তশ্চিন্তিত দেহদা ) ব্রজদা লৈবা মচানা পাম্বা শ্রীকৃষ্ণগী পরিকরশিংগী ভাব-পাম্বা ওইনা, মখোয়গী অনুগত ওইদুনা সেবাদা চঙগদবনী।

## নৈনরোল

শ্লোকসি ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌখোক্‌পনী, ১/২/১৫১ ॥ মসি মূল পয়ার ১৫৫-১৫৬ কী প্রমাণনী।

## মূল ১৬০

নিজাভীষ্ট কৃষ্ণপ্রেষ্ঠ পাছে ত লাগিয়া।
নিরন্তর সেবা করে অন্তর্মনা হঞা ॥ ১৬০ ॥

### শব্দার্থ

নিজাভীষ্ট—মশানা পাম্জবা ; কৃষ্ণপ্রেষ্ঠ—শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্না নুংশিবা ; পাছেত—মনাক্তা ; লাগিয়া—নপুনা ; নিরন্তর—তৎতনা ; সেবা করে—সেবা তৌয়ি ; অন্তর্মনা—মপানগী নিবয়দগী পূর্ত্তীডব চিংশন্নগা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা অন্তশ্চিন্তিত দেহনা তৌবা মী ; হঞা—ওইদুনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মশানা পাম্জবা শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্না নুংশিবা পরিকরগী মতুংদা নপুনা সাধক ভক্ত অমনা অন্তশ্চিন্তিত দেহদা অতং অথম লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌয়ি।

### নৈনরোল

নিজাভীষ্ট-কৃষ্ণপ্রেষ্ঠ—শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্না নুংশিরবা পরিকরশিংগী মরক্তা সাধক মশাগী ভাব-কা চানবনী হায়দুনা সাধক অতনা পাম্জবা পরিকর। দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর-হায়বা ভাব মরিসিগী পরিকর ব্রজদা লৈ। ভাব মরিসিগী রাগাত্মিক-ভক্তশু ব্রজদা লৈ। দাস্যভাবকী পরিকরশিংগী মনুংদা রক্তক-পত্রকনচিংবা দাস (মনাই) অদু শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না নুংশিবা (প্রেষ্ঠ) পরিকরনী। মখোয়সীনা দাস-যুথগী যুথেশ্বরনী। সখ্যভাবকী মনুংদা সুবল-নচিংবা সখাশিংনা কৃষ্ণপ্রেষ্ঠনী। বাৎসল্য ভাব-কী মনুংদনা শ্রীনন্দ-যশোদা কৃষ্ণপ্রেষ্ঠনী। অদুগা মধুর-ভাবকী মনুংদনা শ্রীমতী বৃষভানুনন্দিনী ললিতা-বিশাখা-নচিংবনা কৃষ্ণপ্রেষ্ঠনী। সাধকভক্ত অমনা ভাব অমগী সাধক ওইবা, ব্রজদা ভাব অদুগী কৃষ্ণপ্রেষ্ঠ ওইরিবা মহাক্তো সাধক মশাগী নিজাভীষ্ট (মশানা পাম্জবা) হায়বদুনী ; মরমদি, কৃষ্ণপ্রেষ্ঠদুগী আনুগত্যদুনক (তুংইন-বদু) সাধক মাগী পাম্জনগাইনী, কৃষ্ণপ্রেষ্ঠদুগী আনুগত্যদু মহাক্তা তৌগদ-বনী। মত্রুগা, নিজাভীষ্ট-কৃষ্ণপ্রেষ্ঠ মশাগী পাম্জবা হায়বদি নীংজবা (অভীষ্ট) কৃষ্ণ—নিজাভীষ্ট-কৃষ্ণ অদুগী প্রেষ্ঠ (নুংশিথোইবা)—নিজাভীষ্ট কৃষ্ণপ্রেষ্ঠ (হায়বনী)। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা ভাব মরিগী লীলা শান্নে ; সাধক অমনা পাম্বা ভাবকী লীলাদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌনীংলবা, অদু ওইরবদি ভাব

অদুগী লীলা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণতু সাধক অদুগী অভীষ্ট ( পামজবা ) কৃষ্ণনী— সাধক অদুগী মহাগী ( অভীষ্ট কৃষ্ণ হায়বদি নিজাভীষ্ট কৃষ্ণনী ; ভাব অদুগী লীলা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণগী পরিকরশিংগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না নুংশিজবা মহাক নত্রগা মখোয়দো ভাব অদুগী লীলা শান্নবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেষ্ঠনী (নুংশি-থোইনী)—মরমসিনা সাধক মাগীসু নিজাভীষ্ট কৃষ্ণপ্রেষ্ঠনী। পাছে-ত লাগিয়া—তুংইন্দুনা, মনাক নগুনা। নিজাভীষ্ট কৃষ্ণপ্রেষ্ঠগী অনুগত ওইদুনা ( তুংইন্দুনা ) অন্তর্মনা ওইনা মতম পুম্বদা সেবা তৌগদবনী।

অন্তর্মনা—মপান্থোংগী বিষয়দগী মন-বু চিংশিল্লগা অন্তশ্চিন্তিত দেহদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা শীজল্লবা ওয়া মহাক অদু অন্তর্মনা কৌই। দাস্য-ভাবকী সাধক-না নবদ্বীপ-তা ঈশান-নচিংবা মিশ্র ঠাকুরগী মনাইশিংগী,—সখ্য-ভাবকী সাধকনা গৌরীদাস পণ্ডিতকী ( সুবল ), বাৎসল্যভাবকী সাধকনা শ্রীশচীমাতা অমসুং শ্রীজগন্নাথমিশ্রগী ভাবানুগত্য লৌগদবনী। অদুগা মধুর-ভাবকী সাধকনা শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্রগী আনুগত্যদা শ্রীরূপনচিংবা গোস্বামীশিংগী আনুগত্য লৌগদবনী। অদুগা ব্রজধামদনা, দাস্যভাবকী সাধকনা নন্দমহা-রাজগী মনাইশিং রক্তকপত্রকনচিংবগী, সখ্যভাব-কী ভক্তনা সুবল-নচিংবগী অমসুং বাৎসল্যভাবকী ভক্তনা শ্রীনন্দযশোদাগী আনুগত্য লৌগদবনী। লুব্ধৈর্বাৎসল্যসখ্যাদৌ ভক্তি কার্য্যাত্র সাধকৈঃ। ব্রজেন্দ্রসুবলাদীনাং ভাবচেষ্টিতমুদ্রয়া॥ ভক্তিরসামৃতসিন্ধু, ১/২/১৬০॥" মধুরভাবকী সাধক-না শ্রীরাধিকা-ললিতানচিংবগী আনুগত্য লৌগদবনী। মকমসিদা হায়রিবা শ্রীরাধা-ললিতা-নন্দ যশোদানচিংবা কৃষ্ণপ্রেষ্ঠশিং লোইনমক অসী রাগাত্মিকা ভাব-তা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবা ঙাক্লী। অদুবু রাগাত্মিকাগী তুংইনবা রাগানুগা সেবাদুদনী সাধক ভক্তনা পামগদৌবনী ; মরমদুনা হেক্তা শ্রীনন্দ-যশোদা-নচিংবগী আনুগত্য ফংনবা হোৎনবনদি মহাক্কী নীঙবদো থুংবা য়ারোই। রাগানুগা সেবাদা অধিকার লৈবা নিত্যসিদ্ধ-ব্রজপরিকরশিংগী চরণদা চঙজর-গদি মখোয়দুনা কৃপা তৌবিদুনা রাগানুগা সেবাদু তাকপীরগা সাধকভক্তবু শ্রীনন্দযশোদানচিংবা রাগাত্মিকা-সেবাধিকারী ওইবা কৃষ্ণপ্রেষ্ঠশিংগী চরণ-খাদা

কৎশল্লগা সেবাদা য়াওহনবিবা য়াই। মচুদি, মধুর-ভাব কী সাধকনা গুরু মঞ্জরীগী আনুগত্যদা, রাগানুগা সেবাগী অধিকার-লৈবী মকোক শ্রীরূপমঞ্জরীগী চরণ-দা চঙজগদবনী; শ্রীরূপমঞ্জরীনা কৃপা তৌবিদুনা মহাকপু ললিতা বিশাখানচিংবী সখীশিংগী অমসুং শ্রীমতী রাধিকাগী আনুগত্যনা শ্রীযুগল-কিশোরগী সেবাদা য়াওহনবিগনী।

রাগানুগা মার্গগী ভক্তিদা অন্তর-সাধন হায়বদি লীলাস্মরণদি মুখ্য ভজন-অঙ্গ অমনী। অদু হায়দুনসু বাহ্য-সাধন হায়বদি হৌজিক লৈরিবা দেহগী সাধন-দি থোশারোইদোবা নত্তে; বাহ্য সাধন অতনা অন্তর-সাধন য়োক্লিবনী; অন্তর-সাধন তৌবনসু বাহ্য-সাধনদা (প্রীতি) পোক্নি। যশোদামাতানা শ্রীকৃষ্ণবু খোন পীথক্লিঙৈ মতমদা শঙ্গোম তৌবগী লৈরংদা থাঙ্গংলম্বদু শোগংতুনা পাথরমদোরে। থুনমক কৃষ্ণবু লংশেক্লগা শঙ্গোম পাথদনবা লেংখি। যশোদামাতাগী মকমদা কৃষ্ণদগী হেন্না শঙ্গোমদুবু নুংশিরু-বগী য়া নত্তে; অদুমকপু কৃষ্ণবু ভন্দোক্লগা শঙ্গোম পাথহন্দনবা লেংখি।— মতমদুদা কৃষ্ণদি মপুক থন্না খোম্ ফানবসু নংলম্দে। মসিগী মরমদি, শঙ্গোমদা কৃষ্ণগী দনগী; শঙ্গোম পাথোক্খ্রবদি কৃষ্ণনা করি থক্কনী? কৃষ্ণনা পোত্থা (য়োক্ভাই) হায়বদুনী অদুগা শঙ্গোম্না পোমক (য়োক্লবা পোং) অদুনী। পোত্থাবু প্রীতি তৌবনা পোমক অদুবুসু প্রীতি তৌবনী (নুংশিবনী)। যশোদা মাতানা পোত্থা-কৃষ্ণবু থাদোক্লগা পোমক ওইবা শঙ্গোম শেনবা লেংখিবগুম্না রাগানুগা ভক্ত অমাম্বনা পোত্থা ওইবা লীলাস্মরণবু থাদোক্লগা পোমক ওইবা বাহ্য-সাধনদা পুক্নীঙ চঙভী। লীলাস্মরণবু থোশাদুনা বাহ্যসাধনদুদদা পুক্নীং চঙগদবা নত্তে। শঙ্গোমদমক মৈথক্তা থাঙ্গংলগা থক্পীগদবদি কনানো? অমুকসু, বাহ্য-সাধনবু থাহইদনা লীলাস্মরণ অদুতা তোংনগদবসু নত্তে। ঐখোয়দি মায়াবদ্ধ জীবনী, ঐখোয়গী পুক্নীঙদি সংসার বিষয়গী চিন্তাদা ইচোই-চোইরিবনী। অদুম্না চোইরিবা পুক্নীঙবু শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা চঙহন্নবগী মরু ওইবা উপায় অমদি বাহ্য সাধন অদুনী।

## মূল ১৬১

কৃষ্ণং স্মরন্ জনঞ্চাস্য প্রেষ্ঠং নিজসমীহিতম্ ।
তত্তৎকথারতশ্চাসৌ কুর্য্যাদ্বাসং ব্রজে সদা ॥ ১৬১ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণং—শ্রীকৃষ্ণবু ; স্মরন্—নীংশীংজত্না ; জনং—পরিকরবু ; চ—সু ; অস্য—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) ; প্রেষ্ঠং—নুংশিথোইবা ; নিজসমীহিতং—মশাগী মপুঙফানা পাম্জবা ; তত্তৎকথারতঃ চ—কৃষ্ণগী মশানা পাম্জবা লীলা-কথাদা লূপ্পা ; অসৌ—মহাক্না ( রাগানুগা মার্গগী সাধকনা ) ; কুর্য্যাৎ বাসং—বাস তৌগদবনী ; ব্রজে—ব্রজদা ; সদা—মতম পুম্বদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাগানুগাগী সাধক-না—শ্রীকৃষ্ণবু নীংশীংজত্না অমসুং মহাক্কী নুংশি-থোইবা পরিকরশিংগী মরক্তা মহাক্কী অপাম্বা অদুবু নীংশীংজত্না মশাগী ভাব কা চুনরবা লীলাকথাদা লুপ্লুনা ( শক্লগনা হৌজিক-হৌজিক লৈরিবা দেহদা, শমদ্রগনা অন্তশ্চিন্তিত দেহদা ) মতম পুম্নমক্তা ব্রজদা বাস তৌগদবনী ।

## নৈনরোল

শ্লোকসি ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোকরকপনি, ১/২/১৫০ ॥ মসি মমাঙথংবা মূল পয়ারদা হায়রিবা রাগ প্রমাণনি ।

সমীহিতং—সম্-ঈহিতং ( অপাম্বা ) ; মপুঙ ফানা পাম্জবা ।

## মূল ১৬২

দাস সখা পিত্রাদি প্রেয়সীর গণ ।
রাগমার্গে এই সব ভাবের গণন ॥ ১৬২ ॥

### শব্দার্থ

দাস—নাই ; সখা—মরূপ, মনান্নবা ; পিত্রাদি—মপানচিংবা ; প্রেয়-সীর গণ—নুংশিবী তালোইশিং ; রাগমার্গে—রাগমার্গদা ; এই সব ভাবের—ভাব পুম্নমক্সিগী ; গণন—শীংথাবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাগমার্গদা দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর হায়বা ভাব মরিসি লৈ। ( রক্তক-নচিংবা ) দাসশিংগী দাস্যভাবকী, ( সুবল-নচিংবা ) সখাশিংগী সখ্যভাবকী, ( শ্রীনন্দযশোদানচিংবা ) পিতামাতাশিংগী বাৎসল্যভাবকী অমসুং (শ্রীরাধা-ললিতানচিংবা) কৃষ্ণপ্রেয়সীশিংগী মধুরভাবকী রাগাত্মিকা সেবানী।

## মূল ১৬৩

ন কর্হিচিন্মৎপরাঃ শান্তরূপে
নঙ্ক্ষ্যন্তি নো মেঽনিমিষো লেঢ়ি হেতিঃ।
যেষামহং প্রিয় আত্মা সুতশ্চ
সখা গুরুঃ সুহৃদো দৈবমিষ্টম্ ॥ ১৬৩ ॥

## শব্দার্থ

ন—নত্তে ; কর্হিচিৎ—কদাইদসু ; মৎপরাঃ—ঐগীদমক্তা মায়-থেন্সিল্লবা, ঐগী ধামদা চৎলবা ঐগী ভক্তশিং ; শান্তরূপে—ইভনা তপা (বৈকুণ্ঠদা—ভগবদ্ধামদা) ; নঙ্ক্ষ্যন্তি—চানভাই থক্কভাই (ভোগা) লৈতবা ওই ; নো—নত্তে ; মে—ঐগী ; অনিমিষঃ—লেপ্তবা নাইথ থবক-তৌবা মী ; লেঢ়ি—য়োৎলী ; হেতিঃ কাংখোঙ, চক্র ; যেষাম্—মখোয়গী ; অহং—ঐ ; প্রিয়ঃ—নুংশিবা ; আত্মা—আত্মা ; সুতঃ—মচানুপা ; চ—অমসুং ; সখা—মরূপবা ; গুরুঃ—গুরু ; সুহৃদঃ—( মচাগী ওইজবা থিদবা ) মরূপ ; দৈবং—দেব ; ইষ্টঃ—নীংঙ্কবা, পাম্জবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কপিলদেবনা হায়রম্মী )—হে অপোকপী ইমা, ঐনা মখোয়গী মপুরোইবা, মচানুপা, আত্মা, সখা, সুহৃৎ (ওইজবা থিদবা মরূপ), গুরুজন অমসুং ইষ্টদেব ( লাংচবা লাই ) ওইরিবা, অদুগুম্বা ঐগী ( ঐবুতা নীংজবা ) নিত্যধামদা-লৈবা ভক্তশিংহুগী ভোগ্যবস্তুদো ( চানভাই-থক্কভাই পোৎ অদু ) করিগুম্বা মতমদা মাঙবা লৈতে অমসুং ঐগী কালচক্রনসু (মতমগী কাংখোঙনসু) মখোয়বু য়োৎপা ঙম্দে।

## লৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌখৎপনী, ৩/২৫/৩৮ ॥

মমাবেম্মা দেবহূতিগী মফমদা ভগবান্ কপিলদেবনা হায়খিবা ব্রানী শ্লোক অসী। মহাক্না হায়রম্মী শান্তরূপে—শান্ত ( মঙংকায়দবা ) রূপ ( স্বরূপ )-না মাগী ওইবা ধাম অদুদা ; বৈকুণ্ঠনচিংবা নিত্য ওইবা ভগবদ্ধামদা মৎপরাঃ—ঐঙোন্দা মায় ওনবা হায়বদি ঐবুদা নীংবা ভক্তশিংডু কদৌইদেসু ন নঙ্ক্ষ্যন্তি—ভোগাহীন ( চানডাই-থরুডাই-থ্রাংপা ) ওইদে ; অদুগা ঐগী (ভগবান্গী) অনিমিষঃ হেতি—[ মীৎনা কুপ্পবু নিনিষ লৈতবা মহাক্কী—মীৎনা কুপ্পদা চংবা মতম অদুগীদমক্ থবক্তগী পোখাদবা মহাকপু অনিমিষ—পোখাবা-লৈতবা থবক্কী মী কৌয়ি। হেতি অর্থদি অস্ত্রঃ ( খুং-লাই ) ; চক্র—কালগী চক্রনা তক্তবা-য়াওখিদ্রবা মতম খজিক্কুং কাওবদা পোখাদতুনা, শুলেপ্-লেপ্তমখৈ থবক হৌতুনা চৎলী ; মরমদুনা অনিমিষঃ হেতিঃ হায়রগা মফমসিদা কালচক্রবু (মতমগী কাংখোডবু) খডনহল্লি। ভগবান্ কপিলদেবনা হায়রি—ঐগী ] কালচক্রনসু ঐগী ভক্তপুম্নমক্সে ন লেঢ়ি—য়োক্তে হায়বদি মাঙহন্দে।

তাৎপর্য্যদি অসিনী মদুদি—স্বর্গনচিংবা লোক-দা মতম চানা ভোক্তা অমসুং ভোগ্য ( ভোগ-তৌনডাই পোৎ ) অনীমক মাঙবগুম্না, ভোগ তৌবগী মতম লোইরগা অমুক স্বর্গদাগীনা কুমথরকপগুম্, বৈকুণ্ঠনচিংবা নিত্য ভগবদ্ধামদা লৈবা নত্রগা ভগবান্গী কৃপানা ধামদুদা চৎপগী লাইবক ফংলবা মখোয়দি মাঙদে ; নিত্য-ভগবদ্ধামবাসী ওইবা ভক্তশিংদি কদৌইদেসু মাঙ-তাক্পা লৈতে, ভগবান্গী সেবাসুখবু ভোগ তৌবদু কদৌইদেসু লেপ্তে।

নিত্য-ভগবদ্ধামবাসী ভক্তশিংনা করিগীদমক মাঙ-তাক্লিবনো অদুগা করিগীদমক সেবা-সুখ-ভোগ লেপ্তবনো হায়বদুসু শ্রীকপিলদেবনা হায়রম্মী—মখোয়না মাঙ-তাক্তে মরমদি ঐনা মখোয়গী প্রিয়ঃ—নুংশিজবা হায়বদুনী ; [ প্রেয়সী ( ঐবু নুংশিজবী ) ওইনা মখোয়গী মরক্তা কনা কনাগুম্বনা ঐসিবু

প্রিয় পতি নত্রগা প্রাণবল্লভ-নী হায়না খল্লী ; মতুদি বৈকুণ্ঠদা লক্ষ্মী, ব্রজদা শ্রীরাধিকানচিংবী ], আত্মা—আত্মা, ( কনা কনাগুম্বনা ঐবু মখোয়গী আত্মা ওইনা খল্লী ; মতুদি সনকনচিংবা শান্ত ভক্তশিংনা ) ; সুতঃ—মচানুপা ( কনা কনাগুম্বনা ঐবু মচানুপা ওইনা খল্লী ; মতুদি নতাক দেবহূতি ) ; সখা—সখা ( কনা কনানা ঐবু মখোয়গী সখানী হায়না খল্লী, মতুদি সখ্য-ভাবকী ভক্ত শ্রীদাম-নচিংবা )। গুরুঃ—গুরুজন ; ( কনা কনানা ঐবু মখোয়গী গুরুজন-নী হায়না খল্লী ; মতুদি দাস্যভাব-কী ভক্ত রক্তক পত্রক-নচিংবা ; দ্বারকাদনা প্রদ্যুম্ন-নচিংবা ) ; সুহৃদঃ—বন্ধু (মরূপ) ; কনা কনানা অমুক ঐবু মখোয়গী সুহৃদ্ হায়বদি বন্ধুনী হায়না খল্লী ; মতুদি পাণ্ডবনচিংবা। ভক্ত মখল্ মখল্লা মওং মখন-মখন্দা ভগবান্‌বু সুহৃদ্-নী হায়না খল্লী ; মরম-তুনা মফমসিদা বহুবচন শীজন্নরিবনী ; অমসুং ইষ্টং দৈবং—ইষ্টদেব, পামজবা দেব, ( কনা কনানা অমুক মখোয়গী ইষ্টদেবনী হায়নসু খল্লী ; মতুদি উদ্ধব-নচিংবনা ) ; ভক্ত পূন্নমক অমীগা লোয়ননা ঐবু নুংশিবগী থৌরীনা পুল্লী—মতুগী ফল ওইনা ঐবু মখোয়গী পতি-পুত্র-সখানচিংবনী হায়বা ভাব অমা য়োক্তুনা মখোয়না থম্মী ; তুংশী-থৌরীসিনা পুন্‌বা মরম্না করিগুম্বা মতমদসু ঐভোন্দগী অমদি ঐগী নিত্যধামদগী অমদি মখোয়-মখোয়গী ভাব-ভাব অতুগা চুনবা সেবা ঐভোন্দা তৌরিবতুদগী নান্থবা লৈতে। য়াফমসী নৈনরিবা শ্লোক অসিদগী খঙবা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না শ্লোকসী মমাঙগী মূল পয়ার ১৬০ গী প্রমাণনী।

## মূল ১৬৪

পতিপুত্রসুহৃদ্ভ্রাতৃ পিতৃবন্মিত্রবদ্ধরিম্।
যে ধ্যায়ন্তি সদোদ্‌যুক্তাস্তেভ্যোঽপীহ নমো নমঃ ॥ ১৬৪ ॥

## শব্দার্থ

পতি—মপুরোইবা ; পুত্র—মচানুপা ; সুহৃদ্—মরূপ ; ভ্রাতৃ—মচীনুনাও ; পিতৃবৎ—মপাগুম্না ; মিত্রবৎ—মরূপকুম্না ; হরিম্—হরিবু ;

যে—মখোয়না ; ধ্যায়ন্তি—ধ্যান তৌয়ি ; সদা—মতমপুম্বদা ; উদ্‌যুক্তাঃ—চেৎশন্না হোৎনবা ; তেভ্যঃ—মখোয়ত্নুদা ; অপি—সু ; ইহ—মফম্‌সিদা ; নমঃ নমঃ—খুরুম্‌জৈ খুরুম্‌জৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চেৎশন্না হোৎনবগী লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণবু—মপুরোইবা, মচানুপা, সুহৃৎ ( ওইজবা-থোদোক্‌পা মরূপ ), ভ্রাতা ( ময়াম্বা নত্রগা মনাওনুপা ), পিতা, মিত্রগুন্না ( মতমপুম্বদা শান্নমিন্নবা লোয়মিন্নবা মরূপ কুম্না ) খন্দুনা মতম পুম্বদা ধ্যান তৌরিবা মখোয়ত্নবু হন্না হন্না খুরুম্‌জরি ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোরকপনী ( ১/২/১৬২ ) । মমাঙ-থংবা শ্লোক অমত্তুন্না শ্লোকসিসু মূল পয়ার ১৬০ গী প্রমাণনী ।

## মূল ১৬৫

এইমত করে যেবা রাগানুগাভক্তি ।
কৃষ্ণের চরণে তার উপজয় প্রীতি ॥ ১৬৫ ॥

## শব্দার্থ

এইমত—মসৌ অমুন্না ; করে—তৌয়ি ; যেবা—মহাক অমত্তুনা ; রাগানুগাভক্তি—রাগানুগা ভক্তি ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; চরণে—খৃয়াদা ; তার—মহাকী ; উপজয়—পোকৃয়ি ; প্রীতি—নুংশিবা ( প্রেম ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসৌ-অমুন্না রাগানুগাভক্তি তৌবা মীদুগীদি শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থাদা প্রীতি ( প্রেম—নুংশিবা ) পোকৃয়ি ।

## নৈনরোল

মমাঙদা হায়খিবা মওঙদা হৌজিক-লৈরিবা দেহদা অমসুং অন্তশ্চিন্তিত দেহদা রাগানুগা মার্গদা ভজন তৌবা মহাকী শ্রীকৃষ্ণদা প্রীতি পোকৃয়ি—

শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপানা। মফমসিদা, প্রীতি শব্দসী প্রেম-গী অর্থদা শীজন্নবনী। প্রেমগী মহোন্ চোংবগী ফীভম্ব রতি অমদি ভাব কৌয়ি। ভজনগী মপাল্লা অনর্থ ( পরমার্থ নত্তবা ) কোক্ষ্যি; অনর্থ কোক্লবদি ভজনাঙ্গদা নিষ্ঠা (পুঙপ্রেন্-ঙন্শন্‌বা) পোকয়ি ; নিষ্ঠাগী মতুঙদা রুচি ( চানীঙবগুম্ পাম্বা ), অতুগী মতুঙদা আসক্তি ( পাম্বদগী নপ্‌শনবা ), অমস্যুং আসক্তিগী মতুঙদা ভাব (মুংশিবা) পোক্লি। ভাব-কী নঙ-নঙ লাওবা ফীভম্ প্রেম (পাম্বা মুংশিবা) কৌয়ি। ভাব-কী অমস্যুং প্রেমগী লক্ষণ করিনো হায়বহু তুংদা লাক্লিবা পরিচ্ছেদ অসিদা নৈনরি।

## মূল ১৬৬

প্রীত্যঙ্কুরের—'রতি' 'ভাব'-হয় দুই নাম।
যাহা হৈতে বশ হয় শ্রীভগবান্ ॥ ১৬৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রীতি—অঙ্কুরের—মুংশি-ময়োল-চোংবগী ; রতি, ভাব—রতি নত্রগা ভাব ; হয়—ওই ; দুই নাম—মিং অনী ; যাহা হৈতে—মহুদগী ( প্রীতি অঙ্কুরসিদগী ) বশ—খুহুম্-চন্‌গ্রবা ; হয়—ওই ; শ্রীভগবান্—শ্রীকৃষ্ণ।

### মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

মুংশিবগী অহান্‌বা ফীভম্ব রতি অমদি ভাব হায়বা মিং অনীনী। রতি লৈরগদি শ্রীভগবান্‌বু খুদম চন্‌বা য়ারে।

## নৈনরোল

যাহা-হৈতে—প্রীত্যঙ্কুর হায়বদি ভাব অতুদগী। শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপানা রাগানুগা ভজনগী ফল ওইনা সাধক অমগী চিত্তদা প্রেমাঙ্কুর ( ভাব ) থোরক্ষ্যি ; ভাব অসিনা গাঢ়তা (নঙ-নঙ-লাওবা ফীভম) ফংলগদদা প্রেম ওই। প্রেমদু ফাওবা ফংলগদি অভীষ্ট ( অপাম্বা ) সেবা ফংবা শোয়ত্রবা অমনী হায়বা য়ারে। প্রেম-পোক্লবা মীহুনা, মাগী লৌকিক-লৈরিবা দেহসী থাদোক্লগা মতুঙদা—মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণনা প্রকট-লীলা-তৌরম্বা ব্রহ্মাণ্ডদুদা,

আহিরীগোপগী য়ুমদা ভাব-কী চুনরবা দেহ ফংতুনা পোক্কনী। মতু ওইদৌরি-বদো যোগামায়াগী শক্তিননী। অতুদগী মফমতুদা মরম্নাই ভাব-কা চুনগদৌবা নিত্যসিদ্ধ পরিকরগা তিন্নবগী মপান্না, শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌবা ভাব কা চুনরবা রূপ-লীলানচিংবতু শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌথরগা স্নেহ, মান-হায়রবসিনচিংবা প্রেম হেঙ্গৎলক্পগী থাক তোঙান্-তোঙান্বদা কাখৎলগা মত্থাগী ভাবকা চানরবা থাক ( স্তর ) অতু ফাওবা কাম্নগদি মহাকী ভাব-কী ওইবা সেবা ফংগনী। সাধকনা কান্তা-ভাবকী উপাসক ওইরগদি, প্রেম পোক্লবা তুংদা হকচাঙ থাদোক্লগদি, মহাক প্রকটলীলাগী মফমদা বৃষভানুপুরদা আহিরী গোপগী য়ুম্দা কন্যা ওইনা পোক্কনী, অতুদগী মতম চানা যাবটগ্রামদা মহাক লুহোং-গনী। ( তশেংবদি, মহাক্কী লুহোংবদি ওইরোই ; মহাক্কা শকমান্নবা যোগ-মায়ানা শাগৎপা ( কল্পিত ) থরাই-পান্‌বা মূর্ত্তি অমগা লোয়ননা কনাগুম্বা গোপ অমগা লুহোংগনী ; মসিমক মহাক্কী লুহোংবনী হায়না মহাক অমসুং অতৈ পুম্নমক্কা মগুম্না থাজগনী। থাজনবসিনা মরম ওইতুনা যাবটলামদমদা মহাক্কী মপুরোইবনা অমদি মনেম্বোক্লচিংবা মরিমতানী হায়বা খ্বায়পুম্বনসু থাজগনী। মরমতুনা মহাক্কা মতমচানা যাবট-লোমদা লাক্লগা মপুরোইবগী য়ুম্নী হায়বা অতুদা বাস তৌগনী। যাবট্টা লাক্লগা নৈবা মতমদা শ্রীরাধিকা-ললিতা-বিশাখা-শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী নিত্যসিদ্ধ কৃষ্ণপ্রেয়সীগা সঙ্গ তৌবগী মপান্না অমসুং সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণদর্শন তৌবনা অতুগা কৃষ্ণপ্রেয়সীশিংতুগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ গুণ-লীলানচিংবা শ্রবণ অমদি কীর্ত্তন তৌর-তৌরগা মহাক্কী প্রেম হেঙ্গৎলক্তুনা অমুম অমুম মথঙ মথঙ স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ, ভাব অমসুং মহাভাব ফাওবা কারক্কনী। মহাভাব-ফাওবা য়ৌরক্লবা মতমদা মহাক্লা মহাক্কী ভাব-কা চুনরবা কৃষ্ণসেবা অতু ফংবা ঙম্গনী। শম্পৎনা মসীনী রাগ-বর্ত্ম-চন্দ্রিকা কৌবা লাইরিক্কী মত। মরমসিনা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্রীসনাতন গোস্বামীদা হায়রম্মী—প্রীত্যাঙ্কুরসিদগী হৌতুনা শ্রীকৃষ্ণদা প্রেম-সেবা তৌবতু ফংবা য়াই।

প্রেম-পোক্লবা সাধক অমনা লীলাদা য়াওবগী মথঙ-মনাওগী মরমদা

ব্রা অমা মতাঙসিদা পল্‌তোবা য়াই। কান্তাভাবকী উপাসকশিংগী মরমদনী হায়রিবসে, অতোপ্পা ভাবকী উপাসকশিংগী মরমদি অসিদগী অতুম লেপ্পা য়াগনী। সাধকদেহদা সাধকনা প্রেম ফাংবা য়োবা য়াই, প্রেমগী মুনথংলবা স্নেহ-মান-প্রণয়নচিংবদি ফংবা য়ারোই। অতুনকপু থৌজাল-হৈবা মকোক শ্রীকৃষ্ণনা—প্রেম-পোক্লবা সাধক অমগী শিরমদায়গী মতমদা, শিদ্ধিদেহগী মনাঙদা, সাধকদেহদা লৈরিঙৈদা সাধক অতুগী ভাব-কা চুনবা পরিকরশিংগা লোয়ননা অমুকথক মতোন্দা দর্শন পীনবী, সাধকনা মমংদসু, সাক্ষাৎ ওইনসু দর্শন অসী ফংজে। অতুগী মতুঙদা, শ্রীনারদদা অমুকথক চিদানন্দময় গোপিকাগী দেহ পীথিবগুম্‌ প্রেম-পোক্লবা সাধক অতুদসু মহাক্লা পাম্‌জবা গোপিকাগী দেহ অমা পীনবিয়ে। তুংদা, শিরবা মতুঙদা, শ্রীকৃষ্ণগী প্রকট-লীলা শান্নফমদা, চিদানন্দময় দেহতু যোগমায়ানা আহিরী গোপীগী গর্ভদগী প্রকট ওইহল্লী। উজ্জ্বলনীলমণি কৃঃবঃ ৩১-শ্লোক অতুগী আনন্দচন্দ্রিকা-গী ভাবার্থনী য়াফমসী। কনাগুম্বনা হংবা য়াই, প্রেম-পোক্লবা সাধক-না, শিরবা মতুঙদা, অহান্‌বদা চৎপসী প্রকট-প্রকাশদা চৎপরা নত্রগা অপ্রকট প্রকাশদা মাবু পুথিবরা? মসিগী মরমদা আনন্দচন্দ্রিকা টীকানা হায়—সাধক-না শ্রীবৃন্দাবনগী প্রকট প্রকাশগী থোঙদা লীলাদা চঙভী; প্রকট-নত্তবা প্রকাশগী থোঙদা নত্তে। মরমদি, সাধক অমগী হৌজিক-লৈরিবা দেহদা প্রেম-ফাওবা ফংবা য়াই, অদুগা স্নেহ-মান-প্রণয়-নচিংবা মহাভাবকী অরোয়বা মতাঙ ফাওবা ফংদ্রগদি মহাক গোপী ওইবা য়াদে, মরমদুনা মহাক সেবা ফংনবগা মতীকচাবসু ওইবা য়ারোই। প্রকট-নত্তবা প্রকাশদা সাধকশিংনা চঙবগী য়া শাস্ত্রদা ফংদে; সিদ্ধশিংতনা মফমদুদা চঙনবা অধিকার ফংঙী। প্রকট প্রকাশদদি মথল মথাগী কর্ম্মনচিংবা প্রপঞ্চ-লোকগী সাধক অমসুং সিদ্ধশিংনা চঙবগী য়াদমক হায়নৈ। মরমদুনা স্নেহ-মান-প্রণয়নচিংবা ফংননবগীদমক, শিরবা মতুঙদা প্রেম-পোক্লবা সাধকনা শ্রীবৃন্দাবনগী প্রকট-প্রকাশদা হৈহান্‌-হান্‌বা সেবা ফংনবগীদমক পোক্কদবনী। অপ্রকট-প্রকাশদি সিদ্ধশিংগীদমক্তনী।

খোইদোকপা অমনা, অপ্রকট-প্রকাশতদি [illegible] পোকপা য়াহিদে;

পোক্পা-নাইদবনস্থ মী ওইবগী পরিচয় ওইবা য়াদে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদি নরলীলা-নী ; নরলীলাগী মতীকচাবা দেহ কংত্রগদি, কনামতনা লীলাসিগী সেবা ফংবা ঙম্‌দে। লক্ষ্মীনা মহুগী প্রমাণনী। মরমদুনা নরত্ব-সিদ্ধিগীদমক (মীওইবা য়াননবা) অমসুং পরকীয়াত্ব-সিদ্ধিগীদমক মপুরোইবা-মনেম-মকুনচিংবা লৈবা তারগদি ইহান্-হান্‌বদা প্রকট প্রকাশদা পোক্পা তাবনী।

প্রকটবৃন্দাবনলীলাদা আহিরী-গোপগী য়ুমদা প্রেম-পোক্লবা সাধক-না পোকপা মতম অদুমক্তদা প্রকট নবদ্বীপ লীলাস্থানদস্থ ব্রাহ্মণগী নত্রগা অতোপ্পগী য়ুমদা স্বরূপ অমা ওইনা পোকদবনী। মফমদুদস্থ নিত্যসিদ্ধ-পরিকর-শিংগা তৌবা সঙ্গগী অমদি শ্রবণকীর্ত্তন-নচিংবগীময়াইনা মহাক্কী ভাব অদু চাওখৎকনী অদুগা মহাক্না শ্রীগৌরসুন্দরগী সেবা তৌবা ফংদুনা মহৈ-য়ানগনী। শ্রীনবদ্বীপ-লীলা অমসুং শ্রীবৃন্দাবনলীলা অনীমক নিত্য-নীনা, অদুগা প্রকটলীলাস্থ নিত্যনীনা, মতমদুদা, প্রেমপোক্লবা (জাতপ্রেম) সাধক মাগী লৈরিবা দেহদু থাদোক্লবা মতমদা করম্বা ব্রহ্মাণ্ডনো অমদা শ্রীনবদ্বীপলীলাগা ব্রজলীলাগা প্রকট ওইগনী, মরমদুনা জাতপ্রেম সাধকনা দেহ থাদোক্লবা মতুঙদা নিত্যলীলাদা চঙননবগীদমক মতম অমুক ঙায়গদৌবা লৈতরে।

বৈধীভক্তিদগীস্থ প্রীত্যঙ্কুর (মুংশি-ময়োন্-চোংবা) অমসুং প্রেম পোকপা য়াই। অদুবু প্রেমসিগা রাগানুগাদগী ওইরকপা প্রেমগা অনীদু খেন্নে। বিধি-মার্গ-ইন্‌বা ভক্তশিংগী প্রেমদি শ্রীভগবান্‌গী মহিমা লৈ হায়বগী জ্ঞান-দু য়াওবনী ; অদুগা রাগানুগা মার্গ-ইন্‌বা ভক্তশিংগী প্রেমদি মাধুর্য্যগী ভাক্তনী। বিধিমার্গগী ভজন-দা শুদ্ধমাধুর্য্য ভাক্তগী ওইবা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা তৌবা ফংলোই। বিধিমার্গদা ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান-দা ভজন তৌরগদি বৈকুণ্ঠদা মুক্তি মখল মরি ফংগনী। মধুর-ভাব পান্বদি পান্বা, অদুগা ভজনদি বিধিমার্গগী মতুঙ ইন্না তৌরবা, অদু ওইরবদি, শ্রীরাধাগা শ্রীসত্যভামাগা অমতা ওইবনীনা,

দ্বারকাদা স্বকীয় ভাব-তা সত্যভামাগী পরিকর ওইনা ঐশ্বর্যাজ্ঞানগা তিন্নবা মাধুর্যাজ্ঞান ফংগনী। অদুগা শুদ্ধরাগমার্গগী ভজন ওইরগদি, ব্রজদা পরকীয়া-ভাব-তা শ্রীরাধিকাগী পরিকর ওইনা শুদ্ধ মাধুর্য্যজ্ঞান ফংগনী ( রাগবর্ত্ম-চন্দ্রিকা )।

মহৌশানা, মায়ালাংদা থুরিবা জীবগী ভজন দি বিধিমার্গদা হৌরিবনী। বিধিমার্গদা ভজন চংথবদা মহৎকৃপাদগী পোকপা লাইবক ফবা অয়োবীদু লাক্লবদি ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা তৌনীঙলকপা য়াই ; অসুম্না তৌনীঙলক্লবা মতমদা সাধক-তুগী ভজন অদো রাগানুগা মশক লৌরকনী। অসুম্না তৌনীঙ-দবা মীগীদি সিদ্ধাবস্থাদা মহিমা-জ্ঞান-য়াওবা প্রেম পোকনী হায়বদু মখাতদা হায়খরে।

## মূল ১৬৭

যাহা হৈতে পাই কৃষ্ণের প্রেমসেবন।
এই ত কহিল 'অভিধেয়'-বিবরণ ॥ ১৬৭ ॥

### শব্দার্থ

যাহা হৈতে—মদুদগী, মদুনা মরম ওইদুনা ; পাই—ফংঙী ; কৃষ্ণের প্রেমসেবন—শ্রীকৃষ্ণবু প্রেমসেবা তৌবা ; এই ত—অসিনীদো ; কহিল—হায়জরে ; অভিধেয়-বিবরণ—অভিধেয়-গী বারোল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম-সেবা ফংননবা উপায় ফংবা য়াননবা অভিধেয়-গী বিবরণদো হায়রবসিনীদো।

## মূল ১৬৮

অভিধেয়-সাধনভক্তি শুনে যেই জন।
অচিরাতে পায় সেই কৃষ্ণপ্রেমধন ॥ ১৬৮ ॥

শব্দার্থ

অভিধেয় সাধন ভক্তি—অভিধেয় সাধনভক্তিগী বা ; শুনে— কোঙনা তায় ; যেই জন—মী অদো ; অচিরাতে—থুনমক ; পায়—ফংং সেই—মহাকুনা ; কৃষ্ণপ্রেমধন—কৃষ্ণব মুংশিবা হায়বা লন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অভিধেয় সাধনভক্তিগী বা মমাকোঙনা তারিবা মীছুনা থীন্দবা কৃষ্ণপ্রেম কৌবা পন অদু ফংঙে ।

মূল ১৬৯

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ ।

চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১৬৯ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীলরঘুনাথ গো[illegible] চরণথাদা [illegible] থমজরিবা কৃষ্ণদাসনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লীজরি [illegible] ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে অভি[illegible]খ তত্ত্ববিচারো দ্বাবিংশ-পরিচ্ছেদঃ ॥

—:০:—



# শীতলজিৎকী লাইব্রীকশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, লুংশিরাথেবা।

বারী-মচা—লৈকোম্ নুংদা, লৈহুংশি।

শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইথোলাংবা, শকুন্তলা, শৈরাংবা ( ১বা শরুক্ )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈরোন্দা অনুবাদকা লোয়নবা ) মমল লুপা ২০৲

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন্-শেখন্—লুপা ৭০৲

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.

৬। Friends' Pocket Dictionary, (English to Manipuri)

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২০৲

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ১৮৲

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ১৫৲

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ৩২৲

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ২০৲

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ২৮৲

১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫৲

১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ২০৲

১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০৲

১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২৫৲

১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ৪৮৲

১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ৪০৲

১৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ১০৲

২০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ১০০৲

২১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ৪৫৲

২২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫৲

২৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ৩০৲

২৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ২৫৲

২৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরাশুবা—লুপা ৯০৲

২৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরামাথোইশুবা—লুপা ১০০৲

২৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরানিথোইশুবা—লুপা ৩৫৲

২৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরাহুমদোইশুবা—লুপা ৩০৲

২৯ শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরামরিশুবা—লুপা ৫০৲

৩০ শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরামঙাশুবা—লুপা ৬৫৲

৩১ শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরাতরুকশুবা—লুপা ৫০৲

৩২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরাতরেৎশুবা—লুপা ৫০৲